# আশাগী মৈত্রী



রনবীর

**ASHAGEE MEIRI**

**Manipuri Novel**

© Writer

ফোংজবা :—

থৌনাওজম মঙম

মাইবম লৈকাই



অহানবা ফোংবা

১৯৯১ ইং,

কোপী মশিং ১০০০।

মমল লুপা ৪০/—

মনফম— দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

## "অইবগী ৱাহৈ খরদং"

Novel অসি মীয়ামগীদমক পোইনা হেন্না মচু ডাম্বা Novel দি হায়বদি হায়জবা ঙমজদ্রে। মসিনা কৱিগুবা মওং অমা ওইনা খরদং কান্নগদৱা হায়চুমা ইজখিবনি। মতাং অমগা অমুক পজগে, ৱনাবগী লমদা মীংথিনা Proof তোৌজহৌদবদগী অশোাই-অঙাম খৱা য়াওথিবগীদমক অদোম্না ঙাকপীগনি। য়াওখিবা অহেনবা, অৱাংবা কৱা ডাজা ফংলবদি মথংগী খুংনমদা চুম-থোকচরগে।

ৱাৱেং অসি কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমত্তা মৱী লৈমজদে, মসিমক কল্পনামা শাগৎচখিবা ৱাৱিনি। অমঙোমদা Novel অসি খুংইদগী লাইৱিক ওইনা ঙস্তোকপীৱিবা মরুপ Rajen বু থাগৎচরি অদুগা Press মরুপ-মপাংশিংবুস্থ লোনুকপা উৎচরী।

ভেকচম ৱমবীর

তাং ১৭।৬।৯১ ইং, ( ইখিবা ১৯৮৭-৮৮ )

# "অফোংবগী রাহৈ খরা"

ঐনা ফোংঅরীবা লাইরিক অসিনা ঐগীদি অহানবনি। মসিদা শোই-ভাবদা ফেক্তো ওইগনি হায়বা অয়াইবা মত্তে। অরান অচুই কয়া ভাকপিগনি।

ঐনা পামজবদি Detective Novel মি। অদুবু মতু-মক মত্রবস্তু Novel অমা ফোংবগী খুদোংচাবা ফংবসিমক অইবরু থাগৎচরী অতুগা লাইরিক অসিবু লৈবীরীবা মরুপ-মপাংসিংগী মফমদা চাওরবা লমন অমা তোনশিজরে হায়না লৌজৈ।

থোরাওজম রজম
মাইবম লৈকাই।

তাং ১৮।৬।৯১ ইং,

# আশাগী মৈরী

ঐগী রাখলনা তশেংনা মপুং ফাখিবসি শোক ১৯৮০ গী ভোং মতমদা ইবোক্কা ঐগা কংগ্রেসকী খোলাদা চা থকপা নুমিৎতুদগীনি। মতমতুগী মমাং ঐ থোইনা নিংশিংলুবা ঙমখিদে অহুবু মতমসিদগীদি ভাব ফজনা তারম্মী। থাইনগী রারীদা থোইদোকপা অথন্নবা মথেল ওইখি। চাবা তুম্বা অমদি চংপা ফনা নুংঙাই, ঐনা রারিবদি লাইব্রিক পাবসিনি। মসিদি ঐনা খরা তন্নম্মী, মমাংদা ফমহুনা হেক্তা কপথোকপা ফাওবা ঙমগনি। তননা তননা লাইব্রিক পাখি, মসি ঐখোয় বাবাগী চৈরাক্নি। ঐনা পাজবগী ফর্ম ওইনা পাসতি অহুম তোই, ময়ামগী মকোক ওইবা ঙমদ্রবস্নু মরিশুবা পোজিসন ফাওবদি লাইনা ফংজরকই। ক্লাস রানদগী টু ফাওবদি ঐ থোইদোক্লা অথন্নবা ছাত্রদি ওইরক্লে। ঐমা অনিস্নুবা পোজিসনদগী মরিশুবা পোজিসন ফাওবা শিন্নশিন্নহুনা লৌরকপসি হাইস্কুলগী থাক্তগী হোরে। মরিশুবনদি খিং নমনা লাকই। ক্লাস থি্দা ওজা ইনাওগী চৈ চারগা লাকপদা ঙসিদি উচিন নাচিন্না ক্লাস সিক্স য়োরে, মহুনা পুন্সিদা খাইদগী চৈ চাবা মতমনি। ওজা ইনাও য়ামনা শাওগনবা ওজা ওইরম্মী। বিক্রমগা ঐগা পাহুনা লাংবদগী ওজানা খরা কুরকখিবনি। ক্লাস

সিঙ্কতা বিক্রমগা ঐগা কাইনরে, মানা অতোপ্পা স্কুল অমদা তমখি। ক্লাস সভেনদা ওজা শরুতনা লাই য়েকপগী কমপিটিসন্দা অহানবা মনা পীবিখিবহু ঙসিফাওবা নিংশিংলি। মহ্ ওজা শরুতনা ঐগী লৈহ্ অমুক্তা উখিদ্রি হাপখি। ফিজেৎ চাকচানি খণ্ডদে, বৈজ্ঞানিকশিনি খণ্ডদে মোদেলর লৈবগুম ঐস্মু ওজা শরুতনা লাই য়েকপগী মাইকৈদা লৈ য়েকপগী মোদেলর ওইনা শিংথাবিরকখি। মহাক্না চে দেস্তা অমা মনা পীখি, ঐ হরাওরম্মী অহুবু ওজা শরুতনা চৎলমদাইদা কংনোক অমুক্তং নোকলমবহুদি ঐ পুন্সিদা কাওবা ঙমদনা লাকখি। মরমদি ঐ ইংস্তা মনা লৌরুবগী ইকাইরুকই। পীবু পীরবদি লৌস্মু লৌরি হায়না খল্লম্লবদি খনবদা ঐ নুমিৎতুমা তুম্বা য়াখিদে। অস্মুম্না মতম হায়বহ্ খণ্ডহৌদে ঙসিদি মথাই-থাইনগী রারী ওইরক্লে অহুঙৈ মতমহ্। ক্লাস টেন হায়বতাই পুন্সিগী লাংফম অহানবা খোঙজং। অমরোমদা ঐচঃ এসঃ এলঃ সিঃ লাল্লগা কলেজ কারনি খল্লুবদা অমুক অমুক নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরুকই, ফেল ওইবগী রাখল লাকপদা মথকলোমদা হাইগৎলম্বা মীৎপান খংতু তুথৈ, অরোইবদা অনিরুক নোকখি। খ্বাইদগী লুরিবদি কলেজ থাক্তা পিঃ য়ুঃ চপ চানা থিংজিনখিবসি প্রান চাক্লা সেকেণ্ডরিদা তম্বা তাই। ঐদি কলেজ হায়বহ্ পাম্মী, ইথক ইরাংগী ঙাকস্মু নত্তে। কলেজ হায়বদি অরাংবা থাক্তী হায়বনি অহুগা সেকেণ্ডরি হায়বদি ময়াই ওইবা হায়বনি। মহৈ তমফমশং মানজরবস্মু মমিং মান্নদবনিনা অর্থস্মু মান্নদে। ঐ অস্মুম খললুবদা হিকথহ্না তাই, নিংশিংলুবদা ক্লাস অসিনা হায়স্কুলগী

অরোইবা চহীনি উংখংলুবদা ফনা ফজনা হয়ওখি অদুবু পরিক্ষা অরোইবা ফমদ্রি শল্লুবদা ঐ উইরুম উইরুম চংপা হৌখিরম্মী। চহী অসিগী অনৌবা ক্লাস কান্নখ্রে। সেক্সস হৌখ্রবসু ঐদি খুমাং চানা কাবা ঙমহৌদ্রে মরমদি ফাদরগী রাঙাং অদুনা বিং ফজনা হল্লী, মরমসু ঐনা রোল হয়থরকপগীনি। ইমান্নবগী মমাংদা ঐ হায়ফেং ইকাই, মহেসু চুম্মী হায়বা য়াই ঐগী লাইরিক মপা, মমাংঙৈগা মকোক্তগী লোইবা ফওবা খেন্নখি। হোংনদ্রবনিনা হোংনদবগী রিজল্ট, হোংনবগীনা হোংনবগী রিজল্ড শোইদনা ফংথম থোকই। ফরমদবদগী ফগংলকপনা ফরমবদগী ফংলক্তববু ইকাইবা পীবা ঙমই, ওজানসু মবু নুংশিবি চানবী ঐগীদি মকোক মমৈ ওন্নরে, উপাইদি লৈখিদে।

সেক্সন হৌখ্রবসু ঙসিদি ঐ অনৌবা সেক্সনগী অহানবা ওইনা ইকা কানিংদনা স্কুল কাখি। নুমিংতু ঐ খরা ঙন্তক চংলম্মী, স্কুল য়ৌবদা পুং তরেংমখাইদি তরে। ঐ থোইনা নান্না চংতে হান্নগী হামু হামু নত্রগা কেনিংবগী রাখল ইশাদা ফাওরমদে। মী অয়াম্বনা লাকঅমদ্রি, লাইরিকসু নিংথিজনা পুদে মহুনা য়ামনা কাইবদি ওইরমদে মরমদি ক্লাস ফজনা তৌদে হায়। পুং ১০ চপ চানা ক্লাস মাষ্টর চংলকই, রোল কৌবা লোয়ররবা মতুংদা থোকখি। মিনিত তরা চংপা মতমদা ফাস্ট পেরোটকী ওজা চংলকই। ঐ অহেনবা রাখল অমত্ত খনবা তৌদে। ঐ ফনদুম তান চাই ইমান্নবা লুনা তিন্নবা অমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমখি। মমৈ ফম্বসে ওজানা উশিংতে, লুনা তৌদে হায়বসি ঐনা

খঙ্গ্রমনি। ঐগী ফমফমহ্ ওইথংবা নাকলগী ফান্দনি। ঐ অহানবা কাবগা ওইরে, নোক খেরঙ্গনা লাঙবদি তৌরমদে। মরূপশিংনা ঐনা স্কুল কারক্তবগী মরম হংঙি মরম অচুম্বহ্ হায়দোকখি। অহানবা **Period** লোয়গ্রে, মথংদা প্রামাণগী ওজা চংলকই। ইম.ম্রবশিংগা কলিগী রারি, ইংলিসকী জগংশুবা ররিয় অমুক্তোইবা মখল স্নুনবা শায়স্মী। শুনাই ঐনা তল্লুবদো লোয়না কাওখি। ছাত্রি য়াওবগী নুংঙাইবা লৈ অমরোমদা নুংঙাইতবস্নু লৈতবা নত্তে। ঐখোয়গীদি ছাত্রি য়াওদবগী অনরোমদা নুংঙাই। ঐগী **Bench** তা মী মঙা ফম্মী শর্ম্মা, প্রেমচান্দ, বাবন অমদি বসন্ত ঐখোয় মঙানি। মখোয়গী মরক্তগী ঐগী খ্বাইদগী চাম্ন-ম্নবা মরুপ্তি শর্ম্মানি মাদি ঐগী পীক্লিঙৈদগী ওইবা মরুপনি। মথংদা থরা নকশিল্লবদা প্রেমচান্দ অমদি বসন্ত অহুগা বাবননি। মমাং ফান্দা ম্নমন তিন্নে রোমিওদ অহুগা মনিং ফান্দা রোসন ফজনা লোয়নে। অতৈদি থোয়না লোন্দিম্নরুদে, স্নুকম্নেংস্নু ম্নেংনদবদি নত্তে। বাবন্দি ঐথোয়গা মান্নদে ময়ামদগী ইতোপ তোম্পি। ঐখোয় মম্নাম অমা কলিগী রারি পারিঙৈদা কাংসি খিংখি, পুক্লিং চলুদে র রিদা লুপখি।

নোকলুবা মাইথোঙনা হনগংলকপদা চৌক্রি মথক্তা কনা-গুস্নী নুপী অমা ফমলস্বা থেংনখি, তশেংনা মহাক অহ্ন নুপীনি। মহাক মীৎমাংদা অহুম লৈরম্মী, স্নুকথোক থোকখিদে, ঐ ইঙক ঙক্লম্মী। মহাক কনানো? থম্মোয়ম্নসিদা তং তং ম্নৈবা হৌম্নকই। মঙোন্দগী মীৎয়েং তোক্তনা ঐনা শর্ম্মদা হংখি,

"মহাক অনি কনানো?" নোকপা হন্থরক্লগা শর্ম্মনা শোনবোই হায়বোই হায়বা তাখি "ওজা জিতু, অনৌবা ওজানি।" ঐস্থ শোলহৌই ওজা জিতু হায়বা। অঙৌবা শারিস্থ মাগী, চৌক্রিস্থ মাগী; platform স্থ মাগী অদুগা কাসিস্থ মহাকী, ছাত্রশিংস্থ মহাকী অদুগা ঐদি! ঐ মহাকী নত্তবরা?

পোথাদনা খল্লবা ব্রাখলনা ব্রাখলনি খঙলকপদা শর্ম্মনা হায়রকই "রন।" তপনা খুমলুই "হুম।"

"কৈদোৱে তুমিন লৈরদি"

"অসে কর তাক্কদোনো?"

"Mathematics I তাক্কদবা"

"তাকপা য়াম হৈব্রা?"

"য়েংলগা খঙগনি"

"কনা মাল্লি অসে?"

"অদ করম তৌনি সিদি" Sharma গী অবোইবা ব্রাহৈ-তুনা ঐ ভাপ খঙতা তাই, ইকাইরপ য়েংবা হল্লুই। মহাক্লা ঙাঙনকপা ঐদি তাহৌদ্রে, করিনো খরা হায়খিমাল্লে; ময়াম পুম্নমক লাঙবা তোকখি, চপ চপ লেপখি। ঐ শর্ম্মদা ব্রা ঙাঙগে তৌরুবনি, ময়াম তুমিন লৈল্লখিবহুদা অহুম ঙাঙলুদ্রে। মহাক অতু ৱোল কৌন্নবগী করিগুম্বা খরা শেম শারিঙৈদা ঐনা শর্ম্মদা হায়রুই "শর্ম্ম অসে কদাইদগীনো? লৈশাবীরা নত্রগা..... .....।" শর্ম্মনা নোকলপ হায়রকই "ঐ মাগী মরমদা

করিমত্ত খঙদে, শারি অঙৌবা অমা শেংলি হায়বসিতনি ঐনা খঙবা।"

"ময়ুমদি ?"

"মহুস্তু খঙদে।"

"অস! নবুক ফত্তে নং।" শর্ম্ম ঙৌরবা য়াতেন্দু হায়ফেৎ উহন্দুনা নোকলকই। ঐনা থাজদদনা অমুক হংলম্মী "শর্ম্ম অশেংবরা ?" শর্ম্মগী ওইদগী প্রেমচান্দনা হায়রকই "য়ান, মহু খঙলুবগী কান্নবা করিনো ?"

নখোয়না তাক্তবগী কান্নামা করিনো ?" মখোয় অনি অমনা অমবু য়েংনখিদে, য়া অমত্তা ঙাঙবা ঙমলমদে। উপাই নৈত্র-মানে প্রেমনা হায়রকখি "তুরেল মপানগী, য়োংকী থোঙ অমা লৈবদো মহুগী লৈরক্কুদা লৈবনি। চপ চাবদি ঐ খঙদে, হংস্তু হংলুদে, হংগেস্তু থল্লদ্রে।"

"লৈশাবীরো ?"

"মহুদি মঙোন্দা হংদ্রবদি খঙলরোই" হায়রগা শর্ম্মনা থিক থিক নোকখি, ঐ হায়ফেৎ ইকাই। ইকাইবা হুন্থরকপগী য়াখলদা ঐনা মহাক অহুবু মথোং মরম খঙদনা য়েংনিংবা পোকখি। ঙৌরুম্নবা শারিনা ঐবু কিন্নবগীদমক হায়রং হায়রং-লক্লি। মীৎ কুপ্তনা য়েংলিবা মীৎনা কনাবুস্তু ইকাইরুদে, অহানবমক্তদা মাগী মিন্নানা ঐগীদা ইংলপ থেংলরবত্তদা অতুক থৌনা লৈরম্বা ঐগী মীৎ শোন্থখিবা খঙহৌদে। মিকুপ্তগী

ওইনা মাবু য়ে নবগী লৈখংলকপদা উরে মহাক ঐগী নাপদগী লৈথোকলমদ্রে। ইকাইবা ফাওরক্তুনা ঐস্তু লৈথখি অদুগা করিশুম্না খরদা য়েংদুনা থম্মোয় থুমহংখি। চাৎরবা ক্লাসতুদা ছাত্রশিং লৈরি হায়বা ফাওবা কাওথোক্তুনা ইকাই লাংদা পুখি।

মহাক অসে মপুরোইবা লৈরবী অমগী শক্তম্না নত্রগা নীথুং চন্দ্রবা লৈরাং অমরা? পাওডরস্তু তৈদবা, লিপসতিকস্তু তৈদবা, পীশুমস্তু য়েক্তবা অস্তুক চম্বা। মো অমা নত্তুত্রা? খঙনিংবনা লাংতক্লরবা থম্মোয়সে থেমজিনজবা ঙমখিদে। ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না ইবা তপ্পা খোঞ্জেলদা "রোল কৌরগে" হায়রকখি। ঐ অমুক ঙাংখি, পোথাদনা হংলুই লোননা মহাক কনানো?

মহাক্লা রোল কৌরগে হায়রগা ঐনা পাখংলিবা করিগীনো। পাউথুম ফংদ্রিঙৈদা Ore, two, three, four; five. কৌরকপনা শর্মনা "Present madam" খুমখি। ঐস্তু য়েংলুই, চান্নরশ্মি মহাক ঐবু য়েংখিমানে, কান্নবা ফংদনা মীংচান্নরুই। ঙসিসিবু করি নুমিংনো হায়না হংদবা ঙদহোদে। মসিস্তু পুন্সিনি খঙলকাদা six, seven কৌরকই। বসন্তনা "Present মেদাম" খুম্মী। Nine কৌরকপদা প্রেম্না "Yes madam" অদুগা 15 কৌরকপদা ঐনা "ওজা" হায়না খুমলুই, ইপা পাখংলি, খঙফম ফমথরম্মী। মহাক অচম্বা রাখল অমা খনখিবা মাল্লি। ময়াম্না য়েস মেদাম নত্রগা প্রেজেন্ট মেদাম

খুমুবদা ঐনা ওজা খুমথিহনা মঙোন্দা অঙকপা ওইনা থোক-লুরব্রা? মসিদা করিস্ত তকাইবা লৈতেনা, ঐনা খল্লি। স্কোল কৌবা লোয়রগা মহাক্কা লাইরিক ফাকপা হৌরকই লোয়ননা Equation and inequation গী অহানবা পাম্নাগী গ্রাফকী মতাংদু তাক্লুবা শেম শারি। ঐ মাবু অরৈবী পুখ্রোক্তনা য়েংখি। ঙসি ঐগী রাখলনা মঙল মঙল খল্লিবা করিগীনো? মসিমক মহাক অমা থেংনক্লবদগীনি হায়দবা ঙমখিদে। উরু গী পাখৎপা অমদি য়েংনিংবগী খুক লাওবা অমা থম্মোয়না মাগী তাক্লবগী step অদু তাইহনা লৈখি। অহৌবা ওইনা পন্না অদুগী graph য়েক্লবগী Question পাবা হৌরকই। ঐ য়েংবা লেপলমদে, মহাক মতুং ইনগা তোকখিদে। অহানবা রাহংগী Q. দো ইংলিসনা পাবা হৌয়কপদা "নং হায়রকউ" খুদোস্নীনা ঐঙোন্দা থিল্লগা হায়রকখি। ঐ পাখৎলুই, খঙবাই হরাওবোই কুক হৌগৎলগা Monthly income গী অর্থদা weekly income ওইনা হেক হায়দোকলুরে। হায়বা তোইরকপদা রাহৈহমক লাল্লমানে খঙবদগী ইশানা ফোংদোকফম খঙদনা ঐগী মাইখোংদা ফোং তোং শারকখি লোয়ননা ইকাইবগী মমি উৎখি। শর্মনা নেকফেং য়েংলকপদা ঐস্ত ইকাইবা ঙাকপা ওইনা নোকফেং তৌরগা হায়রুই "পাখৎলিদা।" খুমখ্রগা পাউখুমহ মিকুপ্ত চুমথোকচগে তৌরকপদা মহাক অহুনা চুম-থোরকই অদুগা হায়রকখি "করিগী লাল্লিবনো; অস্নুক য়াম্না

লাইবদা।" ঐ ইকাই ইকাই অহুম ফম্লে। মংঙান্দা য়েংলুবগী পাঙ্গল লৈরমদে।

মমাংদৈ ওজা মলানা হংলকপহ্নদা ঐনা অস্তুম্না পাখৎ-খিদে। মহাক মশক ফজৈ, অহানবা চংবস্তু নুমিৎমি অদুগা ঙসিনা করিগী? চুম্মী ঐ ঙসিগী অসিগুম্না থবাই লুপখিদে, মহাক্তস্তু মীৎলম স্নুনা য়েংশীরকখিদে। খল্লম্লবস্তু য়েংবিরক্লবা মাইথোঙ উবগা অদুমক কাওবা ঙমখি। ফোংদোকলুবদা ইকাই-গদবা রাখলনা লমজি লিটেদা শর্ম্মনা হায়রকই, "রাম ওজা জিয়াসে মশক ফজদ্রা?" ঐনা খল্লুই, "নংস্তু অদুম্না খনব্রা? প্রেম্না ঐগী রা তাবদা "কনানবু তুমিন্না লৈথোকপা ঙমগদগে। হৌদোং অনাবনফাওবা মমাংদা উচি চংলবদি মশা নারি কাওথোক্তুনা কোইতান তান্নরিবনি, ঙমদ-ঙমদ্রগফাওবা মকোয় অনি অক্তমহুদি ফৎ-ফৎ হায়জরিবনি। মহুফাওবা মাম্নবা য়াপোৎ নত্তে মাদি।" খুদক্তা বসন্তনা হায়, "ঐদি ঙরাং তুম্ববু য়াদে" অদুগা চংশিন্দুনা রারির য়াওরকই। ময়াম্না ঐগীস্তু রা অমতংদি ফোংদোক্লবা ইনগিৎ পীরকই। ঐনা খঙদে হায়, নুপী মাশি হায়দুনা করেম্নরকপহুদা "ঐদি ফজদে" হায়খি। মথোয় অদুম নোকফেৎ নোকফেৎ লৈজরম্বদু চপ চপ লেপনৈ, অমনা অমবু য়েংনৈ। শর্ম্মনা তপনা ঙাংলকই, "অঙাং মচানা চানিংদে হায়না ভিন শিংপদোনদি তৌদবা ফৈকো। শেংনা হায়জহৌ ওইদবা ঙাংবগী ফল নোংমদি শোইদনা ফংফম থোকই।" ঐদি মাগীদু ফাগী ওইরবোই নীংদুই অদুবু তশেং তশেং হায়রকহুদা খরদি

ঙক্কই, ফাগীবুদি ওইরবস্থ ফাগী মরক্তা অচুম্বস্থ য়াওই, অচুম্বা মরক্তা ফাগীস্থ য়াওই। মসি ঐ ফজনা খল্লম্মী অতুগা হায়, "অওইবৈ"। সোমদা প্রেমচান্দনা খঙহায় হায়রকখি, "রানগী রাবু, সে য়েংউসে মাগী চীনবালসি পামন্দনা কপনিংত্ৰা ?" ঐখোয় মরি খরদি নোকখি। কদোমদগীমো খঙদে মমাং ফান্দগী রা অমা ফংলম্মী, মহাক নৈশাবী অমনি। মমাগা মবোক্তা অহুমখক, ইমুং অতুগী অরাং অপা মানা য়েংশিল্লি হায়না। মহু তারুবদা ঐ নীংথিবা মাগী ওইবা শক্তম নারোন্দা য়েংলুই, পেনফম খংখিদে। ঐনা মমাং ফানগী রমন্দা হাংরুই, "রমন নংদি নক্রবনিনা নুংঙাইমগনি।" "নক্রগা কৈদৌরবা ?" করেম্রনা হায়বকপদা ঐ হায়ফেৎ ন্ন ঙাইতে। "ওহ্! নংদি চাকতবোরে" হায়না কস্তুক বস্তনা হায়রকই। খরা শাওনিংবা মাল্লি 'অস" হায়রগা রমন মমাই অতুম লৈথোকখি। ঐ হৌজিক্তা হংলুগী ইকাইজকই, নক্রবনা করি কান্নরি ? ঐস্থ ইথস্তা রাহং অনিরক অহুমলক হংজরম্মী। হংখিবা রাহংগী পাওখুম ঐস্থ খঙলমদে। রমনগী রা নীংশিংলুবদা খল্লস্থা, শাগৎলস্থা পুম্নমক ময়াই চবুক্তা চপ লেপখি, কান্নত্রবা আশাসে ময়েক শেংনা উখি। শর্মনা রারি হৌনা শারকপগী তঞ্জাদা ওজানা হায়রকই, "য়েংউ গ্রাফকী রুল" ঐখোয় মরি য়েংখৎলি, বাবনস্থ স্নেংখি। ঐদি ওজাগী মাইথোংহুতদা য়েং নংখি অতুগা থোং নৌরবা হকচাংদা মিহৌরুই। অনিগুম্বা রাখলসে চেনবা ছাত্রবু ঙাওশিন্নবা ছাত্র কীগদ্রন ? কৌবমখৈ কৌজরসন্থ ঐ য়েংদবা স্থযঙম ঙল্লরোই, চরা স্থকহেন

হেল্লিংদে। ঐনা ফনা হোৎনহুনস্থু, থীংবগী মায়োক্তা খরদি তৌফম থোকই, মোল্লংদা বসন্তনা অমুক শোল্লকই, "ফজদ্রা? মথঙদা শর্ম্মনা হায়, "য়েংবদা ফজবা খল্লা ল্লাংলি, ফিরোল কোমদে, খুদোম্বী অমগী অহাংবা পুকনোপ অমফাওবা পুকসিদা য়াওদে।" "অহুবুদি লৈশাবিনিদনা" ঐনা মল্লম হায়খি। "অহ ওইল্লবস্থু হাকমল্লি, মী খ্বাইগা মান্নদে। ঐবু ফজ্ঞ হায়নহু খন্দবা তাইবংমী কনা য়াওবগে, অদো মাদি ইখন খন্দবঙুম তৌই" শর্ম্মনা নোংমা হায়খিবা ল্লা হনজিল্লকই।

"অহিংগুম্না তাঙ্গা অসিদা হায়ল্লবদি চহী অসিনা লাইবক লেপকদবা মতমনি। মসিদবু মতোমতা মমায় চুমজবা ঙমদবা ছাত্রনদি কমদৌনি, মখোয় উবদা অহুম ঙাওল্লনি। তৌববুদি য়েংলুল্লিবা খল্লুল্লিবা মীহুগীদি মল্লালনি, উৎলল্লিবা মখোয়গীস্থু মরাল লৈফম থোকই, মরমদি উরমদ্রগবু খল্লমগদ্রা? অমরোমদা য়েংলুদবস্থু য়াদে, লৈনল্লিবা মরীদি ওজা ছাত্রগী মরীনি।" প্রেম্না স্থুকলেপ দেপুল্লা হায়রকপহুদা খরদি নোক্লে, ঐস্থু য়াওখি। মরক্তুদা বাবনলা র'রীহু তাখিনি হায়হুনা শোল্লকই, কনামত্তা থোশাদে। জিতনানা মথঙ পেরিওড মেল্লনি হায়রকপদা খল্লদি হল্লাওই, চৌকিদারনা হেক চংখিবগা বসন্তনা শোল্লকই, "ফজদ্রা ওজাগী শারীদে অহাংবা পুক্লোপ অমত্ত উদে, চোইনা তাল্লিবা শমলাংসিতবু কনানা য়েংবগী পেনফম ফংগদগে॥ মাইথোঙ অসিদি? কল্লি অমুক হংলুনি পুম্নমক্কী হৌল্লকফমনি। শর্ম্ম শাল্লিশে হল্লাওবগী মত্তিক কপলমগনিকো।"

"শারিগী মপোক অসিবু শায়ে অসি নত্রা? অহুবুদি পেন্তিকোং ওইনা হেক পোকলুদবা কব্বিগী মী ওইনা পোক্কনি।"
"হয় মহুত্ত তনি, নেপ্রো নুপীনা লৈথিনি"

"পৃথিবীসে মসিনা মতিক চাবে হায়বা মপোক অমত্তম্ব লৈতবনি।"
"শকথীবীদা মঙ্গল কনথংলু" প্রেমা ওইদবা পবেংদা ব্রাহ্মি য়াও-রকই মপুং ফাহল্লকই। মখা তানা হায় "শক্তি য়াদিবমখৈ ফজবে। ভৌপোক ভৌই, ভংতক ভৌই। মখোয়না তে ব্রিব-সিবু হাত্র ভাওহনবা হায়হুরা? মীনা তারগা করম্বা অভাংবো ওইরক্রোই হাগখিনি, উরগা থওগনি উদ্ভিদ্ভেদদি রা ভাংবিদবনা অকবা ওইনি হায়গদবা। মী পুরুষক মীকোক খো িংবা কনা য়াওংগে, মীদগী েপোক্তনা লাইগী মকোক ফাওবা ওইনিংলিবনি। য়াদ য়ারক্কগা পোকীরকপা ইমাদা ব্রাকংপা তাবা।"

শর্ম্মনা "চুম্মী শকসিনা কনা ইংহুনম্ব অশাবা অমা য়াওরবদি উপাই লৈতে। অশাবা অমা য়াওবদা কাসিমা শাগদৌরিবনি, কৈবাকসিমা শাগদৌরিবনি, মতোমতনদি কৈদোকুনি।"

"হোরেন যুমদা চংলগা ব্রাকংলু ইমা নুপী হায়বসে লাইরেম্বী-নিকো। নুপী হায়বসে লৈরমত্রবদি সংসার অসিম্ব লৈরুস্রোয়। জগৎ অসিদা ইমানা পোকপিরম্ববনিনা এশু মপা হায়বরু ওই-মিংঙি, মহ এগী ইরাল নঙে" হায়না প্রেমচান্দনা পবেং অমা থীদরকই। এনা হায়রুই "অশা হায়বসি অনৌবা মপোক

অমনি।" "মহুমক চুমী" শর্মনা খুমলকই, কাংজিগী মখোলনা মপা চপ চানা কাং লাওবা থিংখি।

মহাক্না ওপাই পুরকপা ময়ামহু অমুক লোয়না পুন্না চংনবগীদমক শেমশাখি। ঐনা মাহু লৌজনগে মতাঙ্গম য়েংখি, মুকপী পীরকখিসে। মীংকুপ অহুদা ওজাগী মিঙ্গাদো অমুক্তং ঐগীদা তারমগা। য়েংথংবা খোঙগী তুংইনবা platform দগী চুকখিনমী।

ওদি ঐনা খল্লিবা তাখলসে অতকপগী মশক্কি। চহী কুনহ্‌গী এবকী থাখলনি, ইতোমজা হংজকই ঐ চহী কয়া অরে? লোননা খুমল্লুই 'ত্রমাদা হোরেন হংলুসে।'

মথংগী period লেনগনি হায়বস্ত শোয়রবানে, তৌকিমার লাক্লনা 5th period তা ছুতি ওইরনি হায়রমী। কংলোক লোক্লগা খগ্নোয়হুংদা লোননা কপখি, কনামস্থু খঙখিদে। হাক অসিদা কনানা চানিং চানিংবা পুন্নমক চারম্মী, ঐদি? ঐ মপাল্লদা মাতবু য়েংজি। মঙ্গখজনা লমহেনবা ঐগী খন্নোয়রনিবু অয় তৌবা ঙমলমদে। মুক হোগংদুনা ঐ মপান্ন থোক্লকই। ওজা নুপীশিংগী common room য়োরমদা ইদা ঐনা ঐগী থীরমগদবা মাল্লবা ফিরোলগী অখিবা শেমজিনবগা মপা চপ চানা common room য়োখি। লেপ্পুবা খোঙথাংগী মামজুবা মঙ্গমহুদা ইকাই ইকাই অমুক্তং য়েংশিল্লবদা ক্রমায়ম্ভা লৈবা উদে মহাক অহু নত্তমা। মহাক থোঙ্গলোমদা চেপলপ য়েংলম্মী, করিস্থু কারদবদা ঐগা মাপা দীংচামকই। পাখংপগী মিহুল

হন্নদনা ঐ হোলদগী অমুক হন্নকই। second master-গী কাদা মহাক উবা ফংলম্মী। মহাক অহুম্না হান্নবা তাই 'ক্লাস লোয়ন্নবদি চংপা য়ান্ননি।' মহাক চংখিগদ্রা? য়াহং অনিনা খম্মোয়দা মৈ মৈহুনা লাকপদা ক্লাস য়োখি।

হাক কৌশিনখিবগা মপা চানা ওজা চংলকই। লাইব্রিক তাকপা হৌগ্রে, ঐদি থোঙলোমদা মাবু চংপা য়েংলম্মী। ঐনা মাতবু য়েংনিংলুবা মহাক্তী? ঐগী ওইবা কননম্ব খুম্বীনবা লৈরবা য়াহংনু অয়েম্বদা মুংশিংজা তিনখি। য়াখলগী দলান্দা আশাগী খোঙনা তপ্না তপ্না কাম্বিম্বদা য়োল কৌগ্রে।

ঐ লাইব্রিক্তী অমুক খমবা তাই মরমদি সাইজ ওজা তাক্না তাক্না হংডি, হংনা হংনা তাকই। ওজাগী দন্দনা ঐ অমুক মাই ওনশিল্লি, পুক্কি দদি খাম্বা ওমদা শাওনিংলুই। কমাদনো শাওরুগদববো? শাওফম লৈতে, মরাল খুদিংমক ঐগীনি। পেরিয়টতো ফনা কুইরবোই নিংবনি, উচিম মাচিম্না কাংসি তাখি। ঐনা অপাম্বা অনীংবা নীং থুংলগনি খল্লুবদা হায়ফেং নু ঙাই। মহাক থোকপ্রবরা? থোকলম্লনি খল্লবস্থ ঐ থাজরমদে। তংদাবা খঙদ্রবা য়াখল অমনা মাঙ থাহনা ঐবুদি মহাক্না শোইদনা ঙাইরমগনি হায়বসিদা লেপ্লম্মী, অজান ভারক-পদা ইশানা ইশাবু ইকাইবা পীজখি। ঙসিগী মতৌসে ঐ খাইদগী ওকপনি, খল্লয়োই খল্লুবসিনা খাইদগী হেম্না লুরি-বনি। অতাবা মীনা, অউবা মিনা ঐবু শোয়দনা হায়খিনি

মীকোক খোংন্সে লাক্লগা অমম্বা সংলোন অসিবা চংশিনবা হৌবে হায়দনা। ঐ খঙজি, ঐগী ইন্নাল নত্তে, মমন্না মপুং ফানা খিসাংপদি শাবলমমদে।

History গী ওজা চংলয়ে, ঐ হৌজিক ফাওবা রাখলদা উংলম্মী। শুমাইমথে থোঙদা মীং কুপ্পনা য়েংলুবগী থৌশাবা লৈরমদে. হৌজিক্তদা মীংলম অসিদা করিগুম্বা অমা উরুহুন্না থাই লাংখি। কনাগুম্বা নত্তে ঐবু মকোক মথৈ ওঙ্কোকপিরিবা মহাক অহুনি। করিগী মহাক উরগা পাখংলিবনো? হংবা য়াই, খুমুবদি লৈত্তে। ঐনা ইকাইহুনা লৈথকুবা তশেংনা ঙকই। অমুক য়েনুই মা শুকচং চংখিদে, বেরেন্দাদা থারিবা চৌক্রি অমদা ফমথি। চুম্না ফমদে মীবু মথুম মরাং হৌহল্লি, চুম্না য়েংদে মরৌ লৈবা মাল্লি। থোঙলোমদনি মহাকা মীং কুপ্পনা য়েংলকপগু, কা মন্নুংদনি হায়বদি শোয়দ্রে কনাদনো? খুন্না শুমলমদে কোক হোংহুন্না তোকখি। মহাক্তী উখিবরা? হরাওবগী মমি অমা তপ্পা ফাওরম্মী, অমুক মাংখি। মাগী রাখলদা ঙাংখিগদবমক থনবা য়াবা মথৈ থল্লবা মতুং মিনিট মঙা লৈরগা পেরিয়ট তাগ্রে, ওজা থোকখি। ঐখোয়গীদি ছুটি ওইরম্মী, অতৈ ক্লাসকীদি ওইরমদে।

ছাত্র লোয়না মরী মরী ওইনা থোক্লগ্রে, ঐন্দু অরোইবা ওইনা মাবু য়েংনা য়েংনা থোরকই। ঐগী খোঙথাং খুদিং মাতম্বু উনবা হোংবখি, গেঙ্গী shed ফাওবদি য়েংলুদ্রে। অচিনবা

য়েংলকই, ঐদি খাম্বা নংহে'ত্রে মাই খঙজং' ঙাংশিনখি। মতম-মতুদা ঐগী ওইবা লাইরবগী ফিজোলশিংদু মীংশিংলকই। খঙোয়রসিদা মরোল খজিক্তং চোংহৌরি মহুদি মহাক ঐগীদগী পংনেক মকপদি ওইরমদে। সেন্দল পানশিন্নে, ঐ অমুকফাও য়েংলমদনা যুমদা লাকখি। খোং ময়াগী ফৌ জিনিদু য়োৗবদা মহাক ইতুংদগী তপ্না হানগংখিরম্মী, ঐদি তুংয়ানগী শারি মচিদা ঙাওহৌখি। খৌবমু লেপলমদে, বাখলস্থু লেপলমদে। য়াহং কয়া হংখি, পাওখুম কয়ামা ফংখিদে। অয়োইবা ওইনা ঐগী লাইরবগী ফিশিংদু নিঙমলকখিদে, যুম ফাওবা হংখি "মহাক কন্নো ?"

পুক্নিদা অসুম্না লেপ্পা লৈতনা খনখিবা রাখল অমফাওবা লৈখিদে। ওসি ঐ হিংখিগনি হায়বগী থাজবা লৈত্তে।

মুমিদাংদা থাবলনা জর জর কাখৎলকই। ঐ মপান থোক্লুনা মাগী ফজবহ্ন য়েংখি। মহাও মাওত্রবা হকচাংদিনা লাম্বা হায়-বদো ফাওরমদে, পুম্নমক মানা পুক খলহনখিরম্মী। ঐ করি-গুম্বদা অম্মুম্না থাবল ফরবা মুমিদাংদা থোক্লুনা উংখিবা লৈত্তে। মসি ঐগী ইফমদা খ্বাইদগী ওকপা থৌদোক্নি হায়দবা ওমদে। হয়েং হায়না মুমিংতু লাক্তনা অহিংসিদা লমমাক্লুত্রবদি? খনফম খওদনা রাখি. ঐনা কানিংদনা কাখিবহ্ন মাংখিহুনা ওাইওমদনগী নৈরিদা কয়া চাকখৎলক্লি। ইশা অসি হকচাং খনবা মিংশেল অমদা লেপ্তুনা য়েংবগুম রাখলগী মিংশেলদা লেপ্তুনা য়েংখি। মীগী মচাদি খোঙউপ ফজবা তোংঙি, খোঙগ্রাও ফজবা শেংলি, মখল মখলগী ফুরিং লিংলী। ঐদি মথোয়শিংদো মঙদ ফাওবা অমুক্তা মঙখিদ্রি। রাখল অসিনা লোয়নাইদনা খল্লবসু ফংল-য়োইদবা রাখল অমনা তপ্পা তপ্পা মাঙহল্লি। মাইগৈ অমদা মাবু উনিংবগী আশা অমনা মাঙ থারবসু অমুক অমুক নাই-তোম শিজনীংবগী রাখল লাকই, মহ নীংবা থুংদবদগীনি।

নুমিদাং থেংজিক্লম্মী, ঐ তুম্বগে খল্লি, তুম্বা য়ারমদে। থাবলনা কোকয়াই হেনগ্রে, মঙালশিংনা তাবদা ফজহল্লিবা পোং খুদিংমক উরগা ইরা চেল্লি। ঐ কনাগিসু রাখল চোইক্লদে মাতবু খনখি। মপানগী বলব মঙালহ্ন ঐগী ইফমদা য়াম্না চৱাং-মবা ওইহল্লি, চংহুনা মুথংলুই, খরদি কোক্লবোই নিংঙি। থাবলনা

অমুম মৈথ খিবদা থেওবা অমুম অমুম হেনগৎলকই, থেওবা হেল্ল হেল্লগা মাগী রাখল হেল্লি, অমুম অমুম হেনগৎলকই, কোইনা চৎতুনা পোথাহল্লি। মগী চল্লবা মহৈথোঙহুবু ঐনা করম্না কাৎখো ঙমগদগে? রাঙাং অহুনা ঐবু নুংশি ঙপাক্তা ইরাক্লুহল্লি। হিদি পিদনা নৌ খক্তনা করম্না হোল্লুনি ইমাই অহুদা। নৌ পীরগা হি পীত্রিবা করিগীনো? ঐগী হি করম্বা মতমদা ফংগদগে?

মহৌরকপদা পুং কতানা তরুক্তা খিংল্লম্মী। ঐ পোথাবা লৈতনা মাবু খল্লম্মী অথুবা মতমদা চীন-ম্না শেংখি। ফমুং ময়াদা থম্নিবা তেবলদা ফমহুনা লাইরিক ঙাইহাক য়েংলুই। লাইরিক্তদি য়েংলি, ময়েক্তদি য়েংখিদ্রে পুম্নমক আঙৌবা শাম্নিগী ফিজিনা খুমজিল্লি, ঐবু য়েংহনখিদে মহাক্না। কানিংবনা ঙাই-ঙমখিদে, তংতনা পুং য়েংখি, লাইরিক মচেৎ অমফাওবা পাবা য়াখিদে। কপ্পদি উবমক্তদগী হৌনা কপঙ্গিংলবনি, কপ্প য়াদব-ননিনা রারেম তাবনি। হৌজিকসু ফরমদে, ফগনি হায়বগীসু থাজবা লৈরমদে। চৎনিংবনা হেল্লকপদগী ঐ ঙস্তা ইক্রুজরে, পাক তাদে পুং ৭'৩০। রানা ঙাইরকপহু ফকলাং ঘড়ীনা নুংশিবিরমানে ঐনা চাক চাবা লোয়রকপদা খুং মাপলমথাই চপ চানা তারম্মী। মখোল অহুতনি ঐনা ঙাইরক্লিবা, দাং লাৎবা মখোলহু তাবদা ঐ কয়াগী মতিক হরাৎখি। ড্রেসিং তেবলগী মিংশেলদা ঐ শমচেং হাৎলম্মী। মিংশেলদা তাম্নিবা মগুপ মগুপ তৌরবা তৌরবা ঐগী লংজমগী ঘুরিং থাজদবা

উরকই। ওকশম ময়াদা মণ্ডপ অমমা লোনমা মাইই খুম্নিরবু ঐমা হিংচাবগী মতৌওুম থংখিং থীংজিন্নুই, নমতুমা কাক্তোকসুই। উপাই মৈত্রমা ঐগী লংজম যুম্নিং মিংশেল অহুদগী মুমা মুমা য়েংলকখি। সেকেণ্ড হেন্দগী খোংগ্রোংও লৈথরকপা মাইথোংনা উকুই অমুক মানবীকুই, হম্মা হম্মা নানবীকুই, ফজরে সুকহায় হায়রকখিদে। ঐদি ওপাই মখেবু উরুদে, মলবা সেন্দলহুনা মে মে খোংলিবহু। মাদি য়েম্নথা নুখাদা চীক্না লৈজম্ন্রগে হায়র-বনি 'মীনুংশি থওম্রবা ঐনা মাবু য়াখিদবনি, অৱাবসিদা য়াওহনখিবনি, হম্মা হম্মা মেংথিবনি। ঐ সাইকল থমফম কাদা লাকই. হেক উগুা তৌই মহাক চেনগদবগী তৌবহু। ঐনা চেনবা নংদনা তাপ ফাই, ফদজিনবিরগনি খনমালে তপ্পা মমিং উইথখি, লেং লাকখিদে। থোরকপদা ঐনা বোকুল মখোঙ য়োৌবদনি মানা ৱাকং চে অমা লানশিল্লকপহু মহুদি 'মহাক্ক মাম্মা ৱারে, হম্নুরে, চাকস্নু পীজদ্রে, থবক্তি খুনাই থবক নত্তে। ঐবু চানবীয়ু হায়দুনা ক্রোক .. চী, ক্রোক .... চী, হায়রকখি অহুবু ঐদি হিংচাবনি, হিংচাবগী নিংথৌনি। য়েংদ্রবস্নু তে.ক্লো-দনা অমুক মীংয়েং অমা লুকথরবা য়েংলুই, হঙ্গংতুনা চুমজ্রিং স্কুল তাননা লাকখি।

চংনিংদা চংনিংদা লাকপনি স্কুল য়োৌবদা হায়ফেংতি হরাওই। অঙম্বহু ব্রেক ফাহুনা থোদরক্লে, গেত মনুং য়োৌবদা ছাত্রশিংগী চরাংনবা মখোল তাবা ফংলকখি। সাইকল সেদতা সাইকল থম্বদা পুং তরা চপ চানা তারম্মী। ৱাথল তোক্তুনা

ক্লাসতা চংলকই। ওয়াংশু রুটিন শিনখৌদে, কনাদগীমো অমা লৌরগা ঐ রুটিন শিনখি। অহানবমক্তদা ইহান হাননা কাম্বত্রবা নীংনিসিজা মেথমেটিক্সকী পরিং উরকই। হপতা অমদা অহুমলক থোকই মিংথোকাবা, মৈখাকপোকপা অমদি যুমশকৈশশি! পেরিয়দকী মতম্না কোর পেরিয়দ নিংথৌকাবগা যুমশকৈশগা অহুপা লাস পেরিয়দনা মৈখাকশোকপনি। ঐ মতু চীনকা কাবগা চং চশ মায়খি, তাইহাক মৈতনা য়েংলগী।

ঐগী বেঞ্চকী ইম্নবশিং লোয়না কান্নক্লে। তাইহাক মৈখগা ক্লাস মাষ্টরনা য়োল কৌরগা থোকখি। কোর পেরিয়দতা মহাক থেংকই, শোইদনা জিত্না চংলক্লগদি খল্লুবদা হুমাং কাংডি। নীংকুপ কাংদনা মহাক লাক।। য়েংখি। অময়োমদা ইম্নালগুনা কম্নিসু খঙজত্রবা ময়ামগী মমাংদা হায়নহুম ইকাইরুই, তৌশিন্নবা তাং ওইনা কান্নদগদা য়ারি শাক্রই। লাক্লরাই খল্লগা য়মন থুংলয়ে, কুইধদনা অহানবা পেরিয়দতা অঙ্ক পেপর টুগী ওজা চংলকখি। ওজামা লাইয়্রিক তাক্লফাওবা ঐদি য়াথল তৌকখিদে, মাকোইনবা মীংখেংনা থোঙলোমদা অমুক অমুক লৈথোকলুই।

থাজদনা ফার্ষ্ট পেরিয়দ লোয়খ্রে, হৌজিকসু জিত্না লাকত্রি। ইকান কান্নদমা ইংলিস টুগী ওজা চংলক্লুনা স্টদি হৌরম্মী। উবম্না উরকত্রে, লাকপরা লাক্তে, সেকেণ্ড পেরিয়দ কাওবা মহাক লাকখিদে। মতু ফাওবা লাকত্রবদি লাক্লমি হায়বগী থাজবা মৈয়মদে অহুবুদি মহাক ক্লাস মাষ্টরদি মত্তে। ওজাগী গাঙী থমকমদা মহাক চংলকত্রি হায়বদিনা মাবু লাকত্রি হায়বগী থাজবা

থম্বলম্মী। স্কুলগী গেততা মীৎ কুপ্তনা য়েংলুবগী কান্নবা কম্বিম্ম্ ফংখিদে। ঙসিগী ওইনদি মহাক অহ্ লাক্লুরোই হায়বসিন্না মাং থাহনা কাইরবা থম্মোয় ওইরুম্মি। থার্ড পেরিয়দকী ওজা চংনরে, ঐখোয়গীম্ ওজা শমুনা গ্রামার প্রিপোজিসনগী মতাং তাকপা হৌরমখি। ঐ কয়া ইতা তারুদ্রে, ওজা শমু নাতোন ঙাঙতক তাই। ছত্রমখৈনম্ থোইনা তান্নদে। পেরিয়দ অসিদদি ঐ অহ্নক হাক্লা য়েংলুদ্রে, ইমাংদা উন্নিবা গারী থক্ষমদা নঙনা অতৈদা য়েংলমদে। অহুমশুবা পেরিয়দকী মিঃ ২৫ ফংবা লানপ্রে, লাকপা লৈতে মহাক। অহুবু থম্মোয়গা পীরুবা কাচিন অমদা মহাক লাকখিগনি য়বগী পীরুবা মৈরী অমদি তপ্পা চাকখংলম্মী। মপানগী মীংয়েং তোক্লুনা থবাই তাব্রবা খুয়েংদা ব্লেক বোদকী চীদাই অমদা পুক্লিং লুপখি। অহুবু উংলিবদো কনাগুম্বনদি লাইব্রিক ফবা, ওজানা হায়বা ইনবা ছাত্র শোয়দনা মানগনি। তশেংনা হায়রবদা ঐসে স্নুন্দ্রংদা তাওরম্মী। উনিংবনা লাংতক্লুরবা ঐগী থম্মোয়বু করম্না কাওবা ঙমগদগে? মসিমক ঐম্ হায়ফম খঙদবনি। মাগী রাখলদা ঙাওগদোবগুম শাগংলকপদা থার্ড পেরিয়দকী হাফ কাংসিম্ খিংদোকপ্রে। ময়াম রা-রা চরাংনবা হৌরকই অহুবু ঐদি থোইনা থৌশারমদে স্নুপ্নতগী মহাক লাক-লমলবদিকো হায়না খঙবা মতনা উপাই লৈখিদ্রে!

ঐ হৌজিক ছাত্র নত্রে 'নুংশিবদা ঙাওরবা মী অমা ওইরক্লে। ঐগী অসিগুম্বা অরাবা মথা শাবা রাখলসে অতৈ মীওইদম্ থক্লমগত্রা হায়নম্ থক্লকখিবদা মথোঙ খঙদনা মপান থোকখি।

জ্ঞান মেন তাদনা পংচংত্তা চংলুই। জগংকী সুনা উরবা মীংসিনা ঐহাক জিত্রগী মুক্তি নত্তনা কনাস্থু উখিদে। ঐগী রাখল শেরাম্নখিগদ্রা হায়বগী চঁংনবা পোক্লম্মী, মথা তানা থম্বদি তৌরমদে। চংশদা হেল থৌর, ওজা নুপী ময়াম চংলম্বহু মীংলমদা উরুই। মরক অহুদা মহাকস্থু য়াওহনলিংখিবদো অবেম্বদা রাখলথকুদা থমহৌবহুদি ঐ পেনখিদে। মহাক লাক-ত্রবনিনা চংলক্লরোই থল্লুবদা পীক্লবা থম্মোয়সে মচেং থোক্লা কায়রবোই নিঙি। কনানা মাগী মহুং চংলক্কনি থল্লুবদা মপা চানা কাংশি তারম্মী। ঐ খোঙথাং পুহনা ক্লাসতা চংলকই, ময়ামস্থু মরী মরী চংনরকই। শর্মগা প্রেমগা রারি কম্না চীকথরম্মী, ঐদি য়ারুদ্রে, রাখল অহুদা কাংখি।

ঐনা মবু কয়াদা উজনীংখিবা অহুগা মানা থৌশাদনা লাকীদবা, কনাদনো ঐনা রাকংলুগদবা? কনাদনো ঐনা শাওরুগদবা? ইশা শানদনা রারি খরা য়াওরুরে, মাই নোনখংলকপদা মহাক্কো প্লেটফোর্মদা নীংঙাইদনা ফমদোকপা উরক্লে। মুন্না চাগদবমক য়েংলুই, মহাক থওইদনা বোই ফাক-লম্মা; ঐ অঙকপগী মথক্তা অঙকপা হাপলম্মী, মহাক করম্বা মতমদা লাকপনো হায়বসিনা থম্মোয়সিদা য়ৈবা হৌরকই, তপ্না তপ্না লেপখি। ঙাইহাক নৈরগা মহাক ঐখোয় ফান্দা য়েংলকই অহুগা হায়রকই "ওজা চঙবদা লেপখংতনা মী য়াওরেকো।" রাহৈহু তাবদা খঙনিং নীংশিংলকই ঐসে লেপখংহৌদ্রেকো। "ঙরাংস্থু লেপখংতে, ঙসিস্থু লেপখংতে অমুক পামখো হায়রিত্রা।"

হায়রমা অমিশুবা ওইনা ঐগী মীৎলমদা তারগা হায়রকই। ছাত্র ময়াম ওজাগী রাঙাংহুদা তুমিন তুমিন তাইরি। ঙরাংসু উহৌদবা ঙসিসু খঙহৌদবা, ঐ ওস্নোক্লা ইকাইরকই। ঙরাং শর্ম্মখোয়সু লেপখৎলম্লোয়, ঐসু লেপখৎহৌদে। ঙসিদি মখোয় লেপখৎলি ঐনা তরঙনা তাওরিঙেদা লেপখৎহৌদ্রে। ঐখোয়গী মকোংদগী রোসননা হায়রকই "ওজা ঐখোয়দি লেপখৎলিমা"। ওজনা নোকমি নোকমি খুম্মি "নখোয় নত্তেদা ঐনা হায়রদি" হায়রগা রা লোয়শিনগে তে বদা রোসননা অমুক "কনানো ওজা অহৌদি" হায়রকপদা ঐ শ্বাহ্ লাউই। তৌফম খঙদনা মাই ঙংলম্মী। ইকাইরিবসে অতৈরা নত্তে, মগী মমাঙদনি, ঐসে মামা ঙাওশিনবা হায়বা ইন্দবা ছাত্র অমা ওইনা খল্লমগনি।

"তু মখোয়গী বেঞ্চসে" হায়রগা ময়াম মাঙদা খুদোম্বী খিদুনা তাক্লকই। ইরাল নাঙ্জদবা বসন্তনা হায় "ওজা ঐখোয়দি লেপ্লখৎলিনা"।

"অমদি লেপ্লে, নংদি নত্তে।

শর্ম্মনা জ্ঞান তানা অমুক হায়রম্মী "ওজানা মানবা ওইরমগনি ঐখোয়দি লোয়না লেপখৎলিদা"। মখা তানা শর্ম্মনা ঐঙোন্দা ইনশীৎ তৌহনা তপনা হায়রকই "রান নং লেপখৎপ্রা ?" ময়াম মাঙদা ঐ চোপ্লা নংবা তাই মহৌদি ওজানা মীশক তাক্কুনা ইকাইরা পীরকপা য়াই। চুম্না নং লেপখৎলোদং হায়রমখদি খোইদোক্লা প্রোব্লেম লৈনরম্লোইদবনি। "ঐ লেপখৎলিনা" ঐনা শম্ভদ্রা হায়খি। শর্ম্ম নত্তনা অতৈসু ঐনা লেপখৎতবা

উহোৎনবা ওইহনানে, মরাম ঐগী মরমদা করিমন্তা হায়রমজে। শর্মগী বাদা ওজা জিত্নানা হায়রকখি "হুম নখোয় অহুম্বুদি নঙ্গে, অমদি লেপখৎজবা"। "কনাবো ওজা" শর্মনা হৈ শিংলুই।

ঐদি শাখংখোয় ইকাইবোই শম হোনবা য়ামক্তে, ইস্কুল ফুমগৎলকই।

"তোক্লো খীশক তাক্লগা ইকাইগনি মতুংদা অমুক তৌবস্থু" হায়রগা মহাক য়োল কৌনবগী শেম শারখী। ময়াম ঐখোয় কান্দা মুম্না য়েংলকপস্থু ঐদি লেপখৎপগী ওইবা পোংজবা ভৈংখি। শর্মনা নংহৌরোই মতাঙুম হায়রুই "ওজা ঐদি লেপখৎলিকো" অহুগা ওজাবু নোকফেং য়েংখি অহুমু ওজাগী মীংমেং ঐঙোন্দভা জায়কই। শর্মনা হায়বা তম্বদা প্রেমস্থ "ঐস্থু লেপ্লি ওজা" হায়রগা ফং লেপ্লি অহুগা ফমথৈ। মথঙ মথঙ ওইনা বমন্তগা কাবনগস্থু কাগী ওই করিবোই লেপখৎতুনা হায়ৱে, ওজা রা করিমঙ ঙাংলক্তে। ঐ ইকাইরক্তুনা হায়কত্রে, ছাত্রশিংনা মুকুম মুকুম শোম্নরকই রান ওইরেনে। ঐ মতু তাবদা থৌনা ফনা হোগৎতুনা হায়খি "লেপখৎলিদা"। হায়বা লোয়খিবগা ঐ জ্ঞান খরা তাই. হুমাংদি শৌবা হেনগৎলকই। মহাক ঐবু মমিং কুপ্তবমথৈ য়েংলকখি, নোকফেং তৌবস্থু মাল্লি।

ঐনি হায়নখিবতু 'ঐনা, ঐস্থু লেপখৎলিনা হায়বত্তদা ময়াম্না ওজাদা অমত্ত ওইনা "ওজাগী মীং শেৱাম্নরে" হায়না লাওম-মকই। মথা তানা "ঐখোয়গী স্কুলগী ছাত্রনবু মহম্না তৌবা হৌনদে।" ঐদি মতমদো চংনা স্বর্গ য়োম্নবনি, ইকাইবগী

অম্মানা মথকলোমদা অসুম অসুম চীংখংলি, ইশাংসে লৈতাকম খঙখিদে।

মখুং থীন্দুনা মীনম্বা ঙাংলিবা মীদো মানি হায়না হায়রক্লবদি কমদোনি। অঙাং মচাগুম থীনা চৈরক্লবদি ঐ করি তৌগনি। খল্লুবা রাখল লেম্না মাংগ্রে ওজানা তপ্না হায়রকই "তোক্লো লাঙলম্নু, ঐনা শোইত্রা মানা শোইত্রা অমদি তৌরে"। খুংতি থিল্লকখিত্রে। বা ঙাঙবা তনবা অম·দি ংজাগী বাহু অহুম লোয়শিনলমগদৌবনি। শর্মনা মহাক্তদা মাল্লমানে খঙহায় হায় "ওজা ঐরো মা হায়বদো"। ঐ মিহুন অরাংবা থাক্তা চোংবা হৌরকই, খামল্লুবম্নু য়াত্রে, উপাইম্নু লৈতে। হায়না হায়না ওজানম্নু "নত্তে নংদি" হায়রক্লে। প্রেমম্নু হায়রুই, নত্তে হায়খি, বাবন অমদি বসন্তম্নু দোং দোং হায়রম্মী। নত্তে লোয়না হায়রক্লম্মী। ঐম্নু হংল্লুত্রবদি ঐনা চৈরাক ফংলগনি। মখোয়দি নুংঙাইরম্লনি, লাল্লুবা ঐদি ফম্বা ঙমলকত্রে। মহুগীম্নু মথক্তা ওজানম্নু ইকাইবা পীরক্কদৌরে। ঐ খঙশাও শাঙনিংলক্লুনা "ওজা মপান থোকলুগে" হায়রম্লগা ক্লাসতগী মপান থোরকখি। ময়াম শোন্নহৌবহু খঙনা খঙনা, তানা তানা তাশিন্নদনা থোরকপনি। খোঙকাপ মরি মঙা লাওনা চংলবা মতুংদা ঐনা হায়রমদবগী ইথক্ত শাওনিংলক্লম্মী। ঐদি হংহৌত্রবনিনা লেপখংত্রিবসে ঐনি হায়না শোয়দনা খঙলমগনি, খঙকমম্নু থোকই। ঐনি হায়হুনা খঙহনবা চুমদে খন্দুনা খুনা ক্লাস মনুংদা প্রপ প্রপ চংলকখি। ঐ য়াথং অমত্ত য়াওদনা চংলকপনি,

ছাত্রশিংনা ঐবু উয়গা পংনোক্ত নোকপা হৌরকই, ঐদি ইকাইবনা মাইপে ঙকশং ঙা.লম্মী।

ওজাগী মীৎযেং ঐঙো দগী তোকখ্রে, লাইরিক তৌনবগী শেম শাখ্রে। ঐনা হেক ফম্বগা রোসননা "ওজা য়ান তাম্নে লেপখৎত্তবদো"। ঐ হায়রগুম থোনা লৈনা হায় "কনানা হায়রিবা ঐ লেপখৎতে হায়বদি"। শর্ম্মনা নোকফেং তৌরকপদা ঐ অমুক্কা হেন্না ইকাইজখি, হায়দগী শরুক চায়না খুজিং ওইরগা হেলম্মী। রোসননা থুনা খুমলকই "ওজানা হায়দ্রবদি কনানা হায়গনি"। ঐনা অমুক হায়রুই "হায়জিনবনি, ঐ লেপখৎলি।" মাগী অসিগুম্বা মতৌসে ঐ শাওনিংবনা মফম খঙলমদে, ঙকস্নু ঙকই মহাক! শাওনিংবা নীৎযেংদা ঐনা মবু য়েংখি, ঐ মীৎ চান্নবা ঙনদনা লুকথখি, মহু ঐগী ইরাললনি। মহাক শাওরে ঐ খঙ্ঙি, শাওনিংবনখৈ শাওজসনু করিগীদমক ঐনি হায়রকত্রি। রোসননা চৈরক্কুদা অমুক হায়রকখি "ওজানা হায়জিনবনি হায়রমানে, কনানা লানবনো ওজাগী য়া অমুক লাক্লে"। ওজা ভিক্তা পাউখুম চপ চানা পীরকলমদে তপ্না ইংনা হায়রকই "তোকলো, লাইরিক তৌসি। কাম্নদবদা মতম মাংহনখ্রেসে" অতুগা মহাক দসতরনা হাননা ইরম্বা চোক্কী মমি মুৎথংলম্মী। চীনগনবা রোসননা ঙাইহাক্তফাওবা লেপ্পনা হায়রুই অমুক "ওজা অচুম্বহু হায়সি, মহুদা করি কাইবগে। ভাপ্পা শারগা ঐখোয়গী স্কুলগী ছাত্রশিংবু থাজবিরে"। ওজাগী খোন কনখৎলকই "তোক্লো, য়া ঙাঙব্রেদা।" রোসননা ইকাইফমদি খোকপনি অহুবু

অকনবা খোন তারগা এৗনত্নম হেন্না ইকাইজে, মতু এঙোন্দা ঙাঙবনি।

ওজাবু মীনম্বা ঙাঙদীনি হায়রুনস্সু পংশোন্দা শোইযে। এৗস্সু তাখি মাস্সু তাখি। এৗ ওইদবা ঙাঙ। মী হায়লস্সু ওই-রুবনা মাই পাকপী হরাওবদি তোঃমদে। খঙহৈদনা মহাক্না ছাত্রশিংগী মমাঙদা ইকাইবা পীরক্লনি খল্লবদা হমাং কংঙি। করিগী মহাক্না এৗবু চৈরক্লে, এৗনা হায়রুম্বা খুদোম্বা থীন্দুনা নংদি লেপখংতে হায়রক্লবদি ঋা শল্লনি, এৗস্সু মতুদা মীনম্বদি চারোইদনা। অতুদি নত্তে এৗ লৈত্রগা এৗনি হায়বা, এৗ লৈরগা মচিন পান্দবা। মা ওজাগী শরুম্নি. এৗ ইচম চম্বা ছাত্র অমনি। ময়াম তুমিম তুমিন লৈনব্রে, শর্ম্মনা এঙোন্দা খুনিংমা থিন্দুনা হায়রকখি "ঋান নং লেপখংপ্রো অশেংবনী"। "নংনা খল্লিবা চুম্মবনি" এৗনা হায়। মহাক ঋা ঙংলকখিদ্রে, শর্ম্মনা খল্লিবতুনা করি? এৗ খঙলমদে, মাদি খঙলমগনি।

সোমদা ওজানা প্রাফকী তাক্লি। মহাক্না ছাত্ররোমদা য়েংলগা হায় "সে এৗ খুদম অমা পীগে। এৗখোম্বনা প্রাফ য়েকপদা স্থপ্রজংগী জ্ঞান, থোরম অতুখক্কনি। সে য়েংঙকো, ক্লাস অমদা ছাত্র খরবু লাইব্রিক ওম্বী। ছাত্রশিংতু পুকচেল মান্নদবা খরা মান্নবা খরা য়াওরম্মী। পুকচেল মান্নবনা 10p ওইরবা অতুগা মান্নদবনা 25p পাইবা ওইরবা কো। অদুগা অপুনবা ছাত্র মশিংমা 60 ওই হায়রনা লৌসি। অপুনবা শেনফম্না লুপা 8·25 অতু ওইরবদি পুকচেল মান্নবা 25 paise পায়বনা কয়ানো?

অহুগা শাম্নদবা 10 paise পাইবনা কয়াক্নো ? নখোয় হোৎতুনা য়েংঙু, ঐদি হংগনি ।"

ঙাইহাক ছাত্রশিংনা হোৎনবা মতম পীরকই অহুগা ইকুই কুইদনা শম্নদা হায়রকই "রোল ৫ নং হায়য়ু, পুকচেল শেংদবা মশিং কয়া লৈ অহুগা অশেংবনা কয়া লৈ ?" শর্ম্মনা ঙাইহাক খঙ্গুরগা হৌগৎতুনা হায় "ওজা পুকচেল শেংবা ১০ পাইবা ছাত্র ৪৫ অহুগা পুকচেল শেংদবনা ১৫ লৈ ।"

"চুম্মী ৪৫ গা ১৫ গা ৬০ নি। মসি পোৎতবু ওইরবস্নু, মশিংদবু ওইরবস্নু, রোলদবু ওইরবস্নু; পৈশাদবু ওইরবস্নু ওই-ছনবা অমা ইয়া য়াইকো। অতৈস্নু হংলকনি, হোৎতুনা য়েংক্নো।" ঐদি হংগ হংক্নো হায়না শীংনখিবদা মানা অমুক্তা কিহল্লকই "খঙজগনা মশানা খঙনা মখক্তা নত্রগা ঙসিগী এপসেন্ট ওই-হনবা।" ঐদি স্নুকহোং হোংখিদে, স্নুকয়েং য়েংখিদে। অকোন-বদা ঐস্নু লেপখৎনবা হায়রম্মী হংলকই "মানা হায়খিবসি চুম্ন্রা ?" ঐ মহুগী পাউখুম পীবদি লাইয়দনা ইকাইবনা শাওহল্লবা ঐগী চীমসিনা খঙদে হায়রম্মী। ঐ মঙোন্দা য়েংখিদে, লৈমাই মথাগী অকাইবা অন্রদা য়েংখি। অহানবদদি ঐ করিমত্তা খল্লমদে, খল্লু খল্লুরগা মাগী রাহংহু মরৌ য়াম্না লৈরম্মী। মহাক্না ভারিবা ফোলহু রোল ওইরবস্নু হায়বা অমা পল্লি। পুকচেল শেংদবা ছাত্র মশিং ১৫ অহুগা রোলদা ওল্হোক্লগা ১৫। কনাক্নো মহাক ? ঐ নত্রা ? ক্লাস অদিদা মী ৬০ লৈ,

মসিনা মশিং অহুম ওইহল্লো অহুগা ৬০ স্থ মশিং অহুম ওই-হল্লো খুদম অহ্ য়াম্না পেনখিদে, থবাই মঙাসে প্রোক প্রোক চাকই। মসি কনাস্থু খঙখিদবরা ?

"ঐনস্থ চুম্মী হায়গ্রে, লাইস্থু লাইবনি॥ মসিদা খঙদ্রবদি কমদোগ‍্‌ন।" হায়রগা মহাক্কা মখা তারকই "কাওরমু পুক্লিং চঙদবনা অহানবা খঙদবগী লম্বীনি।" শর্ম্মদি ঐঙোন্দা খজিক খজিক সেংলকই, মহাক খঙলগনবদি মাল্লি তশেংনদি খঙখিদে।

ঐ পেরিয়দ তাবা ফাওবা মঙেন্দা করিমত্ত য়েংলুগ্রে, উংবদগী উংলবা উংপংদা ওইখি। পেরিয়দ লোয়গ্রে, জিত্না থোকখি, ঐ য়েংলুদে। নিংশিংলকই ঐ মহাক্কা লেপখংহল্লমদে, এপসেন্ট স্থ পীখিদে। মহ্ করিগীনো ? লম্বী অমত্তা ফংলমদে। সিক্স পেরিয়দতা মহাক ক্লাস লোয়রমানে চংখিরম্মী সেভেন পেরিয়দতা ঐস্থ হল্লকখি। ক্লাস হৌবদগী লোয়বা ফাওবা ঐহাক্কা ওইখিবা ফিভম য়ুমদস্থ মফোক্কগী লেপ্প লৈতনা খনখি। শাগংলম্বা আশা অমুক! অমুক কাইখিবদা ঐ চানিং থক্লিংবা ফাওরমদে। উরগা থৌ-ব্রা শাদে, উগ্রগা উনিংঙি, ঐ হয়েং অমুক ঙাইরম্মী। খল্লম্মী মহাকী খুদমহ্ করম্বা খুদমনো ?

বৃ.রিগী ঐনা অসুক র.রিবা অহুগা মহাক্না করি খল্লিবা, ঐ হায়ফম তৌ.ফম খঙখিদে। ঙসি ঐনা মাগীদমক লেপলুবা অঙকপগী মশাক্ত, থাজবগী রাংমদনি। তশেংনমক ঐ রাখলগী জগংতা ফিপসিগুম্নানি অহুগা রাখল অহুনা লম্বেল অমত্তগী ওইখিবনি।

শ.গালশেন ঙ্গমিংঙ্গি মাগী পেরিয়দ থে'ক্কে। স্কুলদা ঐ ওম্ন-খোইনা মতম লেনখি। নো.মতং উহৌত্রবদি ঐগী থম্মোয় মথক মথা ওনখি অহুবু ঙসিদি উরোই.দৗরি করিগুম্বা ঐনা থরাই য়াওনা মপান থোক্কুনা য়ে.হৌত্রবদি উবা ফংলোয়। অমরোমদা ইকাই, ঐনা তান্নরিংসি মঙাক্লী হায়হুনা ঙাংনর-ক্ল'দি ঐ শিবগা চপ মান্ননি, ম.সু চোপ্লবা য়াই। অসিগুম্বা ইকাইবা, কিজবা নমথেক্কুনা মাবু হন্না হন্না য়েংনিংলিবা করি-গীনো? মহাক অপসারাদগা হেন্না ফজবা ওম্বা অহেনবা শক অমা য়াওই। অপসারা ফজবা ওনবগী খুজিংনি, ফজবা ময়াম পুনশিল্লগা ওইখিবনি। ঐগী ইফমদা মহাক কয়াগী মতিক ফজখি, মাইগৈ খুদিং ফজনা উরম্মী। সেকেণ্ড পেরিয়দতা গেজ্ঞগী মহাক চংলকই। মীৎ কুপ্তুনা ঐনা মাবু উনবা হোৎনখি। লেপত্রবা গ ড়.গী খোঙলৈদা গেজ্ঞগী সেদ য়োবদা উহৌবা মাগী ফজবশিংহু থাহুনা ইবদা লোইগ্রয়োই। শম্মা হেক পল্লবদা উবনা অরোইবা দেফিনিসন ওইগনি। অঙাংনা মৈগী মগুন খঙদে, অহুনা মৈ পাই,

ঊশিন্দা চোংথৈ। ঐস্মু নুংশিবগী মগুন শঙ্গ্রি, ইপাক অহান্দা চোংখনিংলি। তহ! নহাকসে কয়াদা ফজত্রবা?

মতিক চাবা পাওদত, লিপচতিক, অজনবা শাঙ্গি পুয়মক্কা ঐগী মীৎফমদা অমুক্কা েম্না ফজহল্লিবা। তুংয়ানগী হায়রিবা হায়রিবা শমলাংসিনা ঐবু মতম পুম্নদা কীহনা থম্মী। মমাং মতৌগা ঙসিগা ওন্থোক্কা খেৎনরিবা করিগীনো? মগী মাই- থোঙ উরগা কননবু পেনগদগা? কেকথক্তগী নুংশা মঙালনা মগী মাইথোঙদা ময়রকপদা মানা মমৎ সুকখিবহুনি ঐনা কাওবা ঙম্রোইদবদি। ঙংক ভৌবা চনবালনা মোকফেং ভৌরকপদদি ঐ হেলোয় ওক্নশুম রাম্ব্রো। খঙদে হায়কম খঙদে মহাক ইকমন্না অমুক্কা মতিক ফজরম্মী। লাইমচাবু ঙস্নীনি, ফজবা পুয়মক্কী হোরকফমনি। হনৌ নৌবা শক্তমহু ঙসিদি উদনা চৎলগনি খল্লুবদা অমুক্কি পংথৈ। ইশানা ইশাবু মরাল পীজে, মহুনা কম্নবা করিস্থু কখিদে। অবোহবদা মহাক্কা অহুগুম্বা নিংথিবা ফিরোল শেৎলক্লিবমো অহুগা অহানবা মুখিংতদি য়াখিদবরা? হায়গসিতনা মাঙ থাহনা রাকং কয়া হংজখি, পাউথুম সুকথুম খুমনকখিদে।

লাষ্ট পেরিয়দ তা মনিপুরী গ্রামার থোকই, ঐ মাবু য়াম্না উনিংবদগী ইকাইবা অশোনবা হন্দোক্নুনা মথান থোরকখি। ঐনা বেরেন্দাগী উখোং অহুমম্নুবা য়োবদা ভিন্না বেগ মুরৈনবা অমা পাইরগা কম্মন ক্নমদগী থোরকপা উরম্মী। মহাক ঐগী

লোইদনা থাবকম থোকই মতিক চাম্বা মী অমা। ঐগী লাইব্রেরী লাইরেং, লৈতবনমু পং ভংলি। অতাং ওইখিদেদো ইমুংনা চাক্কী মহুত্তা উপোয় উতিনা পুক থনবা চাখিবগু খল্লুবনা য়াম্না নুংঙাইরক্লে। ফজবা ফিরোল অমকাওবা শেং চায়রক্লে। কদাইদগী চানি, চানিংঙাইনা লৈত্রবদা। ঙসিমু অহুনবাই থোইনা অমাঙ অতা লৈতে। থোঙগ্রাও লৈতে, ফুব্রিং লৈতে অমত্ত লৈতে। হন্দক ঐনা তৌ ব্লিবা মতৌসিগা শাথিনা শেং-নন্নমী। পংগ্রবা সাইকল অসিনা ঐবু স্কুল ফা বা খীনবী-ব্লিবনি, ঐবু বাহন্দ্রিবনি, কদাইদগী অমুক ফজদ হায়হনা লংথোকলুবা য়াব্রিদা। লাইব্রিকনে হায়হুনা থন্না তমশিল্লুরে, লাইব্রিকী মরমদ, করিমত্তা অয়েংপা পীবা য়াদে। নীংবা থুংদে হায়হুনা কপলুবা য়াব্রিব্রা? কপলুবগী মমল করিমু ফংলোয়, কপ্পগী তাবিন্নবা ফাংবা লৈরোই। অসিঙগী মচা অমনা নীংবা থুংগদবসে করম্বা মতমদনো? অহবু ঙসিদি ২ঙ মঙল।

অমরোমদা ঐসে থবাইনা হন্দোক্লম্নবা মরীদি ভংত্রিবা হকচাং পোলাং অমগুম্মী পৃথিবী অসিদা ঐগুম্না থবাই খুংঙাইত্তবা কনা অমুক লৈরমগদগে। সহরগী গলিদা তাহুনা লৈব্রিবা অশিবগুম্নবা মীওইশিংহু উরকপদা হংলুথা ঐ ইথক্ত অপাংবা তাথি, থন্না থন্না পি তৈথোকলুই, অরাংবা বিলডিং উরকপদা প্রদাক তাই। হন্নাওবমু য়াদে, খুংঙাইত্তবমু য়াদে মরক্তা চল্লগা চপ মান্নবমী। ইমা ঙসি নংনা পোকপিন্নমহনা অসিঙবা কায়ত্রবা বাখল অসিগী মকোক ওইরক্লিবনি। পুক্সিসি

ইমা [illegible] রাজ, হিংলে [illegible] লৌ, চেংখি। মথামশিংদি লৈপাইদুনা লাক্লগা হুংজোইবা হ ররবু ওইসেয়োবিরমি। ঐদি লাল অদি ম্রাওক্লপদক কৌইদে, ঐঙ্গু খাংমিডি ইয়া। জগৎ অসি অরাবনীরু অপুনবা জগৎ ওইহনলিন্নি ঐনা খজোর পোক্লা মু ঙাইত্রিবা।

লোয়বা নাইজ্রবা রাখলগী ঈপাক্তা ঐ তাওহনা চংলুরে। ঐনা অসাম তারকপদা মুশিংনা চীংমুংদা চংলয়ে। মথা হেম-জিলক্লগা চীকপা হেনজিল্লকই, চীকপা হেল্লগা রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। অতিয়াদা থরানমিচাক্লা বুকেং কাকেং ঐখোয়বু য়োলি, মরক মরক্তা ঈশৈ ফজবা তারকই, লৈনম মুংশিবা নমলকই, মাঙদা পুল্লি মপানগী মন্দির মথাদা চাংরবা খাবল্লে অমা উয়রকখি। থংনবগী দলান্দা তেপ ম। অমা উখি, মহাকপু তংতনা নীংশিংকল্লী। হায়দোকপদা মরিক চুমত্রবা অরোনবা থঙ্মোয়ডগী ওইবা রাখল অমদি মহাক্তা হায়খিবদাই 'মীশক খঙাবদি ইকাইখিগনি।' রাহৈ অসিবু নীংশিংনুরবদি মানা ঐবু মতম পুম্বগী ওইনা পুরি নুংশিবগী লাংদা।

মাবু উরুবা নু মতগী সান্তি ফংলক্রুবা ঐসে ডসিম্থু অহোংবা লৈরমদে, হেমহুম চরাংনখ। মীওইবনা চরাংললবা মতমদা অচিকপা থিরিবা কংগীনো? অচিকপনা পুমমকী হৌরক-ফম্ম হায়বসি খঙমা খঙনা চংলুবনি।

মহুদি মীরাওখোল তাত্রবা মতমসে মখোয়গাদি পোথা-মফমি, তশোংনা পোথা রত্র? ঐ হায়কম খঙদে। খলম্বা

থাম্নগা মাগা চৎকিমমনি। ঐ মা অমা হৌদোকখুই "ওমা ঐ মা অমত্তং হায়জগে শাওবা মাদেকো।"

"অশঙবসিদি ওআবু শাওবা হৌমদ্রো?"

"ওজা হায়মগে।"

"হায়মো কৈদৌগে।"

"ওজা অঙৌবা মচুসে থঙজিদনা।"

"উম, কদৌমবা।"

"মচুদা অঙ'ঙবা মচু অমা শঙলবা। ওজা মচুগী মচুহ করি ওইগনি।" মচাকা ইশি শিনা নোকই হায়রকই "ঙাওবো মচুদি অঙাঙবা অচুম ওইরমদি।"

"অঙৌবদি কদাই চৎখ্রে ওজা?"

"মাঙখ্রবহৃদি মংমা অঙাঙবা শংখ্রবহৃদি।"

"মাঙফম থোক্তেদা ওজা, মচুহুনা অকোকপা ওইরগদি থাদোকপদা অঙৌবা মচু ওইরক্লোইদ্রা।"

"মচুনা অকোকপা মচুগী বানি, কোকবা মচুম্ব লৈ।"

"মচুম্ব ওজা মুম মুমিং খুদিংগী নোংয়াহি জাহুনা লৈরবদি শোইদনা থবদি কোকনি।"

"কোকচবমা কোকচবনি. কোক্রিকৈ মতমহুদি অঙাঙবনি কোকপগনা অঙৌবা।"

"ওজা মীংত্তা অঙাংবমা খুবথিবগী বানি, মঙম্দি মাঙদেদা।"

"করি মচুনো হায়দনা অচুদি।"

"অঙৌবগী অঙাংবা।"

"মহাদি নংবা ভাবনা শারগা হায়বনি, শংলগদি ?
"অঙোবগী অশংবা।"
"নাপুকি ?"
"অঙোবগী নাপু।"
"অঙোবদি ?"
"অঙোবা।"
"মচু ওইবা য়াদে, চৎনদে।"
"ওজা ঐ খরদং হায়গেকো। অঙোবগী অশংবা, অঙোবগী অঙাংবা কৌ হায়বগী রা নত্তেদা। অঙোবা মচু মাওখিদে হায়জবনি, অঙোবদা চুরিবনি মচু খুদিংমক। সংসার অসিদা মখল মখেলগী পোৎ লৈরি। মচুগী মন্নংদা মচু অমা। অঙোবনা মচুগী হৌরকফম। প্রোতোপ্রাজমা অহিংবগী হৌরক-ফম অদুগা অহাংবনা পুম্নমক্কী হৌবকফম্নি। অঙোবদা অহোংবা লাকপদুনি মচু অমা. প্রোতোপ্রাজমদা অহোংবা লাকপদগী জীব, পাম্বী কয়া অমা থোকখ্রে। অমুম্না পোৎ খুদিংমক্কী ওইবা হৌরকফম লৈ, মচা খাইনা পীক্লা পীক্লা য়েংঙবদা পুম্নমক্কী হৌরকফমদি অহাংবনি হায়না লেপ্লে। চাওনা চাওনা য়েংবদা মীগী হৌরকফম য়োংজাওশিংনি হায়নৈ। অদুগা অহাংবদি কদাইদগী হৌরকই ? মসিতংদি হংবা য়াদে মরম্দি মসিনা অহানবা পোৎচংনি পুম্নমকসি ওইরকপদা। মখিগী হেক হৌরক-ফমদি অহুমনি, অহুমগীদি অনিনি, অনিগীনা অমা।

অমগী হৌরকফম ময়াম্না খণ্ডনরিবা জেরে, অমত্ত লৈতবা।
জেরোগী হৌরকফমবু করিনো? মসিগা চপ মান্নে।

অনৌবা পোং অমা শেম্বদা তঙাইফদনা পোংচং অমা
তিনশিনবা দরকার ওই। মী ওইরকপা হোংনবদা অনীথক
চণ্ডি, মমা অমদি মপা।" ঐগী রাহু তাবদা মহাক ইশি
শিনা নোকখিরম্মী। মরৈ তুরৈগী রা ভাংলকখিদ্রে। ঐনা
অমুক হায়খি "ওজা ময়াম পুম্নমক্কী হৌরকফম অমত্তমক্তা হায়জ-
বনি! ওজা ঐ খুদম অমগা হাইজগে। পূন্সি অসিগী চপ
চাবা অর্থ খণ্ডলব্রা?"

"পোক দগী শিবফাওববু পুন্সি কৌদ্রে?"

"হুয় নত্তে, চুম্বুদি চুম্মী মহৃদি চীনিনা থুম্লিবসি থুমহুনা তৌরিবনি
হায়বহুগা চপ মান্নে।"

"অহৃদি কনানা হায়রিবা?" হায়রগা মহাক অমুকম্তু নোকই।
ঐনা মখা তানা হায়রম্মী "মীনা হায়দ্রবদি লাইনা হায়গদ্রে?

"ঐদি হায়জদে।"

"হায়দ্রবস্মু রাইহৈহুনা তারুবনি। ওজা পুন্সি হায়বা ফৌহু
খণ্ডিবনা।"

"নংগী ওইদ পাদহু খিং তৌরকঅনুকো।"

"নত্তে .... .... নত্তে ওজা, চপ চানা প্রমান্দো পীগদৌরিবনি
মহুনা লোয়গদবস্মু নত্তে। তাদ তাও হায়বা লোয়রগা মরৈ
তৌরকঅবদি য়াদে, হায়রিৈঙদা মরৈ তৌহুনা চুমথোকপা।"

"চুমব্রা য়েংগে হায়য়ু।"

"ওজা ফাগীদি নত্তে!"

"হায়গদৌবহুদা হায়য়ুবা "

"পুন্সি হায়বা ফৌহু খঙলিকো।"

"উম, ঐস্নু চারি।"

"মচংদি মহুদা লৈরে ওজা।"

"ঐস্নু চারি হায়বহুদা।"

"মহুতা নত্তে, লোয়না মরু ওই।" মহাক্তি ঐবু অঙাওবগী মতৌঙুম লক্লরম্মী "মসিদবো" হায়রগা অমুক নোকই। "ওজা-মদি খঙত্রিবনিনা নোকখিগনি। ঐদি মহু ইচম চম্বা অর্থ চেনবা র হৈ অমনি হায়না লৌজৈ।"

"চাক চাবা হায়বসিদবু .ক'রি মরুনো। চুম্না চারগা হিংলি হায়বদি য়াই। মসিন্না অর্থ।"

"ওজা থন্না থন্না লাকএ রাখলদো। ঐ হায়গে, ওজানা চাক চাই, মহুদগী মখল মথেলগী কান্নবা ফংল্লে নত্রা ওজা? অহানবদা করি দরকার ওই হেক উবদা ফৌহুনি উরিবা, চেংহুনি উদৌ-রিবা। ফৌহু তকথোক্লগা নত্রগা স্নুরগা, থোংলগা চারিবনি। চাক ওইনবা হোৎনবদা শীং চংঙি, মৈশা চঙঙি। ওজাবু করি ···· ···· ···· ।"

"চুম্মী চুম্মী মথা তাও" নোকদবগীদি থৌরাংলি। "অহুদগী ঙসাই চাক থোংবদস্নু লৈরুং য়াওক্রবদি থোংবা য়াপোৎ নত্তে। কোজ অমা চঙলিবা, ঐদি কাওবু কাওরুরে ঈশিংনা মরুন্নি, থাবৈ চঙঙি, চেগপ অহুদগী হোরেন থিদোক্লবা দা নত্রগা পুখম

অমা দরকার। সিন্থ চাকথক্তগীদি, ইনশাং য়াওন্নি। কন্নি লৈন্নি ?" "লৈরে য়হুমা লোয়রে।" "ওঙা থোংবনীদি লোয়রে। চাবদদি, য়া চংবা হৌরে, খুং চংলে। ওসাই ময়াবদম্মু শাঙ্গলন লেয়রমা ভোগদৌন্নিবনিংকো। ফিম চংই, অস। অ্যাম অ্যাদম্নথৈ চংগ্রেদা ওঙা। ওসাইমথৈ কাওথোক্তুমা লৈকয়ে কৌ থাবদা কন্নি চঙ্ঙি ?"

"হায়বিরকঅমু থঙরে। হায় চংঙি, লৈয়াক চংঙি, শার্কল চংঙি লে। লোইনবা যন নত্রগা ত্রেকম চংঙি অহুদগী হুংশা চঙি, ঈশিং চংঙি লোয়রে।" "বোরা চংঙি হাপ্লবা, কিনবা চংচি থৌরি, হার হাপ্লবা বেরগ ক্তী কাংক্ময়েনে। গাড়ীদা হোম্লোক হোক্লিন তে য়গমা গাড়ী চংলবা। গাড় গী চাক থাও চংদা ? উ, চংয়া ? উ থাইবদা হোয়াই চংত্রা ? হোয়াই কন্নিা শাই! য়োংমা শাই। ওঙা লোয়দু নাইন্নিত্রো ?"

"মহুদি মথৌ লৈতবা মীগী য়াদি।"

ঐ স্থম মো ক্লিংলকপদগী মোক্লা নোক্লা হায়খি "পোং খুদিংমক দয়কার ওই হায়বসে চুম্মেকো। মন্নি লোয়মা লৈমৈকো।"

"ই........ ঈশিংগা আদগী উচেকসিগা মন্নি লৈমত্রবে!"

"মহুমহুম য়েম্না লৈম্নে। উচেক ঈশিং থকই, থকত্রা ? হুংশিংত্তা ঈশিং য়াওই, ঈশিংদা হুংশিং য়াওই। হুংশিংত্তা উচেক্লা পাই। অস! উচেকা হুংশিংককাও হায়ব্রে।" মহাক ঐগী বাহ্ ভাবদা হম্না হম্না মোকথিয়মী। "ওঙা ময়ামসি ময়ামসি চুম্নীকো। মসিগী মখা অসিবু য়ুম্না চংপহ্নি পুন্সি হায়বহ্। ওঙা কৌ পুন্সিহ্ চাবদগীদি মত্তে, মোইয়াংকৌ

চারবন্দ্‌ অহুম য়াই। য়েনবীদগী য়েমাও লাকই, য়েনা ওপুগী য়েমরী লাকই হায়বহুনি ওনা।"

"— খঙদে।"

"অদুদি ওঙাগনা ঐগা অমী লৈরে হায়বনিংঙু য়াদ্রেকো।" মহাক ঐবু কৈমা য়েংলকই। লৈরেন্সু হায়রমদে; লৈন্নদেস্সু হায়রমদে ইক ইক তৌরমা লৈখি। য়াম্লিংবদি মাঙ্গিল পুং অহুম চপ চানা মীংকপ থোকখি, অমুক তুমখবি ঐ।

ইরাইশু খঙহৌদনা চৎখ্রে। হয়েংমু মাগী পৌরিরন থোক্তে। মমাংদুমে ঐনা কুল কানিংলমদমহ্ত মাঙবে, ঐ শোম-দনা শুজ এটেল্লেন্সপু ফংলগদ্রা হায়নসু খল্লকই।

থাংজ নুমিংসু কয়িপুস্নদা ঐ মঙোম্দগী লাপথোক্লকবশুমী, থঙোরজিদা লিকুনা থমহোংগদবা থোইদোকপা মাফম অমত্তা লৈখিদে। নোংমতং উরক্রুবদি নুংশিবগী মহাও কৈমম্বাহই মিংই।

চুটি নুমিংকা ওইরনে থাংজ নুমিংমগী দাও কাদমদে ঐ চিংথোক্লকপা নুমিং কারপুমসিয়া হায়নসু খল্লকই। ফিরোল পুয়মক সুদোক চামথোকখিং অরাইবা ইস্তি অমমা নামমা ভরুপী। মাস্তা সেম্দলহ্ তক্কুনা থরদি মানমহনবা ওইখি। ঐগী লৈজরিবা পুয়মক মনমহ্ খরদি নাকে। থাইদগী অযুক নুংঙাইত্রিবদি ঐগী অমমবা কোক্লবা মংনা লৈত্তেলবা নুপা সাইকলচুমি। নোকু-চাওবা সমাজ অসিদা ঐহু হুলি, সমাজ অসিবু পুথোক্কুনা চৈরক্লবসে অতৈ কয়িসু নত্তে, মীবা থুংদমদগীনি। তোমবুদি ঐসে তিনয়বা ইমান্নবশিংদগী থরমথৈদি তোম্হয়ে। লাইরবদি মাইগে খুদিংমক্তা ইচম চন্নদে। মীমা ফজবা ফুরিং থোঙপ্রাও শেংলি, ঐমা থাইদগী মমখা অমা শেংলি। ঐমা থাদগী ফজবা অমা শেংলুই, মীগী অত্তাবমন হেন্না ফজরগনী।

ইমানা ঐবু নুমিদাং চাক চাবা চঙবদা লাইরিক ইপা পাত্রবদি কৈদোরে হংজখনি অহুব ইকো ভাশিন্নদা মাঙহল্দুমা ঐগী কয়ি ইনশাংনো হায়রক্কুনা নমহংখি। ইমানা ভলং হানমগ

হায়রকখিবহুদা ঐ ঙাইহাক্তী গিতনাগী রখল চাইথোকলুই। চাক চারবা মচুংদা ইকাইবা ফাবা হায়হুনা লাইরিক খরা পাশিনখি, লাইরিক হৈত্তবা ইমামদি মচাগী মতো উবদা অমদোমদা হুংঙাইরবস্নু য়াই। পংপাদা পাই সিমা ফারে কারবা পরা অমত্তস্নু মাওরমদে। অস্নুম্না মে সুঙবা পাবসে ঐগী খ্বাইদগী ফত্তগনি খঙদা খঙবা থাদোকপা ঙমদবনি। করাইনগী ঙরগনি, মীংনা ঙাওবস্নু নত্তে, মাকোংনা ঙাওবস্নু নত্তে, মাখলনা ঙাওবনি। করম্বা মতমদসো মাখলনা মুংকনবদো ?

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা পাখিবা লাইরিক মপা অস্নুম অস্নুম হৎরক্রিবগী মমন ঐস্নু খঙজে, হায়দোকলুবা ঐনা ইরালগী মক্তনি। ঐনা ছুবা মায়ক্রাসিস্নু ফননি কুইরে, স্নুন্দা ভাওহুনত্তা লৈবনি। মীওইবসে নোংমদা কয়রক মোস্ত্রংদা ভাংবগে ? করম্বা মতাঙদনা খিং মম্মী ? হংবা মাবা রাহংমি।

ঙসিস্নু ঐ কমাদি কনিংহুনা চংখিবা নত্তে, মাগী মৈমি কংজনবগীদমক চংপনি ঐমা মাবু য়েংনিংবনা খোয়াংবা হান্নবগী তাদে হায়নহুম হেমগংপনা ইশরুক ওইরকই। কাস্টপেরিমদ কাওবা মহাক লাকখিদে। উংহৌদনা ঐ মুম হনখিনি খন্নুবদা ঐগী পাজল লাকই, মপালসোমদা মীং কুপ্তনা য়েংখি। মহুনা স্নুকলেপ লেপ্তনা থার্দ পেস্মিদফাওবা য়েংখিরম্মী। থোইদোক্লা কাদমর্দন, অরাবা মৈচাক হাপচিনবা হেল্লকই। মুংশিবা হাববসে মহাথমনালকী খবক হারবহুমি, মুংশিবদা সংসারবু মাংহল্লি অমদোমদা মুংশিবদা সংসার শেম্মী।

লৈরম্মী। খঙ্ঙবা ওন্থোক্কপদা ঐ ফং লৈখ্রুই, মরম খঙ্ঙখিদে। ছাত্রনা অমুম্না ইকাইরবদি ওঝাগী মহৈ কয়ম্না চঙগনি, অদুবা তাকুনা হৈরগনা? অদুবদগী য়েংবনা হেন্না নুংঙাই, য়েংবদগী থবক ওইনা তৌবনা হেন্না নুংঙাই। হৈফম থোক্তে, ছাত্রগা ওঝাগা মীৎচম্নরগা য়েংব ত ঙমগদা ওঝাগী মহৈ ছাত্রদা চঙগদবনি। থম্লুবদা ঐ পাজল থম্না লাকই। থংমবা মীৎকুপ্তা য়েংথংলুবদা মহাক প্লেটফোর্মদা লৈরমজে। মহাক কদাই চৎখ্রে? য়েংলোমদা হায়রেং লৈরগা য়েংউ, উদে। মথন্ত-মথন্ত লৈহুম্না ওইরে মদগী থোক্লোমদা হেংলকপহুম্না মহাক উখিদে। মমৈদা ঐ মনিং শোংনাওনোমদা হায়রেফেঙ্‌ং য়েংলুবদা মহাক ঐবু মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলমখি। খুদক্তা ঐ জ্ঞান পোপ তাই ঐনা ঙসাইমখৈ য়েংবহুদি উয়ম্নখি শোইদনা হেক থম্লুবদা মাইদে পুঙয়ক্‌খিদে, লুকথবনা ইশরুক ওইখি। ঐগী অনিংবা মহাক শোইদনা থঙলমগনি, য়েংজনিংবা পুম্নমক শীংনা উয়ম্লি। থম্লম থজিল্লবগা ইকাইবা হেলকপদগী ঐ শর্ম্মবু হোয়গা মপান থোরকখি প্রেমচান্দনু মাওয়কই। ঐখোয় ফাম্না বাবন মতোমতা লৈহৌই। ওঝাদা য়েংলমদনা তাকপদা কম্মনকুম য়োরে। থেকচিমফম য়োবদা মহক কাদা চংহৌবহ উখি, মাস্থু য়েংলকই। মরম লৈজনা কোইচং চংখি।

ঐখে য়না ক্লাসতা চঙলকপদা মহাক চৌক্তিদা ফম্লম্মী। ঐখোয়না ফম্লবা মতুংদা কনাম্বু য়েংদনা ওঝা জিন্নানা শোলকই "মপান থোকপদবু মতেংমতা থোকপা য়াব্রো, মী অমুক হে মিহবু

করিগীনো? হৌরদনা লোইনা থোকখ্রবদি কমদৌনি।" চয়া ঙাক্লবদদি মাগী রাজ্য অচম্বা বা ওইরবোই মিংঙি।' থক্লকরগদি 'ঐনা মপান থোকউসি হৌবা ওইরম্মী। ঐনা থোকউসি হৌবহ মহাক থঙনমগম্রা? ইঙিং অহ উরমগম্রা? হায়বা রাখলসে হুনা লাকই। রঙাং খুদিংদা ঐবু চন্নরিবা করিগী? মনি থূক্কম থঙদনা মাংলমচত্তা পুক্নি চুপ্পা অহম মাংখিগম্রা হায়বনি ঐগী থাজবনি। মহাক্না মখা তম্মকই. "চাওরে শা লে হায়রুনা মপান থোকপগসে হায়ব রমহেন্দ্রনেকো। চঙনিংবা মতমদা অহম চঙ কপ্পা মন্ত্রা?" ঐ মহ ঙাবদা হায়কেং মোকলুই লোয়া। শর্মনা ঐবু শাওরকই, মহাক্না হায় রাফম অমিগী মরুদি ঐমি হায়রনা। "মখোয় চৌক্রিদা ফম্নিংসে খ্বা ওইনা উরেম মে। ঐসে মখোয়না কমি ওনা উই?" মাগী খোজেল নিকপা হৌরকই। মহাক শাওগ্রমামে হঙহকপদা ঐ য়াম্না নু ঙাইংরকখিদে। শাওরমগদবা প্রেমস্থ ঐবু শাওরক্লে। হায়ফম তৌফম থঙ ত্রৈঙদা কাংসি খিংলকখিবহু'ন ঐনা শান্তি ফংলিবা। মহক কুইনা নৈরমদে পন্থদনা থোকখি। মহাক হেক চংখিদগা শর্মগা প্রেমগনা চবেং-চবেং ঙাংবা হৌরকই। "নখোয়স্থু হায়রম্বা য়াবনি, ঐনা থেকউসি হৌরবনিনা ঐনা লোয়না হায়গদবনি অসিরা? তেৌবদুদি হায়ফম থোকই অদো কাওস্থ কাওরম্রে মহুগীস্থ মথক্তা মহাক কা মনুংদা লৈতে।" ঐনা হায়খ। শর্মনা "ভিত্রাগী শকসিদা লোয়না কাওগ্রবনি ময়াম মন্ত্রা?" বসন্তনা অমুক হায়, "অস! কারদংদা মরৈ তেৌররম্মু। মচিন্নি

অমুক খোকলুই, মাথং মতিক চানা লৌরগা চংখি। ঐ মামা হ'য়বা ইন্দবা ছাত্রা অমদি মাংলৈরে থল্লুবদা পুক্কিং থরদি পেন্থোকখিরম্মী। ঐনা ফবতা ঙাইরি ওঝা ফিরনা হায়রকখি "নং ঙমংগী হোম ৱাকত্নু তৌরকপ্রা?" ঐদি ইকহৈ-মুংশি য় নখি। মিথীরবা লেপখংগা "উম" হায়না চেম্না খুমই। "নংগীস্থ পুরক্লো অহুপা অতৈগীস্থ" হাবরকপদা মরাম অমমমতা ওইনা থম্মখি। ওঝাগী তেবলডু চেমা পৈরম্মী। ঐদি করিদগীনো থঙদে শম্মনা হায়না লুবদগী থমখিব্রে। শর্ম্মগীবুদি হোম ৱার্ক তৌরমদে। মথঙ-মথঙ ওইনা খোংপা লোয়রব্রে। ঐগী য়াওদবডু মহৌক শোইদনা থঙনগনি, মুংঙ ইতবা মীংমেং অমনা ঐবু ফৈনা য়েংলকখি। ওই! ঙসিস্থ ঐ হায়বা ইন্দ্রবা? অমুক হন্না খল্লুই তোপুসন তারমদে, হন্দক্তি ঐনা শর্ম্মদা শাওখি, হন্না-হন্না শাওখি। শর্ম্মদি করিতা মাচুংখিদে, ঐনা শাওবা উরগা মামডুম হেন্না হন্নাংরম্মী। শাওগী মহুত্তা মহাক্না হ যরকই, "য়ান কন্নরসে ফিত্তসে লুহোংব্রবা করিগীনো? কন্নাম য়াংলি কমাদা লুহোংগদগে হায়না হংসিসে।" ঐনা শাওরগ হায়রক্কই "হংঙমা"।

মহাক্না শং লেপখংলগা "ওঝা ইউনিট থাগ্রবল্ল য়াগব্রা?" হায়না ওঝাদা হংখিবডু ঐদি হায়গ্রবনি হায়বসিদা নৈগ্রবনি। ঐনা চেংখিবা মিহুল হম্বদনা "য়াংসিদি ওস্ত কপগী মীনিদা"। ঐগী ব্রা তাখিদে হায় "ওঝাগী তুংগী ওইনা কব্রবসে নং অমুক্তা থাহনা হায়য়ুবা। নং য়াম হৈবদাই"।

প্রেম্না মীংশিংবা ভোদমা হায়, "মীৎয়েংনা খঙদ্রবদি অঙ্ক হোৎলগা জ্ঞান তাগদবা। তাদ তদ্রগনা হোৎপা লোয়য়কপদা সিনা পোজিটিফনি সিমা নেগেটিফনি হায়বহু ফজমা তাক্লবা। মতুংদদি জ্ঞান তায়মি।

"চাওখৎতবা য়ারি শাবগী কায়বা করিনো?" চৈয়ক্তুনা বাবমনা ইকাইখা পীয়কই।

"জিত্নাগীদমক ব বন লৈরি, ঐখোয়মা ইচং থৌহবা কয়েম্নবা ওইখোক্তে", প্রেম্না মঙোন্দা হায়খি।

"অহুদি জাৎ তাদবা য়ামিদা প্রেমচান্দ"। বাবন শাৎয়ে খঙবদগী ঐখোয় বা ঙাংলুদ্রে। তুমিন-তুমিন লৈন্নরে। "জিত্নানা জগৎপু শেম্মী, বাবননা জগৎপু লোয়নশল্লি, অমীগী ময়ক্তুনি ঐখোয়না" বনন্তগী ককপা য়াদ্রবা য়াথমহ্দা তোক্তবা মাদমা হয়া মোকখি. ঐখোয়স্থ মোকখি। য়ারিদা উংলিঙৈদা জিত্না পেরিয়দ তাহ্না থোকদ্রে, মতমস্থ অহুম হৌখি।

কম্নিগীনো নংমা ঐবু লাং অহুদা থুহল্লি? ময়বা মংগায় অসিদা মংস্থ মদোম চচ্চবা কৈদোবগে। মহাক্কী অচানবহুগা চৎপ্রোবা, মীৎয়েংহুত তাবীয়ক্লগনু, মহাক্না ঐবু ঙাইব য়মগদবা নত্তে। ফয়ে য়াখল তোক্লগে, তে কপা তোক্তবা নংন য়াগদবা নত্তে, ঐগী সুংশিবা মফম খঙদনা মাঙখ্রসস্থ। মীওইবা ওইনা পোক্লবদি অয়াবসি খাঙবা তাই, ঐস্থ খঙডি। ইমামা ঐবু পোকশীয়ম্লে, হৌজিক্কী ঐহ ক ইথক্ত খোঙ থাংহুনা চৎপা হোনে। খোঙচৎ অসিন শিঙ্গ্রিঙৈ মস্থুংদা ইমাগী লমন শিংহনা

অমুক্তংদি পেনহনলম্বা, মসে মচা ওইবা ঐখোয়গীদি হৌমশানি। ঐগী ইমাগীবু খনগদ্রা? মুংশিবগীবু খনগদ্রা? তঙ্গাসিদা একন্না-মিন্নসমগী রাখল হাক্তবা মত্তে, অয়োইবদা ঐ অঙাংবশুম কোক হোংপা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

মুমিদাংগী চাক্লেম চাংবা মতুং পু ১১ তাম্নকপগী অতুমাইদা ঐ হায়গী মতৌশুম মপান থোকখি। ঙসাইমথৈ পাংন্দ্রবা লাইরিক মমাঙদা ফমলুবনি। পায়নবা ইমা-ইপা তুমন্নরসিদা ঐ শান্তি থম্মা ওই। অরাং মাইথৈগী কাকা অমদি মত্তমতু ফাওবা তুমমদ্রি। মহাক্না থীওরী পুথোক্লবগী লাইরিক পাজবনি, ঐনা করম্বা থীওরী? অচুম্বা শান্তিগী লম্বী অমা থীনবগীদমক। মহাক ঈশৈ অমা ইংনা থামকই। রাখলমগা ফজবনে, ঈশৈমগা ফজবনে, মখোলনগা নিংথীবনে অতুগা প্রকৃতিনগা নুংশিবনে ঐ অতুম পঙহখি।

চীক্লবা অহিংতুদা হায়ৌ-কৌজেংস্থ অইংবতু কিতুমা লোংজ-গ্রবা মতম্মি। খোজেল অংফাওবা তাদ্রবা মতমতুদা ঐনা মপাম থোক্তুনা লৈবতুমি হেন্না কিরিবা। ফম্না ফম্না অশাগী থাওমৈ চুথংলম্মী। মম্লবা মাঙোল চীদাই অমগী ফক্লাং নাকচীদা মমাংগী য়ুমদগী গৈতাল তারম্মী। লেপ্তুনা শীংলিবা মুংশিংমা তম্নকপদা অমুক অমুক স্থক তয়েংমুক মম্বা মথৈ থুমজিল্লি উনা-রামাশিংতুনা। মোংথক্তমা থরন্মী চাক উখি, ঐ মাগী মমাক্লা থোং খঙদনা চংনিংলকখি!

লিশিং লিশিংগী থুজিং ওইদুনা রাখলদা লাকপদা ঐ স্কুল য়ৌখি, পুং ৭ গা মিঃ ২৯ চংলম্মী। গেট হেক লাম্বশিল্লকপদা থাজদনা উখি জিল্লাগী হিগোক মচুগী লুমাহু। মাগী লুমাহু এম, জি, এম, থ'রম্মী, মথংদি য়েংলুদ্রে। ওসিদি মহাক ওন্না, গারীদা গেটতা, থস্থবা ওমলমদে। মওং চাদবা রাখলদা মাংও থাহুম্মা খল্লকপদা মহাক পেটলোমদা লাকপা উখি। কমিস্থ ম চুংবা তৌদনা অহুম থোকখি। ওয়াংস্থ মহাক্কা নিং-খিজনা উন্নখিদবনি। ফাস্ট পেয়িয়দতা মাগা চংমিনখিগে খল্লবনি, মাগীনা লুনা ঐগীনা সাইকল পান্নরুবদা ওন্থোক্লা খেংনবদগী ঐ চংখিদবনি। ওসিস্থ মরিস্থবা পেয়িয়দ, মহাক্কি লাক্লমোই-দবা। ঐগী আশা কাইরম্মী মহুগী মছুংতা ঐনা মাগীতা খলহৌখতা ওাইখি।

রাখলনা ক'হংলিতুদা সিক্স পেরিয়দ হৌখিবা খওহৌদে। অরোইবা পেরিয়দকী গ্রামার ফোম পেয়িয়তা শিমজিমগ্রবনি। অহাংবা মেনখিবনা ফিপ পেরিয়দতা ছুটি ওইরম্মী! ময়াম কাংসি মখোলগী তুংইন্দুনা রা রা থোক্লবা হৌরকই। ঐস্থ শর্ম্মখোয়গা রারি শানা শান্না খোঙখাঙ অনি অহুমদা চংপদা ওাইরি, ইমাংদা চংলিবা মথৈদা ওজা লাক্লে হায়দুনা হোং-চিন্নরকই কারোমদা। "ওপয়িয়দ লোয়শ্লবসিদা করম্বা ওজানোনে থরাই মাওনা লাক্লিবনো।" বসন্তমা লাওরকই। ঐস্থ মথ কা উন্নদবনে শাওনিংদুনা থোকথ্রগে তৌক্লবদা উখি মহাক অদো,

রোল কৌনবগী বোই পাইবা উখি। ঐ মাবু মন্না মেংখি-মম্মী, মহাক্না মোক্লপ হায়রকই "মখোয় চংলগে তৌরম্লব্রা? ঐ লাক্লবমিনা চংপা য়াম্রে, ঐনা অমুক ফাবা ভামে।" মসি হায়রগা ভিত্না চংলকই, ঐস্মু চংলক্লগা ফমথখি অহাংদা মচি অমদা। শম্মনা হায়রুই "ওফা ঐখোয়দি পেরিয়দ লোয়রে হায়না চংলগে তৌম্লবনি, ওফা ঙাইহাক খিল্লরম্লবদি শোইদনা চংলমগদবনি।"

"উম ঐস্মু খঙহনা ঙন্না চংলকইবসিনি। সে অঙ্ক মরি মঙাদং হোংলগা ছুটি ওইরসি।"

ঐগী মীংনরা, রাখলমরা মহাক য়াম্না হরাওনা উই। মী খরনা হায়রকখি "অস! তৌরগুমসিবা।"

ঐ খঙপ্রেক খঙভি, মহাক মমিং লংখংলক্লগা হায় "চংনিংল-গদি ঐনা থিংবা ঙমদে, চংপা য়ানি।" মরক্তুগী অমনা "ওফা পেরিয়দস্মু ওন্নরে, তোক্লস।" "মংস্মু চংনিংলবদি চংপা য়াই। থরাই যাওবা মীনা লৈজহৌজনি" মহাক খরা শাওরকই, মরমদি মাগী মথংহনা খঙবনি। খরদি ঙকই, মহাক য়াম্না হরাওবগী মথক্তা য়াম্না শাওরম্মী। করিনো মহুনা উংলিব্দো? ঐ উংহনা খনখি।

ময়াম পূম্নমক য়াম্না তল্লপ্না য়াই ঐদি চরা হেল্লখস্মু মামা তাক্লবদি তাজরগে হায়বসিদা লুপ্লবনি। অস্মুম খল্লবদা মহাক শাথীবা অমগী শক্তমঙম উই। ঐগুম্না মী য়াওহমনিংলম্লরোই খল্লবদা ঐ থরাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মমাংদা ইফোং যোংনা

চংথ্রগে হায়বফাওবা লেপখিবনি, ঙমখিদ্রে। ওজা থম্মোয় কমমল্লি, নুপানা হায়গদবদো মামা হায়বা মতিক চাদে। তৌববুদি শাওগনখিদ্রবা ঐ ফাওবা শাওখিবনি, মাদি করি থোকলমগনি। ঐবু মানা অঙং মচাশুন খনবনয়া ঙসি অস্সুম্না ইচং থৌরিবসে ? ঐ অসিবো ? খমবমথৈ খল্লুবগা হন্থরক-পদা মহাক রোল কৌবা লোয়খ্রে। পুমলোয় লোয়রবা মতুংদা মামা হায়রকই ঐঙোন্দা "ঙরাংগী হোম ৱার্ক তৌরকপ্রা ?" ছাত্র মথৈ ফজনা অহুম লাংলম্মী, তঙাইফদবগুম খরদি মিল্লি। মহাক্না হংলিবসে তংশংনা ঐবুরা ? খুদোম্মীনস্সু খিল্লক্লে, নং-মাম্মু হায়রক্লে, মোলস্সু, মিংস্সু অমত্তা হায়রক্লবা অহুগী মহুৎতা মীৎয়েং অহুগা সুপ্রতগী রাহং অহুগথক্লা। খুমল্লুরগা ঐ মানা নোকুবিরকদ্রা ? ঐ থাজরকবদগী মানা হায়বত্তু তাশিন্নদনা লৈথক্লরে, মহ মাগী ময়ালমমনি। মহাক ব্লেক বোর্ডতা অঙ্ক অমা হোৎলি। ঐ মাবু য়েংনিংদবা নত্তে, অমুকম্মু ইকাইক্লই ঐ হায়বা ইন্দ্রবরা ? ইকাইবনদি কথ্রাইদগী লাইরিক হৈরুনি খল্লকপদা থৌমা লাকই, য়েংখৎলুবদা অঙ্ক ময়েক অমফাওবা য়েংবা নংদ্রি মহাক্না খুদোগী খিল্লগা "নং হায়য়ু" হায়-রকপদা ঐদি কমাদমো চময়রি, সোমদা শর্ম্মা ঐ কাওবনা উহৌদে শং লেপথংগ্রগা ওজা করি ···· ····।" ঐ খঙতু তুকথৈ, ঙক্লবা ঙমদে! মাগী খুদোম্মীগী মিশাম ঐঙোন্দা নত্রমে ? অহুগা শর্ম্মনা করম্না ? ঙকপদা পকচদে অস্সুক ফজনা ফোল ঙাৰিবসিদি, করিগুম্বা ঐমা শাগৎলম্বা রাখল

ওইরম্লবদি ঐ চোপালম্লোইত্রা, হেক লাকপদা ইশাসে পুংচোপ চোকখি।

অময়োমদা শর্ম্মদা হংলবদি শর্ম্মদা য়েংফম খোকন্ত অহুগা ঐবু করিগী য়েংলক্লি। শর্ম্মনা খুম্বা লোয়শ্লগা ঐঙোন্দা খুমিংমা থিল্লগা হায়রকখি "রাম করিগীনো নংমা লেপখৎত্রিদি ?"
"ঐবুরনে"
"মত্তদি, লেপখৎসক্রুবহৃদা ইকাইহুনা ঐঙোদা হেমনা খুদোঙ্গীগী হেল্লকপমি।"
ঐ খরা হন্নাওক্কই, হায়বা ইলহৌদবগী অমুক নুংঙাইরকখিদে। মহাক ঐবু শোইদনা কয়োরমগনি। হায়বা ইম্রিবসে ফনদি য়ামশিলক্লে, থাজফমদি খোকই মতু ঐনা তৌগে হায়হুনা তৌখিবা নত্তে।

ওহুদগী বসন্তনা রাখি তৌরকই, তপ্না হায়রকই "রাম ওনা জিত্রাসে কোইবা নুপা লৈরম্লোইত্রা"
"লৈত্তদি, মশকত্রু খিদবা, ফজবনা মশরুক ওইরসিবো"
"করিগীমো মাম রাশত্রুনা লৈরিবসিবো।"
"অহানবদা ইমুংগী কমদিসন অমিশুবদা মতম অমা চাদবা অহুমশুবদা মাগী মক্তিক চাবা লৈতবা মরিশুবদা রাশকখবা"
ঐনা লেপ্তুনা হায়থখিবদা বসন্তনা মোক্লগা হায়রকই "তরুকশুবদা মতম্না থম্মীহৌবা, তরেৎশুবদা খাইমরক্রবী নত্রগা নুপ্রাবী অমা।" অমোইবগী রাহুদা ঐ থাজদনা নুংঙাইরকখিদে, মহাক নুপ্রাবী অমক্লা ? চৈমমা খনবা হৌরকই।

"ছুম মহুদি মত্তে, মমমমা অশেংবা হায়রক্লবনি। লৈশাবীনি হায়দনা" প্রেম্না ঐগী ৱাখল থম্না ফাথহল্লকই। অদুবু ঐ ৱাখি শাথিদে, নত্রবদি জাং জাংকী ৱারি তাম্বকপা য়াই, ঐগী অকিবা লৈ। ঙাইহাক লৈম্বগা জিত্নানা "ঙসিসে মখোয় ৱার-ৱরো" মধামদা হায়রকপনি। থম্বনা য়াই হায়, থম্বনা য়াদে হাই, ঐস্নু য়াদে। "ৱায়বম্নু ৱানা ঙাইরো, চঙলকবনিনা লোয়ত্রবদি ওজা মকোক্না শাওগনি। ঙসাই থবক অমা চংলুবা অদুদা ওস্থোক্লমবনি, সে পুং তাগদোরেসে তুমিন্না অমুক্তং লৈসি।"

হন্দক্তি ময়াম লোয়না মাবু কিরমানে, হায়বা ইনথি। ঐস্নু হায়বা ইনথি অদুবু ৱাম্বকপা ঙমত্রবা থম্মোয়সিদদি হন্না হন্না থমবা হৌরকই মহাক করম্না থবক্কীদমক চংখিবনো? ঙসি মানা হয়াওবসে ঐ থক উখিদ্রি, মরম লৈতনা অঙাওবীগুম হেক্তা হরাওবা ওইথোক্তে। মাগী অচামবা মনাই অদুগা খুংশম্নমা চংমিন্নমগমি, নুংশি ৱাম্মিনা স্বর্গ য়োৗম্মগমি নত্রবদি হরাওমম্লোয়। মহাক কমাবুস্নু থওইদনা চংখিবনি মফমদুদা, ঐমা কৈথম-শাংগী মশক ওইমবা কা অসিদা নংগী ৱাখলদা কাহংলোবনি। নংগী মরাল লৈজমবা চীনবাল মাগীদমক থমলুখা হকচাংগা নুংশিংবা শমগ্রবা, মহাক অদুনা কম্নাদা নুংঙাইমম-গদবা ওহ! ঐসিমা অস্নুক লাইবক থিহৌমবা। মংবু মহাক অদুনা পেম্নবা শোকলমগদবদো, ঐ করম্না লৈথোকপা ঙমগ-দগে। মহাক মীমু ওংপনি, মীমু কপহনবনি, অদুদস্নু পেম্নহুনা ইমাংদস্নু নোকখিবনি। কৈ থম্মোয়হুনা অদুক কমরবদি,

থাগৎপীনরা ঐ মৈরী, মহাক্কীদি কৈদোঙ্মুংদা মাংলোম। ল্লাক্লুরম্নু ল্পোক্লো, ঙসিমা লাক্লবদা হৈরোইদবা লৈত্তে, থঙ্ডি মপামা মশাবু উৎচবা লাকপনি। মহাক লোকপা কনম্লি, শোয়দনা নোকুখিগ্নি, মং লুংঙাইমিন্নরুবনি।

"মখোয়গী শোরাঙ্গতো বীদি য়াম্নিরে, অঙাংমা খিং নম্মী। ত্তোববুদি অঙাংনি মৈখিদবদো" জ্ঞান লাক্লিঙ্গেদা অমমা "ঙম্না শোরাঙ চৎলুব্রা ?"

"অহুগীদি ঙম্না চৎলগা নংমবা হল্লকইবসিদ্মি।" শোরাঙ হায়বা ? ঐ অঙকপা ফংনা ইকাইরকখি। ইশানা ইশাবু ইম্নি উরম্মী। ঐমা খল্লুবা রাখল মমাগদো কদাইদগীনো ? ভাব ত্তাবা ঙমলমদে। ঐ হৌজিক্কদা মরম খঙলকই চোপ্পরবদি মহুগী ফল ওইনা খরদি ফংফম থোকই। ঐ মহুগী ফল ফংখি, ঐমা মীগী মচা চোপ্পবনি।

"সে কাংসি খিংদ্রসনু চৎলসি, মী চৎনিংবা রাওরে, চৎনিংবমা মথা শারে ঐ খঙ্ডি।" হায়রম্নগা মহাক চোক, দস্টর, রেজিস্টর পুম্নমক পুহুনা চৎখিরম্মী।

ঐ মাগী তুংগী ফিবম য়েংহৌই। নিঙমদবা আশা অমত্তা ল্লাওঙমদনা লাকপদা গেট য়োঙ্গ্রে মহাক কম্মন কুমদগী থোকহৌদ্রি, ঙম্না চামা কাংসি রৈখি। ঐমা সেদঙ্গী সাইকল পুহুনা থোরকপদা মহাক চৎলম্লে। কয়াদা থুঙ্গবা ? মরম লৈত্তে

অদুবু মতম্তে মাদি মাগীতুম্বদা খল্লি। মরে খমদোকপদ্রা ব্রামা ওয়ল্লম্মী, অৗ পম্বমা তৌদনা য়ুমলোমদা লাকখি। য়ুম য়োৌবদা পুং মরি তায়ম্রে, পুক মেৎলুবদদি পুকুসে খরা লায়ল্লম্মী। চাক চাবদা ঈশিং কোনমা ইঙ্গাং ওইনা তোংলুবমি। পুক্লিসিদা অমুক্তং আশা অমা থমজরুববু জুং চাদে, নহাক মপোক্কা ফত্তবা পাপকী মশক ওইরবা থবক অমা শোইদনা তৌরমগনি। কনানা ইনশিল্লক্তুনা হুংশিরুবমো তাব তাদে, অহানবদা অৗগী মীৎ অমিসে লম য়াম্না হেল্লি, কোক অসি লত স্টোরীনা য়ুমফম ওইরগা শাবা মাল্লি, থম্মোয় অসি মীগী মীমাই ওইরুই, দগি পীফম থোকই। উরুরে নুংশিরুরে অহবু কায়দ্রবা অরেম্বা নুংশিবমি হেক খল্লুবদা থম্মোয় অসি পুঙমলকখিদে। অৗ ইথন্তনি নুংশিনুরিহু ফাওবা, লানথোকফম লৈতে। হেক লান-থোকলুবা নুমিংতা নুংশিরুবসে মরু ফংনা মাংখিমি, মসি অৗ খঙদবা নত্তে।

পাপ মথেমা য়োমশিন্দুমা শারবা হকচাং অসি ঙসি চাওরবা পুং-তাম মতিক চানা লৈরবা মালেম অসিদা অৗগীস্থু শরুক খরদি লিলা ওইমা য়াওরুরি। কমামা লাইরবা, কনানা ইমাক-খুনবা, কনানা নিংথৌ অহগা চাক্লিবা, অৗমা আশাগী মপোক। অৗগী মা'দা মহাক্লা কে-মৌহমা লেন্নবগী শকনাইরবা শকমহুন্মি, শাল্লিবা মশানা। শিবা নুমিংতা লোয়না লোয়রে। তোলবা মপোক্লি, কমাদহু ফোংদোকস্লুদে, কমানস্থু হংলদে, লাইবকনা

তমখিবগি, পোক্লবনি মপোক অমা। ইথক্ত লাকপনি ইথক্ত হনখিদ্রি, মীওইবসে কনাগীস্তু মখা পোল্লে। মশামা তৌজবা পাপ মশানা ফংজৈ, অফবা তৌরগা অফবা ফল ফংঙি, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফল ফংঙি।

ঐনা য়াহৌরকপদা নোং ঙালমত্রি, চেক্লাত্তনা মিল খোংলম্মী। মল্লি মল্লি তৌরিবগী অহুরাইদা ঐ চীন য়া শেংদোকখি, মাই তাখোকখি। ঐ ঙসি মহামমথৈগা মান্নদবা থবক অমা তৌরম্মী। করি রাখলমা লমজিংখিবনো খঙদে শাপোম, ফদি পূর্থোত্তুনা অমম্ব মরক্তা ইরুজরম্মী। ইথক্ত লাই সেবা তৌগদৌরিব্রা হায়নস্থু থল্লকই। তাঙাতুদা বামোমগী লাই গৌরিতৌবা মখোল তাখি, বামোনস্থু ঐগুম্না ইরু-লুজরমগনি অহুগা লাই সেবা তৌরমগনি অহুবু মামা খিংলিবা কাংসিদো ওম্থোক্রম্ব চাং মাইখিদরে। অমুক অনিয়ক কাং-কাং হায়মা থুনা খিংলম্নগা তন্দে মান্দে কাং, ঙাইহাক লৈরগা কাং, ফনা ফুইমা লৈরগা গাং লাওমা অমুক্তং খিংলম্মী। ঐনা থল্লি মহু মমাংঙৈগী বামোন অত্তনবনা হোগংপা ইরুজবা তমবদগী কমুংদা অহুম কাংসি মরি পাইরগা য়ৈবা মাল্লকই, অস্তুম মামবা হেমজিল্লকই। চংতুনা য়েংলুরবদি হায়নস্থু থল্লি, সোমদা নুংশিংকী শউমদা পুত্রি মপানগী গীরিরাজ মন্দির মথক্তা ক্রিং ক্রিং লাওনা তারকপা মখোলহুদা অমুক থল্লুক্রে। গীরিরাজগী অমুক থমবা হৌরকই। ফনদি ফজে মন্দিরহু, ঈশিং ময়াইদা মাগী শক্তম তারম্মী। ফুগী মশক ফজবী অমমা লাইরক্তা চন্দোম অকোইথী অমা থীনবগী কজবমুক ফজে। ভুম্বিদাংহুদা ঙোমোক ঙৌনা তরং তরংলি। মন্দির অহু মথা থংবা ইমুংগীদি, ঐখোয়গীদি মন্দির লৈত্তে, তৌববুদি লাইদা থয়াইদি য়াওদবনজি।

মন্দিরগী হেক মনাক্তা ঐখোয়গী লৈকোম অমগা পুন্রি অমগা লৈ। লৈনমশিংনা অমুক অমুক লাকপদি পুক্নিং মোৎনবগী মশক্তি। মন্দির অদুদা লাইরেন্বী অম মখুত্তা থুপ-থাওমৈ পাইদুনা লাইগী সেবা চংলবদি ঐ কয়াম হয়াওগনি। চেংহি মনম নুংশিবা লুহুনা চন্দন মচা অমগা থিল্লগা, মকোক অদু ফিজিনা হায়ফেংকা খুম্লবা অদুগা লাক্লবদি গীরিরাজ ফাওবা ফমলমদগী চেংহোয়রক্কুনা য়েংগনি। মিনিংবা বর পীবগে লেপ্লবা গীরিরাজনা তারে নহাক্না মিবদি অতৈ মত্তে যাদি করিমত্ত পামজদে স্বপ্নতংগী মনাইনা ইবুংঙোগী সেবা মতিক চানা তৌজবা পাম্মী। বাহৈহু তাবদা গীরিরাজ পেমমনগুহুনা চোংথোকমক-দগনি অদুগা পেন্না অমুক্তং মামবিগনি। ঐ ওইরবদি মফম চাবা য়েংহুনা চুপলুমি, মামবিক্কনি। মহু ওইরবদি গীরিরাজদা নুং শোইদনা থাক্কনি, হোংঙ কল্লক্কনি। তৌবনুদি শক্তি অমদি পাইরিবমিনা করিম্ নাচুংদে। ঐনা মঙোন্দা পীগদবা ময়দি মংমা মীংবতা থুংজরো, ঐবুদি মোংমদা অহুমলক্কগী তাদনা খুরুম্মু। হে লৈমা কৈদোনি, পুকচেল অদুত্তা ফজবা তম্মু মতম য়াওরবদি মাইগৈ খুদিংগী ফবনি। মাদি করি হায়রক্কনি? লাইফাওবা চোপ্লি হায়খিমি, ফজবমু উরবদি পামদবা লৈতেংমে হায়রক্লবদি ঐ অদুম শিবগা মান্নরে।

খঙহৌদে ঐ ঈশিংদা জমলাওমা তাখি, ঐ জ্ঞান খঙতা তাই। মখোলহু তাবদা ইমা তারমানে কৈদোরে হায়না লাও-রকই। ঐনা কৈন্তু তৌদে চোংথবনি হায়খি। চোংথখিবরা?

ইথক মোকখি। ঐদি মোমংদা তাওয়ম্লে। ইকু মুজবা লোয়-রগা মপা চানা নোং ঙনাফুং ঙানফুং তৌরে। শেল্রাংনা শক্লোয়দা চঙবা হৌরক্লে। ঐ ফাগী ফগীদগী চন্দন মচেৎ অমসু খিনজিল্লুরে, উরিক অমগা লুকুম অমগস ঙাইরে। মিংশেলদা য়েংলুবদা খুদৈ ঙংলৈমবসিগা গুল্ছাক্রুসু বামোন মচা মাল্লকই, মোক্লিংবদগী ঐ চন্দন মচেৎতু তৈথোকখি। ঐনা ফুরিৎ লিংশিনগে তৌবদা ইমা মাই মিৎ কৈথোকপা চংলকই। ইমানা ঙম্বা হৌবগী মরম হংখি, লাইরিক পাদোইনি খুমখি। ইমানা হরাওজবতু উরুবদা ঐসু নাকল অমদা পুক্রিং মৌথক্লই। শহ! মহাক অহনা ইমা অসিগী সেবাগা তৌবিবদি ঐ করাদা হরাওগদবা। রাখল অসিদি অরেপমি, মহাক মীগী সেবা তৌখিনি।

ঙাইহাক লৈরগা নোংপোকথংবা অত্তিয়াদা মুমিংনা তুরং তুরং থোরক্লে, অমসা মরক্তা ককঙ্গাওমরম্বা উচেক রায়াশিং ঙম্না কোইপাই পাইবা হৌরকখি। মুমিং হায়বসিমু অঙকপনি, মহাক লৈরমদ্রবদি পৃথিবীসু লৈরমগলায়, মামা অত্তিয়াদা খরা খরা লীংখংলকপতুদি য়েংবদা য়াম্না ফজখি। মুমিং থোক্রুবা মুমিদাংগী ফজবনা অমা, থা থোকপগী ফজবা অমা অহুগা মুমিংমা লংনা থোকপগী ফজবা অসিনি। ফজবা মখল য়াম্মী অহুবু খ্বাইদগী অহেনবদি থাবলনা লংনা থোকপা মুমিদাংগী ফজবতুমি ঙসি মী খুদিংমক্না পী তান্নরিবা। ঐ থাবলছুদা পী অহুমলক তাখি। মহু ইবোক্লা শিখিবা মতুং ২৭ নি চমবা

মুমিংক্তমি অমমা এগা য়াম্না লুমা ভিন্নবা ইমান্নবা অমা লৈখি-দবত্থমি। অরোইবগীসিমা হুন্দক্তা মুংশি লাংদা থুম্নবা মচুং ৭মি চনবদা নোংমা থাবল উরগা কপশিবত্থমি। মতু দদি ঐ মশিং থিবা ওমদনা মী ভাখি, লেপ্পা লৈতনা ভাখিগমি।

অস্তুম্না মতমদি লেপ্পনা চংখি। নোংমা মহাক্তা হংলকপদা ঐনা লৈখোকখিবা নুমিংতুদগী হৌনা মোংমা ফাওবা ঐবু হংলকখিদ্রে। হংলমদাইদা হ্‌হনমিংলমদে, হংলক্রবসিদা কয়াগী মতিক হংহমনি্লকই। অত্থম্ন ঐমা প'মজৈ হান্নত্থমা অস্তুম চংপদি কমাইদগী য়ানি। অত্থৈঙদগী য়েম্নখিবা মীংয়েংত্থদি ওম্না হোংত্রি, মীংচিগী ইরাংদি নোংমা নো মগী হেনগংলকখি। করিগী মহাক্তা শাওখিবনো? মীগী ইকাইজবা থম্মোয়বুদি উবিদনা। মোংমা কাংদনা হংলকলম্বা মানা ওসি ফিভম অসিদা লাকপসি ঐ ওকই ওসিস্থ পাওথুম ফংখিদে। অমম্নোমদা ঐনা ইবাইবগী মাইথোঙ মহাক খঙফম থোকই, ঐনা মামী হর'ওবগী মাইথোঙ খঙলিবসিনি। চপ চাবা প্রমান 'মামা নু'ভাইতবা মুমিং ঐনা ম'মী মাইথোং উরগা খঙভি।' মহাকপু লামনা থম্নুবা নুমিং য়াওই মত্থনা ভুংকোইনবা ওমখিদে। মত্থ নিংবা থুংদবগী মৈরীননি।

ম্নাওশংগী কুশ্মে লোয়ম্রে, ঐ কুশ্মেগী ম্নাখল তেরমদে, ফমা কুইনা হৌম্রে, মত্থ ফাওবা ঐ অহোংবা লৈরমদে। মসি থাগী লোমরকপগী অত্থরাইদা মোংমা ঐ মাবু য়েংবা চংখি।

মতমহ্ থরা থরা মমশিন্নকপদা ঙাইরি। মহ্ ছুটি নুমিৎনি ৫ নি থাঁগ্রবা মুমিৎতমি।

তোবাংবগী মোংবম য়োম্নিংগী লৈরক্ত্তুদা চংলকই। য়োরমদাই অঙুদা ঐগী থম্মোয় অসে নুংশাংহল্লি। কন্নিগুম্বা মহাক থেন্নবা থোক্লবদি ঐনা তৌগদবসে করিনো? খনফম খঙদনা ফাওমফম লম্বীহ্ য়োয়ে। থেংনরবস্থ মা ঐ মশক খঙমদনা চৎপ্রবদি কমদৌনি খল্লবদা ইথত্ত রারৌহুনা চংফম লাংহোনকই। মফমহ্ বলব অমত্তা থানখিদে, পুংমম মস্মী হায়বা য়াই, মচি মচিদা থরা থরা ঙানবা নত্তনা অঙানবা মফম অমত্তা লৈতে। রাখলসে লামশিললুবদা অনৌবা রাখল অমমুক লাকখি, ঐ মা উন্নয়োই। ঐনা খঙনিংঙি মাগী পুন্সিগী মরেল অহ্, ঙওাইফনংস্থ খঙবা দমকার ওই। উমিংবনা হেক্তিলকপদগী ঐ অমুক মাই লৈহুনা লাকখি। ফাওমকমহ্ য়োমকপদা থম্মোয়সিদা চোংলকপা মিহুল শাখিনা থুত্রবেই নিংঙি। হুরান লাক্লান তৌরমদাইগা চপ মান্নে। কনাগুম্বা ঐগা ইতোসি খঙখিবা থোক্লবদি কমদৌবা, পংপাদা পাখৎলকই। চিক্লবা কা অমদা ওইরবদি ঐগী চোংলিবা মিহুলসে দং দং লাওনা মখোল থোক্লা ঙাগনি। ঐনা তৌরিবসি করিনো? করি লাই চংখিহনা মফম অসি য়োমক্লিবা। খন্থরুবদা ইথত্ত মাইতোম ইকাইজরকই, থোঙ্গাল য়োবা ঙমদনা অহুম থোমকখি। ঐবু মীয়া, অমুক চোপ্পা হুংশিজরুবা য়োমজ্জা? পোথাদনা খল্লম্মী। খোঙথাং তয়েৎ-নিপাল থংবতা ঙাইরি নুংশিং অমনা অমুক

হুমদোকখি ঐগী থাখলগী লমজিং। ফজবা মখুং অহুমা থবক থামা শুরমগদবদো থলন্নুবদা খোঙ থাংবা থোকখিদে। নুপী ঙাক্তনা করম্না য়ুম অহু পাল্লমগদগে? মমাগা মখোক্না লৈখিদবদা মহাক কনাগা লৈমিন্নহোগনি? লৈ মহাক্না মপুম্মোইবা, মহাক অহু কনামো? অহু ' ঐনা মাগী কনা? পাওখুম পীগে তৌবদা কোক ঙাওরকই।

লাক্লবনিনা য়েংবতদ য়েংলম্লগে খল্লি, মহাক কপ্লমগজা, নেংক্লমগদ্রা? হায়বহু খঙনিংলকপদগী অমুক মাই লৈহুনা চংখি। নুমিদাংগী লিয়ি লিম্মি শিংপা নুংশিং মরক্তা মহাক ভুলসি মখোঙদা হচিক লাংলম্লবদি ঐনা কৈদোৌবা। নত্রগা মখুংতুনা অচৌবা ঈশিং বালতিন পাইহুনা হখোই ঙমদবোই পুথ্রিদগী ঈশিং শোক্লম্লবদি! ঐনা চংশিন্দুনা পুবিক্লবদি করি কাই। চংগে তৌমকপদা মাংদা শারি শেংপী চৈশাবীরা মৌমা খঙদবী অমা লাকপা উবদগী ঐ চংবা ঙমদনা লাকখি। লাপ্তক্লা উখিবা শক্তমদা মহাম অহু নত্রা অসিবো, খন্দবা ঙম্লমদে। মীপাইবা পুক্লিংনা হেনগংলকপদা মিহুলসে হান্নদগী হেনবান্নিয়াদ্দিবমখৈ হেনখিন্নম্মী। অন! শোয়ক্রে মহাক্কি, কম্মিগুম্বা মামা "মংদি কদাইদা চংলুম্মিবা" হায়না হংলক্লবদি কনদোমি, করি খুমগনি অহুগা ঐনা লাক্লিবমিমা মাহু য়েংবা লাকপমি হায়বসি খঙব্রগনা কৈদোৌবা। ঐ হমাওগত্রা নত্রগা কপকদ্রা? মামা থিনা চৈমক্লবদি। যরে ওইনিংঘা ওইজসনু, ঐ য়েংবা কাওবা য়েংলম্মোই খন্দুনা মাই লুকথখি। মকশিল্লক্রে মহাক, অস্তুম অস্তুম নকশিল্লক্রে

অহৃবু ঈশ্বরনা ঐবু ফজনা চানবিরম্মী রাহৈ মচেং অমত্তা মাগী মচিন্দা তাবা ফংখিদে অহুম লেংথৈদখি। ঐ জ্ঞান খরা তাই, হুমাং খরদি হল্লি। মহাক্কা তুংদা খোঙথাং মল্লি-মশু চংলম্লমি হায়রকগা অহুরাইদমি ঐনা কীহ্নমা য়েংলুবহু। পোস্ট মখোঙগী খরা ঙাক্তক তৌবা অগাস্থ ওইরম্মী, ঐগী মাবু য়েংজমখগী খুদোং চাবহ্‌ ফংখি অহুবু হেক উবমক্তদা লোংগ্রী শেংপা মেনখক তৌবা, মরেংবান্দা খুদৈ য়ামবা নুপা অমগী শক্তম ওইরম্লে। করিগী ফজবা কদায়দগী খললুহ্নিবা? নুপামা শাখা নুপী, ঐবু তাং তৌবা; অস! কয়াদা ইকাইজব্রবা। ঙসাই খনখিবা ময়ামহ্‌ মকোক্তগী লোয়বকাওবা নিংশিংলম্মী, ইকাইবা অমুম অমুম হেল্লকই।

অমুক খুচোপ চাদখা, লৈবাকমচা তাদবা। ঐ শাওমনখিত্না য়ুমদা হল্লকখি। য়েংনীংবা মাগী শক্তম উয়ক্তে, মাগী য়ুম উয়ক্তে। য়ুম হেক য়োৎদা খল্লকই, 'অস! রাখল হায়বসিনা মীবু হিংহল্লিব-দ্রিকো'।

মিয়ম মঙায়োম ভাব্রকপদা সোমদা প্রেম্না বারী তৌরকই। বসন্তনা লাঙবদা শর্ম্মন্দু ইথক হৌহনখি, বাবমদি মোক্তি মোকখি, ব্রাদি ঙাংখিদে। প্রেমচান্দনা “বসন্ত মোংমা জিত্নাখোয়গী অহুবাইদা চংলুসিবা, ময়ুমস্থ থঙগনি”। “ম্নাইমা” বসন্তনা খুম্মি। “কদাইদগী ভনি হায়গনি” ঐমা বা শমজিন্নুবদা শর্ম্মনা “ঐ মকোক ওইজগে” হায়রকখি।

“জিত্নাসে কোলেজগী ওঝাস্থ ওইমামে ব্রাদ” বসন্তনা হায়রকপদা ঐমা খঙমিংনা হংলুই “কদাইদা”?
“মখোয় মনিংগী কোলেজহুদ', তুরেল ময়াগীদো”। ঐ নিংশি-লকই, অচুমবা খন্দবা ঙমখিদে। অনিমকী ক্লাস ভাকপা, ঐ মাগীদমক মথাবু শারুই। “মাগী মমায়বী অমা ঐখোয় টুান্ম মোরনিংগীদো অহুদা মেথ ভাব্রম্বশি, হৌজিক্ত তোকখ্রে। লুহোংখিবস্থ থঙপোংনত্তে” শর্ম্মগী মাদা প্রেম্না “হৈব্রা?”
“জিত্নাগা অমহানি”। “শক্তী” ঐমা হংখি।
“ও! অসিমা”।
“ব্রাম জিত্নাসে মীংয়েং অমা তৌত্রা?” শর্ম্মনা হায়।
“কয়ি ভোয়ে অহুক চীকথমা হংলিবদি?”
“জিত্নাসে ঐদি মহানমখৈবু ফাগী ওইমা থল্লুরে, মামা ঐঙোন্দা মীংকুপ অমা কাংদনা হেক্ত হংলকপনিগী মরম ঐন্দু বাখল অমা লাক্লে”।

“কয়ি বাখলমো”? প্রেম্না ইহি হিগংনা হায়।

"ফুল ওফ রোমান্স, অমমা অমবু"।

ঐমা নেনা তামা হংলম্মী, "শর্ম্ম নঙোন্দা হংলক্লগনে, মামবু য়েংলকপ্রো? অশেংবা হান্নজো মচীন কেজনি।"

শর্ম্মা মমিং লংখৎলকই, শুর অমা শাংমা হোন্দোরক্লগা হায়রকই, "হোয়নে ঐদি তাপ্প ইত্তা তারুদে অশেংবা মাগী মীৎতা কনাদনো খঙদে ঐঙোন্দদি য়েংলক্কেকো রাম, ফুল ওফ রোমান্স পুমকাই"। ঐ য়াওনা নোকমিন্নরম্মী। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু শর্ম্মগী রাঙাং অহনা ঐগী নুংশিবগী য়েন্নিং অমুকম্থু হন্না চেংলকখি। লোন্না খল্লুই "নহাক খঙজব্রা? মংবু য়েংলক্কে হায়বদো নহাক ঐগী অশেংবা মকপ্পি"। ওহ! মীওইবসে মশাগীতা খল্লি। মশাগীবু নুংঙাইরবদি অতোপ্পবস্থু লুনা তৌই। খনবমখৈ খল্লূরগা ঐ ময়াম নোকপহৃদা অমুকস্থু য়াওখি, থম্মোয়দদি থৌরবা তিঙ্খঙমা খুম্নবা খিঙ্জিল্লকখি।

"চুম্মীনে, ঐমস্থু মীৎয়েং অমা ইত্তৌ তৌই হায়বসে হান্ননা খঙল্লবনি। ঐঙোন্দা নোংমা হংলকখিদনা, মহুস্থু কনাদনো অমা য়েংঙি। রান মহু নং করম্না খঙঙি?" প্রেম্না থরাই য়াঙমা হায়রকপহৃদা ঐ হায়দোকফম খঙদনা নুংঙাইরম্মী।

"ঐঙোন্দস্থু মরক অমা হংলক্লম্মীদনা। মহুস্থু ঐবু য়েংলক্কে" ঐমা মীনম্বা রাহৈনা থুম্লম্মী। ঐ মীনম্লব্রা? লোয়নাইব্রবা রাহংসিনা হংখি, লেপ্পা নৈতনা হংখি। চাকখৎলক্লিবা মৈত্রী থোক্লা মমাল নৈজব্রবা থম্মোয়সিদা, মোংমদি কাহৎলকখিনি

হিংলিখা মপোকসিদা। মহাকপু য়েংবগী অপেনবা ফংদমা কা লিগী মতুং ইমগ্রে অহুগা মখা তানা থোঙলোমদা য়েংজবগী কান্নবা লাকখি, মহাক সিক্স এপেন্নিয়দত্তা চংখি। ঐনা মাগী মুত্তী। মমি শামহৌখি!

ছুটি থারকপদা শর্ম্মা হোয় প্রেমহোয়গা গেটতা থোক-মিন্নরকই। গেটতগী হেক থোগংলকপদা খঙহৌদমা উরুই অরাংলোমদগী মহাক্কা মাগী মমান্নবী অমগা। শর্ম্মনা ঐঙোন্দা ইল্লগা হায়রকই "রান তু অদা লাক্লে জিত্নাগী মমান্নবী। য়েংহৌরো কমানা হেমবগে হায়বদো। কমানা হেল্লি।"

"নংমা হায়বদো চুম্মী, ওমা জিত্নাদগী হেল্লি।"

"উম, মচিন থীবা ; নং ফজবগী কৈমা চাজমি। চংলে য়ুমদা কৈদে অম্মুম চাওখংলক ব ম।"

শর্ম্মা চংগ্রে মতু তাংলম্লগা, ঐস্নু লাকখি। ঐমা অয়ামবা উ'ংবগী কান্নবা লৈ মাইগৈ অমদা মাঙ-তাক্লুবগী নেশক ওই। ঐমা অনিরক মীনমলুবগী মহে ঐমা অহুম ফংখি, থোং অহাইবী ফাওবা পোত্থাদনা খলহনখি। ঐনা কনাবুস্নু ইচং থৌরমদে, মহাক কদাইদা চংলিবনো হায়বসিনা চাওবরা রাহং অমা ওইহল্লি। ঐমা মাগী ময়মদা থিক্লুবগী কান্নবা কবি লৈ? অয়েইবদা করিস্নু কান্নবা ফংদে, মকল অমদা রাহং অলিনা ঐবু পোত্থাহনগদৌরি। মতিক চাবা পাউথুম ফংদ্রবদি ঐ সুক্কুন ফুমদে।

থৌরিবৈডা কদাইগীমো খওলুদে ঐগী সাইকল মনিংদা কাং লাওনা খওলাও লাওয়রক্ষী অহুগা বয়···· দয়···· গক লাওনা স্নরকপদা ঐ গারীদগী কুমথৈ। য়েংলুবদা মমিংথংবা তাইয়ার খুবী অমুক শাংনা পোখাইরম্মা, কমানস্নু ঐনা তৌরিবহু য়েংলমদে মাপী শাগী চংকদবা অহুম চংমৈ। লম্বীগী মমিংথংবা দলান্দগী ওসাইমখৈ নুপী অমা হুকলেপ লেপ্তুনা য়েংলম্লিবোইরে, ঐনা কোয়না হাকফেং য়েংলুবদা মহাক ঐগী মতৌহুদা শিথবমথৈ মচিম খুমহুনা মোকখি। মাবু উরগা ইকাহ্নবা হেক্লিলকপদগী ঐ অহুম ইম্মুমা লাক্লে। খোওথাং তরেৎ-নিপালোমম্ব চংলখমি অমুক য়েংলুবদস্নু নুপীহু মোকপা হল্লমদে। ঐস্নু মা উবদা ফিজম চাররোই খমখদগী স্নুকয়েং য়েংলমদমা লাক্লে। মহাক্না ঐবু উরগা নোক্লিবা করিগীমো ঐ খমকম খঙদে। তৌবহুদি ঐনা খংপ্রেক খংবদগী লম্বীগী নাকলদা হায়রং হায়রং ভাবহুদা নোক্লিংলমম্বু য়াই। মাইগৈ খুদিংদা খললুমবস্নু ঐ ওইবা মাবা লংলা অমত্তা ফংখিদ্রে।

হৌজিক ঐ য়ুম ফাওবা খোঙনা চংপা তাই। গারী ফোংফম লৈ, তাইয়র লৈফম লৈ, ব্রার্কসোপ স্নুমা লৈ অহুবু ঐগীদি শেল য়াওদে, শিকি অমফাওবা মাওদে। লম্বীদা ইমান্নবা থেংনমবদি শেলহু পুরগা ফোংথ্রগে খললুই। হয়েং লাইরবী ইমাদগী করম্না লুপা মরি-মঙাবু লৌরুদগে খললুখদা ফোংম্ব ফেংলম্লোই খন্দুনা লাকপদা গারী ব্রার্কসোপ অমগী মপা য়োগদোরম্মী। মমা দম্বু সাইকল শেমজরি হায়না থাই, ঐ মহু

পাবদং পাই মুন্না য়েংলমদে ঐ মহ্ উরগা খোঙসা চংপা তম্লকনি। তুংলোমদগী ওজা জিন্না নুপা অমগা মাগী লুনাদা ওইরমাগে লিখি লিখি থোগংলকপা উরম্মী, মহাক্না মনিংদা তোঙি। ঐ মাবু য়েংবা ইকাইখদগী মাই লুকথখি। অহুবু ইকাইজরবা ঐবুস্থু হন্না হন্না ইকাইবা পীগে থল্লমাগে চিঙেংগৈ কৌরকই, ঐ অহানবদা ত্তাশিন্নরমদে, অনিরক কৌরকপদদি ঐ য়াত্রহুনা মাই নোনখংলগা মাবু য়েংলম্মী। লুনা খাবগ্রে, ঐ মথোয়গী মাইগে তম্না সাইকল ইমশিনখি।

মমাক য়ৌবদা মাবা হায়রকই "কমি তোরে নংদি?"

ঐ মাই ঈদগী খরা তায়ম্মী "ওজা সাইকলসে পোখাইরমানে অহুদা অসুম চংলবা।"

"য়ুম করাম রাংলিবগে?"

"ওজা খরদি রাংলিং য়ৌরে হায়বদি য়ায়বনিদা।"

"লিদগীরিদা থোকংখ্রো অহুগা চংলোদবা।"

"ওজা য়ায়নি, সুম চংলগে" ঐ শেল মাওদবগী মখেং মখেং চংপা হৌরকই, মোকফেং তোবদি তোকলমদে।

"কদাইদা য়ুম্না?"

"কলেজহুগী রংমদা"

"ইহ...... ...... অহুদি রাংলিমা। সে লুপা ৫ সে, ফোংলগা তোংখ্রো, য়ুম য়োবদা নুমিং শোইদনা তাদি" হায়রগা মাগী মেগতগী লুপা ৫ চংপীগী নোট অমা পীরকই। ঐমা ইকাইবোই

কল্লিখোই হায় "ওজা য়াম্লেদা।" শেল য়াওরি হায়বস্তু খুন্না ওমখিদে।

"ইকাইক্লনুদা লৌশিল্লু। নংগী ওজানা পীববু" নুপাহুনা হায়রকপন্থুদা ঐ লৌদনা য়াম্রে, লৌশিল্লুরে। মতুদগী মহাক কুইনা ঙাংলমম্রে, চংলগে হায়রম্লগা অস্তুম থৌখি, ঐগী মীৎলম ৱাংমা লানখি। ঐ ৱার্কসোপ মপাদা চংশিল্লম্মী। ঐগী হৌমবী ৱাখল থনবা হৌরকই কল্লিগী ঐনা নীগী শেল লৌল্লিবনো? অহুগা মহাক্লা ইমাংদস্তু নুপাগা শুরগা চংলিবা কল্লিগীনো? ৱার্কসোপ মমাংদা ঐ চপ য়ুংহুনা লৈখি। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু মামা ঐবু কল্লিস্তু লৈতনা খনবা হৌনদে, নগী নুপাগা চংমিন্নবদু মীবু শোইদনা য়েংহনজিংলমগনি। মহাক অহুম্না নংগী আশাপী চান্নবা? কয়াদা লাইবক ফয়মগদবা অহুগা ঐনা মাগী মমিদা লেপলুবা। উম ঐ লাল্লে, ঐগী ৱাখল অরেম্বনি। ঐগী থম্মোয়দা কল্লিগুম্বা অমনা হম্না হন্না মৈয়কই, থাঙমদবা চৈনা অমনা ফাওরকপদগী ঐ লাইকল ফোংতনা লাকখি।

মানা ইকাইবা পীবগী মমম ঐ খংঙি, ঐ অসে মহাক্কীদি য়েক্লবামি। ঐনা মাবু মীৎকুপ কাংদনা থল্লুবা কল্লিস্তু লৈত্রবা থৌদোক অসিনা পমথুংফম খঙদনা হমদোকখ্রে। মহাক মীনা উখিদি কিজদে, মীমা উমগা মাগী মাইকৈদগী হন্দোকহনবা পাম্মী। অয়োইবদা ঐ ৱাখল অমা লাক্লম্মী মহুদি ঐ মহাকী

ম্নাথল থাদোক্লগমি, অমুক খনগ্রম্নোই, সুকখন খমগ্রম্নোই। য়ুম য়োৱন্দা ঐগী হকচাং য়াম্না চোকথরম্মী। নুপা মঙা চংপী মোটনু, লৌখোক্লুমা য়েংখি, অকাইবা গাম্নীগী ভাম্নাম্ন উরকই, মংমা ঙসি ঐবু অসিগুম্বা লেম্বজনিংঙোই ওইদ্রবা থৌদোক অসি থোকহনবনি, মংমা কাইম্নমদ্রবদি থে কনাম্লোম্ন। মহু মংগী চৈম্নাক্লা? অমুকম্নু খমখি কদাই ঐগী নুংশিবা?

নিংথৌকাবা নুমিৎ মহাক্কী পেরিয়দ ওইহনবসু ঐ হায়গুম সুংঙাইবা হায়বহ ওইরম্মদে। মতুংথক্তনা ঐ স্কুল থাদবদি য়াদব-নিনা মরাল লৈজদ্রবা সাইকলশিংহু তেংহনা লাকখি। লম্বীদা সাইকল পোখাইরক্লবদি হায়দনা কিবদগী ঐ য়াম্না চেকশিন্না অনাম্বা থল্লগা থেরম্মী। মথোয়গী মপা য়োরবসু ঐ হন্না ফাওবা য়েংলম্মদে। ঐনা স্কুল য়োৎবদা ক্লাস মাষ্টরগী য়োল কৈথম্ল, য়োল খুম্না নংহৌদে অহুবু শর্ম্মমা ঐবু উবদা ময়াল খুম্বীরম্বহ ঐ হায়ফেং হরাওখি। লুনা শিন্নবা ইমাম্নবা হায়বহ মসিমনে হল্লুই। মরমদি নোংমা ওজানা খঙখিবদা হৈপা শারিবা মীহু নিংথিজনা চোপকদৌরিবনি, অমাঙ্গ্রামদা দঙ্গিস্তু কংগদৌরিবনি। শর্ম্মগা ঐগা য়োল লোননা খুম্বগী ওইরকপা য়াবা মরমদা য়ারি শারিদুদা অহানবা পেরিয়দকী ময়াই চল্লকপগী অহুবাইদা ঐগী কইনগ্রাী লাক্লম্মী। মাগী মগুন হান্নদগী হন্থরম্মদে, তুংগী শমলাং মথকলোমদা তেমতক পুলম্মী। মত্তেম অতুনা চোইনা তাবা ফারবা শমদোন ওইহল্লি। শারি অহু অঙৌবনি, ঐনা অহ নবা উবিবা মাগী শারিদি ওইরমদে! লিপস্টিক অহু অপাবা মরোল অমা ওইরম্মী, পাওডর অহু হকচাং কুচুগা চপ মান্নখি, মইদা খজাই ওইরপ্না তাংতক তৌখি অহুগা লাইনক্তা চন্দোমগুম্বা অমা মমলম্মী। মিয়াহু উবদা মী অনি থংন্নগদবা মওংগী শক্তমনি, ঐ থংনবা য়াওরোই। মুতক তৌবা পাশিংহু গীবু তাওহ্নবা ঙম্বা মক্তী নঙামা শাবা

শক্তি ওইরম্মী মহাক্লা ওজা মশা উবদা নোক:ফং তৌবহ্ ঐ শিং নাননা উখি। কম্মিগুম্বা খম্বগীদমক মহাক্লা ঐগী মাইগৈরোমদা য়েংলক্লম্বহ্ ঐদি অমত্তা য়ে,বিখিদে, খার্দ পেষ্মিয়দ ফাওবা য়েংখিদে। লুখমগী মীংমা মাবু লোম্না য়েংলম্মী, ঐস্নু মাগী মাইগৈদা লেপ্লুই। লমাইয়োমদগী মাইখাবা হায়হনা লাওম্মক্লম্মী, ঐ মাগী পাউথুম পীরমদে। লুখম্না অমুকস্নু চেপহনা য়েংলুই, লম্নাইমা লাক্লনা চীংশিন্নি, মিম্নাদি লাগ অহ্ য়েংলি, অওকপগী শক্তম্মি।

মহাক্লা পাম্মী ঐমা মখোয়গী মাংদা মীংচিপী ভেম্না পান্দুমা চংপা ওমদমা নৈখিবা, ঐমা অমুক হোৌগংতুনা চেনবা, তুংদগী অমুক থাদকপা, ঐ ওমখিগদ্রা হৌগংপা। অদুবু ঐ মাশক্লমা মাখল অমি থাদোক্লগমি হায়খিবনি, ঐ চেনখিগনি হম্না য়েংলমদনা।

ফোম পেম্মিয়দকী কাংমি তাবদা ঐ হকচাং পুখা তু চোমখি। মহাক চ,লক্লগমি খনবদা হায়কম তৌফম খওলমদে, মীগী মচা য়েংনিংদে। চংলকপদা লেপখংশিম্নোই খমখমি খে ওয়াম্দা মেড নৈরম্বদগী লেপখংতা য়াদনা লেপখংখি। য়োল ফাওবা শর্ম্মদা খুমহম্নম্মী, মাগী মাইখোং ঐ স্তুকয়েং য়েংমিংদে। শর্ম্মমা ঐতোম্দা মানা য়োম খুম্বদা ওজানা মুন্না য়েংলকই হায়হনা তম্লকই, ঐ নিংখি-হুওাইমা তাখিদে। খোক্লেপ অমত্তা তাম্রোই খমলুম্নমস্নু নাকোংনা মম্নৈ তৌই। স্তুকয়েং য়েংলরোই খনবস্নু মীংনা য়াদে, মী হায়মহ্ ওইরুবমা ঐ স্তুকয়া য়াখিদে।

ব্লেক বোর্ডতা মানা অঙ্ক ঝন্না হোৎলি, ঐ মহ্ ফাওবা য়েংদে, রা ঙাংঙি থোইদোক্লা ত্তক্লদে। ঙাইহাক্তি মহাক রা ঙাংখিদে হায়বা ঐ খঙঙি অহ্নগা ঙাইহাক লৈবগা শর্মদা "য়োল ময়া মং হায়য়ু। "ছাত্রশিংগী মথংশিংনা ৪, ২, ৪, ৯, ১৪, ৯, ৭, ৯ অহ্নগা ৬ অমাদি ১৭, মসি ছাত্রশিংগী অমমগী শেলফ্না ওইহললসি। মসিগী য়েঙ্গ পুথোকউ মং" হায়রগা বে ডডনু ইরম্মী। শর্মনা তপ্না হায "য়েঙ্গ ১৫।"

"উম ১১ কো। মসিদা ৫ দগী হেনবা কয়ানো অহ্নগা অনিদগী হেনবনা কয়ানো অহ্নগা ৮ দগী হেনবমা কয়া হাযবদো ক্লাস খরা থাইদোক্লগা বার চার্টতা উৎসি ব্লেক বোডতা য়েংঙু।"

ঐ মতমদো মীৎচি অমখক্তু্ক ওবা য়ে খিদে, য়েঙ্গ ১৫ অহ্নগা খুদম পীরিবনা জিন্না, খললুবদা ঐ খব থবেং থ.বং হোললুই। ছুংতুমা থিক্লবদা ঐসে মাগী খুদম ফিগ্লা হায়না মীং অসে কৈমা য়েংখৎলুবদা মহাক ঐবু য়েংলম্মী। ঙাক্নমখৈ মগী মায়োক্তা য়েক্লবগী মতৌগুম হিংচা-রাইতমলুবদো মগী থোংলবা, লেক-লেক লাংয়াা মাইথোংহ্ উকবদা লোয়না কাংথোকপ্রে, লোযমমা মাগ তা খনবা হৌরকই, রাশক্রী পন মীংখাইখি। সোম্নদা ইথান্নুংদা থস্মোয়না লোন্না কপ্লম্মী, ঐ থেমলুক্রে, মনিং তে জওসন্নু থল্লে। থস্মোযনা কপ্পা তোক্ত্রে ঐঙোন্দা দাদী তোৗরক্লে ঐনা হায় মীংনমি। মীংনা হায় ঐদি ইচম চম্না উগী ইথৌ তৌক্লবতনি। মাকোংমা ঐগী বাকং তানিৈদা হায় "ঐদি তাযগী থবক মচা অহ্নখক্তুং তৌবতনি, মহ্ ঐগী ইথৌনি।"

ঐ উপায় লৈতে থম্মোয়গী রা অংরেম্বা তারম্মী. কোক অসিদা হাররুরে। ইরাই হেক লাইনা 'নংদি অরা অনাগী থবকন্দু তৌরনি।' হৌজিক্তদা থম্মোয় জ্ঞান তাই, কাংসিগী মখোল্মম্ম থম্মোয়বু তমিকহল্লি। মহাক ইত্তন তা প্রোকখিবা উবদা থরাই মঙাসে অমুক অমুক খাইদোক্কে। মাগী ক্লাস লোয়খি। কৈ:দৌগু মসু ঐ মাগী ম ইথেঙ উবা পামরে, লোয়বা য়েংবা ফাওবা পামদেরে মহাক মৌনস্বনি, ঐ স্কুকবং য়েংলোই।

সেভেন পেরিয়র য়াওরগা ঐ য়ুমদা হল্লকখি। মুমিদাং ভূগদবগী ইহংবী, ওসিস্থ অহুম তৌরম্মী। অম্মম ছৌনা নুম্বিং খ নি হৌখি, মহাক্কা মাক মিংখিনুংঙাইনা উদব কুইরম্মী। এপ্রেল খাস্ত লোক্পদোরে। মাবু উনবদি ওকই অহুবু ঐগী দগিন য়েংস্থরে। অসিগুম্বা মতম অসিদা ঐ অঙক না থোদোক অমা থোকখি। ঐনা স্কুকথা থাজরুদ্রবা, ইশাগী ওইবা থোঙউপ অমা লৈরম্মা। মহ চাইনানা শাবা গ্রেট রাল হায়বহনি, মমল ১০০ পী, মচু অঙৌবনি থরদি ওংশিল্লি। মসি চহিগী ওইনা ইমনা থোনবনি। ঐ হায়কেংজি ওকই, ঐ মঙদকাওবা মঙদবনি। সেন্দলগী মহুংতা মচু তোংলগম খনবদা থরদি হরাওরুই অহবু মাগী মচানা লিশিং পীবা তোংজি হেক থল্লক-পদা নুংঙাইবগী দলান অকুক হেকখি। অমরোমদা য়ুমদা শাওবস্থ য়াদে, মহ কাওবা মথুং নীকপমখৈ পীরক্লিবনি। থোঙউপা পংথ্রগা ফুরিং অমা লৈরবা য়াই, ফুরিং শেগ্রাইগ্রগনা থোঙগ্রাও অমা শেংলবা য়াই অতুগা সাইকলদি রাখলগী থোঙগুল কাওবা

তাকদে। ঐশা তোংলিবা খোঙউপসে মী কনাগুম্বা তোংনদবদি নত্তে, মদো ঐগুম্না লাইরমগমি থল্লি, লাইরবগী খোঙউপ লৈরম্লসিনু হয়াওকম থোক্কই। মীশু সেন্দম তোংনরিবমি অহুবু মখু য়গীহুদি মরম মরি-মঙাবু তোংমন্দুনা করিস্তু, অমহ খন্দবনি। ঐদি মরোল অমথকসিদা মীমাম্বা ঙম্বা হোৎনবদা লাক্লাও অমমি। ঙসি ঐনা সেন্দলগী মচুংতা খোঙউপ অসে তোংবসি মীনা কয়ি থমখিনি? তোংথোক্তুনা তোংবগী ইশেবাকপদা তাদে হায়রক্কম্রা? কয়ে মমল য়ামদেশু হায়জসনু, ফোয়েন নত্তে হায়পে হায়রসনু, ফজদে হায়রবশু কাইরে, ঐদি স্কুলদা চৎলে। ঐনা তোংলিবসে ফোয়েনবু ফোয়েননি, মণিপুরদা শাংনরিবা ফোয়েন্দি মসি নত্তে।

খোঙউপ অহনবা লৈরগী হৌনবী য়ু খল থম্দি থমখি, মহাক্না য়ু খল কাওথরব্রা? ঐ অস্তুম নিংশিংবা হৌরকই, অশেংবা পাউখুমদি লৈরম্মী, ঐ হায়দোকলুদে। চৎলেনবা নোংব-হৃৎদবা খাংলসিনা মংথাডুমশু স্কুল চৎপদি তোক্লমদে। খোঙউপ লৈবা মতুং মরিনি চৎবদা ঐ অহনবা খোঙউপতুমক তোংহনা স্কুল কাখি, মহাক্লমথৈ তোবা ইকাইহনা লৈরম্লনি। ঐনা চৎখিবগী গেটতা শর্মাগা থেংনরম্মী। শর্মানা ঐগী ওইবা য়াফম অমত্তা হায়রক্রমদে, ক্লাস চংমিন্নদফাওবা চেক-মোক লাওখিদে। অমরোমদা মীনা ঐঃশান্দা য়েংলবোই নৌংখি, কম্লিবু হায়বক হংলকনি খলনুবদা ছুমাং কাংঙি। খোঙউপসি তোংলমদ্রবশু ফরয়গনি হায়মনু খল্লবনি। লংনা লংনা মতমদি হৌখি, শেমগী মাহংনা ঐগী খোঙউপ মমল লুপা ১৮০ ফাওবা হায়দোকক্লে, ঐ

মেনা তাই। মতুদগীদি ঐ খোঙউপকী মরমদা খনবা তোক্লম্মই, তারি কয়াস্তু মতুগী মরমদা শাবে।

সেকেণ্ড পেরিয়দ লাক্লম্মী। কাইনখ্রবা মাবু অমুক অমুক খনুই, লাপ্তক্লা উখি বহাক অদো। ঐ তক্লা য়েংখি, ফল তারমদে। কাওখোকখ্রগে খনুরবা মহাক অমু অত্রা? ঐগী ওদা তিংত্রা, মানি মহাক্লী; মহাক ঐগী ওজানি অতুপা। অদুগী শক্তমসিনা করি তৌরবা? বেরেন্দাদা লাক্তনা লম্পাক অসিদা চুমথ্রিং লাক্লবদি কারি তোরে। ওহ! পীরিসিনা অমুক মানবা দ'দি ঐনা অহানবা উখিবা শাথিহুনি, তৌক্লনবা শাথি মাইথোংনা অমুক মকাশনবা, পাওদরস্তু থাদবা, চীমবাসস্তু থৈদবা।

ঐ মহাক্লা ফয়িথ্রিফার্ভবা রাখল অসিদা লৈপ্লা লৈতবা খনখি। মহাক সেকেণ্ড পেরিয়দতা মেমশিল্লকপনি। প্লেট ফোর্মদা লেঙি য়েংখিবদা উখি ইচম চম্বা খোঙউপ অমা। তৌরোক তোৎপা মাইতু ওসিদি তাইফেং তারম্মী, মশাঙ্গ ইবে হোনংদবা মামাখক। মতম অমা ঐনা মাবু কাওরগে খল্লবহু মাওথে, মহাকপু অমুক চিংশিংবা হোরকখি, অমুম অমুম হেনকখি, ঐ থম্মোয়নুংদা কপখিরম্মী। ফিতম অসে ওইরক্লনি হায়রদি ঐ কব্রিমতু খণ্ডবখি। অশেংবা মহাক পুমচম চম্মী। ঐগী রাখল অসিতুমা হোংলক্লনি হায়বা থাজরমত্রবনি অতুপা ওসিমা কন্নি ওইব্রবা?

মাবু য়েংবগী অপেনবা মাইথিংদে, হন্না-হন্না য়েংখি, পেনবাম অমত্তা ফংখিদে। ঐমা কয়াদা লায়া খল্লিবা; লোল খুদীখিদরা মাগী রাহং তাবিখিদবা মরম মথাম অমা নিংশিংলুবদা ঐখিতমদকী

চৈনা অমনা ইচোক চোকপরম্মী, ফক্ষমদগী লেঙখিদে। উর-উরগা কপ্লিংবমা হেজিল্লকই, ফক্ষমদগী লেঙলুই, থরা ফররোই মিংঙি।

খোজেল অসিনা মহাক্ষমখৈগা ওস্থোক্লা খেৎলরম্মী। নংসে অঙকপগী শক্তম্নি. ফিবম মুর্ত্তী. চোইনা তারিবা শম্লাং, কোইদা-মরিবা মাইথোং, খোগংলবা চীমবাল, রাসি হাপ্লিবা মিস্না অতুগা লৈজেং য়াওদ্রবা খুৎশা পুন্নমক কনাগুম্বা অমগীদমক কথোক্ক-প্রবসি, ঐমা মসি অতুবু য়েংতুনা লৈহৌগনি। মতুদা নহাক্লা অয়েৎপা তোদমা চৎখিগনি অতুগা সংসার অসে কাওথোক্তুনা নহাক অতুগী মথান্নুংদা চীক্লা তুমখুল ত্তামখিগম্নিদো। ঐমা চীক্লবা অহিংতুদা কমা য়াওদমা চরুগী কাংথক অতুদা নংবু মীংশিংতুদা কপাহৌরগনি। মতু নহাক উনিংবরা? ভেবলদা থম্বা দস্টরগী মথোলমা ঐগী মঙলাম থুগাইরম্মী। ঐগী মাই কনাগুম্বনা ঙসাইমখৈগা চাংদম্নতুনা য়েংলম্নবদি লেংবা য়াদবমখৈ মকশিল্লমগনি নিংখি।

মহাক রা ঙাংদে, কনামত্তম্ন হংখিদে, পেরিয়ক ভাব ফাওবা অহোংবা লৈখিদে। মহাক থুনা থোকখিরম্মী, ঐ মীংশিংবগী মৈচাক্লা থম্মোয়সিদা য়্নিতুমা লৈলোই। মহাক চৎপ্রবরা নত্রগা চৎখিদ্রিবরা হায়বতু মফম খঙলমদে, কাইনথংদা মোংমা মাগা লাকপিন্নবী মমান্নবী অতুগা অতুম চৎমিন্নখি, ঐ মাবু থাম্বা ঙমখিদে। মহাক্লা ঐবু স্নুকয়েং য়েংলমদমা চৎখিবা নত্রা? ঐনা মঙোন্দা মোংমা য়েংখিদবগুম থোক্লম্মী। য়েংবা হায়বনে

করিগুম্বা মীচুগী তোংজবা থরদি লৈরমমনি। ঐসু মাদু য়েংলুই, মতু ঐগী তোংজবনি। মোংমা ফাদোক য়েংলুবা চান্নবগী থবক্তি, ঐ ঙসি ফাওবা মাদু য়েংবা হল্লি, মসিমা রাহং অমগী চপ চাবা পাওখুম্নি। রাখল অসিনা লোইমাইদনা খল্লুরবসু তুংলম-চত্তা অমুক্কি চোম্ন সংহল্লি মতু মাগী ওজা ওইবগী চাওরবা মগুণ অতুমনি। ঐনা ইচম চম্বা মফম মচা অমথক্কি ছাত্র। অনিগী খেৎমবসিননি ঙসি ঐমা পান্দল ইথোক থোক্রিবা, চৌনবাল অসিনা না অনিমিডংদা তাহল্লিবা।

পুং মরিদা ঐ স্কুলদগী হল্লকখি। য়ুমদা ঐ মাগী ঙসাইগী থোদোক্তু সোলভ তোরম্মী, রাখলনা অম্মুম অম্মুম শাগৎলুবদা ঐ নুংঙাইৰমা চোং-ফল্লি হায়দেতা থাকই। ঐগী মায়োক্তা মহাক থবক তৌবা মত্তে, মহাক ঐগী মাইগৈদা মাই ওন-শিল্লকপমি খল্লবদা চীংলেম্না মৈমা কপদোনা হরাওরম্মী। নুমিৎ অসে ঐগী পুন্সিদা খ্বাইগী নুংঙাইবা নুমিৎনি হায়বদা লাল্লোই, মসি অরংবা নুমিৎ হায়মা তাইরিদা হরম্মী। তাইরিগী চেবাংতু হন্না য়েংখি, নোকফেং তোক্লবদা ইমানা উৎপিবদগী ঐ মতুগী হকাইজবতু ফনবা নুমিদাং ফাওবা য়ুমদা হজমখিদে।

নুমিদাংদা ঐমা লাইমিক পাবসি পৃথিবীগী ছাত্রশিংনা সুকঙম ঙমগনি থাজখিদে। ঐ পামা পামা, ফানা ফামা পুং অঙ্গুম ফাওবা লাইরিক পখি লোয়মনা পামা ৩৯ চীমফা পুরম্মী। মতুদসু ঐ পেনখিদে, ইমানা মিকপ থোয়কপদা হায়রকই, ঙসি পাম্নিবা অতুক মাঘা পামাগীদমক হয়েং অমোক লৈবা ঙম্লোই,

ফাস্ট টর্মিনেল একজামিনেসনগী মার্ক লৌনবা ক্লাস্ মার্ক তৌবা হৌরম্মী, ঐ মহুদা মাম্না লুপদি থম্লমদে। থৌশাদ্রবা হেন্লগা ঐগী অমাঙবনি হায়বস্তু খংঙি। অতৈ সমজেক্তকী ক্লাস মার্ক তৌমবা হৌরে। মেথকী ওজানা ঙসি তৌগনি হায়না লেপ্লম্মী। মমাং থমখিবা পুম্নমক ঐ নৌহোননা থমবা তৌমমদে মাবু য়াম্না মারেৌবস্তু তৌমমদে, ঐনা থিরি মহাক্ক ঐগী মায়োক্তা মত্রগা মাইগৈদা লৈরিব্রা হায়বদো অহুবু ফল তারবস্তু প্রোগাম তৌগদবা মচাক্কুদি লৈবমদে, মতুমি ঐনা খৌরাংনা ভাইরিবা।

ঐ হান্নগী গ্রেট মালতু তোংহুনা অতুম লাকখি, মমাংগী মতেৌঙুম সাইকল সেট তা সাইকল থনম্লগা ক্লাসতা চংলম্মী। মী খুদিংমক ক্লাসতগী মপান্দ থোক্লখিদে, মাগী মাগী পম্নাদা পূক্লিং লুপলম্মী। ঐদি ফুল তৌবদা লেপখি, ভম্নাগী মনুংদা ভম্না ফংগনি হায়বদি তোকখিদে। মাখলতনা পংশা শাগৎলগা হয়েং অনি অহুমদা ফংলবদি হায়তুনা থন্দরবস্তু লক্তে।

ময়ামনা মারি তৌদে লাইরিক্তা উংলম্মী। শর্ম্মগা প্রেমগা ঐগদি মিগী ছাত্র অমগা মাথিদা লুপখি। মহাক্না মথোয় মাগী মাথোক লিরম্মী। তাজা চানা শর্ম্মনা হংলুই "মখোয় ক্লাসতা জিত্না থেংনা চঙলকপগী মরমদো করিনো খঙব্রা?" খুমলকই "মহাক মখোয়দি ঙম্না চঙলকলমদি। থোক্কমনা কায়রম থম্না তৌরবগী চংলক্লে হায়রসিনি।"

"মরমদো করিনো ?" ঐনা হংখি।

"বোক্সম ক্লাস সিক্সতগী কায়নগী মী ওইরক্লিবনি। য়ান ম স্থু খঙলমমগনি; ঐখোয় ফাম অমত্তুদা ফমিন্নরম্বদো। হৌজিক্তু কাইনখিবা নত্রা ? ওজা জিত্নানা রোল কৌরে, বোক্সমনা করি হায়রমগদবা নাত্তি খঙত্রা ? য়েস মেদাম, প্রজেন্ট মেদাম নত্রগা মিস হায়রমগদবা মানত্রা ?"

"মিস হায়রবমগদবা মাল্লি।"

বিমোল মোকফেৎ তৌই হায় চুম্নত্রা ?" মা পাক হায়দে, মিকুপ ৪/৫ হায়দে, ময়াম মাপু তিঙক তিঙক য়েংহনা লৈ।

"প্রজেন্ট মেদাম নত্রগা য়েস মেদাম" প্রেমচান্দনা অনিশুবা ওইনা হায়।

"নোয়না নাল্লি। রোল খুম্বদা আই লভ ইয়ু হায়না খুম্মীবা" বিমোলনা খঙহায় হায়রকপদা শর্ম্ম পিশুম শুকংলি, প্রেমচান্দ অস হায়, বসন্তনা খঙপ্রেক খংঙ্ ঐদি থম্মোয়সিদা অচোৎবা পোৎলুম অমনা মমশিল্লকখি।

"চৈরক্ত্রা ?"

"চৈরক্তে, বোইদা নোট তৌখিবদি নাল্লি, রোক্সমদা মমিংত্তি চাবমখৈ য়েংখি।"

"প্রিন্সিপাল দা হায়দবা ?"

"হৌজিক ফাওবদি খঙদে, হায়বু হায়রম্লোয়। বোক্সমনা করি করি অমুক হায় খঙত্রা ? ওজাদা মামা রোল হাপ্লিয়ু হায়রুবা।

ওন্নাদি কদাইদগী হাপকদগেদো। বোক্রুমনা মংমা অহুম্মা লৈখি-
ষদো লমচৎ অহুমনি। মংদি কৈদোংনু দস্তু মৰা মংলোয়। ম
ঐঙোন্দা লৈরো। অস ঐ ফাওবা চংশিন্নুবা মচিন [illegible]
থিংঙি।"

"মহু ফাওবা ফুদগা, লৈরক্তগা, প্রিন্সিপাল দম্ভ [illegible]
ইকাইখরমগনিদা" মসন্তুমা মাম্মা মু ভাইক্তগা হাম। [illegible]
মংখোয় ময়াম চঙলগা লৈক তাও মাস্রো?" [illegible]
অমদা ঙাংলকই মাদি মীনা হেনখিবা পামদৰা মীনি। ঐ
মতমহু মা স্তুকঙাং ঙাংখিদে, বোক্রুম ঐগা লুমা [illegible]
অহুবু খিমোলগী মাহু তাবদা থুংডাও অসিমা ফজমা মৈনিং-
লম্মী, উপাই ফংলমদে।

"ওজা জিত্নামস্তু মামকপা ঙম্লোয়, প্রিন্সিপালমস্তু ফুবা ঙম্লোয়!
মানা অমুক হায় করিগুম্বা ওজামা মাফমসিদা অনিমক ঙাং-
লক্লবদি ওজা ঐ পাখংদি, তজা লৈশাবীমি। মসি ফজমা
ত.ব তাগদবনি হায়ন, কিহনি। মহুদবু কমামা মথৌমা ফহুমা
তৌক্রুগদবনো।"

"নখোয়দি থিবুকনিদমা। মাগীহুদি হেমমল্লি। মখোয় মাম্না
শোল্লি হায়খ্রিসিজি।"

"তৌবমুদি বোক্রুম নুমিত্তো গুলি চাই হায়মানে. সিমা বিক্রুম্না
হায়মকপনি মহুগীস্তু মথক্তা বোক্রুম ইজ দি গ্রেট, মংমা খঙ-
লিবহুনি।"

"মানা গ্রেট ওইরগা ঐখোয়মা তুমিন লৈবতাইনে।"

"ঐখোয়না মহাক গুলি শিজিন্নে হায়বহৌদা হনবিরবনি" বিমোলনা ভপ্পা শেল্লি।
"গুলি কদ্মিগী গুলি। মহান নংনা নুমিৎতুদা ৱাম্নি শাররুম্ন-বদি চীংথোক্লুমা ফুরমগদবনি। কয়ামদি কুইরে ?"
"মঙানিদি সুরম্লমি। নিংথৌকাবা মুমিৎতমি।"
"মহুদবু তাহৌদ্রিবা, হৌজিক ফুরুবদি জুং চায়রোই হায়না তৌরবনি, জিন্নাবু মুংশিজবা ওইনা খনখিমি হায়না তৌবনি।"
"রাগমবুদি ফজনা ঠৈবা ঙমগনি, মামা মুকচবনি মানগী মশা কবনিগী মখোয়গী নেশা চাবহুগী পান্নবা য়াপোৎ নত্তে, মহুগীম্মু মথক্তা রাংঙি।"
বসন্তনা ঐবু থাগৎলকই, মহৌশানা বসন্ত খম্মা শোঙ্গবা মী ওইরকই।
"অঙইবনি ফুরগা তত্তান তাগদবনি" শর্মনা হায়।
বিমোলনা ভপ্পা হায়রকই "ভস অমত্তা য়ারোইমে। মহাক মখোয়গীম্মু মরুপ্নি, থাইগী মরুপ মহুগীম্মু মথক্তা মহাক অচম্বা পিস্টোল অমা অহুগা মক্ক তরুক অমগা পাই। মহু মামা নোংমা ঐবু উহনখি।" ৱাহু তাবদা ময়াম তুকখৈ, অহুক থৌমা লৈমম্বা প্রেম থম্বা ভপাখি, ঐসু কিরুই। শাওমিংবদি ফরমদে।

"অহুনমি ঐনা, ঐখোয় ক্লাসমা, ওজামা নোন্দুনা লৈম্মিবা। অহুবু মামা মহু পাই হায়হুনা হনগদবদি নত্তে, মাগী মেশা অহুনা তৌখিবনি হায়মা হনবনি। ছাত্র লোয়মা শাওনৈ, নং নংত নত্তে" বিমোলগীহুমা ঙাইহাক্তী থুমিন লৈরেখি। মোংমা

ওইরমগনি, নংগী মংগী চেদা রোল, মিং থানরো কোইসন ইরগে"। মমামনু ইবা পাম্লম্মী, মহাক থিন্নদনা ইবা হৌখিরম্মা। ঐ মাগী চম্লবা লাঞ্জত্রবা মাইথেংগী উরগা নুংশিবা হেল্লম্মী। মহাক-মথৈগা ওসিগা ঐগী ইফমদা খেন্নবা অসা উরম্মা। মতুংদি মহাক উরগা রাখল অমুম অমুম পীক শমখি।

"মখোয় নং নংগী খুংলাই য়াংলম্নত্রা?" হেক হ'য়রকপদা ছাত্রশিং অমুক্তং হৌনা নোকখিরম্মা। করিগী নোকখিবনো ভাব তাখদে, নোক্ত দি থং য়াখি, শর্ম্মনা শিঙ্গ ওইখি। চৌক্লা লৈরম্বা স্কুল কেম্পসতু পুম্নমক মিনখি। ওজাগী খেংজেল্লনা তুপ্লপ হায়রকই, "করিগীনো নোক্লিবদি?" ময়াম অমত্তা খুম্মদে। তুমিন-তুমিন লৈনখি, চেক নোক লাওরমদে। অমুক্তা হন্না লাওবোংলাকপোই লাওরকই, "করিগীনো নোক্লবো, পাঙক্না অমত্তা তৌরাই। জিনো লোয়না হ প্লনি।"

রাঙং অহুদা মহক শাওগা মমি তারম্মী, অঙকপা ফংনা শাগুবা হেনগংলাকখি। ত:নৌরবা মাইহুনা অহুম্না শাওরকনি হায়বদি ঐ অমুক্তা থাওরমদবনি। মাগী মইহু ঈমুক ওংলম্মী, ঐদি মঙোম্দা য়েংবা ঙমখিদে। মনিংদগী রোসম্না জ্ঞান ওনা হায়রকই, "ওজা চাওদবা মীসু জিরো হাপ্লত্রা? ঐদি লাংজদবনি ময়াম্না চৌংথবিরে"। মহাক করিমত্তা খুমখিদে, য়েংবসু য়েংলক-খিদে। ঐদি মানা হায়ফেং য়েংলম্বহুদা দসতরহুনা থারদয়া হায়নসু কিরুই, ওশেংবা থারক্কদবমক মাল্লি। দস্টরহু থবখিবদা ঐ নেমা তাই। "ওজা ঐদি য়াওদেকো" রোমিওদনসু হায়।

মুক্তা তাদে, মুকখুম খুমদে, ফমচুম ফমদোকখি। মচিন্দু ইপোম পোমখি, য়েং লাকখিদে। "ওজা মোক্তবা মীদি জিম্মো হাপকুমনি" য়োসন্না অমুক ঙাংলকই। মহাক বা মুকচাং-ঙাং-লমদনা থোঙলোমদা দস্টর পাইরগা থে কখি, ময়াম তিঙক-তিঙক য়েংচুনা লৈরম্মী। য়োসন্না অমুক কচুক "ওজা" হায়রুবদা মাগী দষ্টরচু য়োসন তম্না কন্না লংলকখ অচুগা থে কখি। ঐদি য়োসন্দা পাংগদ্রা হায়বু ঐ তম্না পাইশিল্লকখি, মনিং য়োৎখিদে। কক লাওনা লাইবকপিদা থখি। খঙহৌদন অমাধা চৈনা অমনা কন্না ফুররুম্মী। দষ্টরচু লৈমায়দা তাখিবদা ছাত্রমথৈ ঐবু য়েংনরকই, কেদৌরে হায়দুসা হোংচিন্নরকই, মংঙাক্তী চংখি। ঐনা খুং থাদোকপদা লাইরক্ক মফম থরদা পোমখৎলম্মী, ঙীদ থোকাখদে, হুবাংগাদ ফজনা হুবাংখি। খরমদি নেক্লে থরমা শাওনে, ঐদি চৈন অচু থঙাম্ম। শর্মনা মনুং থিংনা মোয়ংদগী খরাদ পোমখৎপা হনখি অচুবু য়েংবদদি ফজনা তঙলে। ঐ ঐ খল্লুরগা শাওমিংলকই অমরে মদা হৈকাইদখা নত্তে। ঐদি রা ঙাংজদবনি. ঐনা ময়ামগী চৈরাক ফংলে। ময়াম রা-রা লাক্তৈনে মীওা পাল্লবদি শিবু শিরমগনি হয়না লাওমা লাওনা শোন্নে। চংংগা নখুং চুম্না থাও য়াদ্রা হায়মা হংলগে খনখি। ঙাইহাক লৈমগা মহাক তুমিন্না চংলকই। থৌমা লৈরখা ময়াম হৌদাং লাকপগুম তুনি-তুমিন লৈম্নে। ঐঙন্দা পানবগী মরম কনামত্তমা হৌদে রকখিদে ঐসু থৌদোকখিদ্রে।

"ওজা পরিক্ষাচু অশেংবগী হৌররোইদ্রা?" বসন্তমা লেপখৎলগা

"নংমা মীগী মতৌ তমলুম্বিহুবু, মুডু মারেমে"।

"ওজা মহু খঙলম্লবদি নোক্লম্লোই" শর্ম্মমা তেন্না খুম্মী। শর্ম্মগী মাঙাংহুদা খরদি শাওবা হুম্লমানে, তৌরসি হায়বগী মওং উংলকই। "দষ্টরদি ? মতুংদা অমুক তৌরবদি টর্মিনেল ফাওবা জিরো পীগনি" হায়না জিজ্ঞানা কিহল্লকই। ময়ামদি ঐগী লাইবকী মরমদা কাওরম্লোই। দষ্টর পল্লকপদা শর্ম্মমা লৈমায়দগী খুন্দুনা পীখি হায়কই, "ওজা ময়ামগী দণ্ডি য়াম্না ফংখ্রে। ওজানা ঙসাই লঙ-ঙম্বা দস্টরহু মঙোন্দা পানখ্রে"।

"হা!" মহাক ঙক্লা য়েংলকই ঐঙোন্দা। ঐদি মোক্লি-মোক্লি তৌবা নত্তমা উপাই লৈখিদে, মাবু য়েংবা ঙম্লমদে।

"কদাইদা পাল্লিবা?"

"লাইবক্তা" শর্ম্মনা খুম্মীখি।

"কদাহ?" ঐ মাই মোমখৎলুই, ইকাইবনদি লোয়রম্মী, মফম উংলম্মী।

"এহ! চাওনা পোম্লে।" হায়রগা মহাক ইনাক্তা চংলকখি, পোমখৎপহু য়েংলকই, অম্বুকী মতিক নক্লম্মী। মহাক নোকমি নোকমিদি তৌরকখি হায়, "নং শাহেনুকো। ঐদি মঙ্গে ন্দা থাগে তৌয়বনি। ঙসাইনা হায়রকপা য়াদ্রা?" ঈদি থোকখি-দবহুদা মহাক খবা শাকমমানে নোকমি নোকমি হায়রকখি, "নাদি মারম্মনি, জুবাংপদা ওইরে, ঈদি থোক্রমানে। নংবু লাঙবা য়াওকত্রো?" ঐনা নোক্লপ খুমখি,

"ওজা খরদি নোকলুরে, মরক শায়কসে লাইবক থিমানে, লাইবক্তম্

পাল্লে"। ময়াম ঐগী অনাবগী মরমদা করিস্থু খনখিদ্রে. নিস্তক লোক্লরকই।

"ফরে মং শাওরব্নু। ঐনা পাল্লসম্নু হায়না থাবদি নত্তে. শাওমিং-মন্দুনা লংশিলম্বনি। নখোয়না হেক লাঙলমদ্রবদি থে ক্লম্লোইদবনি। মে থোকপ্লবমিনা থোক খ্র, ইবা মংহৌররোই, কোইসন ইরগে" হায়রগা ইবা নৌই।

"ওজা লাওদোবা মীনা হওলসন্নু, থাগৌবা ওজানা থাদ্রবদি থোক্লম্লোই মতুস্থু" ঐনা অয়োইবা ওইবা হায়রম্মী।

"ঐ মরৈ য়েৎচররোই, ঐনা খুৎ থারুবনিমা মংনা অতুম ওয়্রনি। মসি মশানা তবানি"। মহাক মোকখি, মমাইদি খরা চাংলম্মী, রুফমতু ঐমা হায়রগে য়াওনা হায়খিবনি, মাগী পাওথুমতুমক ঐ পাম্মী, মাবু শাওরমদে। ফনা শাওরবস্থু মশামাং ঙাঙ্গরে হায়বদা চাকপীরোইদবা কনা লৈ? ঐ মাবু চাকপীখি।

কোইসন ইবা লোইরবদা ময়াম ইবা হৌরম্মী। ঐস্থু অনাবা কাওথোক্লুনা ইখি।

"য়াম্না লাইবনিকো। মীৎ থক্লবদি লাঙখিনি" মাগী খোঙ্গেল য়াম্না নৌথরক্লম্মী। রাহুং অতুস্থু লাইরম্মী, ঐ তরাগী মন্নুংদা তরা ফংলগনি নিংলকই।

ঐনা পাওথুম মরি স্পুরকপদা মী থমমল্লে, ঐস্থু রাহুং ভরুক্কী ওবজেক্তীব টাইবকী রাহংতু তৌরগা থমখি। মানা ঐগী চেতু মুন্না য়েংহৌই। থমলুবগী ফমথরগে তৌরকপদা হায়বা তাই "মীৎ থকপা মী য়াওরে, ঐনা হায়খিদ্রা? লাইবমি অতুধু মীৎ থকপা মীগীদি চপ মান্নে হায়মনা"। ঐ খোঙদোন্দগী

কে'ক্লোন ফা'বা তু চোমখি। ঐ শোইদনা ওইরমগনি, ঐগী চে য়েংশংগা মানা হায়রকপনি। মখা তানা মানা হায়রকই, "পৈশাদবু পোইন্ট নম্লবদি ঙ ওত্রো? লুপাদা নংগদবনি; সিদি পোইন্ট ফোরটি পৈশা হায়বা তাই নত্রা? লাপ্লেকো সিদি। মীশক্তি হায়ররোই। ফাইনেল একজামদদি ঐ নম্বর পীবা ঙমগনি অদুবু সিদদি পীরয়রোই, চুম পীরবদ থোশারোই অদুগীম্ভ মথক্তা মী থক্নু হায়না হাশ্রবন"।

ঐ মাবু য়েংলুই, মহাক কনাদম্ব য়েংনক্তে। ইথন্ত অস্তুম তস্তুম ইকাইজ কই, ফনবা শর্ম্মদা রারি তৌরুই, হেনংম ইকাইকই। ঐ ঙসি ফজনা তৌগে থনখববু আরম্বদা মাঙহ্রে, মাগী মুক্তি ঐ অতুক য়েংবা ঙমখিদে। করম তৌনা নমলুবমো, ঐ মমি ফাওবা উখিদে। মসি থেক্নি হায়না মানা মাংজো-নমা হায়খ্রগা ঐনা করিগী লাপ্লিবা? ঐবু মমখিবরনে? ইথুংসিনা মমখিবা? রাহ' কয়া হংজখি স্তুকথাদি থজয়মদে।

পেরিয়দ তাখিবদা মহাক চেশিংডু পূডুনা চংখি। ছাত্র মখৈ ঙাংনৈ ঐগীনা তরা, ঐগীনা মাপল, ঐগীস্থ তরা, ঐগীনা কয়া? ঐ শাওনিংবা হেল্লকপদগী মপান্দা কোইচং চংখি। অরোইবা পেরিয়দ ফাওবা মথা শারম্মী, য়ুমদা থুনা লাকখি।

য়ুমদ ঙসাই বিমোলগী রারিডু হমজিন হনজিন থল্লম্মী। মাকচা অমদা মাবু উমিংবগা মৈচাক অমনা কন্না লান্দারকখি, মৈরি থোক্লা চাক্লিবসে মাবু উরগা হেক্তা ফগদবা মাল্লি। ইফংতি ফংতবনি।

এপ্রিল থাস্তু লোইগ্রে। ঐ হায়গী ফিবমদা অহুমক্ক লৈরম্মী। হন্দক মে থাগী অ'র ইবদ' ফস্ট টরমিনেল একজামিনেসন থোক্লে অহুগা জুন থদা কালেম ছুটিনি। অশংবা মতমসিদা ঐ করম্না মতম লেনগদৌবনো থল্লুবদা অরাবা অমা ওই অমরোমদা পরিক্ষাগী রাখলস্তু খন্দবা মত্তে। একজাম লকশিন্নকপসিদা ক্লাসকী পরিক্ষা তোয়না তোয়না তৌরম্মী।

মম ঙ জিত্নামা ঐঙোন্দা থম্না হংলম্বহুস্তু নহানমুক ঐনা নোংমা লৈথে কখবা নুমিৎতুদগী অহুম হংককখিদ্রবমি। ঐ নহুদা হেন্না নুংঙাইতবদি তৌরমদে। ঐনা লৈথোকখিবহুদা মাগী নীংবা কাইরঙস্থ য়াই। করম্বা অনিংবা? ঐ রাহংসিগী পাউখুম নোকমনখিহুনা পীবা ঙমখিদে। রাখল অমমা ঐবু কপহল্লি, রখল অমমা ঐবু শাওহল্লি অহুগা রাখল অমমা ঐবু নুংগা হল্লি. ঙত্রা নুপী ওইবগী মগুন। মগুম অহুমা ঙসি মী কযাবু চৈংশিল্লি, মী ফয়াবু ঙ ওহল্লি অহুগা মী কয়াবু অচুম্বা ফিরেপ অমদা থম্বী।

ঙসিস্তু ঐ অহোংবা লৈক্তনা ক্লস যাওখি, সেভেন পেরিয়দতা মহাক থোকই, লাকনি হাংবগী আশাদি উখিদে। ফোর পেরিযদস্তু শর্মাগা ঐগা ফাপী কৌমল্লিংঙা মকম হৌখি। ফিব পেরিয়দতা সেক্সন বিদা থোকপনি, লকই লাক্তে হায়বগী থোইদোকপা রা তাদে। ছাত্রশিংনা অমুক অমুক তুমিন লৈবদা তারা ফংখি মগী খোঙল, না খঙংতুনা তাক্লই। ছুশিংনা

মুপা য়েংলবদো অতুগা। অয়োইবা ওইনা অস্নুম য়েংখিবতুমা উংলি মহাক্কী চায়বদি। শেম্মিরদ চংলি হায়বগী খোশাবা লৈতবা মিংটি মচা মাক্কি শাবা চুমা মহাক্কি। হোয় চুম্বী মীগী মপোংপু ঐমা লোগে হায়বদি কনান। য়াম্নি, শিক্কি পীবা পোং নত্তে, লিশিং পীবসু নত্তে, শেলমা ফংগদবা নত্তে। য়েংল-য়েংলগা মমল কাখিগনি খনবদা ঐ য়েংলুদ্রে। খোশাক্কদমা থে চুনাও-য়োমদ্রা লাকপা সেকেণ্ডরি ওজা নুপী কাইমেটিক হোন্দা খোনী নুপীতুদা য়েংখি।

য়োমিওদনা ওজা হেক চঙলকপগা হংলম্মী, "ওজা কয় য়া'মিনো অস্নুক কুইনা"। ঐদি উদে মামা মোক্লপ হ য়, "মানা অচাং খরা টুসম তৌবিয়ু হায়ম্বিবা অতুনা ঐনা শংদে হায়বগীদা খয়া কুইখ্রে। মখোয় শাওরব্রানে?"

"শাওরবুদি য়াবনি অদো ওক্না ঐখোয়দি শাওদে"।

"শাওগে খলম্লবসু শাওয়নু, ঐনা শানিংতুমা শাবা নত্তে মানা য়াদ তৌনি। সে হোংনবা তৌসি"। হায়রগা মহাক অঙ্ক হোংপা হৌরকই, ঐ য়েংলুদ্রে খল্লকই 'মশক ফজবা, মচিন ফজবসু মচিন থিবোরে। ওহ। সংসর অসে থাজবা য়াবা অমত্তা লৈত্রবোরে। ইশানা ইশমুসু থাজদে, ঈশ্বরবুসু থাজদে অম-খক্তংদি লৈ অচাং নরা। মহাক অচাং মত্তে, ঐমা মাবু থাজ-খিত্রা? য়াহং অসিনা ঐবু মীংকুপ অমফাওবা পোত্থাংলম.দ।

"মীমা নুংশিখীবা মী ওত্তেদা মতুগী মুপাহু মহা গুম্নানি।" কাওথ্রগে তৌয়বা রাখলতুসু মামা চীংথোক্কুমা চাংলকই।

"মাগী মচ শিংলা ওন্না?" বা ঙাংমিংবা শর্ম্মনা ঙাংলুই।

"ঔ"। ঐ খঙ্গ্রেক খঙদি, পাখং মত্তবা ?

মীনা মখা তামা হায়রকই, "ঐনদি শংত্রিবা মামা অমুক্তোইবা তক্লিবা। অহুক কুইনা শাবহুদা নখোয়মদি অতৈ রারিগা মামপনি। করিসু লৈতা রারি মচাহুখক্তগীমি। ফল তারবা য়েংঙু"।

ঐনা নাকল অমদা মহাক্না মীমহগী রাখলদা ত ওরিঙেদা ম'না মীমমদে হায়হনা চুমথোরকপদো ঐ খরা ঙকই। মহাক মীমমথিদবরা ? অমুকসু থনখি। অসুম্না নুমিংতু অহুম কাইম-খিরম্মী। ঐমা ঐগী লম্নীদা মহাক্না মহাক্কী লম্নীদা চংনখি। লম্নী মান্নদ্রবদি রাখলসু গান্নরমোই, রাখল মান্নদ্রবদি থম্মোয়সু শান্নরাই।

মত্তনদি অসুম হৌখি, পরিক্ষাসু কুইরক্তে। মতমহ য়ৌরকপ-দদি ঐ তম্ম্রংদা লাইরিক পাবা খরা হোকখি, মাবু মীংশিংবগী পাঙলসু খম্না হন্থরম্মী। হোন্নুম হন্থরমদে তোম বেরা তৌবগা চপ মান্নখি।

অচিকপদা লৈরগ মাগী রাখল হেল্লি, চীক্ত চীক্লগা পার্ককী রাখলসু লাকই। অঙাংমা মচেং চাবা নীঙাই তৌই, মখোয়না মপুম চাবা পাম্মী। মপুম অচৌবা পীত্রিবমখৈ নিঙাই তেংক্তে। ঐমা ঙসি মপুম অচৌবা পান্নসিসু অঙাংনা মচেং চাও য়াদবগা চপ মান্নে তৌববুদি মাগী মাগী লাইবক্লি হায়রদি মাই অহবু

"কৰিগীনে হায়গে ?"

"ঐদি কদাইদগী থঙগনি। মরোৌ লৈবা মীংয়েংদি মাল্লি।"

"ঐগী শক কনবসিদা মানা য়েংবা ওইব্রিনি।"

"অচম্না হায়বত্তাইনে" হায়রগা রসম্ভ নোকই।

শর্ম্মনা অমুক হায়রকই "সে য়েংলুমম্ভু তুমশিল্লমি, তু বরব য়োনবা ময়াংগে লাক্লে, মখাইনা মরি চাসি, য়াম্না অমত্তা-নীদবা।"

"হৌজিক কালেন ওইয়েকো। ইশাবু শাগ্রিদা, বয়বনা শাহম-দোরিজি, ময়াংগী তাং। প্রেম্না মাকল অহুদা খোঙ থাংজিনবা হৌই।

"লাকও চাশিনবদা কামদবা লৈতে" শর্ম্মনা মত্তিন কুং য়োংথরগা চংপা হৌই। ঐখোয় মম্নি মনাক চপ চানা য়োৌবদা ময়াং খোৌঙক চাই, মনিং লংখংলম্বা ভুকথৈ, খোম কলম্বা তপথৈ, অতুগা বরব মখুম লোন্না থিংজিনজৈ। ঐদি ফমহুম মুংশি-রুম্বে মতু উবদা অহুবু মখোয়না ঐখোয়বু খুদোম্বীদা চক্রগুম লৈহুনা শান্নরি খল্লুবদা চংশিন্দুনা কৌম হংনিংঙি।

"ভয়া বরব মম্নি পিহ্রো" প্রেম্না অহানবদা হায়।

"কদাই শেল? হায়নিংদ হায়নিংদ, কিনা ক্রিমা হায়রকপহুদা। শর্ম্মনা "নংগীনে নংকদবা নত্তেনে। সে, ঐ লোৌখোকচগে, নখুংথু মুই। মখাই মখাই মত্রা ?"

"অহাওব্নে শলোম ম্লাওবনে"

শর্ম্মনা মখুং শং থিংজিল্লি, মম্নি তাপ তাপ লোৌখোয়রুগা অমমম

য়েন্নকই। ময়াংনা হায় "লুপা অমি, অমদা মখাই মখাই"। "সে মখাই অমা" হায়রগা বসন্তমা পীরুবদা হায়রকই, "য়াদে, লুপা অমি পীযো"।

"লৌযো সে, লুপা অমা। সিদগীদি হেন্না য়াওব্রে, য়ারেব্রো" শর্মানা মখাই অমগা পুখোক্লুমা পী। মমাং মখিং কৈতক য়েংলকই, প্রেম্না হায়রকই "ভয়া য়াব্রবা?"

"য়াওলে অদুদি"।

"য়াদ্রে"।

"অমি পীযো য়ারে"।

"য়ে ক্যা হে ভয়া" প্রেম্না খুবাক থাক্সংলগা থপ তৌই।

"অস! ভয়া ফব্রে"।

"য়ে ক্যা হে ভয়া" হায়রগা শর্মানা কৌম থাক্সংলি। শর্মানা শক্সংক্লুমা হায়বহৃদদি মমাং খরা হল্লি। শাওনিংবমদি মপুক্লু মথক মখা ওলল্লমি।

বয়বক্তি চাখা লোয়শিনপ্রে, ময়াংদু থৌখা তোক্লমদে। প্রেমনা অকোমবদা শাওনিংলক্লমা হায়, "সিফাওবা ফময়াম তোংলম-গদিনে। ভাং তৌজদু, সিকি পীবসিদা মখাই কাইদমা, লুপাহৃদু বুলুরা?" বসন্তনা অমুক হায়, "চংলোচো আদা চাবা লোয়ব্রে হায়রকঅমু, হায়ম-তান্নবা য়াব্রবদি সি" হায়রগা খুপাক ফজবা অমা মমাইদা নামবিরম্মী। ময়াংদু কিবমা থক-থক নিক্লকই। অহাহৃদা চনাই চংখিবা ওজা নুপীশিংদু লাকপা উই, প্রেখোয়দু উই, তুমিম তুমিন লৈনৈ। মমাংদু স্কুলসিদা তোইনা তাখা

মীদি। মহাক্না শেল থৌজিন্নকই। চথোকপস্তু মংহৌদ্রে, চেমথস্তু মংহৌদ্রে। ময়াংগী তাংখু ওজামা তাম্নমানে ইমাক মৌরুকপদা ওজা জিন্নামা হায়রকই "মীগী শেল পীদ্রবে। পীবিথোদা" মথোম থরদি লোকই।

"শেলথু করানো?" ওজা মলামা হায়। ঐদি ইকাইবমা মাইসি থাজংলমদে।

"ওজা পীরবমে, মামা মরিদা লুপা অমি পীয়ু হায়রিবা, ঐখোয়না অমা পীবা" শর্মনা হায়রকই।

"মীস্তু মুংশা ময়কসিদা য়াজরমগনি, য়ান পীথোকপীখো" ঐ পম্মকপস্তুদা মঙোন্দা য়েংলুরে, লোকফেং তৌবা মতুমা কন্নিস্তু উংথিদে। ময়াংস্তু ফজমা জ্রাম তাই, ওজাশিংগী মমাংদদি চেনবা য়ারোই হায়রবসি থঙমাগে মথুংস্তু য়াহুমা অহুম লৈ। ঐ ইকাইরক্তুমা লুপা অমথক তরক-তরক য়াওজবদে শত্তোক্তুমা পীথোকপ্রে, ঐখোয় মরি অমনা অমবু য়েংদে। মথোমস্তু চংথি, ময়াংস্তু চেনথি। শর্মনা তান্নরগা য়ৈগে তৌবদা ঐমা থাবদগী তোক্লে, থসত্তনস্তু ইংথনবা হায়রকই অহুম চংলক্লে। ঐমা চংমা চংমা হায়থি, "অস! ইকাইদ্রা?"

"হৌশ্নবদি হৌব্রে, কাওমবা হোংমবা তাবা"। থল্‌রগা লোকসিন্নে, ক্লাসকী থোঙ য়োবদা কাংসি চপ চামা তাই। ফাম্ম কম্নগা চোপ্প মংবমী বাম্নি তৌই, ইকাইবা ইফং ফংলমদে।

"ঐ যুহৌদবগী থুংসি মৱেং-মৱেং চংলেদা" প্রেয়া হায়থিবনি।

"মঙ্মেং-মরেং চংশঙ্ফমবা ফাম-মচিন্দা পোপ লাওমা থাজিন্ন্ু" ঐমা হায়ক্লই, মহাক নোকফেং তৌরকই।

সনাগী লৈবাক, সনাগী সেম্পাক অসিদা লম শুইনা চান্নু তৌবসি কনানা য়ানি। মখোয়মা শুমহুমা মৈতৈ হায়বা জাৎসে মাওথি-গৎদৌরবনি। মৈতৈমা ইকাইখুম্নবগা- ইনংকা কোন্নগা চৌক্রি ফমগে তৌবদা ময়াং লমহুটমা মমৈ হায়তক লাক্লগা সলাম বাবু, নমস্তে সাহেপ হায়রগা চৌক্রিদা কলমগা কোন্নগা চংথিদৌ-ন্নিবনি" বসন্তমা হৈ-শি-না হায়রকই। "লৈবাকখোয়না মন্ত্র কান্নগা কৌজেংনা লৈবাকখোয় ওনথিবদো মহুম্না মৈতৈশু ময়াং-খোয় ওনখিগদবা কুহত্রবনি।"

"মংদি মহুদা তুম্মিন লৈহৌদোন্নিমিনে" শর্ম্মনা প্রেমগী য়াদা অশোয়বা থীরম্মী।

"চীন মেন্নগবু তুশিন লৈত্রবসি করি তৌগি।"

"থংঙিহ্ন ফৈ" হায়রগা শর্ম্মা নোকই, প্রেমসু নোকখি। পেন্নিয়দ কাংলি চপ চানা খিংখি। ওজা চংলকপদগীদি য়ারিসু লেপখি, য়ারি লেপ্পদগীদি ঐগী থম্মোয় সু-গী মৈরী ভপ্না। তপ্না চাকথৎ-লক্লম্মী। মহাক্না ওসাই ঐবু পান্নগা পীথোকপিথো হায়বহু মোইহৈন্নবা থনবা হৌরকই, কল্লা মাগী- য়াথল থাদোক্কদগে? কনানসু থওংমা কমাদসু হায়দনা নুংশিবগী মৈচাক অসে পুন্নগা চংলবনি ঐ, পন্নথুংফম থওদে, লম্বীসু থওদে অমত্তা থওদে।

সুন্নিংতু পেন্নিয়দ সুদনা চুটি ওইখি। হাইয়র থোকপদা মানা মেনখি। মশক ফজবগী মতিক ফজনা তাকখি। য়ুমদা

হুল্লকুগা ঐ ভাইবাক্তুং মাকিং চংলম্মী। ইউনিভরসিটিগী লম্বীদু উবদা ঐ পেনফম ফংখিদে। মহুগী মনুংদা খ্বাইদগী ফজবদি শাংনা উমিমবা থাজপাং অহুনি। ঈশিংনা ইরুং লংই, মহুনা চীংখেওড ফাওবা শাংলম্মী। মপাম মপাম্দা নাশিক পাম্বীশিংগা জুল মোহর পাম্বীগমা পরিং অমত্তদা ছৌরি। ঈশিং মপাম্দা সিরি থাক মরি মঙা কাম্র কাম্রগা নৈ, মহু অম্সুকী মতিক মাল্লি। মমাংলোমদা লাপতক্লা উমিবা লকু পাম্বীশিংনা অচং অওংবু মতিন য়োংহল্লি। লম্বীগী য়েংলোমদা শাংনা চুমদ্রিং চংলিবা কেমেল উমগা অশেংবা মীগী পুক্লিং শুমহংলি। কয়লাম ময়াইদা নাপী শংলিবা মচা মচা খিনগংতুনা লৈরিবতুনা অমুক্কা হেন্না মাসি হাপ্লি অহুগা মাপী অহুগী মগুনস্থু চপ চানা উংলি। ট্রিটকী থাউমৈশিংহু খঙঙান ভান্থোমকপদা মণিপুর সনা লৈথাক অসি উরকই কয়াদা ফজগ্রবা থলম্লুই ইথস্তা। তারমদাই নুমিংনা ফজ জুম, থা মচেং মাস্থু অহুম ফজরম্মী। মরৌ লৈরবা মীং অনিসিমা খঙহোদনা মহাকপু উমকপদা করিস্থু তৌরমদবা থম্মোয় শেং কাই, মরাল লৈজদ্রবা পুক্লিং পি তাবমথৈ নুংশিরকই। মাগী মাগী রাকং চে পৃথিবীবু জম্ম তৌবা ঙম্বা পীকগ্রবা কোকসিদা অমমতা ওইনা পীশিল্লকই। ঐগী কোকসিমা চপ চাবা বিচার তৌখি।

চীংয়াগী ঈশিংনা মখোল থোক্লা চেল্লিবহু তাবদা অ:নীবা মপোক অমা ওইবগুম নীঙলুই। লেপ্তুনা শিংলিবা মুংশিংমা

মমম মুংশিবা পুবিরকই। ফজগ্রবা ময়ামশিং অসিগী মমক্তা ঐস্মু চৎলি অমুক হল্লকখি। লম্বীদা অমুক হন্না উথি মাগী ফজবদু; অনিরক য়েংখি অমিরক খমখি। সিবিদা কুমথহনা ঈশিংগী ফজবা য়েলুই, ঐগী মাই উরকই, ঐমু যজত্রা য়েংখি।

ঐ কনাগীসু খন্দে, মাগীডা খমি। নিংথৌকাবা মুমিং ওইবনা মাবুদি থেংনগনি হায়বসিমা ঐ লৈত্তাবা শুম্লম্মী। হরাও তুজুংবা তোক্লমদে, নোংবা কাইবগী চৈনা অতৃমক ফাওয়ম্মী। স্কুল কাবসু তোক্লমদে।

মেথকী পরিক্ষা তৌগনি হায়না তাখি, মতু মানা ফাস্ট পেরিয়দতা হায়রম্বনি, ঐদি শেংবা তাহৌদ্রে। মাংজোংমা পীবা ওইরবদি পুম্নমক্কী কবমি অতৃবু মতম পীদবা মুমিংতদি খরা ৱ নৈ, হান্না শাতৃনা লাক্লদবনিনা অরিবা নোলেজ চংভি। থার্ড পেরিয়দতা ওজা অমা লাক্লমদে, মতৃমক হাঙতৃনা লৈখি। মেনশিন্নবা ওজাসু লৈরমদ্রে। ছাত্র মখৈ ক্লাস ৱার্ককী পান্না পান্নরম্মী, ঐদি পাদবগী পাদবা অমত্তা পাখিদ্রে। নম্বর ফংবা ফংদবা ঐগী লাইবক্নি। ফোর পেরিয়দতা জিত্না চংলকই, ঐ বোই পুথোক্তুনা রোল মিং ইখি। মহাক্না রোল কৌবা লোয়রগা অঙ্ক হোংকে তৌরকপদা খঙনিং মীংশিংতৃনা হায়রকই “ঐদি কাওবু কাওরুরে, নখোয় ক্লাসকী ক্লাস ৱার্ক তৌনি হায়কো।”

মনিংদগী য়োসননা লাওয়কই “ওজা তৌরনুসে, মকমন্নি, করিমত্তসু পাহৌদ্রে।” শম্ম নসু মসিমক হায়রুই।

“সে কেসন ইবা হৌরগে, নশা নশাগী মিং রোল বোইদা ইন্নরো।” হায়রগা মহাক হৌগংলকপদা ময়াম্না তৌরগুমসি হায়না লাওরম্মী। খয়না তৌসি হায়, খয়মা ইয়া য়াই হায় অমত্তা

লিংজেল মান্নদে। ঐদি করিমত্তা ঙ ঙখিদে। অমুক ওজানা ইংনা হায়রকই "তৌসি হায়রিব্রা নত্রগা তৌরগুমসি হায়ব্রা ?"
প্রেমনা হায় "ওজা তৌরগুমসিবা।"
রোসননা হায় "ওজা য়াই।"
জিতেন্দ্রনা হায় "ওজা তৌসি।"
মোমিওদনা হায় "তৌসি।" হৌজিক কন দনো অয়াবা পীগদৌরিবরো, ঐস্থ হাযফম খঙদে, মহাক্ত মকোক পাইদেদা থাকই। তম্লক্তুদা রমননা হায় "ওজা ঐদি ইম্বা য়াই।" মহুনা মঙোন্দা অমুক্তা হেন্না মপা শারমগনি, মহু ঐস্থ খঙই, খঙফমস্থু থোকই। মান্নদবা রাদা ভোৎ চংঙি, মান্নবা রাদা লাইবক চংঙি ঐনা খল্লিরৈদা ওজানা হায়রকই "ভেট তৌবনা চুম্মনি সিদি য়াব্রা ?" পুম্নমক য়াবগী ইনগিং পীনরকই। ময়াম অঙাং মচাগুম ইরাং লাংলম্মী। মহাক্কা মখা তানা হায় "লাস্ট বেঞ্চকী হান্না হায়রো, নখোয় মঙগী মরক্তগী করম্না কারে।"
রেসননা খুম্মী "ওজা তৌদবনা।"
মথং মথং হংলম্মী। জিতেন্দ্রগী ফানস্থু তৌরমোই হায়রকই। মোমিওদকী ফানস্থু মহুদা লেপ্লম্মী। রমনগী অমদি হেমন্তকী ফান্দি তৌবমা কৈ হায়মকখি। ময়াম অমমা অমবু ইকাইনৈ, কন্নাদনা ইকাইরিবদো মহুদি ভাব তাদে। ঐগী বেঞ্চকী নত্রমা হৌজিক ওইরিবা রিজল্ট চপ চপ মান্নরম্মী। মীরেপ অনিগী মাইকৈ অনিমক পুক্লিং মিত্তুল, থম্মোয় মীৎ লোয়না চপ হুংলম্মী। টেক-মোক লাঙ্দ্রবা কান্নুগী অচিকপহু মথক্কী

সিলিং ফেনজা তগা ভগা থুগাইরম্মী। চীক চীরবা মতমহুদদি সুমী চীকপদগী মথোল নতনা অটৈ তাখিদে। খঙহৌদনা ভাইহাকী অচিকপ্ন কানস্থ মথন্তনা থুগাইরে। পুম্নমক্না লাওনরম্মী "মো।"

অিত্রা নোরুগা হায়কই "মানগী পরেংদা ভাইরে, হায়রো।" ময়াম মুরুম মুরুম শোৈমে F বাবনমা লেপখংলগা হায়কই "ওজা ঐখোয়গী দি ইয়া য়াই করমদা লেপকদবনো খঙরে।" "ঐদি তৌদি হায়বদি। মখোয়মু হায়বদি, মখোয়গীদো চম্নৈ অমমক্তা হায়সি।" লোয়না য়ারম্মী। মিজমট অদু খোয়াংনা লাইখি।

অহানবদা বাবনা হায় "ঐদি মায়ে।"

অনিশুবদা বসন্তনা হায়খি "মো।"

অহুমশুবদা প্রেমচান্দনা "ওজাগী মইগৈদা।"

মরিশুবা ওইবা শর্মানা "হুম, ঐদি তৌদবদা।"

অরাবা হায়বহুদা অহুম ভারম্মী, অমমতা ভোং লৌনবনসু জ্রো অহুম চংলম্মী।

ঐগোন্দা মহুগী খ্রোহু অচুম্বা চুমদত্রা? হায়বহুগী চাওরবা পাউরমু অমা লৈরম্মী। ময়াম অমুক চয়াংনবা হেনকই, মসিং-দগী য়োসননা লাওরকই "মানি ওজাবু নুংশিত্রা?" ঐ কদি ভাখলদগীনো খঙদে রাহৈহু ভাবদা হকচাং খুদিংমক তু কুংখি, হায়না খনখি হৌজিক্কী রাহৈহু করিনো?

চুম্মী ঐ কনাবু মুংশিগনি, মাবু মুংশিপড্রা নত্ত্রগা মখোয়বু মুংশিগদবা ? ওজাগী মীৎয়েং ঐগী পাওখুম খোয়াংবা ঙাইখি, তয়ং তয়ং য়েংলকখি। "হায়রো মং কনাবু মুংশি রাম ?" রোমিওদনা তপ্না হায়রকই। ঐনা তপ্না লেপখৎলগা হায় "ওজা ঐ কনাদা লেপকদবনো মকম খঙ্ত্রে।"
খোসননা "রাম ঐখোযবু মুংশিদ্র বা ?"
তিকেন্দ্রনা হায "ঐখোয়দি ওজাগী মাইগৈনি। ঐখোয়বু মুংশিত্রবস্থু ওজাবুদি মুংশিকম খোকই।"

"ঐদি লোযনা মুংশি। কনাদনো ঐনা লেপকদবা ? হৌজিক ঐনা লৈরিবসে অনিমক্তী লংদাইনি, অনিমক্তী য়েক্লবনি। য়াই য়াদে হ যমন্তগুংসি ঐ অনিমক্তা লেপ্লগে, অনিমকপু মুংশিরগে।" হায়রগা ফম্মী। মযাম তুমিন লৈমৈ, ওজাগী মা ঙাইখি। ঙাইহাক লৈন্নগা মামা হাবরকখি "মতমস্থু আ য়োত্রে পুং তাগাদোয়ে। ঙসি তৌরগুমসি হয়েং মতম অমা লেপ্লগা তৌরসি, য়াবেকো।" য়ারবস্থু য়াত্রবস্থু মচ ওজাগী রাহৈনি, যাদে হায়রুমা মায়োক্তা চোংথোম্বকখিত্রে। ঐনি মাগী খোজেলচুমক তনিক্লত্রা খল্লুই, রাখল অসিমা কদাইদগী লামশিল্লুম্বিবা ঐ হায়ফম খঙখিদে, লিখুম অমথক্রুংদি লৈম্নম্মী মচুদি ঐ কনাগীস্থ মিচং চংলমদে। হায়বা লোয়ত্রগা হৌজিক্তদা ইশানা ইশাবু মরাল শিজয়ম্মী, করিগী মাবু অহুক মুংশিরগা মিচংদি লেপত্রি ? ঐ থুম্বা ঙম্লোয় অহুবু মশাগী রাহংদি ওইরবনি। মুংশিদ্রগা

মাগী মায়োক্তা, ছাত্রশিংগী মাইগৈদা লেপ্লদি কৈদোই। ইথক্ত ৱাহং পাওখুম চংথরম্মী অদুবু মতিক চাবা পাওখুম অমত্তা ফংখিদে। ঐনা ঙসি মাগী মিচং চংলম্লবথি মহাক করি থমগনি অদুগা মরুপশিংনা করি তৌবা। ওজাগী মিচংদা ছাত্র ম্বাওয়ি, মমাল লৈরবা মীমা ঙাংথোরকপা ৱাহুম্মু লাজরবোইদা নিংঙি, মসি ঐঙোন্দা কয়ারক হুন্না থেংনহুনত্তা লাক্লি।

কাং তাহুনা মহাক থে'কখিরম্মী। মহাক রা ইঙাং ঙাংলমদমা থে কখি। থোং য়োবদা মহাক্লা ঐঙোন্দা মীংয়েং অমা কৈমা য়েংলম্হুনি ঐমা মরম থিখিবা। য়েংলকফম থোক্তে, মানা ঐবু করিগুম্বা অমগীদমক ৱারেংবা মাল্লি, মাগী মতৌহুননি ঙসি ঐনা মাবু থাদোকপা ঙমদ্রিব। মাগী মিচংদা লেপলম্লবসু ফরমগদবনি হায়না হৌজিক্তদা থল্লকই অদুবু য়োসন অমদি রোমিওদগী ৱাহংহুদি কনমল্লি, তরাইবা ৱাহং নত্তে। থম্মোয় অসিনা মুংশি প্রেমদা লুপ্লিঙৈদা থোমদাবিগী সান্তিদা লাক্লুনা ৱারী তৌরকখি। ঐম্মু তারম্মী, থাবমদি অহুঙৈগী বাবম ওইরম্মী। মহাক অত্তৈগী ৱারী তৌরমদে, বিমোলনমা মোংমা তৌখিবা বোক্লনগী তাকু তরাংগী রত্ন তম্লম্মী। ঐদি তাবু তামিংলবনি, তাদবম্মু ম্বাম্মদে মসিগী মরম করিনো? প্রেম্না তঙা চান! সাম্তিদাদা হায়খি "বিমোলনা মোংমা মাগী ৱারী তৌরম্মী।" সান্তিদানা খুম্লকই "গ্রেড বোক্লনগী নত্রো?"
"উম" অমা হায়।
"ঙসিমা ঐগী ৱারি, মাগী ৱারি, জিত্নাগী ৱারি।"

"আই লভ ইয়ু মচু নত্রা ?"

"হুম মত্তে, কীস মিস হায়বগীনি।"

বারি হৌড্রিবৈদা খঙলে অহে যম্ক্তদা মচু তারগা ঐগী অফবা ওইরোই।

"করম্না হায়রিবা ?" শর্মস্না হায়।

"ওজানা রোল কৌবা, বোক্তননা কীস মিস হায়বা। মানদি খঙহৌত্রবজাং ওইরে কনানো হৌজিকদো হায়রুবদা বোক্তমনা ঐমি হায়রিবনি। মহা বদমাসকী মীনি লাক্ক ফানবা ওবা মী নত্তে। মমাইদো ইক্তি অমগু শুউন্না তোপ্পা জাংনিকো।"

"কয়াম কুরে ?" ঐনা হংখি।

"আই লভ ইয়ু হায়বগী মমাংদনি। রিমোল্দি খঙলমোয়ম্বা কাদমনি ঐস্তু হায়রক্তে।"

"ন্যুখোয়বু বোক্তন মৈকা ওবা মী অমত্তা য়াংত্ররো। ওজাদস্তু তাক্কে জিত্তামম্ভ কিরে, ছাত্রস্তু কৌরে, ঐখোয়দি তাবা য়াব্রে।" প্রেমনা হায়। "ঐখোয়না অমি ফাওবদংদি পীরেমনা। নহাস স্রুকীনা শোইহনখ্রো, নহানবীতুদা শুক্লি চাবগী ওইমো। হমদক্তি নবধ শিনকস্তু কৈত্রেদনা, হুন্নক্তা ঐখোয়গী ফজবা কিক জমমান চায়দবনি। স্টুকশোত্ত শোয়ত্রবনি। ঐস্তু শিঙনবনি, বিমোলস্তু শাওরবনি।"

"মাজা শজাবু কোলদি ঐখোয় তুমিন লৈতারেমে।" যলস্তুনা শংগংতুমা হায়খি।

"অওইবনি সাক্তিদা, বোরুন ফাগী ফাগীদগী টৈ তায়বদবমি, ময়ামদগী লৈরু ওইদৌরিবনি।"
"লৈরুদা লৈশো য়াওরম্লগমা চৎকপা।" মাবন্না হায়রকই। ময়াম খরা মোকখি। মখা তামা বসন্তনা হায় নোকনি মোকমিদি তৌই "অদো মাগী পিস্তোলচুনিনে কৌরিবা। ঐখোয়না মাগী মখৌরি চম পাইরুনি, মেৎলুনি মামা মেৎপমথৈ মেৎহন্নগা প্লক নাকচিদা ইংতক, শাতক, সেংতক, কিতক দক লাওনা মখুন্দুমা মম্লরুবদি লোয়রেমে। সিদনি মী ফত্তবা মীনা কি হায়রিসে।" হায়চুমা ইকি কিজনা হায়রকখি। ময়ামসু কিবা মাওরমামে তুমিম লৈনৈ।
"অচুনি ঐখোয়মা মীকিখি ওইনা খুৎসে পুন্দুনা থম্লিবা। প্রিন্সিপালমসু মামু কিরবনি, স্কুলসিদগী পাস থুমা তৌখিবসিমি প্রিন্সিপালগী লাইমিং।"
"খণ্ডদে অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবমু হন্দাক্ত মণ্ডণ খণ্ডহনবনা চুম্মী। মংগীদমক ঐ লৈ, য়ান লৈ, প্রেম লৈ লোয়না লৈ। মসিদবু মাই পাক্রুবদি বোরুন্দা চঙজসি।" শর্ম্মুমা তশেং তশেংনা হায়রম্মী। ময়াম য়াৎংবদি উৎলম্মী, য়াদি ওাংলমদে। ঐদি ওসাইমথৈ তাবমি, তাবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। বোরুনমু মাগীদমক ঐনা খুং থারুবা অয়ামবুমি। য়েনিংমমদি খুং অসে মথক মখা ওনখি। অমরোমদা তুমত্রিক তুশা মিসিচুসু উদবা নত্তে, ময়াম্না মচুগীদমক খৌতক চাবমি। ফরে মামু তৌগে হায়বমথৈ তৌমসন্থ, মচুগী মহৈ মোংমদি শোয়দনা ফংফম

থোকই, ঐস্থু, ময়ামসু মাবু মাইথিবা পীমবগী দমক শেম-শাহুমা লৈম্লিবসিনি। খমবা য়াবমথৈ খম্নমী ইমাংদা গুলি অহুমা ফল তাহনখিদে, হন্নং হন্দা কোইপাই পাইখি। মাবু হেম্ন মুংশিবগী ইথক অহুদি মুকফ ফখিদে। মসিমতাই মীওইবগী য়াদে খঙলগতা ংশিন্নবা হোৎনৈ, পারুনু হায়রগা পাগদবা হোৎনৈ। শম্না হায়ম্নবদা অখিংবা পীরগা অমুক হেল্লি। মসি লাইফাওবা তৌই।

ফিপ পেরিয়দ তাখিবদা সান্তিদা চংখ্রে; র রীদা মহাক ক্লাস অমবু য়াওখিদে। ঐ বাখল খনবগী মতম ফংলমদে। রোসন্না মেথকী ক্লাস বার্ক চে পুশিল্লকই। ময়াম গ্রূং গ্রূং মথং মথং লৌনৈ। ঐগীদি থিবা মুকফং ফংখিদে! মী লোয়না লৌন্নবা লোইরকপদা টেবল মখাদা য়েংলুবদা উরে, ঐগী উপাই লৈজদ্রবা চেবাংহু ময়ামগী খোঙমেৎকম ওইহুমা লৈরম্ভু। নাকল নাকল মচি মচিদা উফুলগী উফুলমক্তা চুরম্মী। ঐ মহু উবদা হায়ফেং মুংঙাইতে। প্রপ প্রপ লৌখৎলগা ফং ফং কপ্পোকলুই, ইফ ফজরমদে। খঙউ উই তরাগী মমুংদা অনি, হিকথহুমা তাই। মহামমুকসু তরাগী মমুংদা তরুকথক ফংঙি অহুগা চপ মান্নবদা শর্ম্মখোয়না ৯/৯ ফংই। ঐগীমা অমি ফংবদা মখোয়না ৪/৪ ফংবা। মহু খল্লুবদা ঐ পংশাওদা শাওমিংলকই, মরম লৈতন্না হমাং কাংলকই। করিগুম্বা শোইরমসু য়াই হায়রুনা শর্ম্মগা চাংদম্নরম্মী। মুপ্নতগী অঙ্গ মহোং অহুতংদি খেন্নখি, ফলদি চুমলম্মী। মরি অহুম তম্নানিথোই হায়বগা তরুক অমি তরানিথোই হায়বগা করি খেন্নৈ? মহু খনবদা মিঃ মন্তা হৌখি।

নহামমুক্কীতুনা পৈশাদা পোইন্ট নমল্লুষগীমি মতুম্ম পিষদি ম্নাই, কমে মতুম্ম লাপ্না থমগ্রসি ওসিমা অমি, চপস্থু মান্নবদা। ঐ শাওনিংবদো ফাথবা ওমহৌদরে, চেবাংহু মশুং মরি মঙা থোক্লা শেগাইরম্মী, ঐ মচেৎশিংহু উবদা অহুক্কী মতিক পেঙখি। শর্ম্মনা মহু উবদা হায়ৱকই "রাম ঙাওব্রো?"

"ঙাওরিবদি শকহেনবীতুনি।" ঐমা শাওবা হন্দনা হায়।

"হুম মহুমা অফা ওইরোই।"

"মসিদবু কমামা শাওরোইদবা লৈবগে।"

"পীরুরগা অহুম চুমথোক্লগা লোয়রে, পংলু লুবস্থু নত্তবা।"

"ঐ থাঙবা ঙমদবা অহুননি।"

"পীসি থম্মু।"

"ময়েক অমমমতা ওইনা শাজিল্লগা য়েংহনসিরা?"

"য়ামি থমদ থম্মু।" ঐনা থোঙনাও তানমা শুপচিল্লা লংখিবহুদা শর্ম্মনা শোল্লি "অস!"

"শম্মা লানগে লাজরসনু, মথংদা ফজনা তৌরগে।"

"চুম্মীহুদি।"

"পীয়ক্রিহুদি।"

মহাক উপাই লৈত্তনা তুমিন লৌক, মহীক্লা হোংনজবহু জরেম্বা তাখি। ঐদি ফমহুম নুংঙাই, মচেৎ তারবা চেশিংনু উরুবদা অমরোমদা থম্মোয়রুংদা লোম্না কায়হৌই থরকই তরাগী মনুংদা অনি? নাকল অমদা শর্ম্মগীদমক নুংঙাইরকখিদে।

তোং কুমহুমদোইদা পয়িক্কামি। মতম চপ চানা লেপ্লম্মী। কুম্ব্রাদা লোইয়প্পা মোংমা কারগা ছুটিমি। লাপ্লিডৈঙ্গদি পংখম খল্লবনি, মকশিল্লক্লবসিদদি মহুগী খমবক্তদা থবক অমা ওই। উন্নদবগী অরাবদি জুলাই তাং অমি ফাওবা খাংবা তাবমি।

হিংলুরবনিমা মহুগী চপ চাবা মথো তৌফম যোকই। অমুক মুংঙাইবা অমুক রাবা মশানা তাবনি। তৌবমুদি মী খুদিংমক মনিং লোয়না থুংবদি ওইথোক্লোই। শেংপা ফংদবা মীমা ফি অমত্তং শেংচরগা পেমগমি খল্লি, চাবা ফংদবা মীমা চারদ রাত্রগা লোয়রে খল্লি। ইমাক থুনবা মীনা জিপ কায় তোংবদগী হেন্দোক্কুমা মীয়ামগী মপু ওইমবা হোংবৈ অহগা লৈবাক্কী মপুনা জগংকী মপু ওইমবা লাক্লে। অমুম্না অপাম্বা হায়বসে লোয়বা নাইদে। রাখল ময়াম অসিমা মাঙ থাহনা ঐ খরমখৈদি পেম্থোকপা ঙমখি।

অয়ুক্তা একজামগী লাইব্রিক মমুং তামা পাখি, পয়া মম্মি মঙা ফারঙপদা রাখলদা অমুক উংঙ। অমি অহুম পাবা লোয়রকপদা চপ অমুক য়ুংঙি। মাবু মিংশিংলুবা খল্লুবদি নৌনা থোক্ত্রে, ইথৌ থৌশারমদে। মাবু মুংশিবা হনবদি নত্তে। লাক্লগনি শোইদনা খঙলবা নিংথমযা, কলেনথা; ইংঙি, শাই; খঙনবা ঙাক্কমি। মতম অমিসিগী মগুণ মহৈ চপ চানা খঙনবা ঙাক্কমি। মহু লাক্লনি খল্লুবদা মী কয়া কুম লায়মাদি চুনদে. মহুনা খমদি মুংঙাইতা য়াই। তশেংনা ঐ অসিমক

মুংশিবগী মৈচাক খাঙবা হৈনবা হায়বহ্ ওইরে, কোক শিদোক-খিবদা অরাবা থবক মত্তে।

পুং মাপল চপ চানা ঐ স্কুলদা লাকখি। লম্বীদা ওজা থিয়েন থেংনৈ মামা মপা চামা রারা ভৌরকই "ইবুংঙো হৌজিকসি লাইংমেকো।"

ঐনা খুমলুই "ওজা ইংলবস্ নুংঙাইতে, শারবস্ নুংঙাইতে। অনিগী মরক্কুনি ঐখোয়না পাম্বদি।"

ওজা থিয়েন হায়ফেং নোকই "হোয় শারবস্ শাই হায়, ইংলবস্ ইংঙি হেক মহাই। করিদা ফগদবনো খঙত্রে।"

ওজা থিয়েন পাথংনি, মাগা ঐগা মতম অমদা য়াম্না চানরম্বনি। মাগী মগুণ চপ চান্ন খঙ্গি, মানস্ ঐগী খঙলমগনি। ওজা থিয়েনা ভাইহাক লৈরগা থৌনা থৌমা অমুক হায়রকই, "ইনাও করি হায়গে নখোয়দা চঙবা ওজা নুপীহুবো।"

ঐ গাগী মমিং হায়বা তনবদগী হায়রুদ্রে "ঔ" হায়রগা লোয়-শিনখি, পাওখুমদি চাদবমি।

"মাবু তাকপা ফত্রবে?"

"ওজা কৈ হায়গত্রা কত্তে হায়গত্রা! তাকপদি অহুম তাক্লি।"

"নখোয় ওজা শমুদি করি তাক্লি।"

"ইংলিস রাম।"

"মাদি তাকপা হৈবমি, অরিবা ভজানিহে।"

"ঔ, ওজা মহ্ তাবদি থরা নুংঙাইবা রাংলি। মখোলহুনবা হায়বদি খঙত্রে। ঐখোয়না পুক্লিং চংদবস্ ওইরবা মাই।"

"উম মহুম্ম……।" মহাক মা মপুং ফাদনা লোইশিনখি, মাংদা য়েংলুবদা স্কুল য়োরম্লে। ওজাগা ঐগা চংমিন্নরকই। ওজা ঋরেম চংখ্রে, ঐ সেদমা গাড়ী থনম্লগা চংলকই।

ওজা বিরেনগী রারীহু ইসম চম্না মকোক্তগী লোইবা ফাংবা খল্লম্মী। রারিহু চম্না অহুম নুংঙাই অহুবু জিন্নাগী রা অমা হৌদোরকপহু খরদি মরোৌ লৈত্রা খল্ল ই, হোৌম অমরোমদা ইচম চম্না হংলক্লম্বস্থু য়াই অহুবু খঙজিম উশিমবদা কান্নদবা লৈতে।

ঐনা হেক ফম্বগা মপা চানা ঐগী সেন্দল খঙমান নাস্থোরকই, করিদগীনো খঙদে ঐ খোঙউপ তোংদনা লাক্লম্লে। সেন্দল পানশিনবদা প্রেমগা শর্ম্মগা চঙলকই। নোকপদমক নোক্লে, রাদি ঙাংনখিদে। ঙ ইহাক রাম্নি শারিঙৈদা ফাস্ট পেম্নিয়দ তাখ্রে, ওজা জিত্না চঙলকপহু ঐদি ঙকলুরে, ফিলঅপ তেৎবা ওইরম্মী। মাগী মথো লোয়রকপদা হায়রকই "ঙরাংগী চে হায়দোকপদা পেন্দবা কমা লৈরি মহু পুমক্লো হৌজিক চুমথোকসি।" ময়াম তাবদমক তান্নে, য়ানিংদবা য়াওরমদে। ঐনা খল্লি য়ানিং-ত্রিবসে ঐ ইথত্তমি, কমামত্তা লান্দে। শর্ম্মনা শোমকই "মান মংসিমা শাওগনখ্রে। ঙরাংগীহু ঐনা হায়দ্রা চুমথোকসি হায়না। হৌজিক্তি কদাইদগী চে পুথোক্তুনা য়েংহনগনি।"
ঐনা হায়খি "ফরে তোক্লসি হৌখিবগী রা ঙাংনমগুমসি।"
জিত্নানা অমুক হায় "লৈত্রেকো, নথৎস্ত লৈবদি নশা নশাগী মরালনি। ফরে য়াওদ্রবনিনা ক্লাস তৌরসি।" মাগী মীৎয়েং ঐঙোন্দা লুম্না য়েংলকখি। ঐ উপায় লৈখিদে, মহাক অঙ্ক

হোৎপা হৌখি, ছাত্র পুম্নমক শিনবা য়েংবা ত্তৌনরি। ঐস্নু শিনখি, ভাবতি তারমদে। ঙরাংদি ঐ য়াম্না শাওরুই, ঙসিদি ইরালমা য়াজহনা শাওনিংবা ফাওখিদে। রাখলস্নু খল্লমদে, পুক্লিংস্নু চংলুদে, ঐ পুমচম চমখি। মেনা ফ্লানা য়েংখংবা খোঙ ক্রিংথোক্কুনা মথং-মথং শীরম্মী। মহাক অঙ্ক মরিমুক হোৎপা লোয়রগাময়ায় থংবা লম্বী চৎফম ঐগী মাকচিদা চৎলম্মী, অমুক প্রেটফোমদা কাখৎলি অমুক কুমথহনা চংলি। ঐ খঙহৌ উহৌদে, ইখোঙ অসিদা অকমবা চৈনা অমা ফাওরকখি। চৈনা অহু খোঙবীদা ওইরম্মী। খাঙবা ঙমহৌদনা “অয়ো” হায়রমা কল্লা লাওথোকখি। য়েংথোকলুবদা জিত্নাগী ফুল্লবা খোঙনিং খোঙউপ অহনা চপ চামা নোংলম্লে। মহাকস্নু খঙপ্রেক খঙখিমানে “হৈ” হায়না লাওরকই। থৌদোক অসি মিকুপ অমত্তদা থোকখিবনি। ঐস্নু অয়ো হায়খিবগী লোয়গ্রগা হৌজিক্কুদা ইকাইজররকই। খোজেলহ তাবদা ছাত্রমখৈ হুপচিল্লকই। মতমদুদা মহাক্না মোঙ্গরল্লগা হায়রকই, “ইস! ঈ থোক্লেসে, উহে দনানবে' রুমালসিমা য়েংশিমসি” হায়রগা মাগী রুমাল অঙৌবহ পুথোরক্কুনা য়েংকে ত্তৌরকপা ঐনা হায়রুই, “ওজা য়ানিদা, ঐগীস্নু রুমাল য়াওরি।” হায়জবতমি ইনবীগদবনা ইমবীদ্রবদা হায়জরুবগী কৱি মতিক লৈ. মহাক ঐগী খোঙ পাইরগা নপথোরকই হায়, “ঈসে লেপ্লরোইদমানে, কত্তক অমুক্তা য়েংসি।” ঐদি নাবগা ফাওরমদে, ইশাসি শোবীং-শোবীং লাওরম্মী।

“ওজা ঐ কীরগে” ঐনা হায়খি!

"সে কন্নদি পুনশিমগনু" হায়রগা ঐগী খোঙ থাদোরকই। ঐগী খোঙহ্ বেঙ্কতা থাঙগৎলগা কমালহুনা হায়ফেৎ কিখি।
"ইহ্! নারম্লনিদো উহৌদেদা" হ'য়না মানা পাখৎনা শোল্লকই।
"ওজা য়াম শোকপা নত্তেদা। উনশা খরা ভৎপদনি।"
"ওম মহ্ ওইরস্থু ঈদি থোকমনথ্রে।"

তৌববুদি ঐমা পাইবদা খঙলম্মী খোঙবীগী খুজিল মচেৎ অমা তেক্লে। হিক্লোপ-হিক্লোপ লাওখিবহুদা ঐমা খঙবনি। মহাক চৌক্লিদা ফমখি হায়রকই, "ঈ খক্লরা?"
শর্ম্মনা ঐগী মছত্তা খুম্মী, "ওজা খক্লিমানে।"
"খোঙউপসিনা মচিম তুম্নে, চৎনবীমে হায়হুনা তোৎলুমে শোক-লেমেসে। মসি তোংদবনা রাই শংলবজাংনি, ইথত্ত খোঙসে লৈথোকচগেস্থু তৌজে, লৌথোকপনা ফরে।"
"ওজা শোইবমি, অনিরুক্তি শোইবা য়ারোই।" ঐনা হায়। "নহানমুকস্থু লাইবক্তা শোকখিবতা ভাইম্নি, মন্নামগী দশা মংমা পুহুনা লৈয়ে।"

ঐ রা ভাংখিদে, হোয় ঐ পনিনা য়েংত্রা মান্না য়েংত্রা তৌয়ে।
"হোয়েম য়ুমদা হিদাক হাপলুকো, নত্রবদি পাক ফরোই।"
ঐ অনাবহ্ য়েংথা নত্তনা অতৈ তৌরমদে, শর্ম্মস্থু মহুদা য়েংবা য়াওরম্মী।
"য়াম মান্মনি। য়ুমদা চৎথোক-চৎশিন তৌগনুকো নত্রবদি ঈ হৌগনি।"

"ওন্না. মহুগী থোইদোকপদি ভৌবোইদা, য়াম্না শোকপা নত্তে।" মাগী মাইথোঙ খরদি ইকাইবা মাল্লি, ফজনা য়েংগে থমমনি পেরিয়দ তাখিবদগী য়েংবা ফুহোত্রে। চৎলমদাইদা মানা হাপ্লবা হিদাক খরা হায়রম্মী অহুগা অহুম চৎখি। মহাক্কা চৎখিবগী থোঙ য়োৎবদা মখুৎ খুবাক্তা চুম্বিবা ঈ খরহু য়েংবা উরকই। মহুত্তদা খল্লকই ঐগী ঈ মতোন্দা তৈত্রে, মাগী রুমালনা ঐতোন্দা কাপ্লে। ঐ রাখল মণ্ডল-মণ্ডল খল্লকই, হতোমত্তা ইকাইজরকপন্থু য়াওখি। অনাবগী চৈনাদি ফাওথিদরা মত্তে।

মীপুম খুদিংমক ঐগী অশোকপহু য়েংমখি, শর্ম্মনা হায়, "মাম নংগী খুজিলহু পুম্লনিকো। ছৌজিক চৎতুনা হিদাক হাপজবনা ফরোইত্রা? হোয়েন সিক্স পেরিয়দ ঙাইরবদি অফবা ওইরোই।" প্রেমচান্দনস্তু হায়রকই, "অওইবানি মান। ঈবুদ থকত্রবস্থু অমোৎ-অকায় নত্রগা মহিক চঙবা যাহ।"

ওইরোমদগী বসন্তনা হায়রকখি, "রুমালহুনদি কৈদোফনি, রাখলগী মানি। ফিমা নাতোম খুমগুমনি।" ঐদি বা অমত্তা ঙাংলুত্রে। রাখলদা ফমা থুইনা মীংজিং-মাংজিংমরম্মী। চৎলসিন্না চৎকুম-সিন্না খনবদা সেকেণ্ড পেরিয়দ অহুম লানখি।

লাইবক ফবা হায়বহুনি, ঐমা খরা চৎমিংবগা মপা চারম্মী। স্কুলগী ওইনা থার্দ পেরিয়দতা ছুটি ওইখি, মহু কম্পিটিশন অমদা অহানবগা অহুমশুবগা লৌরকপগী ওইরম্মী।

ক্লাসতগী সাইকল সেদ ফাওবা ইথন্ত লাকপদা মানা থোকখি। চৎলি-চৎলগা চীকপাদ হেনগৎলকাখ, মনুং হজিম্না চীক্লকই। প্রেম্না

ঐবু শম্বীরম্মী। ঐবু হংনদবা মী য়াওরমদে, হংদা হংনা য়েংমখি। শর্মগী মতেংনা ঐ সাইকল গেটতা ইমখৎলকই, বাখন্না ঐবু গাড়িদা তোংখৎহল্লকই। ঐ সাইকল খৌবদি ফজনা চল্লম্মী। অহৌবু য়েংলোমদা তুরবদি ঐ হিংদোবা মান্দে। ঐ কয়িমতা খুদোংথীবা য়াওদনা য়ুম য়ৌথি। ইয়াম্মা অহানবমক্তদা হংঙি, ঐনা ওইদবা মীনম্বা রানা খুমখি। ইমানা হংলকপদদি ঐনা বোল কাওবদগী থোকখিবরি হায়রখি। হাংদোক্তুনা য়েংলবদি বোল কাওবদবু অতুম্না শোকপ্রা হায়দা শোইদনা হংলকনি খঙবদগী ঐ কনাদসু উহনখিদ্রে। ঐগীদা পুল্লক্লিবা রুমালচু লৌথোক্লগা অহানবমক্তদা দিটোলনা চামথোক্লম্মী, থুপ্পদি মহা ওইখি। মথংদা টিনচর হাপলম্মী, অদুকপা কংনা থুপ্লকই। অয়োইগী বেন্দেজ পুনবদা হিক্লোপ-হিক্লোপ লাওরবা খুজিলচু থেংনুবদগী ইশাদা খঙহৌদনা চৈনা অমা পীরকখিরম্মী। অম-য়োমদা অমুক নীংশিংনুবদা মাবু শাওনিংখি, ওইথংবা মাইগেদা তাহুনা লৈরিবা রুমালচু উরকই। খল্লি মসি মহাক্কী পুক্লোপ্তগী শংতোরকপা রুমলমিকো। মহক মশামক্লা পীঃকপা, মথুংনক্লা কৌরকপা।" য়েংথংবা খুংগিনা তপ্পা পাইখৎলুই, ঈমা চুংবা রুমালচু। ঐনা তৌরিবদো মী কনাগুম্বনা উরম্বসু য়াই হ্বারমা ইঠোমতা হ্কাইজক্লুই। কনাসু লৈংমদবতুদা ইখত অমুক মোকখি। রুমালচু শুদোক্লগা রাগদ্রা হায়না মুন্না য়েংলম্মী, মরক-মরক্তা মতুদগী নুংশিবা মমম ফাওরকখি। মনম অতু সুদোক্তুনা মাঙ-হনবা য়াৎদ থমখিবদগী মতু অনিরকতুনা শোক্তনা ঐগী উপূদা

হাপখি। অময়োমদা রাখল অমমুক লাক্লম্মী 'মামা, ঙরাং কৌখিরা রুমালদু পীরক্লো হায়রক্লবদি কমদৌনি, ঈ তৌরবা রুমালসিবো? অমা শিংঙ্‌ হায়রবদি, মানা নেংসু নেংপীরগা? ঙদোক্লগা পীরকউ হায়ররক্লবদি, লুপা অমি অহুম পীবসিবো? মখল সুনা খলম্মী, মমৈদা রারেপ অমা তাখি। রুমালদুগীদমক এৈনা অদুক মখা শাবা হৌরদে। রুমালমা রুমালনি, মামা মানি, এৈনা এৈনি, তোঙান তোঙাল্লি।

মহাক এৈবু উখিদবরা? অসুক চাওবা মী অমা উরগা শাংনা তিংথোকপা খোঙবুমা উখিদবা? চংনা চংনা মহাক করি রাখলদা তাওক্লরিবা? লম্বী চংফমসু পীক্কে, হৈনা চংলবদি মী অহুম মরি দ শোইদনা চনগনি নত্রগা মেংথংকে হায়দুনা নেংথংলিত্রা? মদুগী কান্নবনা করি? এৈবু নুংশিদুনা মেংলিবা ওইরম্লবদি। হুম মদুদি ওইথেক্কে, নুংশিরগবু নেংপা হৌনদে, তশেংনা মানা এৈবু স্কুল কাবা ঙমদনবা হোংনবমি। অদুগা এৈগী রুমাল য়েংচগে হায়রগা করিগী য়াদ্রিব? এৈনা পুথোক্লগা মানা মংহৌরোই মক্তাগুম য়েংশিল্লকপদি। মঙোন্দা থেক্লবগী ঈ তৌহনবিংলমগদ্রা? ময়া কাদুমা লৈবা লৈাও কনামসু শোক্কে।

এৈনা অয়োইবদা লেপখি, রুমাল পীরমোই, পীবগা অকাইবা লৈ, পীদবগীসু কাইরা লৈতবদি মক্তে, মদুদি এৈনা লোংতুনা থম্লম্মী। রুমাল অসনা তৌবা ঙম্বা কয়া লৈ, নিমা মীবু হাংপা য়াই মংত্রগা তেক্ত-কাইদনা হৈমসু য়াই। রুমালদু

উপুদগী লৌপোক্লুনা যেংখি। যেংবদা য়াম্না হৃদবা রুমাল অমত্তুম নীংথীরম্মী। মুন্না য়েংশিল্লুবদা উবা ফংলম্মী ইংরাজি য়াহৈমা "অপ্নাবদি ঈশ্বরনি।" মতু অহানবদা পাক উখিদে অমুক হন্না য়েংলমরবদি উবা ফংলম্লোয়। য়াহৈ অতুনা করিবু ফোংদোক্লিবনো? ঐ হন্না হন্না খল্লম্মী। ফল তাবা সুকত্তম ত্তমখিদে। রুমাল অসি মানা য়াম্না পামজতুনা লৈবনি হাযবদি খত্তলম্মী। মতু কনাগুম্বা অমনা য়েক্লুনা লোমবনি। মহাক্নদি ওইরম্লোই মৃরমদি ঐনা মঙ্গলবা মরম অমা লৈ। অপ্নাম্না ঈশ্বরনি হায়বদি ঐ য়ানিংঙি অতুবু মতুমা করি ফোংদোক্লি হায়রবদি খত্তখিদে। ঐনা ডাইরিদা ফজনা ঙ্গল্লপা রুমালতু হাপ-চিনখি। মাগী খুংকী চেবাং খরগা য়াওরম্মী, লুপা মঙা চংগী অতুস্মু অত্তুনক য়াওরি।

য়াখল পুম্নমক নুমিদাংগী ফজরবা শক্তম্না পুক্লিং ত্তমহংলম্মী। করিগী মহাক্না ঐগী খেঙ্গ ঙাইহৈবিরি হায়রবসিমা লমজিংতুমা মমশিনবা অভিয়াবু ত্তানখৎনবা মৈ থাংগংখি। ইমুংদগী মপান খোরকপদা ফাওখিবা চৈমা তপ্না তপ্না অমুক হেন্ননকখি। আয়বস্মু নানা, খনবস্মু খনমা, কপ্লিংলবস্মু কপ্লি ম লাইব্রিক পাবদি তোকপা য়াখিদে, ঐ লাইরিক্তা মাই অমুক ওনখ। চৌক্রিদা ফম্না ফম্না অঙ্ক হোৎলম্ম, অমুক অমুক লাইব্রিক মযেক হৃদোক্লুনা থাম্ববা টেবলতু ফাওদোক্লুনা য়েংলুই, মখাদা মোবা অমা উরম্মী। খল্লকই মতু মীং অসিগী শক্তিনরা? য়াখল অসিমা কদাইদগী? পুং তমাদা ঐ তুমখি, চা লেপখি।

মোং ও'মকপদা অমুক্কী নুংশিংমা তপ্পা তপ্পা শিংলম্মী। অতৈ খোইদোকপা খল্লমদে, ঐগী খোঙবীমী অনাবনু খল্লম্মী। মাগী রুমাল উপু হাংদুনা য়েংলুই, নুংশিবা মমম কোল্লমদে। খো পুন্নমক লোয়নগা ঐ ওমদ ওমদ স্কুল কান্নকখি। ওসিনা কপ্পি খোল্লবা য়াই ঐ ভাব ভাদে। ও াং কারকহোদবা ছাত্রশিংনা ঐগী অশোকপনু অমুক য়েংন্নখি। অমমা ভা! শোপ্লি, অমমা লাইমক থম্বাল শাংলি য়ায়। ঐ খোইনা তাক্লক্রে, ওয়াংগী রুমালদুগা মমেক্কুগা পান্নুমা লৈরম্মী। মেঞ্চকী মখোওদা খজিক্কুং খেংলুবদা হম হম লাওনমথৈ চীক্লম্মী। করিস্নু লৈত্রবা খোওনিংমা নেৎপদবু অম্বুম্না য়াম্না পাংদবা মী অমগুম ওইমা খনগমি। মুপা মাপ্নে হায়গনি, অভেকপা খুজিলনু উমগদি মরিল য়াওই হায়নদি, মসি শোইত্রবা ৱানি। মীকপ্পবা তুম মচা অমত্তং চঙবদা নুংঙাইত্রিবমি। ঐগীসিদি তুম ংলিশিং অমমফাওবা কোমরোই মসিমা ঐগী চপ চাবা মমাল্লি।

মশাগী পেল্লিমদতা জিত্তা হাম্নগুম চঙলকই। হন্দক্তি ঐনা মাবু য়েংবদা ইচং খোরম্মী। ঐভোম্না মহাক মরাল অচৌবা অমদি লৈমমা মহাক ইকাইফম থোকই। মাগী মাইখোঙ অমেপ্পা লৈত্তে, হমাংগুমম্নু ভোই, মাকচিদগী য়েংলবদি শাওন্নি শাওরি ইপেন পেন্দবা মাল্লি। ওইদিংবা ওইজনমমু ঐদি য়েংবা হনখিদে। মামা ইকাইবা উমগা হেন্নহুম য়েংশিল্লম্মী। রোল কোৎবা লোয়নগা মামা হায়নকই "রান মংগী ওয়াংগীনু হিদাক হাপ্লবা।"

ঐনা য়েংনা য়েংনা খুমন্নুই "ঐ ওজা।"
"নুমিদাং চীকপ্রা ?" অরাই অখুম তৌই।
"খমদি চীকই, চীকপ্রা হায়দুনা অমুম খল্লবসু কবণ্ডুমসু তৌই ওজা।" মহাক হায়কেং মোকই, মমাবসু মিস্তক তৌই।
"ঐবু শোইদনা শাওনিংলমগনি। শাওরমসু থোকই।"
"ওমা শাওবসু ৬ম্লোয়, শাওনু শাওনিংদে, শাওগেমু কদে।"
"মহুমা মপামগীনি, পুক্লিংদা করি লৈ হায়বদি কমানা হায়বা ৬মগনি।"
"শেংনা হায়জবা রাদি ওজা মনি খমদি তাবনি। মমিহু পোংশক অমগীনি।" মহাক ঐনা ৬াংবসু তারি, পীমুম শুকংলগা খমা খমবদি মানি। মহাক অঙ্ক হোংমবা শেম শারম্মী তপ্না হায়রকখি "যুমদা কোইচং চংতুমা শানমুকো। মক্রবদি ঈ হোগনি, পাক ওইশিনবা ৬ম্লোই।" অদুগা ৬াংবা লেপখি। ঐ ৬সাইথৈবু উরমদে মাগী খোঙউপ তোংলক্রে। হান্না ইচম চম্না খল্লবসু হন্দক্তি লুমা খনবা হৌরকই। মদুগী মহুংতা খোঙনিং মেঘা অচম্বা খোঙউপ অমা তেংবা উখি। পোখি থি 'মহ কন্নিগীনো ?

নংমা ঐগীদমক হায়খিবশিংসে ঐবু মুংশিহুনা তৌরিব্রা ? মক্রগা মহাক্না পীরকখিবা চৈনা অহুগী তেনশিন্নবা চুমুক্তা মীমাংদা চীমগী লৈতেংমা ফজবা রাহৈ কোংদো ক্লব্রা ? অদুগা মহুনা ঐত্তোন্দদি করি কাঠৈ। ফরবসু ফক্রবসু ঐগীদি অমিমক মাঙকবনি, হান্নমা খোঙবী কাইশ্রবমি।

অঙ্ক অমা হোংগা লোয়রকপদা মামা না হায়রকই "হন্দক্কী টর্মিনেলসিদা মার্ক য়াম্না ফংগদবনিকো। পাস তৌদবা মীদি ঐ শাওনি। হয়েং এন্ত্রেন্সদদি ফজমা হোংনগদবনি, মহুনা মখোয়গীসু ফবনি ঐগীসু মাইনি। ঐদি মীঙোন্দগী শিংগনি, মঙোন্দগী হোংকনি হায়বহুদি মীকিথৌগী নানি। লাইব্রেরি পাবা কমামত্তা ফেল ওই হায়বা য়াওপোংনত্তে। মী খুদিংমক পারগা পাস তৌরিবা ঙাক্কনি, মকোক ওইহনবনি। ইংলিস স্কুলমা পোল্লিসন লৌবসে ঐদি য়াম্না শাওনিংঙিজাংনি। মখোয়তনা মীরো, মীপূম খুদিংমক চপ মান্নে। হোংনদত্নমা তৌরিবনি।" মাগী রাঙাংহু ছাত্র লোয়মা তারম্মী, অনৌবা রাদি মত্তে, মহু ওজা খুদিংমক্কী কাওবা ঙম্লোইদবা বানি। মহু করিগীনো মখোয়না খঙলমগদ্রা?

মাগী সব্জেক্তুমদি ফজনা হোংনরগে হায়বদি খল্লমদে, ফজমা ফংগে হায়বদি খল্লম্মী। কাংসি থিংখিবদা মহাক থোকখি। ঙসিসু অহুমক হৌখি, ঐ ঙসিগী ওইমা কনি কান্নবা থবক তৌগে হায়বদি খঙলমদে।

হন্নকপদা রমমগা ঐগা লাকমিন্নে। ঐনা মঙোন্দা নারী শাক্রুই। মহাক য়াম্না হরাওবদি মালি অহবু মপুক্তা করিগুম্বা অমদি চমৈনবা মানখি। জিত্নাগী মরমদা রাহং খম্মা হংখি, অহুম খুন্নকই। হংদ হংজিল্লুরগা শাওরকই, ঐ তুমিন্না অহুম লৈরে। ঐগী মত্তৌ উবদা মহাক খররুদি নুঙাইতনা মালি। নুঙাইত্তে হায়বদি হায়রকখিদে।

ুসি পরিক্ষানি। ঐ পুক্লিং লৈডারমদে, ইপা পাখং-লম্মী। কোইসম নুংঙাইগদ্রা নুংঙাইরোইদ্রা খনবদা মথা ফমা শাই, পরা থরা পাহোগদবন্সু অমত্তা পাহেদে। তমিক তমিক মতমদি লৈত্ত লৈতনা চংখি, ঐস্সু য়াওখি।

ইশাদি য়ারিবমথৈ নাম্নবমি অহুবু লংজম ফুরিং হায়বসি ইফ ফজদে। মহাক্মথে ঐমা থরাই অসুক নুংঙাইজবদো ঙসিদি থোইদোক্লা খঙ্গিল্লুবা তৌদ্রে, লংজমগী ফুরিং লীংপনা হৈমগী ওইরবোই মীংঙি। মীওইবসি মাগী মায়গৈদা চুমদ্রিং চংগ্রবদি মাইগৈ অহুগী ময়মদা মমুং তানা খঙফম থোকই অমদি হৈন্নরকই, লাইথোরকই; লাপথোক্ল লাপথোক্লগা কাও-বম হেললকই, মহুনা মকম খরগী ওইনা মুঙাইজবদি য়াই। অনিসিগী ওন্নবসিমি য়াম্না লুরিবা।

ঐমা লাকপদা মমন থেংনহুনা ঐখোয় অমি লাকমৈ রৈ। স্কুল য়োবদা পুং ৯ তারম্লে, পুখাই অমহুদি ইমাং লাংলি-ঙৈদা অহুম তৌখি। মমমদি অত্তোপ্পা কাদা তরুম্মী। বসন্তগা ঐগা তামিন্নখি ক্লম মম্বর ৭ দা। প্রেমগা, শর্ম্মগমা ক্লম ১২ তা তাখি। অহানবদা মনিপুরী থোকই, মসিদি ঐগী খ্বাইদগী হৈমবা সবজেক্টমি, ইমা লোননি হায়বদি য়াই, মমুং তামা খঙগদবদি ইমারোমনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হোমা মনিপুরীসি ৬০ গী ময়াদতা ফংলকই, ঙসিস্সু মহুগী এমদনি ঐনা পরিক্ষা থাখিবা। ওজা ইবেম্মানা অহামবদা তাই, মহাক ঐমা ক্লাস

সিক্স, সেভেন অহুবাইদা ফজনা লোয়নখ্রকপা ওজাসি খ্বাইদগী নুংঙাইখিবদি মহাক্না ঐগী মিং কাওর্নমদবহুনি, তোইনা উন্নবস্থু নত্তে। মহাক্না ঐগী অশোকপত্থ হংলকই, ঐদি মমম খঙদনা হংলকপনি খল্লম্মী অহুবু মাগীহু মহুগী মরমদা ফজনা খঙলগা হঙলকপা ওইরম্মী। ওজা জিত্নামদি তাক্লম্বস্থু য়াই, তাকপবুদি তাকলমগনি। মহাক্না মহানমুক মানা কাংথোন্দগী তাবগী য়ারী লিখিবন্থু হৌজিকস্থু নিংশিংলি। ছাত্র খুদিংমক্না মাগী য়ারিহু মমুং তামা খঙবা পামখিবমি অহুবু হংদ হজিল্লুরগা খুল্লক্তে। কাংথোন্দগী তাববু মথুং তেকপা ওইথোক্তে হায়গদ্রা ঐদি ফমবু নোক্লিংলুই, ইতোমতা খল্লম্মী কাংথোন্দগী তাবদা মথুং তেকপা য়াঙখিবমা?" খুমগদবা মামা খুমত্রবনিমা অম্নেম-বদা ঐগী য়াহংহু মাংখি। মসি মত্তবা মাগা লোয়নবকপাগী য়ারি কয়া মিংশিংলম্মী। পরিক্ষাগী মতম লোয়খিবদা নীংশিং-লুবস্থু লোয়শিনখি। থোক্লমদাইদা ঐগী কলম মাঙলম্মী, কোইথৌ থীখি, ফংখিদে। ঐগী তেক্সতা এক্সট্রা ওইনা থম্বনি, কমামা লৌখিবনো খঙখিদে। ঐগী মতৌহ ওজা ইবেম্মানা খঙলমামে হায়রকই কলম মানা লৌই হায়হুনা। ঐদি ভশেংনা মাঙখিগদ্রা চীংনরম্বনি তৌববুদি লৌবিনবদি লৈতে। মাঙোন্দগী ঐ কলমহু লৌরগা থোরকই কাদগী। মপান্দা শর্ম্ম লোয়হুনা লৈরম্মী, তৌরম্মী তৌরমদে হায়বগী য়ারি তৌখি। ইকুই কুইদনা মনিপুরী টুগী মতম অমুক লাক্লম্মী। ইভেনিংদা ওজা থরোই চংলকই, মানা কা চাবদা স্কুলদিদা মমিং লৈ। অমুক্তদা

কা মতপ অনি চাবা ওম্মী। মহাক কা চাপ্পবক্তনি, চেকপিম-মদি মঙোন্দগী হেনবা লৈতে। সোমদা পরিক্কা কন্না তৌরি, নাকল অমদা উবা ফংঙি ওজা মালাংগা ওজা হুইসলগা রাগিবনি। ঐ ইনা ইনা য়েংলম্মী, য়েংনা য়েংনা খলম্মী। মখোয় মরী লৈম্নরকপসি ফুইরে, চহী অহুমদি ফাজিল্লক্লে। ওজা হুইসল মচা লৈজম্ন-বস্মু মাগী ভৌবা ওবা মতিক মগুন অহুদি উংলি। ওজা মলামা খাইনথক্লবীনি হায়বগী মৈচাক অহু উংলি, অমিগী রোমান্স অহুনা মীয়াম্মু য়েংহল্লি। হৌজিকসু মহুগী দৃশ্যহু ময়েক শেংনা হোলগী কাচিন অমদা উবা ফংঙি। মসজনা মনিংদগী ঐনু য়েংলগা মোক্লকই, ঐসু নোকখি। মখোয়গী মরী লৈম্নবহু ঐ কদাই ফাওবা লৈনরীবমো হায়বদি ঐ খল্লুরে, য়েংস্নু য়েংলুদ্রে। অঙাং ওইরিঙৈদা ওজা ইমাওমা পাওতাক অমা পীবিখিবহু নীংশিংলকই 'অমম্মদা খুং শাংবা, অঙ মবদা খুং তেনবা।' মহু হেক নীংশিংলকপদা ঐ খরা মোকখি অমুকস্নু খল্লকই অমস্মসু ঙাল্লকখিনমি, অঙানবস্মু মল্লখিনি। ঐনা থরাই য়াওনা য়েংগদবদি অমম অঙাম শিন্নবহুনি। ঐ খমবমখৈ খল্লুরে, পোথারকপদা নীংশিংলকই অমুক ঐগী আশাগী মৈরী। ঙসাইমখৈদগী মহাক উবা ফংদে, মহাক ঙসি লাকনি খাজখিদে। উদি উমিংঙি মাগী চম্লবা শক্তমহু। মহাক উমনা ঐঙোন্দদি খোয়াংলবা পাম্মীদা ঈশিং চাহিবগুম্নি। মহাক্না ঐনু হীংহন-বনি হায়বা মায় তৌববুদি ঐ লৈবনা মাগী মগুনদি হেল্লিবনি। অয়োইবা কাংসি ফাওবা ঐ মাগীতা খনখি, উবদি ফংখিদে।

হুমিং তরুক্কি মহাক উবা ফংখিদে, লাকস্নু লাকখিদে। ঐ মাগা কাইময়বগুম্মী। ইশাদা হৈমিংবা ফাওখিদে, তম্নেংলিচনবা নুমিংতু অয়োইবা পরিক্ষা নুমিংনি। মহাক্না ঐবু থৌশাবিদবনি হায়বসি ঐ ফজনা ভাব তাই, হুংঙাইনীবু হায়মবদি শিজরগে হায়বা মীওইবনি। ইথোঙ অসি নেংপীরম্লগা মহাক লাকখিদবা মত্রা? ইরাইবক অসে থোম্বাম্লগা উন্নখিদবা মত্রা কয়ম্না ঐনা তরাই তয়াইনা কাওথোকপা ঙমগনি। মাবু কাওনবা লম্বাবু কপাইনো? থীবা ফংদে, উবা ঙমদে।

হায়র থোকপা নুমিৎসি ওজা শমুনা তাই। মহাক্তি অহুক হাক্লা চেকশিনবদি মত্তে অহৃবু মাগী অহেনবা মীচংদি লৈ, পাজলস্নু লৈ, শক্তিস্নু য়াওই। কা অহুমা চেক-ষোক লাওখিদে। কেসম নম্বর মঙা তৌরকপগী অহুব্রাইদনি ওজা শামু থোকখিবহু; মীৎসিনা উবা ফ ঙি মহাক ষ্টাফ কা য়োনা চংখি। ছাত্র লাংবা হোই, শীন্দোক শীজিনগী চয়াংনরকই। থোঙলোমদা ঙাইহাক মপালোমদা য়েংলুবা মতুংদা ঐ নম্বর তরুক হোৎথবা হৌখি। খঙংদনা থোঙলোমদগী ঐগী জিন্নানা হায়রকই "কৈদৌরে লাংলবদি..?"

ঐ খঙ্গ্রেক খঙঙ য়েংথোকলুবদা মহাক লেপতুনা লৈরম্মী, ময়ামস্নু য়েংনখি।

"ওজানা তায়গদোইয়ো?" বসন্তনা হংলুই।

"উম।" ময়াম নুংঙাইবা ফোংদোক্লে। হায়বা লোয়রপা মহাক চংলক্তুনা চৌক্রিদা ফমথি। ঐ নহালমথৈ লাক্তবগী শাওরগে

লেপ্লবনি, মাগী মতৌহদা পুমকাও ক'ওথোকপ্রে। মহাক শাখি শেংতে, লৈঙাং মচুগী ময়েক শাইবা অমা শেংলি, য়েংবদা মাই অহু তাইফেং ভাই, চাইরুং অহুম ইকুং কুংলি, চিনবাল অহু ঙ'ঙজবতনি তগং তগংঙি। ঙসিগী মহৌসিক থৌবা ঐ অমুক্তা উখিদ্রি।

বসন্তনা হংলুই অমুক "ওজা নহাক্লমখৈ লাক্রাদি ওজাগী শরুক ক্লাস ভাদবনরা ?"

"হুম, মতে ঐ য়াম কয়া নাকুয়ে অহনবি। হেক ফাগা লাকইবসিনি, ঙসি ফাওবা যুম য়োবা ভাদত্রা খঙদ্রি।" মাগী মাইহৈ তরুরগা মাবু নুংশিবগী ইথক অমা অহুম রাংথংলকখ। নারুবহুননি ঙসি মাগা ফিভম অস্থুক শোক্লিবসে। মমিংসু ইকুং কুংপগুম ভোই, মুম তাশিল্লরবদি লৈভোনফাওবা ইশেং শেংদ্রবা খল্লি। ঐ মাগাদমক খমবদা অঙ্কা অমত্তা হোংখিদে। ঐ মাবু য়েংলুই মীং কুপ্পুবমখৈ, মানা ঐ ঙান্দা য়েংলকপা কান্দা হায়রকই "নংগী খোঙহ ফরব্রা ?"

"ফয়ে ওজা।" ঐ ইপেন পেন্দনা খুমখি।

"কালেজ ছুটি কারকপদদি ফয়না ফরনিদা।"

"ওজা হৌজিকসু ফাগা মথং চংগদা নদ্রে।" ঐনা য়েংবা ইহন হন্দনা খুম্মী। তাঙ্গা চাবা য়েংহুমা ঐনা রা অমা হায়রুই ইকাই ইকাইনা "ওজা মারুবনরা, ফিভম য়াম্না শোক্লে।" মহাক হায়ফেং নোক্লকই অহগা হায়রকখি "মাইগসে ইকোপ কোপল্লমি। স্কুল চংভবসিসু ইনুং নুঙাইতনে। ঙসিসু ভমদ ভমদ লাক্লবনি,

শুম হৈমত্রবমিনা মোংমা চংভবদা ভৌফম খঙনবজাংমি, মাগোই হায়বস্থু তপা ওবপোংমত্তেদা।" ঐস্থু হায়নিংলুই "ওজা ঐস্থু স্কুল চংভবসে অুংঙাইতে।" অহুনু ঙাদি ঙাখিদরে। ঐগী য়াহুদা বসন্তসু হায়রকই "ওজা কুইনা মারুপা চপ মান্নথ্রে, ওজানা নাবদি ইকুই কুইখিদমানে।"

"উম কুইদে, মখোয় পরিক্ষা হৌবা তুমিত্তগী মাবনি, উসি তরেংনিদি সুয়েদনা, চাক-ঈশিং অমত্তা চা থক্তবনি। ওয়াং খরা চাই অহুনা লাকপা ওয়িমিন গ্রুকোজসু মামা কাপ্পপোংনিদা, হুকচাংসে ইকন কন্দ্রি।"

"য়ান্নগীদো হঙ্গিনবদদি ওজা খরা য়ায়নি" ঐমা হায়খি।

"উম" মহাক তপ্পা য়ামিংবা উংলকই।

ঐ য়া ভাংলুত্রে, মহাকসু ভাংলকখিত্রে। ঐমা কোইসন নাইন-তিন ইরকপদা পুং তাখি, কোইসন অমা মংদনা থমখি। মীমদি লোয়গে লোয়থোকউ হায়জরকপমি ঐনা ইখিত্রে। অঙ্কনিনা চুম্বু খরা চুম্বর্দি ফংলনি খল্লে। ময়াম মথং-মথং থোক্লখি, বসন্তসু বাবন্না কৌবদগী যোকত্রে, কাহুদা ইবানী নত্তনা কনামত্ত লৈখিদে। ঐ ইহৈ হৈমরক্তবদগী থোকখ্রগে হায়দুনা তৌরকপদা মানা তপ্পা হায়রকই, "য় ন সিগী চেসে মশিং অমুক্তা থীয়ুসে।" কুম্রা-মাপল সুগদবমি, অনিমদি থাত্রবা কুম্থ্রা তয়েং লৈরম্মনি।" ঐ চংশিন্দুনা অক্ষ্যায় পেপরশিংতু থীরম্মী; ঐনা তরানিপাল হায়-রকপদা মামা বা অমা হায়রকই, "কালৈম ছুটিসি শাংডিরেকো।" ঐ খুমগেদি তোই, মশিং কাওখিগত্রা হায়হুনা মাবু য়েংবদগী

হেন্না অতৈ তৌখিদরে। মথা তামা হায়রকখি, "ঐদি স্নম চৎপ্রষনিমা লেপ্লনু হৈনদে, করম্না ঙাইগদোমো খঙজি।" ঐনা মসীং থীবা লোয়রকপগা হায়রুই, "ওজা চুসন লৌত্রো?" "লৌই, হৌজিক্তি ঐ খরা লেপখিগে হায়না লেপলি। করা স্নুরে, চুন্নব্রা?

"স্নুরে।"

"অমথক বাৎপগা য়াবজাৎ মত্তু, ঐঙোন্দা তাইনগদোরিমি মাঙঙদি। কোইসনবু স্নুংঙাইব্রনে?"

"ওজা অমাইবগী কুনদংনি তৌদবা।"

"ঐগী মবজ্ঞৈতি কমাই তৌখি?"

"খরদি তৌগ্রে ওজা," ঐ নোক্লগা খুন্নম্মী।

ফাইনেলদদি ফজনা হোৎনগদবনিকো। ঐদি পোজিসনবু লেপ-হন্নিংঙি। করিগীনো মং হন্দক অয়োইবসিদা রোল হায়থন্নক্লিদি?" ঐ ইঙক ঙকই, মামা অহুন্না খঙলম্বহুনা হায়খি "ওজা করম্না খঙগে।" "প্রিজিপালনা স্নম হায়বদা তাবা, হন্দক্তি মমাংদা ফরবা খরা হায়থরক্লে হায়দনা হায়বা মংস্নু হায়রকই। অহুক য়াম্না হায়থরক্লিবহুবু?"

"ওজা চহী মতাংসিমরা খঙদে ইঙাও ঙাওই, লাইরিক্তা থরাই খরা য়াওদবগুম তৌই অহুননি। অহুনগী ইংলিস মেদিয়মগা ওইরকপসিনগা ইংনে ওন্নে।" ঐ হায়দি হায়দোকখি, হায়দোকপা লোয়প্রগা শাথিনা ইকাইজরকই, মাবু য়েংবা ঙমখিদে। মহাক রা ঙাংলকখিদে, ঙাইহাক পন্থনা লৈরবা মঙুংদা অমুক হায়-

রকই, "থোক্লসি,।" থোক'মিন্নরকগী থোঙ কাহ্নোরকপদা মানা তপ্প। শোরকই, "ঙাওস্নু ঙাওগদবনি, লাইরিকস্নু পাগদবনি।" ঐ মাবু য়েংলুই মাস্নু ঐবু য়েংলকই অদুগা "নংত্ত নত্তে মী খুদিংমক মি মতুদি" হায়রল্লগা মহাক কম্মম ক্লম ভান্না চৎখি। ঐ ভাকপগী মথক্তা অমুক্তা হেন্ন ঙকখি। মাবু খামদুনা থম্বা ঙমখিদে। অকোনবগী র হৈ অত্তুনা ফেংদোক্লীবদু কররিনো? ঐ মাবু য়েংনা য়েংনা খলহৌই, মাই লৈথোরকপদা শর্ম্মগা প্রেমগা হোন্নোমদগী লাকপা উখি। ইমাক য়োরকপদা প্রেম্মা হায়রকই, "রাম ঙসিদগীদি থা অমমুক উন্নংরোইনে।"

"হয়েংদি?"

"হয়েংস্নু থাগ্রে, ককথংগ্রবনি নোংমা কাবগীদু।"

"ইয়াম য়ামদেদা থা অমবু মত্তমলে?"

খঙবু দি খঙহৌরোই, অমুক অমুক্তি কোইথোরক্লসি মতুস্নু মানা লাকচসন্নু হায়বদি মত্তবা। ঐনা হান্না চৎলুগে খন্নগদবাকো।"

"ঐদি লাকপা ঙম্লোয়কো" শর্ম্মনা ইনোক নোক্লুনা হায়রকই, "করিগী?" প্রেমচান্দনা মমিং লংখৎতুনা হায়রুই।

"ঐদি লাইরিক পানি" হায়রগা শর্ম্ম নোকথোরকই।

"নমাংদা ফজবী নুংগী মুংঙিবু থমদুনা পাজগে হায়রবদি ফৈ, থোরকন্নু মতুতদা হোৎনদুনা লৈয়ু।" শর্ম্ম ঙাংলক্তে, ঐ নোকখি। রারি শানা শানা ঐখোয় অহুম থোরকপদা সেদ য়ৌরে, সেদতা বামনগা বসন্তগা অরুবা রারি অমা চীকথমদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় উবদা খঙলেপ লেপ্পী। মখোয় অনি করিগুম্বা মরৈ

অমা তৌনরম্বদি মাল্লি অহুবু চপ লেপথিবদগী খওও রেল। ঐগা শর্ম্মগা সাইকুল ইন্থোক্কে তৌরকপদা বাবন্না হায়বা তাই “প্রজা জ্ঞান তাবা ব্রাৎপনমি, মসিদি চুল্লবনি।” বসন্তনা থুনা খুম্মী, “মকোক ফত্তদনা মনুন ফত্ত্রিবনি. মসিনা থাহুদগী চুল্লবনি।” বাবন্না মমিং কৈফনা য়েংশিল্লি, বসন্তনা ইহি হিগ্রংনা মোকখি। ঐনা খল্লমগা মপা চপ চান্নে, মখোয় অনি রাজনিতিগী ওইবা মরৈ অমা তৌরম্মী। ওাইহাক তাবদগীদি ফজনা তাপ তারকখি, মথেল অমা ওইনা চংল্লা ওগথিদে। প্রেম্না হায়রুই, “প্রজা ফত্তদনা, পাওহুনা তৌরিবনি। বাবনগীসিনা চুল্লা।” শর্ম্মনা মোক্লগা হায়রুই অমুক “বসন্তগীসিনা চুমত্রা থল্লি ঐদি। ইমুং মনুং অমদা ইচম চম্না হেক্লা হায়সি, মচা ফবা ইমুংদো মপা-মমা ফরল্লদবনি।” “মমা অফবগী মচা, মপা অফবগী মচা নম্বর ফোর চাদিসিদি” বাবন্না কংয়েংলা, চুময়েংলা অমা তৌরকই। “মহু মপা ফবা কৌদে, মমা ধর্ম্ম চেনবী কৌদে,” বসন্তনা হায়। “মমা ফনা কৈ হায়হুওাই ইমরীপদবা মচানা ইনবদ্রবদা মপা মমাগী করি উপাই লৈগে?” বাবন্না খন্না শক্লংল্লক্লগা হায়রকই, “মহুস্থ মমাননি, মপাননি। মুওং মরিল তানবা পেংলিদৈদা য়েহোদবননি। থাইদগী লানবদি মপাহু নুংথও পাইবা হৈত্তে, য়েবা হৈতে। মমাস্থ থংফম খওহোদব, মসিদা ওইনরিম্নু হায়দনা হৈগা হৈত্তেগা, থংফম লুদেগা মোক্লরিদেদা কোরসা. চংহোবনি।” বসন্তগী রা অহুদা প্রেম খন্না ঈ কাবজাংলি ওহায় হায়দোরকই, “গোভরমেন্টনা বন্দ থামবীনি, থোও

দাগৗনি, কোয়লাস থাবৗনি, ঈশিং পীবিনি। প্রজানা জ্ঞান তাদদনা থম্না থুগাই থম্না লথাই অমত্তা মতিক চাত্রিবনি মত্রো? হৌজিকপু মাহারোল অফবা থোক্লিত্রো? লোল লৌই শীংনীদে ছাবিগা জাবিগা। তোত্তা ফংঙি 'শেল থম্না ফংবদা হেক্তা মথাদৈ, অচুম্বা তৌগে হায়না চোংথোরকপহুনি তোং কাত্রিবসে। মকোক মমা, মকোক মপা থমবদা প্রজা চংঙি, মচা চংঙি লাক্লত্রো? মচা ফওবনা থনবা মমাজিমা মমাহুস্থ ফংত্রে, জ্ঞান তাত্রে।" মমাম প্রেমগী বাহুদা মতম থম্না তুমিন লৈমৈ।

"মচা হোৎনবা ওয়্মোয় হায়বদি মচা কৈদৌম্বা পোক্লি, মচা কন্নিগী য়োক্লি, লোয় থারগা জ্ঞান তাগদবনি।" শর্ম্মনা তপ্না হায়থিবদা মাবম্না হায়রকই, "লোয় থানি থওবা ম.কাকপু লৈত্রো? মহুনি লুম্নিবা। লৈবাক অমা চাওথংপদা প্রজা জ্ঞান তাবা চওঙি লোয়রে, তাংমিংঙাই লৈতে।"

"ফবে প্রজা জ্ঞান তাবয়ো, লিঙমহুমা চেং চংহুমা লৈয়গনু করি হৌগদগে প্রজানা?"

"অকথ। প্রজানা অফবা লিডয় থমগদৌরিসিদি।"

"লিডয় অহুমা মপুক হোংত্রবদি কৈ, অওন অওন চাবা ওই-রম্লবদি ফরনি।"

"মথংগী ইলেকসনদা ঐগী পাজল লৈয়িবসিদি।"

"মহুস্থ ফংত্রবদি।"

"শিনদোক্লগা লোয়রেদনা।"

"মহুস্থ ফংত্রবদি?"

"মতুদি পৃথিবীগী ৱাহংদা য়াওদে।" অত্তাই অথুম সং শং তৌনরম্মী, ঙাইহাক তুমিন লৈমৈ, শর্ম্মনা ঙপ্লা ইংনা ঙাংলকই "লৈবাক অমা কবদা লিডরসিপ অমা য়ামদ্রবদা দরকার ওই। মতম মতমগা চুন্নবা লিডরসিপ ওইগদবনি। হৌজিক্কী মতমদদি মহাক্কু অৱাংবা থাক্কী মী ওইগদবনি। করম তৌৱগা ভোং কাগনি, করি হায়ৱগা য়াগনি। প্রজানা শেল পাম্লিবসি করিগীমো? হায়বসি ঙঙাইকদনা খঙবা তাবনি। মংগী প্রজা জ্ঞান তানবা হোংনবদা করি চঙবগে লিডরসিপ কবা চঙ্দ্রো? মথন্ত মথন্তনা ফরকপা ঙাইগদৌরিব্রো? মতুদি আশানি, ৱাখল নত্তে।"

ঐদি মখোয়গী মরৈশিংতু তাক্লৱগা পংমোক্ত নোক্লিংলম্মী, নোকপদি নোকখিদে। ঐস্থু য়াওগে তৌক্লই, মীচং অমদা অহম শুরবদি অনিতুনা নুংঙাইৱরোই খনবদগী য়াক্রদ্রে। ঐস্থু খন্দবদি নত্তে, প্রজানা জ্ঞান তাগদৌরিব্রা চত্রগা মকোক্লা জ্ঞান তাগদৌরিব্রা? অনিমক চুম্মী অনিমক লাল্লি, য়ুমফম য়াওদবা ৱাদা মরৈ তৌবনি। ঐ নোক্লীংলকপদগা ফোংনা নোকথোকখি, মখোয় অমত্ত নোকখিদে। ঐনা অহানবদা চংপা হৌই, মাথায় মরিগী মরক্তগী বানলগা বসন্তগদি চংনিংবা উংলক্তে। ঐনা হায়খি "বাবু, বসন্ত নখোয় অমিগী মরৈদো লোয়না চুম্মীমে, অৱানবা অমত্তা য়াওদেনে। পাম্বী অমা হৌবদা মরু চঙ্ঙি, লৈপাক লৈহাও চঙ্ঙি। অমিমক ফত্তবা অমত্তা য়ারোই। মরু যত্রগা লৈবাক ফত্রবদি মতুস্থু হৌরোই। য়ানিংব্রা?" শাওতুনা লৈংম্বা মখোয়নিনা ঙাংলকই, ৱাহৈ

অনিহু ইমান মাগ্নে “পাম্বীগা মসিগা মরী লৈমদে। মহুদি থানমবা, তৌনবা মী চঙতি।

ঐনা ভপ্পা হায়খি “নংথাংগী মী হায়বত্ত কনানা শাই, প্রজা কনামা শাই, লীডরসিপ কনামা শাই। মতাংসিদা মীওইবনা পাম্বৈগী ইশ্বরনি, পৃথিবীদা লোয়বা খম্বা নাইদবা মরম লৈ, মখোয়হ অমুক পুনশিন্নবা লেপ্লবা ঈশ্বর হায়বসিদা লোয়শিল্লি। ঈশ্বর হায়বসিনা মীবু হিংহল্লিদনি, ঈশ্বরনা পুম্নমক্কী ওমখৈনি, হৌফম্নি। ঈশ্বরবু থীগৎলুবহুনি ঙাওহুমা চৎনরিবা ময়ামসে। অহুনা নখোয়গী মরৈসিস্থু ঈশ্বরমনি হায়হুনা লোয়শিল্লে।” ঐগী রাহু ভাবদা মখোয় খয়দি জ্ঞান তাবা মাল্লি, তৌববুদি ঐনা অহে অশিং শাহুমা চুমখোকলুবদি নত্তে, মরৈ লোয়শিন্নবা তৌ থবনি। তমমানে বসন্তগা, বাবনগা ফুক হোগৎলকই, কয়িস্থু তৌদগুম নোকখোরকই, লোয়ননা নোকখি। খোয়ক-পদা ঐনা হায়রুই “ওসাইগী মরৈদো অমমা মচাদগী য়েংপা হোই, অমনা মপাদগী য়েংপা হোই মহুনা তাকই বসন্তগা শর্ম্মগনা মপাবু নুংশি, মমাবু নুংশি, বাবনগা প্রেমচান্দগনা মচাবু নুংশি। চুমব্রা?” ঐগী রাহু চুম্মী হায়বদি হায়রকখিদে, য়ানিংবদি উৎলকই। খর-খরদি মোকফেং তৌনৈ, মরমদি হংলুব্রে। ঐখে য়না মীংশিংচকপদা নুমিৎনা চৌংনুংদা তারম্লে, চৌকিদারনা গেট লোনগদবগী তৌরম্মী। মহাক ইওক ওক্লা য়েংহোই, অহুম লাক্লে।

পরিক্ষা লোয়বগী তমাওবা, কাংলন চুটিগী খুংঙাইবা ঐ থোইনা খল্লমদে। মাগী খুংশি য়োহ্লিং অতুতমু নাম্হোক্লবা হোৎনরম্মী। অমুক নাম্হোকপা ঙমগনি হায়বা থাজরমদে। অতুমু কোঁহ্লিংদি অসুম অসুম কাম্লক্লী, মতুনা তৎখিবা ঙম্লগদ্রা? মুমিং তরেংনি চনবগী মমিদাংতু ঐ মতম লেনবদা ফজনা ৱাখি। শর্ম্মখোয়দা চৎলুগে খল্লি, মতুনা থবক অমদি নত্তবনিনা হেক্তা য়াখিদে। মখোয়সু ৱাঙাংদর্ম, নোংমতসু লাক্কুনা ৱাল্লি তৌরদে। মোংমা ইথঙ থঙহৌদনা প্রেমচান্দ তহা তহা লাক-লম্মী। অক্লবা পাও অমগী ওইখি, মতু ত্তবদা ঐ মেকতু নোক্লম্মী, কপস্থু কপখি। মতুদি বাবন মুপী অমা চেল্লক্লে, লুহোংবা লাক্লিবা নিংথৌকাবা মুমিংতনি হায়রম্মী। মতৌ অসি কম্না ওইগ্রিবনো অমত্তা খঙদবনি, বাবনবু মুপী কোইত্রা? মাবু মুপী য়েংবা ঙংখিত্রনে? প্রেমগা ঐগা ৱান্নি অঙবপা ফংনা শাখি, খম্নুমগা থম্মোয় অসি পীকশিল্লক্লুনা ঐখোয়নি ফাংবা কাম্মিন্নরুই। মমিদাংরাইদা প্রেম চৎখ্রে, মেংং হেক ঙানবদনি শর্ম্মা লাক্কুনা বাতন পীয়বতু। শর্ম্মগা ঐখোয় অহুম মোংমা লুহোংবা য়োঁ প্রৈতেসিদা চৎলুসি হ য়না লেপ্লখি। শর্ম্মদি চৎখিবদস্থ নোক্ল নোক্লগ চংখি। ঐ বানগী ৱ খলদা লুপহৌই, ওহ! মহাক ছাত্রগী পুন্সিসে য়াওমিংত্রমানে। ক্লাসতসু মহাক ঐখোয়গী ইৱক্তা শুকতিন চিন্দবনি, মোংমা তিন্নবা নুমিত্তমা চাওরবা মরৈ অমা তৌরখিবনি। মহাক্না ময়ামদগী ইতোপ

তোঙ্গহুনরা ঙসিস্থু অহুম ইতোপ তোপ্পা চংত্রিবসে। কনানসু ঙক্লাইদগে মহাকপু। ঐনা মঙোন্দা চিঠি অমা পীখি, মায়োল অচদি—

"মরুপ বাবন,

নংমু ঙ'ওত্রো বাবন? ঐখোয়মু হন্দোক্লম্লেমে মত্রা? মী খুদিংমক মচামু হুংশিবগী প্রেম অদু লৈমম্লিবনি। ঐখোয়মু লৈত্তবা মত্তে অদো নংগীদু খম্না থুমল্লি। মত্তে করি বাখল-দগীনো বাবম নংনা ঙসিগী ফিভমসে ওইত্রিবসিনো? কনানা নঙোন্দা মত্র কামলক্লবা। মুপামু মুপী য়ায়রেদ্রবদি হৈংবা ঙমদে হায়বা লৈত্রো? মং ঐখোয়গী করিমত্তা থদে, মহুগী মাখলদু ফজনা লাল্লি। পরিক্ষা অসিতংদি থ'দোক্লম্বা য়াবনি। নংমু করি চাহুনা হীংলগে হায়রিবনো? ঐদি ন.সে জ্ঞান য়াম্না তাবা মরুপ্পী হায়মা লৌরুবনি অদুগা নংনা ঙসি তৌরক্লি-বসিগা ঐ য়াম্না ঙকই। মীমা তারগা করি হায়নথিনি মং খলত্রা? বাবম ঐনা হায়বিবসে নং শাওদি শাওনু অদো নংগীদো খমদি নুংঙাইহতে। অদুমু ঐমা নিংবা থুংহোদবগী মু ঙ'হৈজত্রবস্থু হৌগ্রবনিমা ঐগীদি উপাই অমমুক লৈত্রে। ফরে ঐ নংগী বাতনসু ফংলে, ঐখোয় মরি মোংমাইজিং কুমিত্তা লাক্কে, লোংতি লোংলমগনুকো। ঐগা নংগা শাগদবা মারি য়াম্না লৈ। ইমাদি করি হায়রি?

নংগী—

মাম মৈতৈ।

চিঠি অদু পাখিবগা ঐ রাখল থবদি হুংঙাই, অদুবু মামদি ঐবু থম্না শাওরমগদবা মাল্লি। শাওমাংবনুখে শাওননমসু থকে। অহিং অমা মাগী রাখলদা ভাওখিবনি, মদুনা অমুক হক্তিলমজি য়াদবনিনা অমুক অমেম্বা রাখলদা ভিনখি। অমুকসু থম্লুই, ইহিং হিংনা বাবন লুহোংগদৌরিবা?

ঐখোয় মরি হায়নবগী মতুং ইম্না বাবনগী ময়ুমদা অযুক অঙমবদা থুংখি। হয়েংদি মাগী লুহোংবনি, মহাকপুদি লৈরম্মী মমাদি লুহোংবগী পোৎ চৈ লৈবা চৎখিবা ওইরম্লবনে মপা লৈরমদে, মপাদি মচুগী মমমদা ইথো থোশাদবা মাল্লি হংবা লাকপা মমাম্নবশিংগা মোক্কুনা বারি শারম্মী। ঐদি মহাক মখেবু থঙল্লুদে, বাবনমা অহন ওইরম্মী। ঐখোয়সি অতোপ্পা ভাক্তনি তোংবুদি অহনগা অতোপগা রাখল সুকমান য়ায়রোই, য়াইমনা ইতোপ তোপ্পীবনি। ঐখোয় মরিদি শাওরগে হায়রু-সিদা চৎপনি, বাবনগী মতোহ উবদা ঐখোয় ফাওবা নুংঙাই-খিদে। মহাক মথম্বাই য়াম্না নুংঙাইতবগী ফিক্তমদা লৈবা উখি। ঐখোয় অহুম সোফা মশাং অমত্তদা ফমলম্মী, বাবনদি অতোপ্পা সোফা মচা অমদা ইমক মকশিন্না ফম্মী। মচমনা চা পুথো-রক্কুনা ঐখোয় থকপদা ভাইরি, ঐনা হায়রুই

"বাবম নং ঐগী চিঠিদু ফংজ্রা?"

"উম, থ রক্রুবসু লাক্লগা হায়রবা য়াত্রো?"

"ভাইঙমদা তৌবনি, ঐসু থবক থম্না লৈখিবা। নং থম্নদি শাওদি শাওনিংলমগনি অদু ওইরসু শাওবদি য়াত্রে।"

"ঐ কৈদৌনা শাওগনৌরিবনো? নংগী চিঠিদু পারুবা অহিংদুদা ঐ ইথত্ত কপখিবনি। নংগী রাশিংদু অমত্তা ককপদি য়াদে অদুবু অমরোমদা য়েংলুববদি লোয়না অর্থ থোক্কে।" ঐ খঙপ্রেক খঙখি, মাগী রাদু, ময়ুনগা ওইরে চৈমক ঙাংলক্লবদি ঐ চোপকনি হায়না খুনা খল্লুই, ঐ খুমলুদে মালা তপ্না হায়রকই "ঐনা মুগীদু ফিভমগী মতুংইন্না লৌখিবনি।" শর্মনা ওক্না হংলুই "করম্বা ফিভম?"

"নখোয় করমত্তা তাদে।"

"করমো অশেংবনে।" ঐনা হায়খি।

"মহাক ঐনা কোইখিবা, মুশিনদবদি মংখিদে। মহুমু চুম্নতা মরি অহুখক্নি, মি: মজ্জা ফানা রারি শামিন্নখিবা য়াওন্নক্লি। ঐখোয়নি চিঠীদা থামহুনা ওইনখিবমু লৈত্তে। তশেংবনি রান মসি নখোয়নমু খাজফম থোকই।"

"মহুম্না খল্লবদি মং ঐখোয়গী মরি লাপথোক্কে অসিত্তনি।" বসন্তনা হায়রুই মালা মখা তারকই "নুমিৎ খনিসিগী মমাংদা মাগী মমাগ মপাগা পুল্লগ শীখিবনি। মহু মঙফাওবা খাজদবা রানি, অহিং অমত্তদা মমা-মপাগী পুন্সি লোয়খি। মখোয়গী ইমুংদু লাইরবা নত্তে, থোইনা ইনক খুনবমু নত্তে। মমা মপা লৈখিদবা নুমিৎতুগী নো ঙানবদা ঐ পাওদু তায় চংলুই। মামা অরোইবা ওইনা হাযরকই 'মাবু মুংশিবারবদি ইকাই ইকি থাদোক্লুনা লৌশিনবীরো' হায়না। মখোয়নদি তাবদা ফাগী অমগুম খল্লম্নগনি, খনফমমু থোকই মরমদি ঐনা তৌরিবসে

কাগীনি। নুপীচুনা করিগুম্বা ঐনা হন্দোকপীরম্লরবদি, মহাক খুদক্তা হু চাহুনা মন্ত্রগা করিগুম্বা উপায় অমা তৌচুনা শিখিগনি হায়রা ঐবু তাহল্লকই। ঐনস্তু তাখি মাগী কমাস্তু লৈতে হায়বহু। ঐনা মাবু নুংশিরুদবস্থ মত্তে, ফিক্তমচুদা ঐ করি তৌগনি?" ঐখোয় মরি চেক মোক লাওদনা তুমিন লৈরম্মী। কমানস্তু মাগী বাহু রামিংঙি. রামিংদে হায়নদে। অস্ত্রর মখক্তুহুদা য়েংবা নক্তনা ঐখোয় অমনা অমবু য়েংনখিদে। প্রেম্না তক্সা চাম্বা য়েংচুনা হায়খি "কাইনেল অসিডং ঙাইবদি?"
"মচুদি নংহোরোহ মতাগুম ঐনা হৌদোকমুই, লেপত্রবদা মচুগী কান্নবা লৈখিদে।" ঐখোয় ইশানা ইশাবু মাইথীজবা নক্তনা করিস্তু উপায় লৈরম.দ, অমুক হন্না মচুগী পোহু হায়রুত্রে, হায়রুবগী কান্নবস্থ লৈত্রে, মচুনা মাবু শীংনবদা ত'গনি থন্দুনা তোক্লে। অমামামদা নুপীমচাহু ঐগী মীৎসিনা ঙাইজনদনা য়েংমিংলকই।

ঐনা হায়খি "ঐ মাইথীরে যাবম, ঐ নংগীহু তাশংনা খঙজুদবনি, নং শাওরনু।" মহাক করিমত্তা খুম্লক্তে ঐদি মগাহু ঐবু খম্না র রোবদি ম ল্লি। ঐস্তু হৌদোকল্লুত্রে, শর্ম্মনা হায়রকখি।" ফরে মসিগী রাসি, ঐখোয়দি নংবু শাওরুমগে লাকপনি। মরম খঙদনা মাঙজিন থাবা ওইরম্লে। হয়েংগী রারি তৌসিস্যে।" বসন্তনা ইচম চম্না হায়রকই "নুহোংবদি কমাই তৌনি, মাগীদি কনামত্তা লৈত্তে হায়বদাই।"

"ঐখোয়দা পুল্লপ তৌরদবনি। মাগীনি হায়হুমা মহিক অম ফাওবা চোংথোরক্কে।" ববান মাগী মরমদা হায়বা লোয়ত্রিস্নানে অমুক হায়রকই, "ঐমা উপাই লৈতবদগী শাওন্নিংহুনা সুপীহুদা নংনা ঐবু মাংহনগদৌরা হায়রুই। মাদি ঐগী মতৌহুদা নুংঙাইত্রমানে মহাক মাগীদমক কম্নিমত্তা খনবীবক্লগনু, মামা খোকপা অমা তৌরগে অহৌবু ম ম দি ঐবু মাংহনবদি নত্তে, ফিত্তম অসিননি হায়না কপ্তুনা হায়রকই। ঐসু মাবু হুন্দোকলমগদবস্থু কৌজে অহুনমি ঐসে মখোয়না ঐ ওইনা উবা ওনখিদ্রিবা" বাবন মমিত্তা ইরা খজিকুংদি চেল্লকই।

"ফরে তৌরক্লে' বাবন, মংগী বাহু অমত্তা ককপা য়াদে। রবি তাদ্রিঙৈদদি নংগী মবমদা মরৈ তৌবা ঙমলম্মী, হৌজিক্তি ঙমদ্রে, মহু ঐখোয়গী মরক্তগী অচুম্বা অমা য়াওবদগীনি মত্রা? হৌজিক্তি মহুগী খল্লুমদা কান্নবা লৈত্রে, লোয়না হৌদ্রবনি। অহৌতা সুম খল্লবদি ঐখোয় য়াওনা মংগীসু অমাঙামি বাবন। ঐখোয়সু মংগী ঙম্লিবমথৈ মতেং পাংগনি।" হায়মা ঐনা হায়খিবনি, মখা তাবদা প্রেমচান্দনা "অওইবমি বাবন রামগী রসে চুম্মী। হৌখিবা রা অমুক হন্না খল্লুবা কান্নদে। মহুবু কন মা ত্তম্বা ঙম্‌গে।"

"নংনা নুংঙাইতবা উরগা মাস্থু স্থু ঙাইরোই। নুংঙাইতবহু উৎকেস্ত খল্লুন্নু মত্রবদি মাবু লোবগী অর্থ থেক্তে। মংদি মাবু কমবীখিবনি। হৌজিক্তি মাগীসু ঐখোয়গীসু নুঙাইবা হায়বহু মংগী খুত্তা লৈরে।"

“ইমাদি খঙত্রা মংগী ৱাদে।” শর্ম্মমা থংমমা হংলম্মী।

“তারে, অহানবদা ইমান্থু শাওবনা লুত্তোম কারম্মী, হৌজিক্তি থম্মা ফরমানে ডাংবা হনম্রে।

“মংগী ফিবম মুর্তি মচাবু নুংশিবগী থম্মোয় ফজনা লৈবা মাল্লি বাথম। থোইদোক্লা পকচদবনি নত্তে, কমামন্থু তুমিমফাওবা নোকথোকপা ডম্লোয়” থসত্তনা বাথমবু খৌগংখি। ভশেংবম্থু মাগী শক্তমহু মত্তিক চাম্রবা মী মাল্লি।

“অমবু ওইরম্থু অমবু ওইম্রবম্থু বাথন পরিক্ষাদি থাদোকউকো”। শর্ম্মমা হায়।

“থানিদা, মহুফাওথদি ঐস্থু থলম্লিবনি। ঐমা লাইবক ফবদি ম.না হন্দক সেকেণ্ডরি অয়োইবা চহী থাদোবা অসিনি।” ঐ ম্রাওমা ঐখোয় লোয়মা ডকখি, বাবনগী ৱাহৈহুদা। ম্রেম্না হংলুই “মানা সেকেণ্ডরি অবোইবা চহী! মানা হনত্রা চহীদি।”

“হন্জি নন্দে ক্লাসতানি, ঐনা থা অমম্রোম হন্নি।”

মহুদগী হেম্না ফবা লাইবক লৈতে বাথম। মংনা মংতাইতগী মমম অমামুক লৈত্রে। নুংঙাইথোকপা ডমত্রবদি মহু মংগী থ্রাইদগী পাঙদবনি।” তাইহাক্তি ৱা লাম ডাংম্রথিদে, থমত্তনা ৱা অমা হৌদোকলুই।

“বাবম বার্তন্জি কনা কনা তৌই।”

“রাম্না তৌত্রেদা। মখোয়গা লৈরেদনা অহুদগী ম্রোসম্রে, ম্রোমীঙ-দনে, রমম্রে লোয়রে সিমা। থিদগী অছম অমগা তৌই। মখোয়মা য়াম্না শাওনিংলুবা ওজা জিতুগী ৱাদো, মহু কবনি।”

"হায়বদি?" ঐনা হংখি থুমা।

„বোক্রম জেলদা চংগ্রে। কদ্রা? ঐস্তু সাস্তিদা লাক্কুনা হায়-রম্বদগী তাবনি। মোংমৈ চৌন্দোন্দা শেল হুরুম্বগীনি হায়, মামা মী মুম্মুহস্তু হাংলম্মীস্তু হায়বমি। চহী অহুম জেলদা তুইদ্রা?

"অস! নুংঙাইতেঙ্গা" শম্মনা শোল্লকই।

"ঐখোয়দি তাবু তাদেনে" প্রেম্মা হায়।

"কনহুম কম্মে" বসন্ত হায়। ঐদি করিমত্তা ঙাংলুদ্রে, হরাওগনা নুংঙাইগনা ইশাগী মতুং ইল্লে।

"অতৈ থওদে, নখোয় মরিমক হয়েং অমত্তা রাংপা য়ারবমিকো। খোয় মমান্নবা ওইনবা হৈবে লৈতে, নখোয় লাক্কবদি ঐ তিম্মত্র, পাংবা পাংদবা মহুদি অরাইবনি, লাক্কবদি পোংপাং লৌত্রে ঐদি"।

"ঐখোয় মহাম্না লাকপা য়ারবমি। শেল ওইনা পাংলগে বায়-বদগী লাক্কবনি। মুম্নে হায়দনা নকুরব্দি ফৈ, মসিস্তু থবক অমা হেক্কা ওই" শম্মনা মাগী অপাম্বহ্ ঐখোয়গীস্তু য়াওশিন্নগা হায়খি, মহুনবুনি কত্তবা মত্তে। ঐনা মরোল অমা ফৈজোম শেংপা তম্মবঙ্গিগা; ওম্ফোক্কা চুন্নখিদে বাবুনগী বাহ্। চত্রবদি মানস্তু নুংঙাইবগী বা লৈতে। অহুগীস্তু মথক্তা মাগীসিনা ফৈজোম শেংপা অহানবা ওইগদৌরিবনি। ঐখোয়স্তু মরগী মমান্নবা হায়বহ্ ওইরেকো? ইথন্ত সোফা মথক্তা থল্লুই। মাকম অমদা বাঅম্না ঐগী চিঠিহুগীদমক খন্না শাওনিংবদি কোক-লম্নোয় থনবদগী হায়খি "বাবম ঐগী বাহৈশিংহুগীদি শাওনুকো।"

"মতুদি মমান্নবা অমা ওইবদা মশিক চাই। চপ চাবা মরুপ অমগী মপুন চেন্নি।" ঐ বাবনগী অরোইবা বাহৈতুনা খন্নদি নুংঙাইহন্নি, খন্না পোৎথাবা ফংলবোই মীংঙি।

নুমিৎতু বাবনগী লুহোংবগী লাংথোক লাংশিন তৌরিবৈদা মতম অহুম হৌখি। লন-তু শেংদোকপা, খন্দোক-থঞ্জিন তৌবদা নুমিদাংবাইরম হায়বতু ওইখি। নুমিদাংবাইতুদা রোসনগা রোমিও-দকা লাকই, খরা য়াওরম্নগা মখোয়নিস্থু চৎখ্রে। ঐখোয় মরিদি বাবনগীদি থ্বাইদগী নকুস্থ ফসিন্নে। বাবন লৈত্রিবৈদা মমানা ঐখোয়দা রারি তৌরকই।

"ইবুংঙো মখোয় অমান্না বাবনসে মতু ইশোক্না থৌনিংঙ্গ-বোম্নেদকো।" ঐনা হায়রুই "ইগা তান অমা ইচা চদদনা তৌবা ওইরিনিদা।"

"হোয়নে ঐখোয়স্থ খঙঙিনে। হৌজিক্তি হন্দোক্লাস্থ যাদ্রেদো, শাওরুবস্থ যাদ্রেদো। অতুবু মানা নুপীথু কোইরম নুংশিরম-দ্রবদি ঙসি থোক্লিবসে থোক্লম্লোয়মে নত্রা? মখোয়স্থ ঐনা হায়রিসিনি, আ হয়েং চহী যাম্লকান্দা নুপী নুংশিবা তম্নগদবনি। হৌজিক্তি নুপী হায়বা জাৎতুগী রারি ফাওবা শারুনু। ইচাসে মাবু থীতুনা লৌগে হায়ববুদি ওতুরম্লোয় অতু ওইরবস্থ মতু মাগী মরালনি। করিনা হায়বদা মানা নুপী ঙস্তা নুংশিরুবতুননি, কোইরুবতুননি। মখোয়মে নুপী ফংলোয় হায়মা করাম্নদি চৌরুনু, শোইদনা ফংগনি হায়রিসিনি মতিক্তা চাও। যুম পানবা, আ লাই হাক্তুগী হৌমা লাকুবনি। ঐনা হায়দি

মায়ু য়ুম পামগনু হায়বগী বা নত্তে, মতাং চাত্রি হায়বনি।" "ইমা মোহুবু শক কমদোগে ?" বসন্তনা নোক্লপ হংলম্মী খুমশকই শকপুদি ফৈজেনে, ফজদে হায়দেনে অহুবু ময়মচত্তদি খঙত্রি।" ঐখোয় মগী বাহুদা নোকমুই, বাবনগী মমাহু ত্রো ত্রো ঙাং-থোকপা মীতানি হায়বসি মাগী মকোক্তগী চলোয়ব ফাওনা তংখিবশিংহুনা অহুম তাকই। ঐদি মাঙুমা ইমাবু পামলুই। ময়াম চয়াংনবা ময়ক্তদা বাবনগী মপা থোয়ক্তনা হায়রৈ "হৈ মংমা বারি শাবদা ইচাশিংহু খেংঙনিনে।" ঐসু মুক্লীংবু লৈংশিংলুদে অহানবদা মাগী বাহুদা খঙলকই ভুমিং ফজনা তারে হায়বসি। চংলমদাইদা মমাহু ঐখোয় উবদা কপহৌই, বাবমমা ঐখোয়বু খীল্লোয়রকথি। বাবম লৈহৌরে, ঐখোয় মরি মখোয়গী লৈরক্তদগী থোদোয়কই। লম্বাদা ঐখোয় পুম্না নোকমীগ্নে অময়োমদা অমুক থল্লবদা তুমিন্না অমুক লৈরে, কপ্ত্রি কপখিদে। কুইমা থোমিন্নখিদে, মখোয়সু চংখ্রে, ঐসু লাক্লে।

য়ুমদা বাবনগী রাখিহু সুম থন্দুমা মতম লেলম্মী। মাগী মমামা কপখিবহু উরগা ঐ কয়িদগীমো থঙদে, থম্বাইসে থাম্বা য়াদবমখৈ ইফুং নুংঙাইথিদে। য়মা হায়বহুনা পাম্মী মচাগী মতিক চাবা মমো, ইশানা মতিক চায়বা মতমহুদা। মখোয়গী অপাম্বা মমোদি থমনিংলমগঞা ? থমফম থোকই, থনমিংফমসু থোকই। মীওইবসি মামা পং তংনা য়ানিংলবসু মাগীবু নক্তবদি থরদি মরৈ য়োংলি, মসি হৌয়শানি। পুং মাপল

তারকপগী অহুরাইদা ঐনা ইমাদা পোৎথেং পীনবগী শেল খরা হায়রম্মী, ইমানা ঐবু শাওরকই হৌজিক কদাইদগী শেল লৌগনি। অদু ওইরবসু য়াত্রবনিনা য়াদ্রে, ঐগা ইমাগা রাবেপ অমদি তাখি, লুপা ১০০.০০ খক পীখদা লেপখি, ঐ অহুক্কী মতিক হৈরাওরম্মী অহৈবু ইয়ুমহৈ হন্না য়েংদবদি ঙমদে। কৌববুদি তৌদবা য়াদবনি, ঐগীসু লংজমগী ফুরিৎনা লৈত্তেংলিরমি। চৎথোকপদা নীংনবা টেরিকেটনগী ফুরিৎ মচা অহুমথক্কংদি লৈরে। স্কুলগী ড্রেস অন নবা অমত্তং পিন্দোকপদি মঙদফাওবা মঙখিদবনি। শর্মখোয়, প্রেমখোয়দি শেলসিখক্তি করিসু লৈরম্লোয় বসত্তদি ঐমক্তি য়োত্রবসু খরদি লাক্রৈ। মঙোন্দসু লুপা ১০০ সি খরবুদি য়ান্নি। অমরোমদা হৌজিকা মতমদা লুপা ১০০সিদি জাৎ অমা ইত্তা তারবনি, লৈরবদি করি উবাদ্র লৈ। ইকাই-রবসু ইকাইনা ঐ মাইয়ে খুম্নপে খন্নে, লুপা ১০০ পিনা মাগী পোৎপাং, ফজনা লেপ্লম্মী।

কুমিদাং পুং তরামথাই তারকপগী অহুরাইদা ঐ চে কলম পুথোক্তুনা করিগুম্বা খরা থোংতুনা শান্নরম্মী। কদাইদগীনো খঙদে রাম্মি অমা মীংশিরাকপদগী ইবা হৌই, মীৎতদি বাবনগী মমানা কপ্লহৈ উই, ঐথোয় ইমানা তুংদা মকোক খুমসু উখা। নোংনা লেপ্পা লৈতনা চুরে। অখাক অরাওবনা শীম খুংথ্রবা অত্তিয়াদগী খঙহৌদনা ভাস্তোরকপা চঙালনা মাইগৈ খুদিং চুমত্রিং শন্দোরক্লি। মখোল থোক্লা হৈয় ছলবা প্রকিতিগী ওইবা মপালগী ইরাওথোলতনা হংগিবা থোঙ থোঙনাও খুদিংমক

মৈথাইরগে মতাংগুম লেপ্পা লৈতবা শীংনি। সহরহুগী লনতক তৌবা চিদাংগী অম। তেককুম তৌগুম ফমদেকদোরবা হুগী য়ুমজাও অমদি ঙম্বা থোঙ-থে ঙনাও হাংলি। মনীংথংবা উরুম ররুম ওইনা তৌবা নাকচৌহুন্দি শংলিবা ইশংতনা শংবাম্নরে, মাকপ নাকলদা কীস্বরীবা ফক্লংহুনা থঙহল্লি, য়ুমজাও অদি লৌরবা য়ুমজাওদ্রি। কাহুগী থোঙ-খোঙনাঙ খুদিং গম গম ঙ ইহাক্কা লেপতুনা লৈথোকপা ঙম্লোয়, নাকোং শীংজা য়ৈগনি। চুপক্লিব নোংহু ফনা কুইনা চুখ্রে। নুমিদাংবাইগী পুংজা মখিনা দেং দেং লাথমা খিংলকই। থঙহৌদনা অরাম চিয়াম্ব অমদা তুম্লম্লিবা নহা অমদি মমিং মমা ইফাক ফাক, শমদাগী শমহাং মওং ইকাই কাওনা হৌগংলকই মতমদো। থোঙ-থে ঙনাও ঙম্বা থীংজিনখ্রে, কাহুগা ওইনাদি নোং-ঙুং-শাং ফরংগুম্লে, অথাক অরাওহুদি লোম্বা ঙুং ঙুং ঙংনি। প্রথম প্রথম থংনবা কাগা থোঙনাঙহু থীংজিনলুরগে হায়বগীদমক ঙুপা নহাদো চংলকই। মমা দোইমুখি তপ্লি, তপ্ল অরৈবা পুথোক্তুনা খুনীং কাংথংচ কল্লবা নুংশিংকা মায়োক্লহুনা থোঙ-ওহু থীংগে হোংনরম্মী। মহু উবদা নহাহু তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদ্রে হায়রুরু মমাদা "ইমা ঐ থাংনগে, অহুম পোখখে।"

দোইমুখি চহি ৫০/৬০ গ লোন্ন, কোক্তা অমমগী পোক্লা চৌনা থীম্নরে। মমনা ঘাবু মী ওইনবা হেংনরকপদা য়াখিব-শিংহু নীংশিনুরগা মচামা নঙাইদনা লৈথেকপা ঙমদনি। হোজিক্তি মহাক অচৌবা মী অমা হায়বহু ওইরে, মমাবু অমুক

য়াহনখিগদরা? চংশিন্দুনা খীংলুরে, থাজদনা মোং মুংশিং পুন্নমক চপ লেপখি, মমশিমগ্রে মতমহ্‌। হায়ো কৌজেং খোংনবা হৌরক্লই।

"ইমা চাক্তি কমদৌরি।" মচাগী থৌদাজবা ঙমত্রবা মাইথেঁঙহ উবদা মমানা মোমোন নোকচৈ হায়রক্‌ই "খোংলগে খোংলগে।"

"ইমা য়কচাং ঙম্লগদ্রা?"

"ঙম্লনিদা, ইচামা নহানমখৈ খোংববু, ঙসিদি ঐ খোংলগে।"

"ঙম্লবিকো ইমা, অহৃবুদি ঐ থবক অমখক্তং তৌরুখিগে, ইনশাংদি?

নীংশিংলকই দোইমুখি অহৃঙৈগী হৌরবা মতমগী য়াবি "ইমা ইমশাংদি?" মতমদো দোই ফি কয়া শারি। শানা শানা মচাদা হায়ঙম্মী "ইনশাং লৈত্রে, চেংমুদা মোরোক অতেকপা খরা লৈহৌবনি, মহ্‌ মেৎলগা চারো।" চাবা লোয়রগা থোরকপদদি মচিন মচাহ্‌দা হু-হা, হু-হা কামহ্‌না থোরক্লে অহৃগা হায়খি মমাদা "ইমা মোরোক শাবসিদা পরিক্ষাগী পয়াগা লোয়না কাওগ্রেদা।"

থুমা খুম্নকই "করি মোরোকপু অহ্‌ক য়াম্না চাবা।"

"ইমানা চাও হায়রিহ্‌দি?" লোয়বফাওবা লোয়ত্রিঙদা মমানা হৌগৎলুনা মনা ফং ফং লৈ, হায়খি "চাও হায়রগা অহ্‌ক য়াম্না চাবা, পরিক্ষাগী পয়া কাওগ্রবদি কমদৌরি।" কপ্লিংলক্তা মোক্লি মোক্লি "ইমা হায়জিন্নবনিবা, কৈত্রু কাওদেয়ে। মোরোক শায়গা পায়া কাওবা হৌরদে।" হায়না হায়রম্লগা মাগী মাংদা

শোগ'দা লাইরিক য়েপ্প, হোৱগা থুন্দু ওল্লগা শাদবা শানা থ ঙ'ঙ্গরগা চংখিবদো লৌহোননা নীংশিংলকখি।

"ইমা করি তৌরে উংলবদি ?"

"হুম. ইমশাংবু থল্লিবা। খঙদেমে কম্বিবু চাগদবনো।"

"ইমা উশোয় উত্তিহ্ন চানিংঙিদা, নুমিদাংগা ওইয়ে খঙজে। কাংদদি ইমা নুমিদাং উত্তি অহুম চাবদাই।" "হৈ তৌহৈদে শনগনু।" মমা ঙাইহাক্তং ফাওবা পোংথাবা ফংজত্রে অমুক খল্লকই। মমা মচা মনিংগী উশোয় উত্তিনা পুক থমখিবনু। মমাদো ম মত্তা ইরা চেন্দবা ঙম্খিত্রে। করন্না মমা ওইবীনা অসিগুম্বা মতমসিদা কপ্পবা ঙাম্লাইদগে ?

"ইবুংঙো ফম্বাইসি থোংলসি।"

"য়াইদা, অৈম্ন অরৈবা হয়েংনা ঙা চারসি।" হায়রগা মাগী শিন্থাগীদমক থনবা কাদা চংখি। মমাগী চাক ঈশিং হোংনহৌই।

চাবা থকপা লোয়বদা মমা দোইনা করিগুম্বা রাখল অমদা উংহ্না লৈরিবা মচাদা চংশিন্দুনা হায়রুই "ইবুংঙো ইমানা হায়বা ম্বাদো নং..... ..।" রা মপুং ফাত্রে থুমখি "ইমা মহ তোক্লোদা, কোন্না খন্নসি হায়বা।"

জ্ঞান তারব্রমে ইমাগী বাসিংবা?" খোল খেন্নবা লৈতে হান্নগুম্মী।

"খঙলে ইমা। অহুগী শরুকপুদি ইংনা অমুক্তা পোথারুবা।"

"ইবুংঙো মংমে ফম্বস্নু ফত্রবস্নু চহিদি য়াম্লবনি। ঐখোয় অনিত্তনা করম্না য়ুম পাম্নগদৌরিবনো ? ইমাদি কিয়াবু ফুইনা

লৈখিগনি। ইমা লৈরিবৈঙদা ইমৌ অমত্তং থীসি হায়বসিবু য়ার্ব-রোইদ্রা ? ইমাদি শোম্নে, ইমুংগী থবক ইমখাং কনামা তৌবীগমি। "ইমংগী সেবা, ইমুংগী থবক ঐমা লোয়না তৌজনি ইমা।" "মহুমা ছৎনবা য়ারোইনে নুপমচা নংবো। নংগী থবক মতাঙ্-গবু কদাইদগী শংস্নু শংলোই মীমস্থ ঙাওরে হায়খিমি। মমামা মচাবু মরম ওক্লে, মথোই মীহেল্লে হায়দমা হরাওনিংঙাই লোইবা মাইবা নত্তে। মমৌ ফংবগী মুংঙাইবা খাক্তুনা থম্লিবনি, মহুদগীস্থ মথক্তা ইও ফংবগী হরাওবা, লেম্না মাংহনখিগদ্রা ? মসি মমা হায়বা জাংতুগীমি মুপামচা নং ভাব তাও। নত্তে নংবু য়ারম্নোই লেপ্পত্রা হায়বা। ইমাগী রাখল মুংঙাইহল্লুকে।" "ইমা ঐখোয় ইমুংসিদা লৈবীনবা মুপাবু লৈগদ্রনে ?" য়ামদ্রবা মীস্থ হন্না হন্না হায়রুবদা য়ারক্লরোই হায়বগী অককুবা লৈত্তে, প্রিয়জিৎ মপুক্লিং ওক্লকই।

"থীহৃমঙাইদনা। অমুক য়াবা মুপী লৈরিসিদি" ম ইথোঙদা মোকফেং তৌখে।

"কনানবু লৈমিংগদগেম ইমা ঐখোয় য়ুম শক্তাসিদবো। ইমা য়ুমসিতং শাখিসিবা অহুগা থীসি। মীয়াম তিংবা থবক্তি ফক্লাং শেগাইবসিমদি।"

"হোইনে মহুস্থ লাল্লি হায়দেমে, কোন্না শারসি ইবুংঙো। য়ুমস্থ শানা থবকস্থ থোকপা, কদাইদগী শেল লৌগমি। য়ুমজাও অসি শেমজিল্লগা অহুংঙাই। মতুংদা অমুক শানা য়াই।" "মুপামচা প্রিয়জিৎ য়া লাম ঙাংদে। মমামা অমুক হায়খি,

"ইচানবু য়ারবদি ইমৌ শোইদনা ফংগনি।" অমুক মোকফেৎ তৌরগা হয়, "ইচাদি ৱাং চাওরদনা ফজত্রপোৎমিদা মীনদি মচাবু থাগৎলি হায়ননি, উরগা হেক খঙগদবনি।" নুপামচাহু তুমিন্না লৈমমদে মমিৎ অহুদা থীত্রবা অমগা ফজত্রবী নুপী অমগা থাজদনা উখি। হায়নহুম ফজরমগদ্রা ঐসিবো খন্দবা ঙমহৌদে। মতম কুইমা মমাগী ৱাদা নাথেহুনা লৈরুরবা নুপা-মচাহু হন্দক য়ারকপাসদা মমা দোই হরাওবগা ঙ খৈ লৈখিদে।

মচাগী অয়াবগা মতুংইন্না দোইমুখি অৱাংগী ইনাক-কৈরাক খুমবদা থোইদোক্লা মমিং লৈমবা বিনাগা মমৌ হায়বা চৎপা হৌত্রে। করম্না মমৌ, করম্না শক মমানা করিগী খঙলোয়।

লাইবক্তা ঙৌরোক ঙৌবা চন্দন অমমে, ইস্তিল মচুগী ময়েক্লাইবা অমমে. কেনা থোরকই দোইমুখি। বিনাস্পু মহু-মঙাই অমমা হেনগনি হায়দস্পু উদে, হেল্লোয় হায়বগীস্পু অহেক্ল লৈতে। মখোয়না লাক্লিবহু অতৈ কনাস্পু নত্তে, মতম অমগী নহা ওইরিঙ, দোইমুখিগী লুনা তিন্নজমকপা দস্মুমতিগী ময়ুম-দনি। য়ুমহু থোইনা লাংদে ময়াই ওইরপগী। হুংলবমক্তদা দস্মুমতিনা মখোয়বু তরাম্না ওকখি। মেনা তানা চা-নুং থক্লবা মতুংদা দোইমুখিনা ৱাফমহু হেদোক্লম্মি। অহুবু দস্মুমতিগী মচিন্দগী হরাও নুংঙাইবা পাও যংখিদ্রে। মচানুপী শীলাদো চহি ফারে বেরবাবুগী মচানুপাগা হায়ন-শিংনরকপা। মতমদি লেপত্রি অফবা থাহু ঙাইরি হায়মা। মীংবা কাইখি দোইমুখি অহুবু দস্মুমতিনী মাবু তরাম্না ওকপীবা, ফজবা ৱাহৈ খোন-

ফমশিংহুমা মত্তোমতা পেঞ্জবা ঙমখি লোয়ননা হল্লকখি বিনা দোই। ময়ুম য়েৌবদা মচানা মোমোম মীমোক্তা য়েংলহুনা হায়খি, "ইমা মমৌ ফংলব্রা?"

"হায়রবদ্রিদা, হয়েং খঙগনি" হায়না মমামা হায়মকই। প্রিয়জিৎ থোইমা থৌশারমদা, রাহৈ মখাস্থ তাখিদ্রে।

বিনাগী রা মতুংইন্না হয়েংদি ময়াই ওইরপ্না লীংলবা শামু-খোয়গী মুগদা চংকদৌরিবনি। মহাগী আশাহু দোইমা মমিদাং তুম্লমদাই ফাওনা শাগংখি। খনক খুদিংমক ওইরোই হায়বা লৈতে! ওইগনি ঙ ক্লি, ওইখিদবা, মাই পাকখিদবস্থ য়াওদবা মত্তে অহুবু দোইগীদি মাগী মমৌ অমা শোইদনা ফংগনি হায়ব-সিদা চপ য়ুংখি। ফংকমস্থ থোকই, মচা মতিক চাদবা নত্তে।

মথংগী নুমিংনি হান্নগুম বিনাগা মখোয় অনি শামুখোয়দা লাক্লম্মী। থাইনদগী হৌনা শামু গং লৈবা, পোংজবা শঙ্গ চাংবা মী অমনি। নোংমা বিনাগা মাগা খঙনখিবগী রারি লৈ। মহাগী আশাদনি ঙসি বিমানা দোইগীদমক মনোরমাবু শোইদনা পীরক-কনি হায়না লাক্লিবা। মখোয়না শামুগী য়ূম য়োবদা মপা লৈরমদে। কেরুহুনা উম্লরম্মী। থোইদোক্না লৎপা তৌদনা মচানুপীগীদমক্তদি লুপা লিশিং ২০ পীগদবনি নত্রবদি লুহোংবা ঙয়োয় হায়না হায়রকখি। বিনা হৌজিক্তদা খঙলকই শামু আর, কে, নি হায়বদো। মহু তাবদা দোইগী মচিন্দগী খঙ-হৌদনা অস! হায়দোকলুই। শামুদি মাচুংদে মখোয়বু কয়েমহুনা

থারকই। ইন্দ্রকন্তু প্রিয়জিৎ হংবা তোক্কে, মোমোম মীনোক অহুম্ন কাইদে, "ইমা নমৌ ফংলব্রা?"
"মারনি রাম্পে তাত্রি" হায়না মমামা ইকাই থাংদগী হায়দোকখিরম্মী। অম্মুম্না নুমিৎতুমম্ন অহুম্না হৌখি।

মথং নিনি চনবা নুমিৎতমি লনাইলগী মমুমদা মথোম লাক্লম্মী। মনাহল থিমাগী ইচাও চংওনা লৈবা মবুং অমা ওইরম্মী। মথোয়না হেক থুংলবমক্তদা মনাইলমা হায়না কৌরকই "থিনা, লাকইরা?"
"ও তাদা।"
মথোয়বু উবদা মমাইলগী মুখী মীগ্রাংনা কম্না লাওরকই "হায় রাহৌ থেবী, খিমা লাকইনে চাদো থবা শোক্লকউ।" থিনা দোই সোফা ভংলিবা অমদা লেংশিল্লি।
"করিনো থিমা নংমা অম্মুক কুইনা লাক্রগা ওসি লাকইদি, নংগী কাম্নবা থাম্লিদা।" মবুং মমাইলগী অনিত্তবা রাইহুনা থিনা লম্বায় অহুম শাংগ্রে, দোইমুখিগী সোফাদা তিংথং থমম্লে।
"হায মেনি নংবু খিং হৌগংলোম্মী" মমাগী বাহু তাবদগী মেমী থোরক্লুনা হায়রে "নংমা হৈপা শারেদা, মথৌ লৈম্লে। তুমনিংলগা তুমমি তুমনিংদ্রগা তোকনি কুশি।"
"লাক্ত লাকউ নখৌরি চরমক্ত সেংক্কে লাও।"
সোমদা মাকল অমদা মমাইলমা হায় বিনাদা "থিনা করি হায়দোনোনে, ঐ থবক য়াম লৈবে।"
"তাদগী ইচামুগী অহলহমু অসিরা?"

"কৈদোৱগে অসে ?" বিমা লৱাই কাইগদোৱে, দোইমুখি তিং-খংনা ফম্বীরম্ হায়রক্লে।
"হুম, তাদা সুম খঙজনিংহুনা তৌবনি" মথা তামা "তাদগী থবক অচৌমবা লৈরবদি মতুম কাইদ্রে, তাদনা হয়েং শংবকান্দা উম্নরসি। খোইনা লুবা রা নত্তেদা তাদা সুম ইচম চম্বা রা অমথক্তগীনি। ঐখোয় অমুক য়ৌজগ্রগে।" বিত্তমা শংগংলপ তৌনা হায়রকখি "করিনো খিমা লাক্ত ভাইদ্রি চংলগেসিবো। চা-লুং থকচখো কৈদোই।"
"থক্লরোইদা, সোংমত্তু চার থক্লবা য়াই, য়ৌজগ্রগে অমুক।" সমাহল রা ভাংদে।
„হায় মেমী নখোরি চরমতু মেংকে লাও।"
"লোয়জরেনে ইমা হায়রগা থাংদোরকই অতুগা মমিং ইরং লংখংমা হায় "চংগ্রবোরে, করিমেগে, করি মুপীশিংমো।"
তাজতুদা অহল অমিথক কৈজোম পুময়াং লৌংলি খঙদে, লৌংত্তে খঙদে চংলকই অতুগা হায়রৈ "ইবুংঙো নচানুপীসে ঐগী ইমৌ ওইজরগে হায়দনা হায়বা লাকইএ।"
"তাদনা থোকপা তৌবিয়ো অতুম, মুপীগা তান্নগেরা, ঐ চংলেহে, চাক্তো ভল্লম্মুকো মেমী।"
মেমী মোকই, রাসি অতুম লৈ। সমাহলমা চংলমদাইদা হায় "বিনাহুবু ভাওত্রা খঙদে, শেল পীয় হায়মু পীনি, অমা হায়মু পীনি। চোইত্রং পাত্রং খয়া ভাংলম্নগা চংগ্রিবসিবু" অতুগা থোকখ্রে মাদি।

সোমদা মেমীমা পুথোরকপা চাহু অহল অমিচুনা তাপ পাই, দোক দোক থকতোকই। ইমুই কুইদে রাম্নেপ অচুম তাম্নে বিষ্ঠাগা। পূমমক্তা বিনা অমদি দোইমুখিদি মপান্দগী শীং শীংনা তাহৌ উহৌরি। লোয়নমা মোক্তবা য়াদমা চাওমাক্লা মোকখি থজৈ "করি লমগী চংনরোলনেগে সিদি।"

মমানা হললকপদা মচামা হরাও মোমোন মীমোক্তু কাইদনা মাগী মাহংহুমক হংখি। দোই পীক্তক মোক্লগা হায়খি "মারেদা।" মমিংতদি ওসাইগী লিলাহু শংশং উরিথলি 'মেমি মীগী মমৌ ওইখ্রবা?' মহু ফাওবা দোই আশা কাইরমদে।

মমিং থরনিগী তুংদনি মখোয় সাধু বোকুলগী য়ুমদা লাকখি। সাধু বোকুল বিনাগী চাওরাক্লা মবুং হায়বহু ওইরম্মী। মহাক ইনাক কৈরক খূনবদা সাধু বোকুল হায়থ্রগা লোয়রে। অহ'নবমক্তদা বিনাবু উবদা কৌয়কই "বিনা"। মহাক থবক চংকদবগী থৌরাংলম্মী। বিনামা হায়রুই "তাদা এখোয় লাকইয়ে। "ইবেম্মা, লেংশিল্লু লেংশিল্লু। করি হায়বা লাকপগো মখোয়বো, করম্বা থবক অরুবা....।" ইহায় হায়নদে মচানুপী অত্তোম্বীমা চা পুথোয়কই। দোইগা, মিনাগা অমমন পাই, মহাক অশেংবা সাধুনি, চা ফাওবা য়েংবিদে, মতিম ফাওবা য়োংপীদে অহুমু সাধু মমিং অহুদি তম্বং তম্বং ইকুপ কুপ্প্রে। চহি ৮৫ সুজরবম্ মশাদি মামুক অনানবা থোইনা লৈক্তে।

তপ্পা ইংনা বিমামা হায় "তাদা অতৈগী নত্তে বা অমত্তা থম্নমিংহুনা লাকচবনি।" মমিং হান্নদগী ল.ওথোয়কই "ঐস্তু

থবক অমা চংকদবা লৈবা। অদো নংগী ম্রাদুবু থুবা ম্রাবোইব্রা ?”
“সুমদোবনি তাদা, হেক্তা হায়জরগেকো। তাদগী ইচানুপী হৌজিক খোঃররুম্বা অতোপ্পীদো ঐখোয় দোইমুখিগী ইমো ওইজরগে হায়দনা·········, তাদনা কপ্পি হায়রিংবা।” লংলক তোই। থুপ্লকই “অ···· ইবেম্মসিন্না দোইমুখি হায়রিবসে।” অমিংতু পাখং মমিং শুমজবনি।
“মাপি তাদা।” দোইনা পাওখুম পী।
“শক্তি চংখোম্লিদনা, মচাস্তু শোয়দনা নীংখিরমগনি। মপাদি লৈরিব্রোইমে ?”
“লৈখিত্রে তাদা।” বিনা পাউখুম পী।
“ইনী মুমহ ওইরিনিমে, হন্দক মচানুপা অমা অমা অচৌবা ওইরে হায়বদো।”
“ঐ তাদা।” খৌতক চাই, খোঙ্গেলহ নরম খঙদনা ভজিক ভজিল্লকই।
“মুংহস্তু শোল্লরিনি ঐখোয়গী পকাগী যুমসিদা লাকও অহগা থম্নরসিদনা। ঐগীদি ইচানুপী ভাক্তবিনা লোইমা চংনব্রবনি। অতোপ্পা সনাহনবী সিমত ভাইরবনি। ইবেম্মা দোইমুখিনা ইচানুপীগী মমা ওইজরবদি ঐগীস্তু ফরে, নংস্তু ফরে, ইচিম ইমাও ভাক্তা ওইরেদনা। মাইগৈ অনিগী মরী থম্বদা খোইনা কাইরোইদা। মীগীদি খোইনা থল্লুনু নং ঐগীতা থম্মগা লোয়রে। নুপা-নুপীদি শীত্রিকাওবা মমানি মপানি। লাল্লত্রনে বিনা।” দোইমুখিদদি য়েংবা তোক্তে, মখা তানা “ঐগা ইবেম্মগা অমা,

ইচানুপীগা ইবেম্মগী ইচাগা অমা ফনহুম তান চাই। মখোয় করিমত্ত চীংনগনু ইংলিস হায়রিবা লমহুদনি মরী অহুম্ব থয়ে, মথাগা মচাগফাওবা মমী নৈনরিবনি। চাওখৎলিবহুস্তু অথিংবা থমদবদগীনি নত্রা বিনা?"

বিনানা খোন কত্তক হায়, "তাদা অহুগুম্বা থবকপু চহী মতাং-সিগা চান্নে খনবীত্রা?"

"ইবেম্মা মীগী ইংলিস কায়বহুদি চহী ৯০ না চহী ২০ গী নৈশাবীগা লোম্নিপোংমি।"

দোই ফং লেপখংলি। মমাইদা ঈ-মচেৎ অমফাওবা পক্তনা "সাধুস্থু মীনিনে ইবেম্মা দোইমুখি, সাধুনা চাক চাদে হায়বা নৈত্রো? ইবেম্মাখোয়না শক ইফ ফজনা লাকপাসিদি সাধুস্থু তিম য়োংলোম্ন খনত্রা? নহাস্থু মীনি অহলস্থু মীনি।"

সাধু রেকোর্ড নৈবা মীনি হায়বসি রিনা হৌজিক্তদা জ্ঞান তাই।

"মীগী মী ভাক্তনি, ঐবু মী ওইনা উত্রবরা? হায় বিনা নংবু ঐগী ইচন নত্রনে? বিনা নংস্থু হায় হায়নি শকচু খোইদোক্লা কাইত্রিঙ্গাংমি।"

"করিমেগে মসি সাধু চেংজংবনিনো" হায়রম্লগা অনিহু থুনা খোকখি। সাধুনা হায়রেৌই "ইবেম্মা চেংনা নত্তে মখোয়না চওহমবনি। ঐ মখোয়বু মাং-তাকহনগেদি হায়দেদনা।" বিনা দোই তারমদে, খোঙকাপ লাওনা থাংহুমা চংখি, লম্বীদা তুং হম্বুনা য়েংবদা খুদিস্থু থীখিদবা নত্তে। করি মত্তৌমৌ হংমদবা

ভখিদে। মিচুল অমু লাক্ল-কাম য়াখিদে, রা ভাংনখিদে, হম্না ফাওবা য়েংনখিদে অনিমু। অমুক হম্না খোংজুলফাওবা তাখিদে, সাধু বোকুলগী মাইগেদা।

কন্নিম্নু খওজদ্রবা মচাম্নুশানদি মাগী রাহংমুমক ইকাই কাই-কাইরমদে। হন্দক্তি দোই খুমদে, ভাংদে, য়েংদে, ইমুংদা চংখি।

পুন্সিদা চোপ্প কয়া মংখ্রে, রাবা কয়া য়াওখ্রে অমুবু হনবা লৈতে দোই। মাকল অমদা বিনাম্নু মমুমভাই কপ্লসিরা, নোক-লসিরা? নোকপম্নু য়াদে, কপ্পম্নু য়াদে মমোম্নু থীদবা য়াদে অমুবু ভসি লাক্লিবসিনা দোইগী অমুগা বিমাগীদি অরোইবনি লেপ্লে। মমুনা অমুক ওইরম্লা হায়বমুদি রাশক্তুনা খুম্বদি ভগ্লোই। ইমুং অমু কনাগী ওইরমদে, দোইগী শকখঙ মাইখঙনখিবা ওই-রম্মী। অরিংবা ইমুং মতে অমুবু শং ভংশদি ওইদে। মখোয়না য়োবদা রানি লৈরম্মী, তরাম্না একখি। অনীংধা অপাম্নু হায়-নখি। রানি মামিংবদি উংলি অমুবু মপুরোইবা লৈনা লৈনা মাগী কুশি তোৗবমুম্নু খরা নুংভাইজদবদগী হংমুনা য়েংলুই। মপু-রোইবা জগদিস থোরক্তুনা হায়রে "এগীদি ইচাবুপী সনধ্যাসে লুমা তৌজবা ইচানি। অদোম্না অনীংবা অপাম্বা ভাক্তুনা মীবুম্নু পাম্লমগনি হায়বদি খনবীগনু। লমশিংগী শক্লাইরবা রূপা অমদা থাজখিবা হায়বসে এগীম্নু লাইংক ফরোইদবগী মরম লৈতে অমুবু ইচাদি চাওবে, মীনা সন-মাম তোৗবে হায়মুনা এনা হায়বতা য়ারনি হায়বদি অরানবানি।" রিন', দোই তুমিন্না তাই। তপ্না তপ্না কোক তাংশিল্লকই। রামিদি উপাই লৈজ-খিদে, তিতক তিতক য়েংমুনা লৈখি।

"অদোম্না ঐখোয়সে মতম অমগী চান্নরবা শকখঙনখিবনি হায়না অসুক কুইরবগী তুংদা ঙসি লাকপীবসি ঐগীদি তম্নাম্না ওক্লনি অহুবু অদোম্না খল্লুরিবা হৌরকফমগী ওইবা চংবুগে হায়বা ৱাখলহুদি অঙকপগী মশক্তি। অদোমগীবুদি ঐনা খনবীবা চুমদে অহুবু মতম মতমগী মতুংইন্না ৱাম্ব ঙাংঙি ঐদি। হৌজিক লৌংবিরবা য়াগনি।"

"অদোম....।" বিনাগী লোয়ফাম্রিবা খোজেলহু নমথহুনা হায়রকই "ৱা মখা তাদবনা অদোমগী অফবা ওইরোইদ্রা ?"

ভৌরম্বা দোইগী মাইথোঙ ইমুক ঙং শিনদ্রে। কমদোম্বি বিনাদি। মাম্বু মহু মঙাই, তৌফম খঙদনা খুংতমক শীংহুনা খোরকখি থুনা। খোঙ্গাল য়োবদা খঙনিং মিংশিলকই দোইনা মপুরোইবগী চংলমদাই ৱাঙাং জগদিস হায়বহু মতম অমা চান্নরবা মরুপ ওইস্মী অহুবু ঙসিদি ঐখোয়নি উন্নবা য়াদ্রে। ঐ ৱা হায়নরোই নং অমুক হন্না জগদিসকী য়ুমদা খোঙগন তারুরগনু।' হৌজিক্তি লাম্লিবদো দোইনা লাম্লম্লে। বিমাদা মহুগী ৱহু থুনা তমখি। বিনানা দোইবু খন্না শাওখি, উপাইস্মু লৈতে মহু দোইগী মন্নালনি। মসিমকস্মু মশানা জ্ঞান তাজরম্মী। মাগী থম্মোয় অহুদদি অমুক্তংদি হায়বসিদি কৈদৌনুংদস্মু তোকখিদে।

নুমিদাংদা মমাগা মচাগা উন্নরম্মী। মচা প্রিয়জিং হন্দক-মুক্তি হংবা ঙমখিদ্রে, মহু মমাগী মাইথোঙ অহুননি। অমুক চংলুরমু হায়নৈ, মমা দোই য়াই য়াদে হায়বগী ৱা অমত্তা হায়খিদে, তুমিন্না অহুমক লৈখি। মোংমা নোংমগী দোই হন্নাও

তয়াবা ককশিল্লকখি। শারবা লৈকংলাদা মহাক চোংথখি। নাকল অমদা বিনাগী তৌবিমল, মাগীদম চোপ্পা মংখিবা, ব্রাবী-খিবা মযামশিংদো ভসি দোইমা চাওরবা লমম অমা . তৌম-শিঙরে হায়মা থঙখি। অসুক নক্লা দোই বিনা পংদা উন্নখিদ্রে। মমাগী অরাবত্নু উশ্দা সোমদা প্রিয়ঙ্গিং হায়ফম তৌফম থওলমদে। হৌজিকপু মহাক্লা কদাইদগী কনাদগী কমদৌর্না মমাগী মমৌ অমা থীরুগদগে ?

নোংমদি ইথঙ থঙহৌদনা বিনাগী মচিন্দগী পাঙ অমা তায়স্মী মহুদি পুম্নমক্তগী অহেমবা ফগ্রবা মমৌ অমা ফংলে হায়তুনা। মহু ভবদা দোই হরাওবদা নোক্কনি ফাওবা কাও-থোকপ্রে। মমাগী হরাওবা মাইথেঙহ উংগা মচামস্থু অঙকপা ফংনা যুংঙ ইখি। দে ইনা লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী মমিদা শোঙৈ 'মমৌ ফংলে ইবুংঙা।' অতুগা মমিংতা পীদুম্না শিন্থখিয়স্মী।

মতুংদা এযা অমা মমৌ ওইগে লাক্লখি, দোইনা বিনাগীতু-দদি লেপপ্রে। শক-চু, যুম্নাল মওং অমত্তা হংদ যেংদন। মতম শং লেপপ্রে। মমা মচাদদি ইন্দক থৌদোকসি সনাগী কৈরক কাবগা চপ সান্নখি। ময়ুম শেমজিল্লে, যুং পং তৌয়িল্লে, য়েংবদা সাহেব অমগী তমাল তনানবা ইমুং অমগুম খেন্নদনা থোক্লরে। দোই স্বর্গ কারে অত্নবু নহাতুদি ? নোক্কদ্রা ? কপকর্দা ? মতোমতবু শিঙগদ্রা হায়ফম অমত্তা থঙখদ্রে। রাফম অসি মমাদা করম্না তমগনি, লুহোংগদবস্থু কুইত্রবমি। অতৈ রাফমগী অমত্তা ওইরমদে মহাক কেন্সর হয়েবা লায়মাতুগী মরু হল্লম্লে, মসি

নোংমা ময়াম চয়াংনরিঙদা মকোক ঙাওহুনা ভুবনগী চাক্তরনা হায়রকখিবনি। ওহ! দয়ামযগী কোর্বাক খোর্জেদা অসুম্না ইপ্রবা। মমা মচানা অন্নক নুংঙাইহনবসিবু কররকপময়া হা শনি, কররা শনি? লরাই য়াওদবা শনি।

রাফম অহু থুনমক মাগী মামা রামকুমারদা মমাগীদি মথুং থোকপা মঙোন্দা তমহন্লুরে মমাদা। মহ স্তাবদা দোই অরাবমা মশরুক্ত ওইগে, হান্নদগী শরুক থীঙমদনা হেল্লিমগে, লৈহাও য়াঙত্রবা ঈশান্তুম লেকথখি। অমরোমদা মহাদো অমুবা মতমদা মীরমদা চৎনবা য়াথং ফংলে। লুহোংবা কাইরবা ৎ লোয়নাহনদনা কপলুবগী কান্নবা করি লৈ? কান্নবা করি লৈ? কান্নবা করিস্থ ফংখিদে। দোই মচানা চৎপ্রবদা মতুং রামকুমারগা লৈহৌই। মহুস্থ মচাগী চৎলমদাই রাহৈমি।

ফমা কুইরবগী তুংদা নুপামচানা মাগীদমক চিঠি অমা থারকই, রামোলদি।

ইমা,

ইমা ঙসি নচা মীরমদা লৈরে। ইমানা হৈরমদম অহুদা .... ...। চৎলমদাইগী মতমদা ইমা কাইম্ন রাহৈ মপুং ফাখিদরে, ইমা নং কপকনুকো। ইমানা কপ্পবদি ঐদি হেক্তা কপথোক-দবনি। অরাবা রাথল থমগন্নু ইমা, ঐখোয়গীদমক ঈশ্বর লৈম্নিদনা।

পুক্নি হায়বদো অসুম্না ঙমলম্নমানে ইমা, কমাদনো ইমা ইচামা ঙসি শাওরুগদবরো। শাওগে হায়রবন্নু ভাবীমবা লৈতে,

কয়াওগে হায়বস্থু তাবীরোই বক্রমে ইমা? পুক্নিদা মচামা মমাগী লমময়ু অমুক শীংবা ওমখিপদগেমে? ইমানা ঐবু মুংশিথিবগী মপান্না ঐ ওসি মী অমা ওইহ্নিবনি। হীংলিমমথেদি ইমাবু থক কাওজ্যোই।

ইমাস্থ খত্তলিদমা সংসার অসে অবাবা মাওলনা করম্না মুংত্তাইবা হায়বত্থু লৈরমগনি হায়দনা। ঐখোয়গুম্বা অবাবা মী লৈরমক্কগবু মুংত্তাইবা মী লৈরমগত্রমে ইমা? ইমা পুরমক ঈশ্বরগী লীশানি, ঐ মংলা তম্বা তম্বা মত্তে।

ঐ মীরমসিদা মতম থম্বা লৈখিবা তান্নি ইমা। অফবা ঈশিং মুংশিং চাহল্লবত্তদা ইমা ঐগী অমাবা ফরক্লগনি। ঐনা হেক লাকপগা ইমা-ইচা অমুক ঐখোয়গী ইমী যুমথাওদা লৈসি। থোইনা অরাবা বাখল থমগন্থু। ইমাগীদমক ঐনা শেল থাহল্লকনি। অয়োইবদা ঐনা খুরুমজত্থুমা হায়জরি, ইমা নং কান্নদবদা কপকমুকো। মত্থগী মহত্তা নুংত্তাইবা বাখল খন্দোকউ, অহ্থগা ইমাগী মতিক চাবা নমোম্থ পীরমখো ইমা ঐ হল্লকখিগনি।

নংগী মচা—
প্রিয়জীৎ।

পাবা লোয়রকপদা মোকফেং তৌজে, মমাংমক্কদা বিমাগী মচানুপী য়মজনা সমাবুল অমা পাইহ্থমা ঈশিং শোক্লি। চংশিন্দুনা মানবিক্কই, কলক্কা য়েংজৈ; অমমোমদা বিনামা দলাম্পগী

দোইগী মতৌহ্ মাকোক্তপী লোয়বা ফাওবা য়েংলম্মী লোকটে, মখি মতা ওইবগী রাখল লাকই।

ইখা লোয়রকপা পুং ১২গা মিঃ ১২ চংলম্মী, ঐ হেক হেক্ক লোয়খিবদা রাখল অসিগা হকচাং অসিগা য়ায়া চোকথরম্মী। ইশাদা তুম্মিংবগী নেশা অমা লাকপদগী ডাইহাক উইখি, তুমব্রমাদে ঐ।

ঐ ওজা হৌহনা বাবমগী লুহোংবগীদমক লাংলম্মী। মতম চাম্না বাবনগী লুহোংবহু য়াওরুই, ঐদি চত্তি চংবিংদবনি বাবমা যম্না খুংঙাইবয়োই হায়বসি মশামক্তু হায়জরবনি, ঐমক্তু উরবনি। মুখিবাংদা বাবনগী মুমদা পাম্বটি মচা অমা পাংথোকখি, শর্ম্ম হিদাক থম্না চৌংখি, মসত্তদি তৌখিদে, ঐগা প্রেমগনা মনম নম্লগা তোকখি। য়োমিওদত্তি খাইদগী শীংলম্মী, মথাক্তি পাম্বটি অহু য়াওখিদে অহুগা য়োসন্দি ফজমা ওখি। লুহোংবগী মুমিংনি বাবন্দি জ্ঞান লৈনা থক্রম্মী। থকপা পুম্নোম লোয়রবদা য়োমীওদ অমুক লাকখি, ওক্কা য়েম মফৈ অনিগা চারগা চংঙ্ত্রে। চুরুট চৌংবদা খাইদগী মথম লৈবদি মসত্তনি, মহাক মপুক্লিগী অহুম থক্রবা মীদি মত্তে, অসিগুম্বা মতমসিদা অহুক খুংঙাইবগী থকপনি। ঐমু চুরুট থকপসি খাইদগী পামজবা মেশানি অহুবু ঐ চৌংবদি চৌংখিত্রে। পাম্বটিহু লোয়রকপদা পুং ৪ মথাইবু তারম্মী। হেক লোয়বগা ঐ মুমদা হল্লকখি, ঐনা প্রেমচান্দ থীন্দোকলুবদগী লাকপদা খঙনীং নীংশিংলকই ঐগী মহাক অদো। মখোয়গী মপাদংদি য়েংলমগে হায়দুনা, লৈরক মচাহুদা চংলকখি। মী কনামত্ত লম্বীহুদা চংমরমদে, হল্লসিন্না থম্লুই থম্মোয় অসিনা তোঙাম হেক্তা ডাথোকখি। মাবু নীংশিংখি, মিছল অসিনমু কাথবা ওমদবমখৈ হেক চোংখি অহুবু নোংমা চংখিবা মুমিংছুদগীদি থম্না তাই। হমাংনগা শৌবনে য়ুম য়ুমগী থোঙ থোংনাও হাংদোক্লে, মহুদগী থকথোরকপা মৈঙাল নত্তদা লম্বীহু

রুমাল লৌথোক্লুনা মাই অহ্ তৈথোক্লম্মী. অউবা মীনদি য়েংবদা য়াম্লদি নুংঙাইরম্.রাই অহৌবু ঐদি মহ্ ইথৌনি, তৌদবস্থু য়াদবনি। মাগী শমহ্ মঙ্গলগী অম্বাইদা চাং মান্নবা ককই' তথায় অমদি ঈশিং চোংলম্মী। মহ্ তৈংথ কপদি রুমালহ্না কৈদৌরুনি, ঐগী ফিজমহ্দা হনুবীহ্না ফি অমা পীগে হায়বগী রখল অমত্তা লৈখিদমানে, চপ য়ুংহ্না শ্বর থবেং থবেং হোল্লি, রাস্থ সুকঙাং ঙাংলকখিদে। ঐ হৈনদবনা লোয়রে, পমখংসি কদাইনো, থম-ম্লসি কদাইনো জ্ঞান তাদমা মাগী লাইবক্তা থরা মাল্লবদা উবা ফংলকই ঈ থরা। মুক্তা য়েংলুই, লাইবক্তী শমখোং ময়াদা উনশা মচেং অমা ফকংগ্র, ঈশিংহ্ লরাহ্দা লোইমা হৈথরম্মী। ঐ পাখংপা অমুক হেক্তিল্লকই, শিদোকল্লবদি কমদৌনি হায়বা ফাওবা খল্লকই। ঐগী রুমালহ্ পুংশিনবা মত্তনা উপাই লৈরম্দ। ঐনা হংখি হনুবীহ্দা "ইন্দোন, কদাইরাহ্দগীনো?" ঐমা ঙাখিবহ্দা মহাক জ্ঞান তারমানে খঙঙ ঃ ঙাথোরকই "ইবুংঙো, ঈদগী তুরেল মপানগী দলান্দগীনি। মং অমুক্তা থাংবিয়ো. ঐ খঙংদ্রেদা।" হৌজিক্তদা মাগী ইনফীহ্ পীরকই, ঐ লৌহ্না লাইবক্তু পুল্লম্মী অয়েস্বহ্না মশানা য়েংশিনখি। ঐ নুপীমচাহ্বু পামখংপা হোরে। ঐমা চংংা চংনা হায় "ইন্দোম, আদগী সাইকলসি ইন বরক্তেরা?"

"হোয়নে, ইল্লকেনে। থুংবা ত্রবুংঙো ভাক্তরদা পুমবা শীনসি মমাগা মনাক্তবু য়ৌরবদি খরা রাই শংলনি।" হনুবীহ্ মীয়োল ফজনা ঙাংলক্লে, পাদি পাখংলগা জ্ঞান তামা চংথরক্লে।

“ইঙ্গোল্দি শোকপা য়াওব্রা ?”

“শোক্রুমানে ইবুংঙো ইনা নাবা ফাওভ্রি। মমগা মপ্পু, লম্বীনে হায়দনা মফম অমত্তা থঙ ঙাইদৌনি।” খোঙকাপ ৩০/৪০ রোম কাল্লকপদদি ঐগী খুদাং ফজমা চোকখৎলে, থাদরুবসু য়াদবনিনা পাখংপোক্ত লাকপোই হুমাং জিন্নি জিরি কামা থাংহনা চংলম্মী। তপ্না তপ্না চংলমলবদি খোইদোক্লা য়ারম্লোইববনি, ঐগী খোঙথাং চেমনগা চপ মান্নরবমি।

“য়ৌগদৌরে ইবুংঙো।”

“পাখংশীনুদা ইন্দোম, মাগীসি খোইনা শোকপা নত্তে, লাইবক্তা খরা য়ৈথিবদগী য়াইন্নবা ওইরিমি।”

ঐদি সেমদা খুংসে পংথবগুম্রে, পোগে তৌই য়াখল অমিনা ইয়া য়াদে, মায়ওন ওস্তাকে তৌরুই থম্মোয়সিনসু ইয়া য়াদে। চংপদা অহুম তাই, য়াব, শিংথনা ইশরুক ওইহনা চংখি। করিগুম্বদা ঐগী খুংসি শীথহনা তাএবদি হায়হনা হেন্না চেংনা কোল্লম্মী। শোইদনা থাদএবদি মীহাংপা শোইদনা ভাগনি, হনুবীহুমসু মমিমক্লা উহদৌরিবমিনা সুকনুং নুঙাইরোই। খল্ল খল্লব্রগা ঐ চেৎনা পায়বা তোকখিদে।

ফনা শাংনা পমহনা লাক্লে কয়লাস লম্বীহু উচিম মাচিন্না য়ৌরে, ইখুংলিদা ফাওরকই মহাক থজিক খজিক লেঙবগী মমি অমা। ঐনা মমাই অহুদা তপ্পা নুংশা খর কাম্বীরম্মী, ঐনা খল্লি মহুমা খরদি শাফবা য়াই। লম্বী অচৌবহু য়ৌবদগীদি মৈনা পুমঙাল ঙাল্লক্লে, মাগী শক্তমহু ফজনা উরক্লে।

পুংমম মম্মী। ঐ মথল মথেলগী রাখল থমবা হৌরকই, 'মহাক হৌজিক করি তৌরমগনি? চাক চারম্লব্রা মত্রগা তুম্মম্লব্রা ¿ নুমিদাং অসিনা কমাগা বারি শাহনা লৈরমগনি। মহাক্না মশম মমা ইফা যা মপাম থোক্লগা উংহনা লৈরমলবদি, ঐদি করি থংগনি। কমাবুম্নু থগুইদমা মোক থেহনা লৈরমংগমা ঐ কপকব্রা?' রাখল ময়াম অমা মাগীদমক থল্লুরবসু মহুগী পাওখুম অমত্তা লৈত্রি, ঐ মাবু উত্রি। উমিংবমা হেজিলকপদগী ঐ হাম্নগী খোঙথাংদগী থরা থুগংলম্মী। য়েংকী খুদাংদা নুপা সাইকল অতেকপহুম্মু ইল্লি। মখোয়গী থে ঙাল য়েৌগদোবা খজিক্তা ঙাইরবনি, ইমাংদা হনুবী অমগা নুপীমচা অমগা ঐগী মাইমৈরোমদা লাকপা উখি। ঐ ইশামা থঙমা মায় নুকথজে। তজাহুমা ইতুংদগী স্কুটর অমথকসু মৈঙাল ঙান্না থান্দুনা থোরকই, হনাঙুমনা ঐ উরম্লমি থল্লুবদা থাই-থাই অমুক অমুক পাথংলকখি। লোংগ্রি শেংপা নীপাহুম্মু মীংশিংদবা মত্তে। করিনুংগী লাকচরুবনো হায়বহুত্তা তাই। মৈঙালহু অম্মুম মকশিলহকপদি মখোলসু ফজনা তাখি. তুং হন্ন য়েংদবা ঙমখিদে, জাড়ীহু অসুক্কী মতিক কম্না থোগংলকখি। পীকথ্রবা লখীহুমা অহুম্না থোবগী খুদোংচাবা লৈতবনি, শোইদনা শোক্লিংঙাইগী মশক্লি। ঐ কীবোই লাকপোই খোংবাম্লোমদা থজিকং থৈদোকখি। মীংমা কুপ্পদা ইপা লানখিবমি হায়বা মাই, থঙহৌদনা মাংদগী ইচম চম্না লাকচরিবা নুপী মচাহ থরা থেংপ্রমানে ইমিংমকসিনা নহাক খোংবাম্লোমদা লৈহনা তাবা উখি। ঐ চপয়ুংমা

লেপখি, স্কুটর অহুদি অহুম খোঙ্গে, মহু তান্নরবা কনাগী মতিক্কো ? মীংলমসিগী বাংমদা অহুম খোঙ্গে। খোদোক্কু উবদা ঐ হায়-ফম খঙদনা পাখংলম্মী। হন্নুবীহুনা করোমদা চংগ্রবনো ঐ টঙ্কোক্রে, সাইকল ইন্থুমলপা হুনা মনাক অহুদা চংশিনখি। হন্নুবী অহু ইহাম হায়না মৈঙাল মচা অমদা তাহুমা লৈবা উখি, মথংদা খোংবালদা য়ৈশিন্দুনা তারিবা নুপীহু উবকই। মহাক্কি খরা শোক্লমানে হায়রং লেংলদে, হন্নুবী অহুদি ইকুই কুইদনা জ্ঞাম অহুম তারক্লে খঙলাও লাওরকই "হয়েম্মা……।" ঐ ইরম মচাহুদা লৈখোম লৈমাং কাওখোক্কুমা ফং কুগথখি অহুগা হুনমক নুপীমচাহুগী হকচাং কোনখংতুনা লোখংলম্মী। অমম্বা মরক্কুদা মহাক কয়াম শোক্লবগে হায়বহুদি খঙলমদে, হন্নুবী অহুদি ইশোক শোক্লমানে ইমাই লাইনা হোগংপা ঙম-লম্মী। ঐনা খরা ঙানবা মফম অমদা মহাকপু থাংহুনা পুরকখি। হন্নুবীহুদি পাখংখিবনা মরোল ফাওবা থোকখিদরে, ইক অা, ত্তোবতুদা ঙাইরে। মৈঙাল অহু য়োবদগীদি মহাক্কী শক্তম ফজনা উর 'মেদি অমা শেংলি, ঙাংতক তোবা ফুরিং অমম্বু লৈংলি। মাইথোঙ অহু য়েংলুবদদি খঙনীং নীংশিংলকই, নোংমা ঐনা সাইকল পোথাইখিবদা ইশি শিনা নোকখিবা দলাম্নুগী নুপীমচাহু। ঐগা লোন অমত্তনি খল্লুবদা খরা ইকায়রুই, হন্দোকলুবদি য়াদে কোনখংতুনা থনখি। মাগী হকচাং মতেক অমা লৈথোম অমদি ঈশিংনা পুমচোৎ চেংলে। অশোকপা মফমহু কদাই-দনো হায়না ঐ য়েংবা ত্তোকখিদে অহুবু ইউ উরমদে। ঐগী

ঐনা হায়রকই "ইন্দোম সিগী দলানসি নত্রা ?"
"উম মাসি" হায়রগা ঐগী সাইকলদু লংথুরম্লগা মখোয়গী গেটতু হাংদোক্লুবা লাওরমী। মুপীদুগী ফিজম অরুবা নত্রে খঙলকপদগী ঐ পাখৎপা হন্থরকপগা মপা চানা তুম্নিবা গাড়ীদু উখি, মদু উরুবদা ঐ হায়কেং মুংঙাইংঙে। হন্নবী ওইরবসু স্টেন্দ মশক খঙলিবসি, স্টেন্দ হায়থরদা মতম কয়াম চঙগদগে, শাথিনা শোম্নবীসু নত্তে। তোঁববুদি পাখৎতুনা তোঁবদি ওইমগা য়াই, মদুদি খঙা হাকমল্লি। ঐসু মুপীদু অকনবা নৈনাকসিদা খঙপা থাদপ্রগে হায়বা ফাওবা খনখি। শিন্নবদি খল্লবদা ঐগীদি উপাই নৈমমদে। ঐগী সাইকলদু খরদি কোপলম্লনি, ঐনা ঙসাই অমুক ইস্থরুরগা, হন্নবীনিনগা লংথোকলগা। কোঙম ফাওবা কেল্লমগদবা মাল্লি।

ঙাইহাক নৈরগা মুপী মো মহা অমা থোরক্লুবা গেট হাংদোম্লকই। হন্নবীদুগী ফিজমদুদা মুপীদু লোয়না খঙলে, ঐ তম্না চেনশিল্লকই অদুগা ইমুং তান্না পুশিমশি হায়রকই। মুপী হায়বসিদি মুপীনি, অদুক য়াম্না শাংবা পুরক্লিবদু বারম্লনি খঙ্গা মতেং পাংগে হায়বা ফাওবা তৌরক্তে, মখোয়দি মশা শেন্নজবদা মথৌ অমা ওইরিবনি। ঐনা মদুসু ইমুং তান্না থাংজিল্লে, অনিশুবগী ফমুং অমদা তম লাওনা থমখি, ঐ খরসু পংথরে, শাওসু শাওরে, খরা মুংঙাইবোই নীংঙি, ইমিংসিদা তুদুনা নৈহৌরিবা ঐগী সাইকলদু উরকই। মো মহাদুনা তৌবা য়াবা ফাস্ট এইড খরা থুনা তৌরম্মী, হিদাক লাংথক পুথোরক্লুনা

অশোক নহু হাপখি, ঐসু উখি। ইকুই কুইদনা নুপীমচাহু মমিং তরু তরু পাংলক্লে। কোইনা য়েংলকই, মানা ঐবুসু উই, শরুখুগুদবা ঐগীদমক রাদি ভাংলকখিদে।

"লক্ষ্মী" মো মহাক্না কৌই।

"হুম" লক্ষ্মীমা তপ্না খুম্লকই।

"কদাই রাইদা অমাবা ফাওরি ?"

"লাইবক্তগীসি নত্তমা মাদে। ঐবু ইভাও ইভাওবগুম, ইমা · ।"

"কৈদোর ?"

"কৈসু তৌদে, ঐ ভাইহাক রাহ্রুরমাকে, সিদা লৈরমসিদা ইমা ইভক ভকইবা। লৈপনগী রাক্দা য়ৈবদগী শোকপা ওটরমগনি লাইবক্তগীসি।"

"অহুদগী জ্ঞান মাওখিবা ওইরিবি। কৈসু তৌরোইদা হৌজিকপুদি, হয়েং চংলবসু চংলসি হোসনিতালদা।" মতাং চাবা য়েংহুমা ঐমা হায়খি "হৈতেমা ঐ অমুক চংলগে।" মাগী মহুংতা হন্নুবীহুনা হায়রকই "ইবুংগো লৈরমগ্রবদি ঐনদি কদাইদগী। গাড়ীবু অহুক কয়া থোংবদি ক্কামা, মখোয়দা হেক শিয়সনু মহুগদা পোল্লদবনি।"

মো মহাক্না ঐবু য়েংলগা অমুক হায়রকখি "ইবুংগো কদাই-রাইদগীনো ?"

"থোংহুদগী খয়া চংশিলগা অহুম লৈদ্রে।"

"থেঙলে পুং মাপল মখাইবু ভারম্লনি। লাকও লাকও অম্বাই ফাওবা থীন্দোক্কে।"

"চংলোকো ইবুংঙো, অসুক শাংবা লমসিদা ইবেম্মবু থাংহৄমা চেন্নকপদি ফনা রাজৰিনি।"

হনুবী লৈহৌই, ঐগা ইত্তেমগা খোন্নকই গেটলোমদা।

"কদরাই মপাদনো শোক্লিবনো?"

"বামোন খরা হেন্দোক্লগনি ইতৈমা।"

"অহৄদগী সি তান্না পুন্নক্লিবা?" ঐ খুমলুদে "ইস রাথমা ঙক-লম্মনিদা। খেঙলবনিনা নংবু খাম্বসু ঙমজ্রে, নোংমা লাকউকো ইবুংঙো।"

"ফনি ইতৈমা।" ঐ সাইকল তুরিবা মরা য়োরম্মী।

মানা হান্নরকই "এ। তুরম্নেদনা সাইকলসিদি" ঐদি মহৄ মীংশিং-লকপদা খরদি মুংঙাইখিদে, হনুবী পোকহৌবীহৄ উন্নকই।

"চংহ্লা চংলো। মত্তম্নগা ফত্ত্রমে, য়েং য়েং চংলুকো।" মাগী অয়োইবা রাহৈহৄগা তুইন্না ঐ সাইকল অহৄম খোন্নক্লে। উম হায়বসু ত্তোন্নমজ্রে, মুমলোমদা খোন্নকখি।

য়ুম য়োন্নবত্তদা ঐ রাখল জাং জাং খন্নম্মী। হকচাং অসিসু ফজনা চোকখখি, ফমুংদা ইতিং ত্তিংনা হীপ্লগা মীং তপ্না উইথরুই, মমি শামি উন্নকই। ঐনা মাগী হকচাং শোকখিবদো। লক্ষ্মী হায়বদাই মাগী মিংদো। মথঙ মথঙ লেপ্না নৈতনা মীংশিংলকই ঐনা মহাক পমথংপদা য়েংথংবা খুংনা পান্নোম কান্নক্তা ত্তকখিবা অহৄগা ঙইথংবা অসিনা মাগী ফী থোংজ্রবা ফৈগন্দা থেংনুবদো ঐ হৌজিক্তদা নোক্লিংলকই। ঐনা মাগী লাইবক্তা নামবীক্লবা, মাই তৈথোকলুপা, ঐ ঙসি ইরাই লাইনা

কাওরগনা ? ঐসু ঙাওবা খঙদে মীগী খুধোম কাঙ্কুদা অমুক পাইক্রিবহ্নো। মতমহুদদি অসিগুম্বা রাখল অমত্তা খল্লুদবনি, চুম্না নুপী মশা শোকলুবগী ইকাইজবদি কাওখি। কনবু ফজৈ মাগী শক্তমহু. মমাহুদি ঐগী জিজ্ঞাবু হাইফং মান্নি।

ঙসি বাবনগী লুহোংবা লোয়ব্রে'কা, মহাক অমুক উন্নবা ফংলয়োই। ক্লাসতা মাগা মরৈ য়েৎনখিবা কয়া, নোকখিবা কয়া নীংশিংহৌবহুতা ঙাইহৌরে। হৌজিক মহাকী লুহোংবগী অহিং হায়বহ্ মন্না ?

ব্রাবমগী চাকৌবা ঐদি য়াওখিদরে, মানা য়াম্না নুংঙাইতে ছায়বগী পাংদি ফংখি অদুবু চৎতুনা নমথোক্নবস্তু ঙৌকদ্রে। অমম্মোমদা কালেন ছুটিস্তু হয়েংদি লোয়রবনি, স্কুল অমুক কাবা হৌরগদবনি। বাবমগী নুংহাংবগী থৌদাক্তু থোক্লমজ্রবদি ঐ ছুটি ও ইবদা য়াম্না রারমগনি। থা অমা মাগী শক্তমস্তু উত্রবনি, উনিংবনস্তু ইশা অসে নৈতাকম খঙখিদে। মাবু উরগা ঐগী খোরাংবা ফগদৌরিবনি অমরোমদা মাবু উরগা ঐগী মৈচাক্তি শোইদনা হেন্নক্কমি। নসি করিগীনো? নুপী হায়বসি পুন্নমক্কী পোথামকম্নি অদুগা নাকল অমদা নুপী হায়বসি খুদিংমক্কী য়েক্ক নফমগী লম্বীনি।

ঐনা নুংথিলগী চা লোম্লিঙৈদা অরাংগী মৈরী লাক্লম্মী। মহাক ঐগা ক্লাস মান্নদে, ঐনা অমা হেল্লি, ঐমবুদি চহী অমারোম হল্লমগনি। মানা ফুক্না রাংমদা ফম্লগা হায়রকখি, "দারাম মং এসে অমত্তা ইবীয়ুনা।"
ঐনা মঙোন্দা ইয়েং য়েংদনা থুমখি "মংদি কৈদৌরবা?"
"হৈত ঙৌরিনিবা, হৈরবদি মীগী মতেং অমুক লৌকন্ত্রা? ইবীগেনা, ইবীরোই হায়রিত্রা? অমা হায়য়ু।" ঐনা শীং ইনশিল্লগা হায়রুই "ঐঙোন্দা ইবীয়ু হায়রিহুমু ইকাইজক্ত্রো? ঐখোয়মী চহী মান্নারিসিদি।" অদুগা মাবু অহানবা ওইনা য়েংলুই খঙ্গ্রেক খঙঙি মা উবদা। মেরী নহানবাইগা ইমাম মান্নরমদ্রে, য়াম্না চাওরম্লে, য়াম্না ফজথোক্লম্লে, হৌজিক্তদা

থলক্লিবসিনা করিগনো? ঐসু খঙদে। মাগী ভাংতক তৌবা চৌনবালহু অহানবমক্তদা উথিবহুমনি হায়রবদি লাম্লোয়। তৌব-ঘুদি মাগা উন্নদবা কুইরে, অসুক মক্লবসু চংলুদ্রবদি উন্নদখা ভাবনি। হান্নদগী য়াম্না মোয়থোক্লম্লে, মুপীসে মহৌশাদগা হৌনা চাওববু লোয়রবদি হেক্তা নোয়থোকই, মুপাদি হেক কম্থ থোকপমখৈ শান্নত্রবদি পান্না কোয়দে। মহাক মশম শাই কক্লম্লে, হান্নদগী হেন্না তেনখংলম্লে। ঐনা মোক্লপ য়েংলুবহুদা মামা হায়রকই, "ইকাইরগবু লাকঅমাথত্রা? হৈরে হান্নদনা চাংথোকপদি তৌজম্। ঐমসু দাদা ভল্লিবসিম্নি, ইকাইফম্ম থোক্কে।"

"মংমা হেক খঙলেদা। হৈ খঙদে হৈত্তে খঙদে; হেক লাক্লি-বসিবু। ঐনা হেন্না ইনিংলিবমিমে, অহৈবহু মীমাংদা উৎনিং-লিবনি। ঐ হৈরোই ইবা ভল্লি।"

"ফাগী তৌরনুবা দারান, ঐবু অঙাং মচারো? অশেংবা হায়রো ইবিগে হায়রিত্রা? ইবিরোই হায়রিত্রা?"

"করি এসেনো?"

"ইলেক্সনগী, ঐ ইংলিস খরা শোন তৌবনি অহু মত্রবদি ইতোমবা ইজরদবনি।"

"লাইরিক্তা য়াওত্রো?"

"য়াওদে, লাইরিক ৭/৮ খীয়বনি। মসিদদি ময়াওত্রে।"

"ঐসু য়াম হৈবগা মানত্রা? থাগৎপীরিবহু হরাওদববুদি মত্তো।"

"হৈত্রবসু ঐঙোন্দগীদি হেল্লে অহুগীসু মথক্তা রাখল খনবা

য়াম্না তপ্পি ঐদি। ঐখোয় দাদা ইহনগে হায়ববু মৈরক্কৌ মাল্লি, মংসু খঙথিহুনি য়াহৌরকপদগী তুম্বফাওবা শাওরি শাওরিদা তৌ লৈ। মহুবু কমামা? চাক চাক লাকও হায়বফাওবা কীজে ফুরক্কৌ মাল্লি।"

"এসে ইবিযু হায়বদা শাওরক্লবদি মবুং নংব্রবদা মীযুং ভামে।" মহক পোক্লগ তৌরকই অতুগা হায়রকখি "ই, ইবুংবুদি মীবুংমা হেন্না ফে। করি নুমিংতা ইখিগে হায়রিবনো? মথংগী নিংখৌ-কবদগী ফাষ্ট টার্মিনেল হৌরদবনি।"

"খেংঙিবা টর্মিমেলবো।" ঐনা কেটলি থাংদরগা হায়।

"খেংঙি থেঙনে নখোয়গা চাংদম্নবা য়াব্রো? ইশাগী হান্নগীগা চাংদম্নগদবনি, ঐখোয়গীদি ঙম্লবনি।"

"ইবেম্মা ঐখোয়গা চাংদম্নবা নত্তে, স্কুল খুদিংমক্তা চাংদম্নবনিমে।" হায়রগা ঐ চা হৈরম্মী, গ্লাস মরি হুরকপদা অমুক হায়রুই "ভাহেন য়ামখিত্রেরা।" মথাক মমিং ফেকুমা হেংলকই, ঐস্যু ইচম চম্নবুদি হায়খিবা নত্তে। ফাগি তৌখিবনি, মাবু ম্লেংলুই। "থকচনিংদে কৈস্যু।" ফুক হৌগংলগা হায়রকই "ঐ ভাইহাক লৈরগা লাকে, হৌরেন নুমিদাং ইবিয়ো, চেগা পুরক্লগে।"

"হৈ চংখিম্ম্।" মাদি ঐগী রাহুদা য়াম্না ইকাইকুরমামে হায়রকই "ঐ লৈরগা হেন্না য়াম্মোয় কারাদ, চংলে।"

ঐনা নোক্লগা হায়খি "নংদি ঐনা হায়শিনবদা ইকাইরিবা ওইয়ে। মেরী ভাইখো হায়রগা, ঐবু য়ুমদা চা থকপ্রো? সিদি মরিনি নংগী অমা। ফাগী তৌরগা, ইকাইরিনি হায়মা

ঙাইখোব্রানি। ঐদি ইজরোইহে খঙজৌ।" মহাক খঙলেপ লেপ্লগা অহৃগা হায়রকই "য়াম চাওথেক্লগা তোক্লেদনা।" অহৃগা অহূম চংখ্রে। ঐ মাবু য়েংহৌই, করিদগী শাওখিবনো ঐ ইঙোমত্তা মোকখি। ঐনা চা য়াম.দ হায়বহৃদা মহাক শাওখিবনি খঙলি অহবু মহৃগীদমক থওইনা চংখিবদি ঐস্তু খরা চিংনৈ, মহাক মীতোপ মত্তে।

ঐ ইমুংগী চা অহূমহূ পীরম্লগা অমনা টেকলিদা হৈজিন্দুনা খনম্মী অহৃগা মেরীহোয়দা চংখি। ঐনা মখোয়গী য়োবদা মহাক টেবলদা মখুং থম্লগা ঙাথহৃনা লৈরম্মা। মেরী মা ॥ মচুং অমথক্তুংগা মপাগা লৈবনি, মমা দলাল মথক্তা শমচেং হাংপা উই, মবুংদি উদে। ঐনা খোঙ থিল্লগা মেরীবু খঙহনখি। তশেংনা মহাক খঙপ্রেক খঙখি মমাহ্ন লৈখোক্তুমা শাওরকই রা অমত্তা ঙাংলক্তে। ঐনা চংশিন্দুনা হায়রকই "করিগীনো নংনা শাওরগা চংখ্রিবদি, ফাগী তৌবা য়াক্রেনে।"

"হেক শাওনিংলকপা। নহামরাইগা মান্নদে, মীংস্নেং অমা তৌই মহৃদদি ঐ ইস্থ ইকাই। মহৃদবু ইকাইদবি শাহূনা লৈখিগদ্রা?"

"তানিংদেদা মহৃবু রানি হায়দনা। ঐস্তু চা থক্তে হায়রা খঙলিবা, চাস্তু মরি স্থুরিবা শাওগে শাওজৌ, ইকাইগে ইকাইজৌ।"

"মতাং চাব্রবদি ইকাইজৈ খঙব্রা? নংনা খঙদ্রিবা, নংসে মহাল-মখৈগা মান্নদেমে, ঐখোয়দস্তু লাকখিদ্রে কুইন্নে। শকস্তু ওল্লে, খোনস্তু ওল্লে লোয়না ওল্লে।"

"নংশু ওয়ি অহুমা ওইখিমি ঙুং চাত্রিবহু।" ঐমা খণ্ডহায় হায়খি।

"নংমা ওমগা ঐস্থ ওম্মো মানত্রো? ঐদি ওনদে, নংনি মওং অমা ইত্তো তৌরিবসে।"

"কান্নদেসে, ঐ হয়েংদগী স্কুলস্থ কায়গদবনি, চে পীরকও হোরেন নুংদাং ইবিরগে।" তাঞ্জাহুদা মমাং লৈকাইগী দজজ চংলকখি ঐদি মা লাকপা উবোদে। মেরীনা চে পীরকপা মপা চানা মামা হায়রকই "করিগীনো মেরী?"

"এসে ইবগীনিদা।"

"ঐ ইবীগে।"

"মা ইহনগে হায়দমা...." মেরীনা তপ্না শোল্লি।

"ঐ ইব্রীগেনে; ইলেক্সনগী ওইরিনি মত্রা? ঐগীস্থ ইচলগী ওয়াং ইবা লোয়রে, শিন্দোকপীয়কে।" ঐ রা ঙাংদে, ঙাইহাক লৈরগা ঐমা হায়, "হগে ইহনো মেরী, দজজদা।"

দজজনা মেরীগী মথুংতগী চে লৌই, মেরীস্থ মানিংবগী মওং উংলকই, রাদি ঙাংলকখিদে। দজজনা মেরীগী মথুং তাপ পাইরগা হায় "হায় মেরী নংগী খুদা সে য়াম্না চাওইমা। মশা রাম্না নোয়খংলমানে নং, অস! ঐখোয়দগী হেনখিদোরেমে।"

"মীংনা ওইরিমি, ঐদি ইয়াং কংলবোই নিংঙি।" মেরীনা দজজবু য়েংলগা হায়। দজজ ঐগা খোইনা তিন্নবা মী নত্তে, মক্রয়বস্থ লোন্দিন্নদে, মাগী মওং মত্তো ঐ চপ চানা খঙি। মেরীগী মবুং ইরগা তিন্নবদোমা ঐ দজজগা তিন্নত্রবস্থ খয়দি লোয়রৈ।

দজজনা মেরীগী পাম্বোম পাইখিহ্না অমুক হায় "হায় খুংনোম অমা তৌরেদা। য়াম য়েংঙুমে ঐনা হায়জিন্নব্রা হায়না ?" ঐদি হৈমদবনা লোয়রে, ফনা য়াম্না লোন্দিন্নবস্থ ঐ মসিগুমসিদি হৈমবা য়াংলি। অাং অাং তৌরক্লনি খঙবদগী ঐনা হায়রুই "ঐগী চা পাথবয়া ভারে, ঐ চৎলে।" হায়রগা অহুম লাক্লে। দজজ মেরীগা য়ারি শান্থনা লৈরোই।

নুমিদাং ঐনা তুম্লমদায়দা ঙসায় দজজনা মেরীগী পাম্বোম পাইরুবহ্ মীংসিদা ইচম চম্না উরম্মী। ঐ খিতংদি নুংঙাইতে, মেরীমা খঙলন ওনথ্রগা দজজদা এসে ইরো হায়বগী অয়াবা পীখিবহ্। ঐঙোম্মা হান্না ইয়ু হায়রম্লগা ইরমদায়দা মীঙোম্দা পীখিবদো, হান্নগী মীহুনা খরা নুংঙাইতবদি হৌমশামি। দজজমা হৈদমা কয়াম হৈরমগনি, তৌববুদি ঐস্থ মাগবুদি ক্লাস অমত্তমি। ঐঙোন্দগী দজজনা হেন্না হৈবা মাল্লি, মহ্ মেরিগী মওংহ্মা ভাকপানি, মেরিমবুদি হৌদোক নত্তে হায়বনি ঐস্থ খঙঙি, খঙলবস্থ মহুমা মপম্বোংগীনি। ঐদি মেরিগা দজজগবু মন্নি লৈমব্রা হায়না খল্লি, পুক ফত্তবনি হায়গদ্রা খনথ্রবনিমা খাম্বা মংহৌজ্রে। হৌরানদি দজজসে চংদি য়াম্না চংহন্নিংদবনি ঐ খঙঙি, নোংমা থোকখিবা থৌদোক অমদা মহুগী চপ চাবা প্রগাণ ঐনা খঙখি। হৌরানস্থ দজজগী মগুণ ঐনা খঙবদোমা চপ চামা খাঙলমগদ্রা হায়বদি খঙদ্রে। হৌরাগীস্থ পো অমা লৈরমগনি, দজজগীস্থ চাওমবা এইম অমদি শোইরম্লোই, মেরিগী পুক্লিংনা করি ?

ঐনা সুম খল্লিউ মরক্তুদা কনানোমা ঐগী কাগী থোঙ থিল্লকই। ঐমা হাংদোকল্লুবদা মেরী ওইরম্মী। ঐনা হায়খি ঙক্লা "এ! কৈদোরে?" মমিৎ অহু ওল্লগা ঐবু য়েংলকই অহুগা হায়রকই "পুং কয়া ত্তারগে?"

"মাপল তাদোরে।" মখা তানা "কৈদোরগে?"

মানা ইমাংদা চেগা কলম্গা পুথোক্লুনা পীরকই "সে হোরেন তুম্মুরন্নু, মীংথোকাবা নুমিত্তা ঐগী পরিক্ষানি। হয়েং থাংজ।"

"করিগীনো?" ঐ ত্তাব অমত্তা তারমদে।

"ইমীংদ্রবো?"

"শাঙগৎলগা অমুক চৎগ্রগেরা? মীনা খঙদে হায়রগা করিগীনো?"

"দজ্জগীদো থোক ওইরম্লে। মামা অমদি পুরকই, ইফ ফজদে। সে হোরেন তুম্মুরন্নু।"

"ঙসাইমা লাকপদি কৈদোই।"

"ইকাইরবা।"

"ঐদি ইকাইদেহে।"

"ঐনা হৌদোকপদি মত্তে। দজ্জনা সুম হায়মকপহুদা থৌরু-বমি, হয়েংগৈ মাগী মরা লৌররোই সে।"

"মংগীদমক ঐ তুয়োয়দোইনিনে" ঐমা চেহ্ লৌরগা হায়।

"পীরকও অহুগা ঐ ইজরুরগে।"

"হয়েং ইবদা করি কাইবগে?"

"পরিক্ষাদি হংচৌংনি, ঐনা ফাগদবমা হয়েং অয়ুক্কি। খঙঙে খঙঙে পীরকও, ঐ ফজগে ফজো ফজরোই তোকউ ঢুজক্করগে" মা খয়া ইকাইবদি মাল্লি, ইবীরগে খল্লি দজজ উয়কপদা অমুক মুংঙাইতে। ঐনা হায়খি অমুক "ফরেমে ঐদি নংগীদমক অহিংসিমা তুম্লোয়দোবরি মংদি ঐগীদমক করি তৌগনি।" ঐবু য়েংলক্তে, শোনবোই লাকপোই হায়মকই "ঐসু নংমা হায়বমথৈ মানি।"

"শেল পুগে হায়বদি মাগদ্রা?"

"মহুদি ঐ খনবু খল্লুদে, খঙদে ঐ নংনা হায়বা ইল্লগে নং হোরেন তুম্মুরম্বু।" ঐ খঙনীং নিংশিংলকপা অমদগী হায় "হৈ মেরী, ঐদি কাওক্রুরে চঙকই, থোঙজিল মপানসিদা মীনা উত্রবদি ঙাংব্রা হায়ননিসে লাকও।"

"হুম, চঙক্লরোই মায়ে। অতৈ লাইরিদা য়ান মং ঙসাই চা অনীয়ক লোনব্রা?"

"লোন্দে" ঐ অচুম্বা পাওখুম পীরম্মী।

"করিগী ঙসাই অমুক চা পাথরম্লনি হায়রম্লগা চংখ্রিবা?" ঐ খঙনীং নীংশিংলকই, ঐনা ঙসাই দজজগী মতৌ য়েংনীংদবদগী চংপা য়ানবা হায়না হায়জিনলম্বত্রু। মেরীনা তপ্পা হায়রিকখ "মহু ঐবু ইকাইবা পীবা মাল্লি, ঐ খয়া মুংঙাইতে" হায়বা লোয়মগা মহাক হন্না ফাওবা য়েংলমদনা ময়ুমলোমদা চংখি। ঐ মাবু খামহৌদ্রে, খাম্বসু নংহৌদ্রে। থোঙ লোনশিন

লোয়শিন্না মাগী অর্থহ্ থীরম্মী, ইথোক থোকউ মারমদে। এসেহ্ মায়া দজদদা ইথীয়ো হাথত্রে হায়রা ঐমা চৎপা শোইদনা মায়মগনি, ঐ শাওয়ে হায়না মহাক লোয়মগনি; ঐদি মহুগী মরমগীদমক্তি নত্তে, মসি মহাক খঙলত্রা?

ঐ রাখল, থম্না থম্না ইলেক্সনগী এসে ইবা হৌরম্মী, ইনট্রোডক্সন ইবদা পুংখাই অমা মপুং ফাবা চঙখি। মানা ঐবু হুম্মুমহ্ হায়থহ মীংশিংলুই, মহ্ কন্নিগী হায়রিবনো? ঐমা অহিং তুমমগা মা হমাঙগত্রা? ঐবু অপুং শিন্নিবা হায়বহুরা? পাউথুমদি মহাক্না হায়খিরমত্রে। হোয় হায়রুবগী খবানদি ঐ ঙাকপা তাঙখি।

মোং হেক ঙানবদগীদি কনাগীসু রাখল থম্নমদে, ঐগী উন্নগদৌরিবা ওজা জিন্নাবুতা উথি। হৌখিবগীদি হৌত্রে, ঙসিদি মহাক ঐবু কাওবীরম্লগদ্রা? মানা ছন্দোকপীরম্লবদি ঐ কয়ম্না লেনহৌগনি। মাদা পীরকপা মঙাল থজিক্তুংহুনবি ঐনা ঙসি হীংলিবসে, মঙাল অহু হেক পীরক্তবা মতমদা ঐগী পুন্সিহু লোয়রগা চপ মায়রদবনি। অমরোমদা ইমায়বা ময়াম অমুক উমরগনি থনবদা ইশাদা লোম্না হমাওজে, থ্বাইনা মুংঙাইরোইদবদি বাবম লাক্লরোইদবসিনি, ঐসু মুংঙাইরোই। হৌজিক্তি বাবনগা ঐখোয়গা কাইনয়ে হায়বা য়ায়ে।

ঙরাংগী ইবা লোয়রবা ইলেক্সন এসেহ্ মেরীদা ঙক্তা থীন্দোকলুরে, মেরী য়াম্না হমাওহৌই। পুং মাপল মথাইদা ঐ স্কুলদা লাকখি। থাংজ মুমিংনী মহাকী পেরিয়দ থোক্তে,

মহ্‌ নীংশিংলকপদা ঐ ইহৈ-হৈমীংলকখিদে। থোক্লবসু উদদি উজগে খনবনি মহাক লাক্তবসিনা ঐগী থম্মোয় চাক্লবগী মরম ওই। মাগী মাইথোঙ কমদোরমগনি খল্লবদা সংসাম অসে অমুক অমুক কাওই, মাবু উনিংবনা ঙাইঙমক্তে। ছাত্র খুদিং-মকসু মাগী মাগী লুনা তিন্নবা মরুপ মপাং উম্নবগা হরাওনৈ, ঐদি থোইনা পুক্লিং চংলুদ্রে, মহাকপু উবগা হরাওগদৌরিবনি হায়বসিত্তনা শিংতুনা লৈখরে।

থার্ড পেরিয়দ ফাওবা মহাক লাকখিদরে, ফোর্থ পেরিয়দ ওন্না শামু থেংকাহ্‌ লাক্লবদগী থার্ড পেরিয়দতা ছুটি অহুম থারে, ঐনা নীংজক্লবা পুম্বা লোয়না মাঙখি। থোরকপদা শর্ম্মনা বাবমগী রারি তৌরকই, প্রেমা কান্নদ্রে মাগীদমক হায়, বসন্তনা লুহোংবা অহিংতুগী রান্নিদি ভানিংঙি হায়খি। অমরোমদা বাবনবু লুংশিদবদি নত্তে। ঐখোয়না গেট য়োরকপদা ইমাংদা বোক্লন হেক উই, ঐদি ইঙক ঙকলুরে, বাবননা মহাক জেলদা চংগ্রে হায়বহ্‌ লাক্লবা খল্লুই। তুংদগী শাস্তিদানা হায়রকই "শরু লৈবা হায়বসে ফদ্রা?" শর্ম্মনা হায় "বোক্লনবু জেলদা চংগ্রে হায়বদাইনে।" বোক্লন গেটলোমদা থোকখিবদা শাস্তিদানা হায়খি "চহী অনী নত্রগা অহুমলোম য়ামদ্রবদা জেলদা লৈফম থোকপনি মথুরা হোম মিনিস্টর লৈবদগী মোংমা নিনিদা ওন্থোকপ্রে।"

"হেক্তা য়াব্রনে মহ্‌বো?" প্রেমচান্দনা পেন্দনা হায়। কে টিতা কেস মাই পাক্লবা ঙসাইগী শিরিবা ইমুংসিনা। সোমদা মথুরানা

চদাক শান্নহুন্না ভান্নথ্রবা রারেপ্তু, অচুম্বা নত্রি হায়না লাওথোক্ক-হল্লিবনি।” সান্তিদানা হায়খি।

সাইকল সেদ য়োৎদা ঐনা হায়রুই “মপা মপু চাৎবনিন্না মাস্তু লাইবক ফরিবনি। হৌজিক্তা শঙ্গ লৈত্রবদি হিংবা য়াদেদা। শঙ্গ লৈত্রবস্তু শেলমা শঙ্গ লৈবা য়াই।”

“করপসন……… করপসন; করপসনসিবু করম্না মাংথিগদগে ?” শান্তিদানা হায়রকপত্নদা বসন্তনা পেন্না হায়খি “করপসনবু থোরক-হল্লিবা মকোক মকোক্তো লৌথরগা ফগদৌহ্নিবনি।”

“উম মহুনা চুম্বা” ঐনা য়ানিংবা উৎখি। রম্নি শানা শানা লাকপদা গেট কাখৎলক্লে। সান্তিদা অরাংলোমদা চৎখি, ঐগা শর্ম্মগা থোঙ অহাইবা ফাওবা লাকমিন্নি, বসন্তগা প্রেমচান্দগনা স্কুলগী লৈরক্তা চংহৌরে।

ওসি মাগীদমক চৎলগা উন্নদনা লাক্লে। মসি মামা থৌশা দবগী অচৌবা মরম অম মি। অমুক মাম্নন্নবদি হায়নস্তু থল্লুই। বোরুমনা জেলদা চংথ্রবদি জিত্না খরা শাফরনি থল্লমহুস্তু মাঙ-থ্রবনিনা, করম্না বোরুনবু লাকশিনগনি হায়দসিদা থনখি। ওহ! পুলিস অসে নীংখা সুকখুং থুংদেদকা। টেবলদা স্যুম ডাথহুনা রাখল তৌরিঙৈদা অতোপ্পা নীংবা কাইবগী রাখল অমমুক লাকখি। ঐমা শৈরেং অমা ইবা হৌখিবহু হুমিদাংগী পুং তরুক্লোমদি ভারম্নগনি।

অমুক্তং ওন্থোরকউ নমাইহু,
ঐবু অমুক্তং য়েংলম্মু।

উম্মিয়োই ঐবুদি.
মীৎয়েং চুমদ্রবা নমিংতুনা।
নংনা পোঙলিবহ্ন মশানা মাজরব্রা ?
মীকোক থোংলে হায়রগা,
মীতুম উদ্রিবহ্ন করিনীনো ?
মচীন্দুনা অমা, পুক্লিংহ্নমা অমা ;
মুংঙাইজব্রমে নহাকপো।
চেক্লেংতুনা থেংবদা,
হীংথরিবহ্ন ইকাইজব্রা ?
ইকাইরোই, চেক্লেংতো মংগীদি তন্দননি।
ঐস্ন থঙ্ডি, নহাক পুম্নমকা মপুমি।
অহ্নমু মং ঐমা সম্মান তৌদে।
নংনা শাঙবদি পকচথিনি, ঐস্ন মাজরি।
করাম কুইনা চংথিগদগে, মহাকী লীচংল্লো।
ভক্তবস্ন মক্তে মহাকী লমচংতুস্ন।
মংগীদো তৌন্ন হায়বা মক্তে, হেন্নমল্লি হায়বনি।
ঐন্ন য়োকপীয়গা,
মংগী য়েৌবিমল পীরোইদবা মক্তে।
মদু নংদি থঙদে নব্রা ?
লৌগদানা লৌস্রবদা পীরুব অরেহনি।
নহাক্তি পুম্নমকী মপানি।
মংনা হুয়ল্লগা নচাম্ন মুংঙাইহনগে অসিরা ?

চেক্তেংতু পুতুনা মং শিখিগদবা মতে।
করিখো মংনা থজিবহৌবো ?
মংদি মুংশিদে, নথম্নোমহৌদি মুংশি।
মংমা মাবু নমথখিবনি।
অমুক্তা থম্বৌ কৈদৌগে ?
মতম লৈরিখে হৌজিকসু।
ঐ, মং, মা; মথোক,
অমথক্তদি অমথক্তা।
অমুক্তং অহৌমকউ নমাইহৌ,
ঐবু অমুক্তং য়েংলম্মু॥

ইবা লোমরবদা ইমানা চপ চানা চাকী পাও হায়রকখি। চাক চাবা অমুক চংখি। শৈরেংহৌদু থম্নবদি মতে, মোক্লিংলুই ঐ।

থাংজ নুমিৎ মহাক লাক্লগনু ঙসিদি নিংথৌকাবনি শুক-শোম্ শোইদনা মহাক উরগনি, ঐগী অয়াম থৌরাংবা কোক্লগনি। অহানবদা ঐগী খোঙ ফবগী বা হৌদোকপা, তঙা চাবা য়েংগা 'অমুক শাংবা মতমদো' ওঙা করম্না লেনখি হায়না হায়রক্লবা। মাদি করি থুরক্লনি? মামা হায়রুদি হায়খ্রবনি অমুক-শাংবা মতমসিদা ঐ করম্না লেমগদৌবনো হায়দনা ফরে মসি তোক্লগা কয়থা বাহং মচা অমা হংলুগনি। মহাক উরগা থোক্লবা অমা হায়বহুনি। হংদি হংনীংঙি মহাক কমদৌরি হায়না অহবু মসিদি ঐনা নৈরিবা ফিজমসিগা শাথিনা খেৎনরে। চুম্না ওঙা কদোমদনো হায়হুনা হংলুবনু থরা কাইত্রা থক্লি, রাটৈ অমদগীনি ঙসি মীনা মখোয়গী মরক্তা লানজাও থোক্লবা। চীংমবা মীনা হায়রকপা রাদি মঙোন্দা মীগী রাহু অচম্বা ওইরংসু অহুমক চীংনজৈ, মসি হৌনশানি। ঐনা ঙসি রাখল অমুক মুংঙাই-স্নিবসে স্কুল য়েংবদদি করি থেক্লগনি। মাবু উরমদবদগী উগদৌরিবনি, বা ঙাংনগদৌরিবনি।

থল্লু থল্লুররগা অম্নম অম্নম নুংঙাইজরকপদগী ঙাইহৌমদনা স্কুল, চৎনবগী থৌরাং লোইশিনখি। ঐনা স্কুল য়েংবদা শর্ম্মগা বসন্তগা শর্ম্মগা বারি শায়ম্মি, ঐদি মাগী মঙলান্দা তাওখি। মহাক লাকপ্রা হায়বা ফাওবা ঙসিদি য়েংলুত্রে, লাপ্না য়েংবহুমা ঐগী ঙাইহৌমদবগী চাক্লিবা মৈচাক অমা অমুক ওইবা য়াই থনবদগীনি। ইনক মক্লা চৌক্রিসিদা ফম্নরবদা য়েংজবা অহুগা লাইরক ফরগনা

মাগী ভরু-ভরুবা মীয়াহুগা ঐগা মীংচায়বা। অহুদা মানা হোয়েন করি খনখিগনি? কুইনা উমত্রবা তুংদা অহানবা ওইনা উমগ.দৌরিবনি, মহানমথৈ য়েংদবগী ঙসি পুরুপ য়েংথোকে খরি। মাকোং অমিদা মাগী খোজেল তাদবা কুইরবনি, ঙসি পুরুপ তাথোক্কে। মানা শারি অ.চৌবা শেংপহৃদি ফজবনিদা। সিদগীদি মাগা ঐগা মতম শাংনা উমহয়েই, উমরিঙৈ মরকসিদা মাগী শারি অচৌবহু শেংলগা ঐবু অমুক্তংগা ওইনা উহনবদি ফুংঙাই-নিদা। চৗমখাল অহুনা মোকফেৎ তৌবহুনি ঐনা হৌজিক ফাওবা কাওবা ঙমত্রিবসে। মহাক্না শারিগী কিবান্দু মথুৎ ওইনা হায়ফেত্তং খোমগংলগা ইংনা চংপহৃদি ওহ! কলকইদা। ঙসিদি অহানবা উমবা হায়বহুনিমা লাইরিকস্থু নীংখিনা তৌপদবা মান্দে, ঙরাংস্থু ইতম ভমদে। উমরমদবগী উমবসিদা ফুংঙাইবা ফোংদোক-নবদি মহৌশামা চৎনরক্লে।

হাফ থাগ্রে, মহাক্তি শোইদনা লাক্লম্লগনি। মাম্বু চংগদবগী ঙ'ইজহুনা লৈরমগনি। ফমা সুংশিত্রবস্থু থোইনা মরাল লৈজদবা ছাত্রশিংবু উরগা মহাক খরদি ফুংঙাইফম থোকই। কাংসি খিংগ্রে, মহাক বোই পাইরম্লমি, উগদোরে মাগী ফজবা মাইথোং পেরিওদকী কাংসিস্থু তায়ে, মহাক লাক্লমলমি খন্দুনা খোঙলোমদা. য়েংলুই। মহাক খোঙথাঙ খনা তপ্পমানে মীগী ক্লানকীদি চংনগ্রে। ঙ'ইহাক ঙাইবদি অহুম চৎনৈ, ঐ মাবু চঙলকপা ঙাইহুনা লৈখি। মহাক লাক্লিঙৈ মরকসিদা ঐ ঐগী ফরবা খোঙবীহু খোঙউপ মনুংদা ভাপ্পা শাহুনা য়েংলম্মী। লাইবক্তা

অমত্তা খত্তখিদে মীং অসিনা মাগী তুংগী শইবা শকফমহুত্তা উখি ।

"ওজা অহুম ওমরদখরা ?" মোসমা মনিংদগী নুংঙাইতনা হ্‌লকই ।

"খঙদে মহুদি হায়বা ঙমদে। খা অমগী ওইবসু য়াই মত্রগা অহুম খা ৪/৫ ওইমখিবা য়াই।"

"ওজা করম তৌবনো, স্কুম ওহোকুখিত্রা ?"

"সরকারনা ওজাগী ত্রেনিং পীবজিদা। নখোয় স্কুলগী ওইনা ওজা মখিমুক্তি য়াওরমগনি। এখোয় স্কুলগীনা আন এগা খারগা। তৌববুদি মখোয়নদি খা অনিগীনিদি হায় মতুংসু তাং-দাংবা খঙত্রে।" মখা তানা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "সে নখোয় ওজামা কদাই য়ৌরম্লে, অক হোংপা হৌসি।" এদি মোত্রুং অমদা তাওতুনা লৈখি, অক হোংলমদে, কলম পুখোক-খিদে, তৌরবা চেখাং মথক্তুদা মীংকুপ্তুনা য়েংলম্মী। মহাক অমুক উখা কংলরোই হায়বসিতনা খম্মোম অসিদা মৈহুনা লৈরি। নীংশিংলকই মাগী রুমাল, মাগী থুংই অহুগা মঙা চংশীগী নোট অতুগা। থুনমক এ য়ুমদা চৎলিংলকই, থবাই য়াওদ্রব। পোৎসিংহু এগীদি মহাক অহুমি।

শাগৎলম্মা আশা খুদিংমক কাইহুনা এ স্কুলদগী হলকখি। য়ুম য়োবদা এ খম্মা পোৎখাবা কংলরোই নীংডি, লাইরিকখাওহ্‌ হমুংদা লংশিনখি। উপু হাংদোক্তুনা মাগী রুমালহু ইহান হান্না য়েংলুই, ঈ খরহ্‌ অহুম তৈরম্মী। লুংশিখা মনমদি কে ক্লমে,

মচুগী মচুংতা কোকফাই মনম খরা খরা চেনবা হৌরম্মী। মচু কনামতুনা সুকউ উদনবা লোংপা হোংনবদা তৌবনি, লুপা মঙা চংশীহ্ ডাইরি মমুংদা ইতিং তিংনা মগুণ য় ওদনা লৈরম্মী। খুই অহ্নু ইরাও রাওনা ইচাহ্ চাইথোকপগুম উখি। অমুক খল্লুই 'মসিনা মহাক্লিকো।'

নুমিং তাংরংনি নিপালনি অমুমা হৌখি, ঐ ঈশিং খোরাং-লবা পাম্বাগুম মহাও য়াওদনা লৈখি। উপাইম্নু লৈতে ঐ, হিংদবসু য়াদে, মাবু উমিংনমদি ঙাংরম্মী, মৈরী খোক্লা চাক্লবা মৈবুল অমনা থম্মোয় অ সবু চাকথেকপা হৌরকখি। নোংমা নিনিম্নু মরম ইথৈ লৈতনা স্কুল কারমদে। নোংঙাল্লগা ইমান্নবনা ঐসা কারক্তবগী মরম হংডি। ঐনা মচুগী ফজনা তং অমা থুমহুনা মরম শীখি। অমুকসু লম্বাদা লক্লা থেংনৈ, ম খ য়দা লাকউ হায়বদি তোক্লমদে, মাবু উরগা ঐনা ইকাইবহুর য়ুমদা হসক্লগা খনবতদা খবক অমা ওই। ঐগী চিমবান ইক কংলম্লন, মীং অসি ইকুং কুংলম্লনি। চাকসু ফজনা চাদে, মাগী মৈচাক্লা হিংবদি হিংহল্লম্মা ঐবু, মসি নুংশিবগী চাওরবা মগুন অমনি। কোক অসি মরম চাদনা ফাবা য়াওই, করবা কান্দা ঐনা কেক পাইতুনা হোংলুবনো হায়বসু খঙদে। শুমিদা য়াংরম অমসু ঐথোয় মমাং পুক্রিশী থোক্রাদা উ হুনা লৈরুবদগী ঈশি দা তাহ্নমা অনিরক ইরুজখি। ইচম চমা য়েংলবদি ঐগী ফিতম কনামসু হায়বা ঙল্লাই, হর্কতিন্না মীনদি ঐগী মঙং মঙৌ, খাংদ ফজনা হায়বা ঙমগনি নিংডি। য়াম্লিবমথৈ ঐনা মচু

লোংবরা হোংলৈ, ইয়া য়াদে, রাখল অসিদি মহাক অহনা খুংতাপ চানা পাইশিনখ্রে। মহাকা ঐগা য়ানবা অমা পুরক্লিবমখে ঐ কৈদৌনুংদসু মাঙ্গোকপা ঙম্লোই অহবু মহাক্তা ইফমদগী তাম্না... অহগা ঐনা মফম অসিদা। করম্বা মতমদা ঐগা ককঙাঙমরবা রাখলসি কোকপা ঙমগনি? ঐসু রাহং অসে হংনা হংনা খুমজবা সুকঙম ঙদবনি। অমরোমদ, নোকখে রুবসু অকাইবা লৈতে, চিমগা থম্মোয়গা মান্নদে, কেক্তা চিংগসু মান্নদে, মোংমা নোকথাকখিবসু য়াওদবা নত্তে। চুমসু য়াই, করিসু লৈত্রবা নুপী অহগী শক্তমহুনা ঐবু অহিং তুমহন্দবদো। খঙফম খঙদবা অরাবা মৈচাক অমসু পীখিবদো। মযাম্না উবনা মহাক চম্লবা মীং অনিমনে, চিনবাল অগনে, তুমতক তোবা মাতোন অমগা শাংনা য়াম্বরিবা শম্লাংতগা, তশেংনা মহাক নুপী অমগী শক্তম্নি অহবু ঐনা উবদদি মহাক্তু ইচম চম্বা নুপী অমগুম উবা ঙমদে। মসিনি থাক্তদগী লুরিবা, মসিননি ঐবু ঙাওহল্লিবা। ময়াম্না উবা ঙমদবা পোংশক অমদি ঐগী মীংসিদা থুমহুংতুনা লৈরি। পোংশক অহ করিনো? ঐসু খঙদে, উসু উদে, হায়বদি ঙম্মী নুংশিবা। ঐনদি নুংশিক্রগা মামদি খঙবীদবা, ঐনা ররগা মামদি উবিদবা অহগা অমুক হন্না নুংশিক্রবগী অর্থ করিনো? মমাগা মচাগা নুংশিনবগী প্রেমহ মতাং অসিদা অমুক মরি লৈনখিদ্রে। ঐনা ইমাবু নুংশি, ইমানা ঐবুসু নুংশি। ঐনা মাবু নুংশি, মহাক্তী পাউথুম অহনা ঙসি পৃথিবীসিদা ইমাগী পাওথুমহমক ওইরম্লগদি করি ওইরমগনি? ঐ অমগীদি

লাইবক কয়াদা ফরগদবা ? মসিনা অমুক অক ইবা লৈ, ঈশ্বরনা শেম্লম্লিবমে চপ চাই। অহুবু অচুম্বা অহু তৌবগীম্মু ঐনা ঈশ্বরবুদ্দি ল্লাম্মৌদবা খক ঙম্মোই।

মহাক স্কুলসিদগী চংখ্রবম্মু মোংমক দোক কোইখোরকপদি য়াবলি অহুবু সুকলাক লাকখিদে, মহু মাগীদি অল্লাবা মত্তে। ঐনা নুমিং নিনি কাক্লদ্রবা, মথংগী নুমিংতুদা বসন্তনা জিত্না লাক্লম্বগা পাও হায়রকই। ঐখোয় কাদা চংহুনা ল্লাম্লি ভৌরম্মী হায়। মাগী ফিভম কম:দোই হায়না হ্লুগে খনবম্মু ইকাইবদগী অহুম হংন্দ্রে। মাবু উহৌদবা ঐগীদি ইল্লালনি, নুমিং অহুদগী ঐ স্কুলগী লাইরেম্বীনা অমুক চীংখ্রে। উম্নবগা অশাদা লেপ্তুনা অমুক কাখি, ইকান কম্নখিদে অনিমক। নুমিদাং অমম্মু মখোয়গী মমাক্লা চংমুই, কল্লিনমো খঙদে উ লাকখিদে। ঙাল্লি-ঙৈদা চংলুবম্মু ইকাইবগা মরম লৈ। ঐনা হেম্না মথা শারকপা কান্দা মনিংদা অমুক চংলি, মমংদা অমুক চংলি। মতমহুদা ঐ য়াম্না ইকাইজবা খোদোক অবা থে ক্লম্মী। মেরীনা দল্লান্দগী ঐনা ভেল্লিবা ফিভমহু লেম্বনা উথোকখ্রমানে মমাংলোমদা খোরকপদা মেৌনা ঐবু য়েংলগা নোক্লকখ। ঐম্মু মোকখিদবা মত্তে, মহুদি ইকাই খাঙদগী মোকখিবা কনেক হায়বহুনি! মহুগী নুমিংতুগী নুমিদাংহুদা মেরী ঐখোয়দা লাকখি। ঐগী ফমুং ময়াদা ফম্মহুনা মনা হায়রকই "দাম্মন নংসে হন্দক মক খর কল্লিনো অমা তৌনা মাল্লি।"

ঐনা খুমখি "কল্লি তৌরগে ?"

"হুম, রাখল অমগী মথা শাবা মাল্লি হায়রবা।"

"অহুদি নংনা মামবনিদনা, থনবগা ওইরবগদি যাম্না খেংদৈ।"

মেরী ঐবু য়েংলগা হায়রকই, মাগী মীৎয়েংতু করিমো অমদি ইত্তো তৌই "নং মথা শাদে হায়বা?"

"করিগী মথা শাদোইনো।"

"অহুদি ঐনা নংঙোন্দা মথা যাম্না শাবা রা অমা হায়রক্লগে" মহাক নোকখেং তৌই।

"য়াম্নদি শাহল্লকয়, থরগীদি য়াই।"

"তন্নেদা কোম্না হায়রগে।" হায়রগা ইমাক থীক থীক নোকই।

ঐদি ইপাবু পাখংলুরে, মেয়োদা ঐগী মরমদা থম্না খঙলম্লরা হায়রুনা। অকথবু ওইরবসু ফত্তবু ওইরবসু রা লোৎপসে য়াম্না সুংঙাইতে। করিবু ওইরিপবনো থনবদা মহুনা হেন্না মথা শাই। ঐনা হায়রুই "মেরী হায়রমোই হায়রবদি মহুগী যাম্ন হৌদোরকনু যাদ্রা? নংমা হায়দোকপদগী হায়দবহুনা হেন্না মথা শাই ঐঙোন্দদি।"

"হায়দোক্লগে অহুদি"

"ঐদি তানিংবনা ঙাওরে।"

"যাম্না লাইনা লুবা রাহং মচা অমথক্তনিদা।"

"অদো হায়দ হায়য়ু য়েংগে।"

"কোম্না হয়েং হায়রগেদা।" ঐনা মাবু মীৎ কৈমা য়েংলুই, মেয়োদি খোৎশাদনা লোকমী নোকমী তৌহনা লৈ।

"হায়রোই হায়রবদি করিগী হৌদারক্লিনো। হায়বা ঐসু হায়রোই –

হায়দা হায়দবগী বাদিনে। ঐগীসু মেরী মচোদ্দা য়াম লুবা বা অমা হায়গদবা লৈ।"

খওহায় হায়রকই "কবি বাদো ?"

"হায়বীরোয় ?"

"ই.... ... ... মানা তৌশিন্নরগা।"

"হৈ অওইবগীনি। কাম্নদেদা থাজবসু থাজদ্রবনিনা হায়রমোই।"

মহাক হাম্নদি ঐগী বাহু হায়শিন্নবা মাল্লবনি, ঐদা থাজহন্নবা বা ডাংখিবহুদা অশেংবা ওহুম্নবোই নীংলুরমানে হায়রকখি "ঐগী বাহুদি তৌশিন্নবনিদা, নত্তো মেগে হায়না তৌগনি। মংগীদো হায়রোনে।"

"নংগী হায়রবকান্দা হায়গদবা।" মাদি মথম্মোয়হুদা য়েক্করমানে ডাইওমদমা হায়রকখি "অস ! হায়মোবা। অওইবগীনে থাজদ্রা ? ঐগী বাহংহুদি হায়জিনবনি ঐনা।" ঐদি খোইনা খওমীং-লুবসু তৌ.দ্র, মাবু করেম্নহুনা হেম্না লুংডাইরকখি।

"ঐগীসু হায়জিন্নবনিদা, ফাগী সুম তৌবনি।"

মেরীদি ঐগী ফাগীহু ফাগী ওইনী লৌবা ওমদ্রমানে লেপ্পুমা হায়রকই "হায়রো হায়রগা ?"

"কৈদৌদা হায়রুনি।"

"অস !"

"তৌশিন্নবনি হায়রগা।"

"হম, লুংশীব্রা ?"

"মংদি লুংশিরেহে। মংনা হাম্না হৌদোরক্লি মব্রা ? হৌজিক্কি

মং ঐগোন্দগী হেন্না মথা শারম্নিমে। ফাগীসে হায়বস্থ থাজত্রে, পেমি হৌদোম্নকপগী।"

মহাক তপ্পা অমুক হায়রকই "দারাম অওইবগীরা ?"

ফাগী ভৌবনিদা। ঐনা নগোন্দা করি ভৌদমা অরুবা রা অমা হায়গদৌম্নিবনো ? হংলিবা মংনা হেন্না গুকত্রে।"

"অশেংবৈ ?"

"হৈ ভৌশিন্নবনি ঐমা। মগোন্দা অরুবা রা অমা হায়গদবা লৈ। নহাল হায়গে খনবনি, মংস্থ লাক্রে, ঐস্থ চৎত্রবনিমা অহুম হায়ত্রে। মংগী মরমদনি ঐনা হায়গদৌম্নিবসে।" মাদি ফাগী ফাগীদগী শাওহুমা হৌগৎত্রে, মচিন্দু ইপোং পোংলম্মী। অগাং মচাগুম মশমহু হায়রম্মী, ঐদি মাগী মতৌহুদা শীথবমথৈ মোকথি। মামা চৎভিবগী থোঙ মোঙদা লাওরুই "ঐদি মংনা হায়রগা অহুম হায়রে।" মহাক করিমত্তা খুন্নমদে, তান চানা যুমগী মী চংলকই। ঐনা থোঙ থীংদৌবগা রাখল ভৌরকই মহাকী রাহুনা কহি ? ঐগীদোনা ফাগী ভৌবজাংলা ? মত্রগা অশেংবগীরা ? মানদি হান্না হায়রকপনি ফাগীগী মাদি ওইরম্লোই। মীমম্বা গুংবগী হৌরকফম ওইবা মারি অগত্তা মমাংদা শাখিদে। মহাকীহু অশেংবা রাহং অমরা ? ঐ থমথমথৈ খল্লি, হায়গুমদমা হেন্না মথা শারকই। মামা শাওরগা চৎখিবগুম ঐস্থ ইভোমদা শাওনিংলকই। নুপীনা লোৎতুনা কয়াম কুইমা লোৎকমি, তকুমা হংহৌরবদি শোইদমা খঙলমগদবনি। মাগী রাহু মীনম্বমি হায়না খন্নোকল্লুবস্থ হৌজিক্কি য়াত্রে।

ঐ ফমুংদা ঙাইহাক্তং হিপ্লিডৈদা মিংশিংলকই 'ঐগী জিত্তাগী রাখল ঙাইরাক্তি কাওথে ফলুরেকো।' থঙনকপদগীদি ঐগী হায়গী ফিভমদা থঙচং চঙশিল্লকই, অমিহু পাবদা হেন্না কোক ঙ'ওরকই। থবখি 'ঐ মেয়ৗগা তোইনা রায়ী শাদবা য়াদে।' মরমদি মহাক্না ঐগী মহাক অহুগী রাখলবু ঙাইহাক্তং ঙইরবস্থু পোৎথাহল্লি। অহুবু নীংশিংলুরিবসিনা ঐগী অমাংবনি।

আশা হায়বসিমা মীবু হৈংহল্লিবনি হায়বজি কমানবভমা হায়ত্রবস্ত মশামা, থওনবা ৱাখি। ৱাখলগা আশাগা মরি য়াম্না লৈদে। ঐমা হৌংলি আশাগী মপাললনা, ঐমা হৌংলি অতোপ্পগী মপালমা।

ঐমা ক্ল‍ু চৎলুবগী হলকপদা মেরী ঐথোয় থোক্তালদা খেংনখি। মহাক উয়গা ঐগী ৱাখল থয়া ঙ্গাংঙাইয়বোই নীংতি। হৌয়াগা ঐগা ৱাকিং ঙাইহাক চৎলুই। ঐনা ঙ্গমদাংগী চাক চাথোক্লগা মেরীহোমদা হীয়াগা ৱারি থয়া শাকগে হায়হনা চৎলম্মী। হৌয়াবি চক্তা তুমলম্মে, পুংদি ৮ ভাবত্তা ঙাইরি। হৌদোকে থমুই, ঙ্গাংঙাইয়রোই থমথদগী অহুম তোক্লে। চৎলগে তোয়কপদা মেরীনা মাগী কাপ্রা চ লকউ হায়বদগী চৎলুই। চৎপা য়াপ্রে, মাগা ৱা ঙাংনবদা থবক অমা ওইদে। মরাক্তা ফম্মুংদা হীপ্লা হীপ্লা তাময়কই নহাবগী ৱাহ। ঐমা হায়খি, "মেরী মহুগী ৱাঠ তোক্লসি। নংগীস্থু ওইদবনি, ঐগীস্থু ওইদবনি।"

"ঐগীদি মত্তে।"

"অহুদি ৱায়রোদমা।"

"ইচম চৱা ৱাহং অমমি। হংলগে"

"উম।"

"থওদ্রবনি ? কৈদোবা।"

"কৈদোগে হায়বগে ঙ্মা অপাম্বা। লুনা হংলক্লগনা, ঐপী অপাম্বা।"

"য়াদে, ঐগী অপাম্বনি।"

"করি পামলিবা?"

"খঙনপদি খঙলে খঙদ্রগদি মংমা লোংলিবা ঐহোঙ্গা হায়গদবা অকুবা য়া অমা হাবখদো হায়দোকপা য়ায়ত্রা?" ঐমা য়ামৈ হায়বগী মওংদা ঙক হায়খ।

"ঐ কনানো?" মেক্লগা অমুক হায়রকখি, "ঐ নংগীমি মচন অমা নত্রা? ঐমা মিং তপ্পগী বাদম্নি য়ানিংত্রা?"

"খঙলেমে মথং হায়রো।"

"ঐ কনানো? হায়রো।"

ঐ খঙ্ঙ্রেক খঙউ, মামা মহাময়খ লোংতুনা মৈরক্লিবগু মশি ওইরে খলকপদা থীংবা ঙমহৌদনা নোকথোখি। ঐবু কয়েম্ন-ন্নিবমি খল্লবদা অমুকসু শাওমিংলকই। ঐমা হায়, "মহুরো নংমা কুইনা লোংলুপ্পিবদো। মহুদি মপুক্ত হংজো।" ঐ থোক্লগে তৌবকপদা মামা হায়রকখি, "মচন হাবা য়াদে, করিমত্তা হায়বা য়াদে।"

ঐ চপ লেপ্পী অহুগা হায়রুই, "অহুদি করি হায়দৌম্নিবা?"

"খল্ল খল্লু। লুত্রা? লাইত্রা?"

"ইনেগী মচা হায়বসু কাইদে। মহুবু যাহংমে হায়দমা অঙাওবী মীবু কয়েম্নবী মীমা হংগদবনি" হায়রম্লগা খোঙকাপ অহুম কাল্লকপদা হায়রকখি, "মরিল য়াওদবা, পাংদবা, ইনেগী মচাহুবু মৈত্রী নত্রা মৈরীহু মচম নত্রা?"

হন্দকসু ঐ খঙলেপ ফেপ্পী, করিনো মাগী য়াহংসিবো? থুন-

মক থল্লকই হায়রকই চংশিন্দুনা "মাঙ্গী মচা।"

"মহুস্নু মচম মংল্রা?"

"অহুদি কন্নি হায়মি অঙাওবী" ঐ নোকথোকখি, অমমোমদা থন্দবস্নু ঙমখিদে।

"ঐনা হায়খিত্র? য়ামুস্নু লাইবনি মামস্নু লুবনি হায়দনা। থুম্বা ঙমত্রবনিনা দায়ান নংগীহু অহুক হায়রো।"

"নংগী য়াহুদি মরৈমিদা মেয়ী" ঐনা থঙইদনা হায়।

"এসে ইথা হৈথগী য়ানি, ইচম চম্বা ঐগী য়াহং অসিদনি থুম্বা ঙমদবা লাইরিক হৈবা কৌত্রা?"

"মত্রা লৌদেদা, নংগী মনাঙা লৈয়বদি স্নুম ভাওরক্লনি" হায়-রম্লগা ঐ মুমদা লাকখি। মামা ঐবু থামহৌই, ঐগী য়াহু হায়নবা হায়জহৌবনি, ঐ ভাশিন্নদবা শামা লাকখিবনি।

মাগী য়াহংহু ঙক্কি ঙকই, ইচন হায়দনা কন্নি হায়কগনি। যুম কম য়াওদবা য়াহংনি, তাং তৌব য়াহংনি। অমুকম্নু থল্লুই মগী য়াহংহন্নু কন্নিনো?

মেংঙামবগা মেয়ীনা দলান্দগী মখুং শীংলকই, ঐদি মাগী মতৌহুহুম মেংবদা মুংঙাই। ঐনা য়া শেংবা ওইনা মনিংদা থোরকপদস্নু মহাক অমুক থেংমৈ, মখুং শীংবা তোকখিদে। ঐনা শাওনিংলক্কুনা চংশিল্লগা হংলুই, "কন্নিগীনো মখুং অহু শিংলিবদি?"

"নংদি হায়রমত্রা ঙরাং?" ঐ য়া ভাংবা য়াখিদমে, মরমদি অয়োইবদা মামা চুম্লকদোমে।

মহাক্না ঐবু মাইথীবা পীরে, মাগী মনাক্তগী ঐ কৈদৌনুংদা লাপ্না চথোক্পা থক ওন্নরোইদবনি। ইমীং অসিদং-তাংলম্লবদি ঐ অ গী শক্তমখু ওসি উবা ফংলম্লোয়দবনি। ইমানা ঐবু মীওই মপেক অমগী চপ চাবা ইম্রি হাপ্লিরম্লে, ময়াগী তাইবংপান অসিবু উবা ফংজরে অহুবু ঐ হয়াওদে, নুংঙাইতে মহুগী মচত্তা কশহন্নি। করিগানো ঐবু নীংবা থুংহল্লিবা? পোকপদগী মীং, নাকেং অসে তারন উবগত্রবদি ফজবসু থঙলম্লোই উরম্লোই। অনরোমদা ঐগী কিভর্ন অসিগী মৈচাক খঙপদো গা শরুক মীং তাবনা, না পংবনা হেন্না ফন্নমগদবনি। মী হায়বহু ওইরুবনিনা ফজবসু পাম্মী, নুংঙাইবসু পাম্মী। অহুবু ঐগী অনীংবা ও ক্না অত্তেপ্পবু মমথনুমা থবন্নুবদি য়াদে। অমং অসে ঐগীতগী নত্তে, পুম্নমক্কীনি।

মহাক কৈদৌটৈ অমুক উবা ফংগনি। হায়বসিতনা মাং থাহুমা হোৌগংলকপদগী তুশফাওবা ঐ থম্মুনা লৈখি। হন্নক্কী মতাংদি হায়া উদনবা মাপনা (মেরাগী মবুং মত্তে) থজ্জিনবগা চপ মান্নরক-কদৌরি। থঙলাক্লবাসনা থৈদোকহোৌনবগা অচেৎপা উপাই অমনি। অহুবু মমমদং মনহোৌরগা ইনশাং চাহাদবদি কনাসু নুংঙাইতে।

ঐগা ক্ৰুলদগী হল্লকপহু পুং ম য়মথাইরোমদি ত রল্লগনি। লম্বীদা নোংম্না কমবিখিবা নুপীমচাহু থেতৈন হায়বদি লক্ষ্মী দো, মহাক মেরাগা লোন অগত্তা ওইরম্বা য়াই, মেন্নৌনদি মওং অমদা বাং চাওই। হন্না নীংশিলকই মাপী মিং লক্ষ্মী হায়বনু। মাবু তুরগা ঐনা ইকাইখিবহুদি করি হংলুম্নমি। নোংমত্তা লম্বীসিদা

# অঁশাগী মৈরী

মহাক উদবনি, মখোয়গী গেটতি শোয়ক ময়াদনি। ঐসু মখোয়মা মোংমা চংলকউ হায়বহু থোইনা নীংশিংলুদে। ইকাইবহুনা ভমবগী মরম্নি, লক্ষ্মীনা ঐঙোন্দা মখোয়গী য়ুমদা চংলুনবা কয়া হায়রকই। ঐ মাহুৎ য়াদে হায়দনা মখোয়গা চংফম ফাঙবা লাকমিন্নখি। মহাক্না ঐবু ঙাইহাক্কুং ঙাইমবা হায়রম্মী। ঐদি খনবু খল্লুদে, ইকান কাবদনা মাগী মমাহু য়ুমা থোরকই। ইমাংদা চপ লেপ্লরগা হয়াও হয়াও হায়জয়কখি "ইবুংঙো ঙসিদি চঙলমদবা য়াদে, নংবু ইচং চংনিংঙ্রবো?"

ঐনা খুমখি "মহুদি ঐ নোংমতমসু খঙক্রদে ইতৈম্মা।"

"হঙ্গোইকম থোক্লেদা। লাকও উখিদবসু কুহৈয়ে, চংলক্কুমা ঙাইহাক ফম্লরাও।" ঐ য়াদবা য়াখিদবে, লক্ষ্মীদি বা ঙাংদে। চংমিন্নরকই গেটতা, মখোয়গী তনাব তনাবা চংফহুদা সাইকল থমনবা অমা পুশিল্লবগিদি ওন্থোক্লমসু মচু তারক্কে। অমানবা গাব্রিনা থৌজিল্লগন্তা গেটতুগী মাসি নৈগদোরিবনি। ঐ অমুম খল্লবগা ইকাইবা হেনগংলকখি। মহান নুমিদাং চঙখিবহুদি থোইদোক্লা উখিদে, খনসু খল্লুদে। ঙসিদি ইমিৎসিনগা উয়ে, মানগা নাল্লয়ে, মীতোপকা ওইরে, চঙবদা য়ান্না হঙ্গোইরকই। বাল ময়াদা সাইকল থাম্লগা মখোয়গা অহানবা বাইটিং রুমহুদা চংলকই। অমগী সোফা অমদা ঐ ফমখি, লক্ষ্মীদি মখুংলোমদা চঙখি। সোফা অনিগী কারক্তা অমানবা টেবল অমা থাই, মথক্তা চাগী নৈ চরোং অমসু থম্মি। টি ভি, টেপ সোবোক্স মথল স্থুমা নৈ কাজাওহুদা। মমাংগী মীহুথোং অহুদা গেটসু

উই পর্দাগী মাকটিদা। নাকল কাচিন অমদা মুন্দীগী অকোইবদা দলাম কাফম ওইনা ষ্টাইর কোইনা লৈ। থোঙ মথক্তা মশা ওইনা ফোটো প.রং অমা থেংলি. উপু মথক্তা টেবল ফেন অমগা য়েংথংবা নাকপীদা ক্রিজ অমগা উবা ফংডি। খোঙমেৎফম ফ্লোরদু মচু কয়াগী নুংঙৌনা লৈত্তেংলি, মরক মরক্তা স্কার ওইনা গ্রাস মপাক মচা অমমম থীল্লি। তাঙা চাবা অমদা এৗনা য়েংথংবগী থোঃঙনাও অদোমদা য়েলুবদদি মপান্দা উবা ফংঙ শীকতক তৌবা গারদেন অমা। ফৈদোম ফৈদোমগী ওইনা লৈ-সু পরেং শানা থাই, অতৈদ থোইনা উরুব্রে। মুমগী মমাংগী মাঙ্গোলদা উবা ফংডি থোঙহৃদা গন্না পরেং থম্মহু। ইতৈম্মহৃনা এৗবু ফমল্লবো হায়রল্লগা মনুংলোমদা চংল্লিতৈগা এৗনা ঙসাইগী ফোটো পরেংহু মুমা য়েংলুই। অহানবা ওইথংবদা উই ডাক্তর মিনারানি দেবী হায়না থাবা অমা, মহৃ মঙাকমক্লি। হৌজিক্তদা খঙলকই মহাক ডাক্তর অমনি হায়বসে। মথংদা উহ, মাগী লৈখিব্রবা মপুরোইবগী ফোটো ওইরমানে, লৈ পরেং অখুহৃবা অমা মাঙহৃনা থম্মী। পুক্লিং থীঃজিল্লুই ভাব খঙবা তাই, নুপা অহৃগী শক্তমহৃ এৗ হায়ফেং মানব্রা থলি, য়ামা মানবগুমমু তৌই। নহা ইওই ওইমা মপুরোইবা লৈখিব্রবীনি খল্লুবদা মাগীদমক হায়ফেং নুংঙায়রুব্রে। অহুমমুবা কোটোদা অমুক উখি, মিলিটরী মহুগী ড্রেস মুট তৌহৃনা শেংপা নুপা অমা। মহৃ অনিসুবগী নুপাহৃনি খঙলে, মশা মউ রাং চাওবা শক্তমহৃগা এৗ য়েংবদা ইংপন পেনখিদে, হন্না য়েংনিংলুই লক্ষ্মীগা

মমাগা খোরকণ্দগী য়েংলুদ্রে। । লক্ষ্মীনা চাগী ট্রে অমা পাই টেবলদা ক্রেক থম্মী ঐদি মতু উবদা য়াম্না হৈম্মরক্রে। মীগী মমুমদা চ'-থক্তুনা লৈবা হ'যবসে ঐগী থাইদগী হৈমদবা থবক্নি। তাক্তুমনা অহানাদা হায়রকই ফংথরগা "ইবু ঙো চ সে থকসি, ইকাইবা য়াদেকো। ঐখোযসে নংনো ইমুংগী মীমক্নি হায়না খমগদবনি।" ঐ হায়ফেং নোক্লম্মী অহুপা হায়খি, "ইচৈতমা মতুগীদি থোইনা খন্দেদা" মথা তামা না খরা ঙাংলুগে তোই ঙাংফম লৈতত্রুনা তোক্লে। মিনারানীনা হাযরকই, "ইবুংঙো মি,মা কয়ি কৌবা।"

"মাম" তৈম্না খুমখি।

"ক্রু সত্তী।"

"হন্দক থাগদবনি।"

"কদাংদা ভগা? ঐখোয় লক্ষ্মীনা মথং থাগদবনি।"

"খোং ময়াগীদা সেক্কেগুরা অমা লেবদো।"

"হু, মতুদি ইনাংমুগামা গুডা গুহরম্বা মফমতুনিদনা।"

ঐ কমানো ক র মনিং কোই হায়না হংলুগে তোই মামা না লেপখিবদগী অতুম হংলুদ্রে। দেবীনা অমুক হায়রকখি "ইবুং ঙা মুমিং খুদিংগী লম্বাসিদা চংলীবা গুইগ্নিদিনে? মহামমখৈদি খণ্ডদবনিমা য়েংস্নু য়েংলুদে, নংদি য়ুম খণ্ডলিবনি হেক চঙলকপা য়াদ্রা?"

"তাম অমা ইচা চাদবা অতুমক্নি ইচৈগা" ঐদি হায়না হায়না না কময়াম্না ঙাংগ্রে, লক্ষ্মীদি না অমত্ত ঙাক্রি হৌজিক ফাওবা ইমুংগী মীনা অহুম্না তোরবদি মীগী মচাদি কয়ি তৌগনি।

ঐনা ইকাইরিবদি মমি, ঐনা ঙাংহন্নীংবসু মাসি, ঐনা চংনী-ত্রিবসিস্থ মাননি। খল্ল খল্ল রগা ঐ রা ঙাংনিলকখিদে। সোম-দনা ডাক্তরনা চীংথোক চীংথোক্লুমা ঐবু রা ঙাংহল্লী, মচা-মুপীবুদি থক ঙাংহনগে হোংনদে। ঐনা থকপা চা তঙ্খাই চল্লকপদা ডাক্তরনা হায়রকখি, "অত্তে লাইরি ইমুংঙো হন্দক ঐথোম লক্ষ্মীগী মপোক মুমিৎ লাক্লিবা ঙাং মঙসিদা থোক্লে। ইবুংঙো খরা য়াওবীদবা য়াদে, লক্ষ্মীনস্থ ইবুংঙোবু য়াওহন্নীংঙি হায়, মং য়াওত্রবদি মা য়াওনা ঐথোয়স্থ শাওদোরিবনি। মমানা ঙাংথোরকপা রাহুদা লক্ষ্ম দি ইকাইজরমায়ে, ঐবু লোম্না য়েংলম্লগা কায়োমদা চংখি। ঐনা হায়খি, "কুইবু কুইত্রমায়ে। য়াওজগে ইত্তেমা, ঐনা শোয়দনবা অহুম হোংনজরগে।" ঐদি য়াংবদি য়াওমিংদবমি, য়াওয়োই হায়বদি য়াদবনিমা রাইংদদি রায়-দোকত্রে। ইনাকখুনবগা মরী লৈনবসিদি অনিগুম্বা থবকসি য়াম্না তৌরদবনি, ঐ খঙদি। চৎপদা শেল চংঙি হেক মীংশিং-নকপদা লাপ্না লৈহোবা ইমাবু হেক্তা উরকই, অমতোয়ে ইমা, অমতোয়ে ইমা। ইমা হায়বসি য়াংদবা ইয়া য়াদে।

মিমারানীনা অমুক রা চেৎশিল্লকই, "ইমুংঙো লাক্তবা য়াদব-নিকো। লক্ষ্মীমা মংঙবু শোজরিবমি, মাদু শীক্লবদগী কনবী-বগীদমক মাদি অহুম শীবফাওবা কাওয়রোইদবমি। মাদি মংগী য়ুম থীসি অহুগা বাড ডেগী বার্তম তৌকসি হায়রম্লবনি। ইবুংঙোগী য়ুমস্থ ঐথোমদি খঙদে করম্নদি থীমি, ঙসি থেংনরিবসে ইত্তেমা লাইমক ফরবনি।"

"উম মহাক্ষু ঐদি য়ুমস্তু তাকচরমত্রে, ইতৈমমহু হংলকখিত্রমাসে।"
"উম চাওখ্রাকপহ্নদনি ঐনা হংহোহ্নমা খঙহৌবস্তু"
"হু, ঐনা খোং মর্য়াদমি হায়রবা ওইরমাসে, ইতৈমনা মথা তামদি হংলক্কুবা।"
"উম অশোকপা অমা হেক য়াঙখিবহ্না জ্ঞান অমত্তা তাহোত্রবনি। ইথুংঙোস্থ মুমিংতুদি খর্য় পেলম্লম্লোই, শাওবস্থ য়াদে, বাঙ্ভে লাক্তবস্থ য়াদে" হায়রগা ডাক্তর মোককেং মোকই।
"উম ইতৈমা লক্কনিদা মহুবুদি" ঐনা হেক হায়খিবগা তান চামা পুং মতাগী পুংশিং কাংসি খিংলকই। ঐমা চৎমীংবগা মপা চাই হায়কই, "ইতৈমা অহুদি ঐ অমুক চৎলগে।"
"হোয় হোয়।" ওসাইমখৈ লোৎলুবা- লক্ষ্মী খোমক্কুনা ঐবু মখোয়নি চঙহুদা থীন্দোয়কই খোজালফাওবা। ঐবু য়েংহুনা লৈহোই, ঐমা লাকপদা মম্লি মম্লি তৌরক্লে।

নোংঙ্ ঙাশবতা ঙাইহিরি, মেরীনা দলান্দগী মমিৎ কৈনা য়েংবা হৌরকই। নহান মখৈদি মহাক স্থকউবু উরমদবনি, হন্দক অসিদি তাম চাদনরা খঙদে মহাকপুদা উরকই। মমিং-দম্বু ভোইমা উই, মাস্থু মমাংদদি হৈনবী ওইমা অমুক য়াহৌবদা থোকলম্বমি, হৌজিক্তি মনিংদা থোরকপতুনা ঐগা মাগা য়াহৌবদা অতুম উমে। তৌববুদি মাগী রাখল মচা অমা শাগৎপসিমদি অচৌবা মরম অমনি। মাস্থু রাখল থরদি হেজিনবা মাল্লি। ঙক্তি ঙকই অস্থুক কুইনা নৈমীম্নরকপসি কালেন ছুটি মমাংদদি মাগা ঐগা খা অমি অহুম স্থকউ উম্নদবা ফাওবা য়াওরম্লিবনি। কালেন ছুটিদগীদি অয়ুক অমা উম্নদবনা থ্বাইদগী শাংবা ওইরে। মাগী রারি অমুক ঐগী কোকসিদা পানবা হৌরক্লে অতুবু খনবদি ত্তো'ক্তে, মহাক অতু করম্বা মতমদা উবা ফংগদগে? ঐগী রাখলসিনদি মমিগী পাওথুম লংজিন মচা অমা ফাওবা উবা ফংখিদে। খনবগী পাঙ্গলনা শোম্বরকপদা লাপ্পা লৈথ্রিবা মাবু উবা ঙমলক্তে, নক্লা লৈরিবা মেরীবু খনবা উক্লবদা হেক্তা তাই। ঐনা খোশাদবা মতৌহ্নদা মেরীদি শাওনিংবমা মৈ হৌরবজাংবনি হায়দি হায়দনা মুক্লম মুক্লম শোল্লকই। মহ্ ঐবু তানবা মাল্লি, মামা ঙসি অস্থুম্না শাওবসিন্থু ঐ ঙক্রবা নত্তে, করিগী শাওখিবনো হায়বস্থু খঙদে। হংগে হায়বদি খমখি অহুম্বু মুপীগা নক্লক্লবসে ঐগী খুদোং থীবনি থল্লুবদা তোক্লে। ঐমা মুল চৎলমদাই ফাওবা মহাক্তি দলান মথক্তা অহুম

লৈহৌবনি, হল্লকপদা মহাক্না ঐবু পোস মখোংদা লাকপা উখি মাসে, ঐনদি উখিদ্রবোই নীংঙ্‌বনি, দলান্দগী প্রপ প্রপ কুমথরক্লগা ঐবু ঙাইখো হায়রক্লম্মী। ঐদি মানা ঙাইখো হায়দ্রি-ঙৈদগী হৌনা মাগী ফিজমহূদা ময়েক শেংনা খঙলবনি, মানা মখোয়গী গেট ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই "মীনখা মা ঙাংবসিবু হৈনবা ?"

ঐ ইঙক ঙক্না হায়খি "করিনো ?"

"ঙরাং মুমিদাং অচৌবা মীমখা অমা ঙংখিবহূ কাওরবোরে। হোয়েন হায়জো, ঐদি য় রোইদৌবনি। মীগীদি নমদনা হায়-হল্লগা মংগীনা হায়দোক্লোয় হায়বদি কদাইদগী য়ানি" হায়রল্লগা মহাক থুমা চঙখি। ঐ হৌজিক্কদা খঙলকই ঐনা ঙরাং ঐগী বাহূ হায়গে হায়রম্বহূ। ঐদি কাওবু কাওক্লরে, মাদি মহূদা লাইমন ওইদনা লৈরম্লিবোরে খল্লুবদা ঐ নোক্লিংলকখি। তৌবমুদি হায়মে হায়রল্লগা হায়দবসিমু খোইদৌ শীকপমখৈ মুংঙাইঙবনি। ঐগীদি ফাগী ওইনা মাগী বাহূ চীংথোক্লবা হায়খিবনি অহূবু মাদি অশেংবগী ওইমা থনগ্রমানে, হৌজিক্তি ঐ চেমবম্মু য়ারম্লোই, হায়নবদি লৈতে করিদি হায়রুনি। শাজিম্মুনা অমা হায়গ্রগে েপ্লে। মম্লি মম্লি তৌরকপগী অহূ-রাইদা ঐ বাহূ চমথোক্লব চংলুই, মহাক ধুপ থাহূনা লৈরম্মী। ঐনা হায়রুই "মেরী নখোয়গীমু মন্দির শাবা য়াদ্রা ? মী মথা থংবগী ইমুংদি মন্দির শাহূনা গী রবাজ লাংলি।"

"ঐখোয়গীদি হন্নুবী লৈজদে।"

"হন্নুবীতনা লাই মীংরো ?"

"মংনা মন্দির শান্নবকাদা ঐখোয়গীস্তু শানি। মসিদা অতুম খঙজনি হন্নুবীতনা লাই মীংঙি হায়বতু" মাগী চপ চানা ভাংলকপা বাতুদা ঐ ভাংলুরে, হায়বদি তোকনিংদে মেম্নীসে হন্দক মওং অমা ইতো তৌই হায়বসে। থুপ থাবা লোয়রক-পদা ঐনা হায়রুই "মেরী নংগী রাহংতুবু পাওখুম লৈরো ?"

"নংনা খঙলগদি খঙগনে, ঐনা পাউথুমতু হায়নবদি হয়েং ঐনা হায়দোক্লগে খল্লকপা নুমিৎতুদা হায়নি।"

"ঐদি থাজদে, করেম্নবা মাগি।"

"খঙদবা মীগীদি অতুম সমখিনি। দা রান অতৈ লাইরি ঐগী রাহংতুস্তু খুরা ভবদ্রবনিনা নংগীদো হায়রো। ভনাং হায়নি হায় হায়রমদে, ভসি হায়দ্রবদি ইতিক ইগুম খঙনগদবনি।" ঐদি ভসাইদগী মঙোন্দা শাক্লগদবা রাতু হায়নবা খন্দুনা লাক-পনি হৌজিকস্তু হায়নবা রা লৈত্রি। হীরাগী কাদা ঐখোয়নি চংলকই, হীরা চংলকঅমত্রি। ঐনা হীরাগী কমুংদা ফমথবক্তা ভাইরি মানা হংলকই "কম্রি রানো হায়রে ?"

ঐনা ভপ্পা হায় "মেরী ফাগীথুদি ভানি। ঐদীদি হায়গদবা রা লৈজে, নংগীতু লোংভনবা ঐনা শান্নবনি, ভাং তৌবদি।" মাদি ঐনা অশেংবা হায়বতু ফাওবা সুকথা থাজবা তৌরদে হায়রকথি "অশইবদি ঐদি ওইদবা রা ভাংবা হৈজদে নংদি

ঐগা ষাম্না থেম্বৈ। ফরে লোৎকদবনা লোৎলবনিনা ঐগী উপাই লৈত্রে, নংনা ঙমজরো।"

মেম্নী ঐবু মীৎচিনফাওবা য়েংলক্কে, ভশেংনা মসিগীদমক শাওরু-ত্রবসু ঐবুদি থম্না ষায়োম্নমগদবা মাল্লি, মহ মাগী শকফমহৎনা ফজনা তাকই। "থাজদ্রবনিনা ঐ বা অমা শাম্নগা। ষাম্নরগে অহুদি।" ঐনা মোক্লগা হায়রুই, মাদি মোক্লিংবগী চীনবেল অমত্তা উথিদে। ইয়েং য়েংদনা হায়রকই "ঐদ নংগী অশাবা ষাহ তাগেসু হায়দনা।"

"ই .. অহ ওইরগনা ঐগী অশেংবা লোৎতুনা থবা ষাহ ষায়ামদনা।" ঐনা খুদক্তা শাজিন্দুনা হায় "নংসে হন্দক মরক্তি মওং অমা ইত্তৌ ত্তৌই হায়বনিদা। মহ হায়বিগে ত্তৌবনি।"

"করম্না?"

"নহাক্কনথে বা ইঙাং ঙাংলমদে হৌজিক্তি যাম্না ঙাংলক্লে, য়াম্নসু ঙোথোয়ক্লে ষাথলসু সুংঙাইবা মাল্লি হায়দনা ঐনা উবা।"

"ঙাইহাক্কুংসিদা অহুক ফজনা শাজিল্লিবহুবু হৈবু হৈ, দায়ান অশেংবহ হায়বদা ঐথোয়নিগী মায়সি ভংলত্রো?" ঐ খঙশাও শাওনিংলকই, অশেংবা হায়বসু থাজদে, ওইদবা ঙাংলবসু থাজদে করিনো ঐনা হায়গদবা ষাবো? ঐনা লালিত্রা? ঐ জ্ঞান তাবা ঙমখিদে।

"নংগী ষাহংহসু ওইথোকপা য়াদে।"

"ঐগীহ অমুক থাজরক্লুবা। মহ ওইরবসু ঐগীদি মহুনা অশেংবনি, ফনামন্তদা ঐ ভ'সিফাওবা ওইদবা ঙাংজত্রি। নংনা খুমা ঙমত্রগা

তাইশিল্লবহুদি ঐ য়াম শায়নিংঙি। মশাগী মহাল তাকচনবা হোৎনবদা মী চেন্নহনববুদি অপঙবগী য়ানি, ঐমা উয়োইদবগী মরমশু লৈতে।"

মাগী য়াহংহু অমুকম্ থরম্মী, ফল সুকত তায়মদে। করি মাগী য়াহংহু অওইবা ওইদরা ? ঐ তাত্রবশু য়াবে, নুংশিবদি মামা ঐগীসি থাজদবসিনি। অহুবু থমবদি তোকখিদে মাগী য়াহংহবু করিমা পাওখুমো ?

"মেরী ঐমা হাযরিবসে অয়োইবনি। ঐনা কাগী তোবনি হায়রেদমা।"

"ঙাইহাক লৈরগা ফাগীমে অমুক হায়, ঙাইহাক লৈরগা অশেংবনি হায়। করম্বনো ঐমা থাজগদৌরিবো ?"

"অহুদি মংমা থাজমন্নবহুদা ওইদবা ঙাংবনি।"

"তোকও হায়নিংত্রবদি, ঐদি উদমবা লাক্লজৌ, ঙসি তোক্লবশু ঐদি হয়েং মং উবকান্দা অমুক হৌদোনকনি। মহু ঐমা লানবদি নত্তে, দামা লানবনি। মীমশা ঙাংবা মংমা হানি।" ঐ মাগী য়াহু শুম চাক্লংক্ল, হয়েং অমুক হৌদোক্লবদি ঐ চেমত্রগনা ?

শেংলবস্থ শেংত্রবশু মাগীদি হায়থ্র, থাইদগী লানবদি ঐনা মুংনিংতুদা শাজিন্দুনা হায়হৌদবহুনি ঐমা হৌজিক অমুক মাগী য়াহংহু য়ুমফম য়াওদে হায়কদি, ঐমা লানবা অমুক তাই মরমদি পাওখুম লৈত্রবশু মাগীহু বাহংগী মীয়মদি লান্দে। ঐমদি অরুবা বা হায়নি হায়রগা অরায়বা বা অমা হায়বশিদি থাজ-ফমবুদি থোক্তে অহুবু মেরী হাক্তি হাকমনি। মা থরা হেনমনি,

মাদা চুম ত্রুক্কদবতু উবদা শাওনিংবমা লুত্তোন কাম্বকই, হায়নি হায়মোই খঙদনা হায়দোকখি "ও, নংসে মীনা মশক য়াম্না ফজখোরকএ হায়রে, অদুংশি "কোইগে হায়রিবা। মারবা?" হায়দোকপা লোয়নবগা ঐদী মাইসি পুখা চুন্নকখিদে। মহাক্কী মাইখোঙ য়েংলমদনা ঐ য়ুমদা লাকখি। ঐ করম তৌনা করি মীংশিংলকুনা হায়রুবনো খঙজখিদে, মাদা ঐহু ঐ ওইনা উন্নরোই খঙবদা ইকাইজবমা শলাক শাখি। হয়েং মাবু ঐদা করম্না উন্নরুনি, মসি খেংকহল্লিংসি তশেংবদি মানমি, মাগী পাউখুম লৈতবা য়াম্নং অহুমনি, মাম্পু তাং তৌই, ঐম্পু তাং তৌই। মামবা অনি হন্নোক্লে, মান্নদবা অনি পুমশিন্নৈ, তাংকা তাংকা হন্নোক্লে।

য়াহৌরকপদা ভুমিংকী মঙালনা খোঙমাওদগী যুক্তিলক্লমী, মহুদা মেয়াগী মঙাংস্সু য় ওদবা মত্তে। করিস্সু লৈত্রবা রা অহুগীদমক মথা ফজমা শাই, মাবু উদমবা লাক্লরগে খল্লে, মীরক নারক য়েংলগা ঐ মনিং থোকখি। স্কুল কাম্নিকাওবা মপান্দা থোকখিদে, খেককুরবদি মহাক উবা য়াই। ফাগী ফাগীদগী চোপ্পা নংগৌম্বিবমি। ঐমা মাকল অমদা চৌখাংস্সু খাঙহৌদা, ঐনা লানবদা অহুম তাই। হায়জিমখজিস্সু হায়রুগুম তৌ, অচুম্বনি হায়রুগুমস্সু তৌ, মহুদদি কমানা খাজগনি। ফরে মাবু স্কুল উন্নদনবা হেংমরগে, মসিদি অম্মাইবনি, কালেম ছুটিগী মমাংতু ঐ করম্না লেনখি?

মুমিং নীনী মাগা শক ফাওবা উন্নখিদে, মাম্পু লাকখিদে, ঐম্পু চংলুদে। ইকাইমখদগী অহুম কৌমখিদবস্সু য়ান্নিপোংনি।

ঐ লোম্নদি য়েংলুবা য়াওই, দজজগা মেয়ীগা মোক থেঙ্গুনা ৱাখি শাথন্নু ভথা য়াওই, য়াৱিহ্নি মৎং ঋমদা য়াম্না খরৌ লৈবা য়াখি? থন্মাথ "দজজগা মৈত্রীগা থবা লৈমন্নবা?" "নাকুল অমদা অসি য়োনা" থন্নবথন্নু ঐ লাপথোকখ্রবী মহাক অহুবু থক কাওবদি চন্ন্রোহ। "ঙ্মাযদা "অথেংবদা থাজক্লদনা "নীংশিংলকপদা মীওগী পীনা চহুম চহুম ভাখিবা য়াওই। মাগীদমক থেক থমথদা ইশং অসি ইম্মাং "থ্রেক থ্রেক" কংলথমি, "কুহু কুমেনপা অমত্তু থৈ ত্রুবমি নথাই অসিনা মাগীদমক শীর্জপ্রলে খন্নবন্নু আইগ অমদ। চাকীগী লম্মাথোম্নগী বাঁওঁ ডে চংপগী অমুক খন্দবা ভমখিদে। অম্ন শাহুনা মথোয়গী পুক্কিং পেনগদগে? ঐগীদি শেল লৈভবনিনা বাথল অনা ইথোক থোক্কথমি। "পানিংভাই" লৈতে হায়হুনা চত্তুবন্নু য়াদে, চংলে কদাইমো?" ঐ মসিগী অমুক খল্ল থদা হমাং অদ পাংনংলক্তে। ঙ্মাযদাংব্রহুয়মদা এ ভালক য়েংহুনা ইমাদিগী লুপা ৪৫ থক লৌবগা ইপাং লৈরুমকগীদমক থোম্নকখি। ইমামী থক থক মীকপমথে হজিম ইজিন বীরগা পীরকপমিনা মঙা চংশীগহু অম লোম্নমগাম হাম্নবগী থার্জবা ভাবনা ফাওবা শাক্লদে।

মীয়ান্ন তিনথা থাজাম্নহুগী হুকানশিংহুদা য়োল্লিবা ফজবা মগ্নামহু উবদা ঐগী সংসার চাইহাক্তি কাওথোকলুই। লুপা ৪৫ সিনদি কম্নি লৈক্রমি, শাওমিংলক্কনা অালুগা শোইবুমগী থেক লৈথোকখিমিসে। হাওদি হাওবনি ভাক্রা মচা অমত্তং কজনা মেংলগা হাপ্পবদি ইম্নোমবহুন্নু থুবা অচম চীকথাইগনি,

তোঁববুদি পুজারীগীসু যামক্লইদা থৈ-শিংবা দরকারনি লৈ। মসিনা বাখল হায়বহৌসি, পংচংতা চংপদা গলি ১২ লাইক্লে, মসিগী মনুংদা ৭ অমদি অনিয়ক অনিয়ক শুরম্মি হৌজিনবা। অরোইবদা বস থাকমগী মনাক্তা লৈবা তুকাব প্রেংদগী কমাল সেদ তথ্বাই অমা লৈরে, কলম অমগা লৈ চরোং মচা অমগা লৈবদা লুপা ৪৬ লোয়রে, মহৌ ঐগী বেক পকেটতগী থুমিং মরি ন খুম্বা স্থপত্রক্লবা লুপা চংপীহৌগী মপানননি। ঐসু মহৌ মাওই হায়বা খঙদবনি, ফুরিংখাওদা শেল খঙহৌদনা থেংনবসি শেল পাইনগী খুদম্মি অহৌবু ঐগীদি মহৌ ঐনা হাপখিবা নত্তে। ঐনা যুম য়োবদা পুং তরুকমখাইরোমদি ত.রুম্মনি। ময়ামহৌ ঐনা চে অঙাংবা চেবাং অমমা ফজনা য়োমশিনে। লৈরোং মরুক্তদা ঐনা কালেন ছুটি মনুংদা ইখিবা রাশি মচাহৌগা, শৈরেং হন্দক ইখিবা অহৌগা য়েপশিল্লম্মী। ঐগী বাখল কদাইদগী কোংলুবমো হাঙ্গবদি ভাব তদে। অমদি থলি, মহৌমা করিগুম্বদা মাগী কামরকপা থোক্লবদি শিজিন্নরবনি। রাশিহৌগী মমিংনা 'মথৌ' হায়না থেলে অহৌগা শৈরেং অহৌমা 'রাকং' হায়না থোলে। অমুক পাহৌনা য়েংলুই, ঐগীদি খাইদগী ফজরবা মথলগী অইবনি। অনুকসু মোকলুই ইথন্ত অহৌবু মহৌ ঐনা লেপচখিবনি। তুম্বদা ঐ য়েথৌলামদা চেপ্লগা তুমখি, মহৌ মঙ মুংঙাইহন্নবনি। অহৌবু মঙ মুংঙাইবদি হায়রক্লু মেরীগা ঐগা হুখোল বাংমা বাংমদা লৈমহৌনা পেম্নবা থংমরম্মী। ঙসিসে দাও কামমোই হায়বসিদা লেপখিদম্মী। মাই মীং তারকপদা হঙমিং নিংশিংলকই, মখোয়গীহৌ

# আশাগী মৈরা

পুং কয়াদা তৌগদবানা হায়বদা। মতুংদি মমানসু হায়রক্রে। ঐনসু হংল্লুক্রে, বার্ত্তনসু পীরক্রে। পুং তয়েং তারকপগী অহু-রাইদা চংলুরগে হায়দুনা ঐ লাইমকথেল তৌরম্মী। তৌরম্নে ফরে, তৌরমক্রে ফয়ে, ঐ চংতবদি য়াদ। খরা ঙমনা চংপরা ঐগী অকবনি। খুদোল পোংশিংদু ঐগী লাইকল মমাংদা বেগ অমদা য়ানশিনে অহুগা থৌরকখি। ঐনা মথোয়গী গেট য়ৌবদা অহানবমক্তদা বেল কম হায়না চাওনা থারম্লিবদু উই। শোইদি শোইক্রে খন্নি, মীদি ইউ উরমদে। ঐনা চংলকপগী রাইটিং রুম য়ৌবদা উয়ে পুম্নমক লৈক্লেবা লোয়মল্লে। চে-মুং, দেকো-রেসনগী ওইবা পোং লোয়না লৈরম্লে। ডাক্তর হরাওবনা মাইথোংদু নোকক্লেং তৌরগা হায়রকখি “মাব নং লাক্লরা? ঐদি লাক্লরাইদ্রা হায়না খল্লবনি, পুংসু হায়খিদ্রে, বার্ত্তনসু পীখিদ্রে হোয়েন পুংলোয় লোয়রগা হায়মা ।”

“ইতৈমা ঐন্সু পুংকম খঙদবনিনা ঙান্না হেক্তা লাকচরবনি। লক্ষ্মীদি?” ঐনা হংখিবদুদা লক্ষ্মী থোংক্লুমা ঐবু কৌরকই, মতাক রা খরা খরা ঙাংলক্লে। ঐনা হায়খি “ঐগীদি ইহান হানবা ওইনা পীরগে।” হায়না হায়না লক্ষ্মীদা খুদোলপোংতু পীরম্মী। মামা তপ্না হায়রকই “দা সিদি পীদ্রবন্সু রাবসিবু, দা লাকপসিনা ঐগীদি হরাওবনি।”

“নংনা পীদবা য়ারে হায়রাসু ঐগীদি পীনিংঙি। মে লৌশিল্লো।” ঐনা হায়রগা পোংশিংদু লালশিন্নি। লক্ষ্মী লৌখ্রে অহুগা হায়রকই “দাগীসিমা অহানবা খুদোলনি, তোঙান্না থম্মগে কোম্না

য়েংনবা।" টেবল মথক্তা পোং পেকেটত্ থম্খি। ডাক্তরদি মোকফেং ভোতুনা এবু য়েংলকই। মশক থওদবা হন্নুবাহ্যদ্ তিঙক তিঙক য়েংচনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা লক্ষ্মীগী মথোক্ত ঘুপামচা চহি ১২গী অমগা চংলকখি। এবু উহদা ইন্দোন্দু মাচম মাকাচ আনঠ হাতঃ তাংলে। মাচন ডমাশন্দনা এবু কৌরকই, ঐ খুমখি, নোকফং ভৌরকপা তোকাখদে।

ময়ামদা হায়বা ওইনা কোইনা য়েংলগা হায়রম্মী "পুং কয়াদনো হোগদবগো ?"

ময়ামতুগী মরক্তা ডাক্তরনা হায়রকই "পুং তম্নামাথোই, থেংলবসু পুং তম্নামাথোই মথাই। ইমা থন্না থন্না লোয়াশন্নবা ভোাস, নক্রবাদ থেংখান।" হেক হায়খিবগী অহল অমিতুসু ময়াই কায়োমদা চংখি।

ডাক্তরনা হায়রকই এঙোন্দা য়াম মংনা মতেং থন্না পাবিব্রা ভাবেকো। মংনা ঙম্না লাকপসে য়াম্না ফন্দে, নহানি ঐসু হায়হোদথাম, ঙম্না লাকিদবনি হায়না।

"য়াহদা হুত্তেমা, মা শলেত্তবনা মা লেত্তবগী থবক মতেং পাংবদি চংনবীদ। কার কায়বু বাংলিবগে ইত্তেমা ?"

"ল্লোয়ব লোয়রবগাংলিদা, মপান্দা চোত্ত পাংদোক্তদবদুঃ ঙাইদে।" এনা ঙাংনা ঙংনা গপাম য়াঙোললোমদা চংলম্মী, লক্ষ্মীগা ডাক্তরগসু ইন্নরকখি। এমা হায়খি চংনা চংনা "ইত্তেমা মীর কয়াম য়ামগদোরবগো ?"

"য়ামদেদা, মী ১০০ মাক্ত সুরবা য়াই,

"কদাইদা কময়গদোইবা ১০০ দি ?"

"মাঙোলসিদা থম্না থারবা অহূশা রাইটিং রুমদা থন্না অমা হায়বা তৌরবনি।"

"চৌক্তি ২০ মুক মাঙোল মশাংসিদা থারবা ইমুংগী ১২/১৩ মুক্কা থারবা, সিদগী হেমবু চনখিত্রবে ইতৈবা।" চৈরক্লবা লক্সীবা হায়রকখ "ঐবা হায়রবনি ইমাদা কয়াম্রা সুমাংসিদু সমিয়ানা থম্লগা থাসি হায়না। কৈসু কোমরোই, দাদাবা হায়রিসে অত্রিদুগী পংহেন হেক্লোয়।" "৮৫/৭০ মুকপু চলোয়-রুমে ময়ামসিলবো। মথক্কী ক্যা অুহাংবস্লিদু য়াঙ্বিরবনি।"

"অসিদসু মহুমওাই ১০/২০ দগী হেম্না কৈসু চলোয়" লক্সীবা হায়।

"মথক্কী থাবগী মহুংতা সুমাংসিদা শেম্নবদি রাইটিং রুমদা থ ত্রবসু য়ানি।"

"শমিয়ানাসু লৈন্নিবনি, ওয়াং মী মেকপক্লদা কোক থনগংহৌবা য়াবনিবু। ঐখোয় ইমানা থনবসিবা .... ....।"

"হোয়বে মহূনা কময়গদবনি। হৌজিক চীঙংগৈসিদা কদাইদগী মী লোকনি তৌন্নিসিদি" মী নায়নী তম্না শোন্নি। ঐবা অমুক হায়রুই "ইতৈমা শামিয়ানাবু লৈরবদি ইমা রায়রোইদা। মী মেকলুবমীসু কামদে, ঐখোয়না অহুম তৌরসি।"

ইতৈমা মিনারানীদি ঐগী য়াহূনা রমিং লংখংলরুই অহূশা হায় "কদাইদগীবোমে, অহূক চাওবা শামিয়ানাজুদু, মমূক্তা থনগংপদা মী ৯/১০ চংলিবনি। ইস। নংগী রাসিদি।"

ঐ নোকখোক্লে অহুগা হায়খি "ইতৈমা কাগী তৌবা মাল্লব্রো ? ইথক্তনা খল্লবস্থু য়াই, খর়া শাকবগীদি ইতৈমগা লক্ষ্মীগা লৈরি, ঐ কীদে।" মহু কাওবা ইতৈমা থাজম়দে, ঐদি পংনোক্তা মোক্লিংলকই, তৌববুদি হুকউ উদ্রিবা মীনদি ঙক্লিবনি। ঐনা ইনোক নোক্তনা হায়খি "কদাইদা লৈগে শামিয়ানাবো ? থাংদোকসি ইতৈমা" অহুগা ডাক্তরগী মাইথোঙদা য়েংলুই। থাজদা মীৎয়েং য়েংলকই, লক্ষ্মীনা নোক্লগা হায়রকই "দা মতোমতনা কমাই খনগৎতোইদো। ঐদি থাজদে।"

"থাংদ থাংদোকখিসি, মহুদগীদি খর়া থাজরক্লদবনি। চিংথোকপদা খর়া অরুক থাজরবা অহুদগী থৌরি কীবদগীদি লোয়না থাজরনি মহুদা খনগৎপগী অঘোইবনি।"

ইতৈমদি সুমাংদা মঙগুম য়ুংহুনা লৈহৌই, লক্ষ্মীগা ঐগা ময়াই কাদগী শামিয়ানাহু থাংদোম়কই। চাওবদি কজনা চাওই, থাইদগী চাওবা মখলগী শামিয়ানাহুনা ওইরবা য়াই, ঐনা থাংবদা খর়া রাই, মহুমা খঙম্ম খঙডি। সুমাংগী অস্ত্র মথক্তা বম লাওমা থমখি, ইতৈমদি অহুম য়েংলী। ঐনা চংগদবা পোৎলম লক্ষ্মীদা লোয়না লৌহল্লুরে। উচুক মৈফমহু নাকল অমিমদি লৈকোমগী অদোমদা য়ুংনবা সীল্লে, অমিমনা য়োংকী মার অমদা পুমবা থম্লে। তাঁংথোকপা হৌরকপদা ঐনা হায় "ইতৈমা সিফাওবা থাজরবদি লোয়র ফাওবা থাজররোই।" নোক্তি নোকখি মহাক অহুবু মহুনা মোক্লিংনা মোক্খিবদি মক্তে। ঐনা অহানবদা শামিয়ানাগী পাক চাউবহু য়েংলে, সুমাংহুমা খন্দোকপদা চপ

চাই। ফীদা লেংশিল্লিবৈঙদা বাখোক্তু য়ুংখৎতুনা য়েংখি, উচুক মৈগে অনীমক। মখোঙহনা চপ য়ুংবদা খৌরি কয়াম দরকার ওই হায়বহ চপ চানা কিশিল্লে। মথংদা অসে:মগী মাকল অমিহুমা য়োংকী বারহদা অমমম কৌশিল্লে। মহুদগীদি শন্দে.ক্তনা লৈরিবা শা:মিয়ামাগী অহোবশিংহুদা মখোঙগী মচৈহ খীংজিনখি, খে রিম্ম হুকচিল্লে। কৌরিবশিংহ অমত্তা নাম্বোমক্ক-মোই খঙবদগী অহানবদা মচৈ অমা য়ুংখৎলি, মহ ঐনা হৈতেমগা লক্ষ্মীগদা পাইহল্লি। অরুম্বা মত্তবমিনা মাকল অমগী মখোঙহ ঐনা হায়বগী মতুং ইন্না লক্ষ্মীদা পাইহল্লে। অতোপ্পা মাকল অমদমা ঐনা য়ু খৎলে। মখোঙ অমদি মরামদগী খন্না হেন্না চেকশিন্না পাইবা দরকার ওই। হৌজিক্তি লক্ষ্মীনা পাই-রিবা কাচিন্দু ইয়াং য়াংলে, পায়কত্রবস্থ য়ারে। লক্ষ্মীদা ঐনা পাইরিবহ অমুক কৌহনা পাইহনখি। মথংদগীদি মরিঙবা মখোঙহ ভিংখৎলী। হৌজিক্তি কনামত্তনা থেংলুদ্রবস্থ য়ারে, ময়াইনী অশংবা চৈখোক্তুদং হাপ্পদা শামিয়ানা থনগৎলবা অমা হায়বহ চপ চারে। পুংলোয় লোয়রবা মতুংদা ঐনা ডাক্তরদা য়েংশি লোক্লপ। ইতৈমনা নোকপা ওমদনা য়েংলকখি অহুগা হায়রকই মথবাক পাইরগা "ঐদি মঙদা মঙ মঙবগা চপ মামগে ইবুংঙো।" ইতৈমনা ঐবু য়েংলকই, লক্ষ্মীনা নোক্লগা হায়রকই অমুক "ঐখোয় ইমাদা নত্তে ঙক্কদবসে, ইবোকখোয় ইমুংদা লৈরমগনি। মখোয় অমুক্তং য়েংহল্লবদি থবক্তা অমত্তা তৌ হায়বা য়ামরোই।"

তৌরবুদি মাকল অমমদা কক্লরবনি। রেডিং রুমদা ঐনা লৈফি-ভৈদা লক্ষ্মীবু হায়রকই, "দা নংসে ঐখোয় বাগা য়াম্না মাপ্পে হায়রে, ঐনা উবদনু ফোটোগা য়াম্না মাপ্পে।"

"নং খঙহৌত্রবা মখোয় বাবানা লৈখিদবনো।"

"খঙ বুদি খঙহৌই মহুনা শেংনদি খঙদ্রবা।"

"কৈদৌবদা লৈখিদবনো ?"

"হাউ এক্তেকনি।"

মাগী লুকথবা মাইহু উবদা ঐ মথা তামা হংলুদ্রে। শিত্রবা মীগী বাক্সি শাবসি ইমুংগী মীদদি অমুক্ত মোহোমমা নীংশিং-লকপগী লম্বীনি। বাখল সুংঙাইরগা মীসু সুংঙাইগদৌরিবনি। চহী অনিগী মমাংদা য়ুম কুপ্পদা লিন অমনা ইমক্তগী চীক্লকপহু সুপাহুমা খোশাদনা কণ্ডুবা অমমা থীন্দংপনি হায়না লৌক্লমপা ঙসিদত্তা মহাক্লা য়ুম শীবদা লীন অকংবা অমা হেক থেংমবদগী মাগী থুংনাঙবীগী দাকফমহু খঙনীং নীংশিংলকই, খঙপা পাখং-থিহুমা থুদক অহুদা হুপাহু য়ুমথক্তা জ্ঞান মাংহুনা শীরিবনি। মসি খললকপদা ঐ মখোয়গী য়ুমগী বারি হোদোকলুদ্রে।

ঐনা হংলুই, "সুপামচা অমা লৈরীমহু মৌপরারা ?"

"উম "

"অহল অমহুনি ?"

"ইমাগী মবোক্লে, মপামগী।"

মখাদগী ইত্তেমনা লক্ষ্মী কৌবা তাই মত্তমহুদা মীংশিংলকই মী লাকপা হৌরম্মনি হায়বহু। ঐখোম্নী পুমা কুমথরক্লে। রাইটিং

রুমদা মী মরী মত্তা লাকপা হৌরমে। তাইহাক লৈরগদি মীমা পীক থলক্লে। ডাক্তর মথুং শংগ্রে, লক্ষ্মী পামোম শীথরে। পুংথাইমদি মাগী খুদোলপোং লৌবদা অমুক্তম্‌ ঐবু য়েংলকপা শংথিদে। মমা মচাহু ঐ লাকথি হায়বা তাইবাক্তি কাওথোক-লমগনি। কনামা ফুরিং, কনানা স্কর্ত, কনানা খোওউপ, কনানা কনামা কী মখল মথেলগী লৈশিংগা কোমনা পীমমে। মহুগী মরক্তা রুমালদি তোঙান্না অমত্তা য়াওদে, ফীদা রুমাল হাপ্পী, ফুরিত্তা রুমাল হাপ্পী, খোওউপ্তা কলম হাপ্পী। ঐগী খুদোল পোংশিংহু মমামদগী ইতোপ তোপ্পা তোম্বংম্মী। পুমমক্কু উনিং-দবদগী ঐ দলান মথক্তা কাখৎলক্কুদা চৌক্রি অমদা ফমখি। ঐগী খুদোলহুদি লক্ষ্মীদা কবি বাথল থলহল্লমগনি। মহুদি মামা অমীরকম্না য়েংলমগদবা মান্দে, তসাই মানা ঐগীহু উবদা পীরক্লবম্‌ বারে হায়না হায়রিবহু ইচম চম্না হায়বদি ওইরম্লোই। মমাদি অহুগী মরমদা কবিগুবা বা অমত্তা তাংলকথিদবাম। মমানা ঐগী ইতোবু নুংশিবীরম্লবদি হায়রম্বা য়াই অম্লক বাম্বা খুদোলসিবু কবিগী পীরক্লিবমো হায়দমা। বাহৈ হায়বশিমা মাংবু পেলহনবা ওয়ীবনি, ঐদি পেনখিদে। মহুনা মখোয়গী হৈনবীম্‌ ওইরম্‌দি য়াই, মী থুদিংমক্তা হৈনবী মায়দে অহুবু পুমমক্তা পাম্‌বা খুদিংমক্কী হৈনবীদি লৈতবা নত্তে।

ঐ দলান মথক্তা পুংথাই অমদি ফমদোক্লে, তাইহাক লৈরগদি মথাগী মীনিল ইতা তারক্লে। কনানম্‌ ঐগী কাহুদা চংনরক্তে, ঐবু কনানম্‌ থীরদে। হৌজিক যাদ দে লোয়রে।

ঐনা ঙাইহাক অমুক লৈরগা মনিংথোংনাওদা হাম্নকেং য়েংলুবদদি মা অমত্তা লৈক্তবগী মনিল ফংলম্মী। পম্ন-পম্নপ কুমথম্নকই, কীচনলোমদা কুমথম্নকপগী হেক মচিনদা লম্মীগী মৌপাম্নাম্ন শঙ্গোম্ন ছুম্নান্দুনা চাবা থেংনখি। মানা ঐবু উবদা ইকাইজম্নমাম্নে, ম্নাদি ঙংদমা থুনা ময়াই কাম্নোমদা চেনখি। মাম্নান্দা কোক থীন্দোক্লুনা মপ নগী ফিভম য়েংখি. মী কনামত্তা লৈত্রে, ইমুংদা অমুক চংলক্লে অহুগা ময়াই কাদা তপ্না তপ্না লাকখি। চংবা হোবগী খোঙকাপ মম্নি মঙা সুম্নকপদা অম্নাং ওন্দুনা থাম্নিবা ফমুংহুদা নুপী অমথক ফম্না থেংনখি। মহু মশাদা শীং নাননা হাংপা যাম্না কেহুনা লৈবা মখলগী নুপীদি নত্তে। শাম্নি ঙাংলৈমবা অমা শেংলি, ঐমা মহু নাকচিদগী উথিবনি। মহাক হেক উরুবদা ঐগী মহাক অদো খঙনীং নীংশিংলকই, মহাক নত্রবে? হা.... ঐগী ওজা জিহ্নাবু নত্রবে? থম্মোয়সিদা হুম্নাওবগী মীহুলনা তং তং য়ৈম্নকই, খোঙথাং লেপ্লগা মুম্না য়েংলুই। মহাক অহুনি, মহাক হৌজিক ফাওবা ঐ লাকই হায়বগী মনিল অমত্তা ফংদ্রি। ম্নাইটিং রুমদা মী ৭/৮গী খোজেলসু তাম্নি। মম্নক্লুনা লেপ্তুনা খনখি 'কম্নম্না মহাক লাক্লম্নিবা, যাগী ফিভমসিনা কৈদোম্নবা। য়েংবত্তনা পেম্নক্তবদগী ঐনা থুনা কোক্নই "ওজা।" মহাক মমাই ফং লৈথোরকই খঙবাই লাকপোই, ঐবু উত্রে, ইঙক ঙক্লা ঙাঙফম খঙদনা ঐবু য়েংলগা চপ লেপ্পী অহুগা খোজেল অমদা হায়রকই "হাইমা, ম্নাম নংদি সিদা কৈদোম্নম্নিবা।" "ওজা।" ঐ অহানবা কৌখিবহু পেন্দহুনা ম্নাই ম্নাদে, মতাং

চাই চাদে মরম থিদনা হায়দোকখি। কুইনা উমরক্তবগী ওসি উমখিবসিদা ঐ হায়কম খঙদনা পুক্লিং অসি ইনৌ মোখরকই, মাবু লেপ্তুনা য়েংজখি। মুঙাইরবস্থু পী তাত্রা খঙদে, ঐ খঙহৌদনা মীৎ অমিদিগী ইরা খরা তপ্পা চেন্থরক্লে। খীংজগে খল্লুই, মহাক্লা পুম্নমক কাওহনব্রে। মাহদা শারি শার পীশিংনা থেংনরবদা ঐ ইকাইবা কাওথোকলুহনা য়েংথংবা খুৎসিনা ঐ তৈথেকখি। মহাক্লা তপ্পা হায়রকই, মমিং অহু ইম দি চেল্লি, হরাওবগী মাইথোঙদি পীক থন্না য়াওবা উরম্মী। "রাম নংবু করম্না লৈরম্লিবনো সিদা। সিদা ফম্লরাওনে।" ঐ চংশিন্দুনা কমখি, মন ঐগী ওইদা ফম্লি ঐনা হায়খি "ওজা মোংমা লক্ষ্মী গাভানা থেংবগী পাও তাত্র?"

"ও .. নীংশিংলে, ইচেনা ঐঙোন্দা তমখিবহু ওইরম্ননি। ননা লক্ষ্মীবু যুমকাওবা থানবিরম্মী হায়বদো।"

"উম।" ঐ খুম্না খুম্না মাবু য়েংলম্ম, কুইনা য়েংলুদবগী ওসি লোয়না য়েংথোক্লগে হায়বগুম য়েংবা হল্লমদে।

"ঐদি নংনে হায়দনা খঙদবা। লক্ষ্মীগী মমাদো ঐগী ইচেনে।"

"ওজা ঐস্থু ইতৈমবু অহানবা উথিবা মুমিংতুনা ওজাবু য়াম্না মাল্লি হায়না খনখিবম্নি অহুবু ওঝাগী করবা মরীনো হায়বদি খঙখিদে।"

ওজা মবাই লৈথগ্রগা হায়রকই "নংনা ঐ উবদা পী তাম্নিবদো করিগীনো?" ঐ মহু তাবদা ওকখি, মাগী য়াহংস্থু ওকখি, ঐনা তাখিবহুস্থু ওক্লবা নত্তে। হায়দ্রবনি য়াদবনিনা হায়রে

"ওজা, সুম কুইনা উম্নখিদবদা ওসি থেংনরকপগী মুংঙাইবা ফোং-দোকপা পী'ম।"

"ঐ চংখিবহ্ কমাই তৌই।" ।ক-

"ওজা ছাত্র লোয়না মুংঙাইখিদে মহাক্সু মথক্তা ওজামা চহী সুদনা চংখিবদি ঐখোয়গী সেলেংমক্সু অমাংবনি। ওজা মাস্নত্রবদি ঐখোয়স্সু ইহৈ হৈনখিদে।" তাহ্হাক লেপ্লগা ঐনা হায়খি "ওজা অমুক লাক্লরোইদ্রো?"

"লাক্লমিয়ে।"

"করম্বা মতমদা?"

"নাম্বরদা, থা মরি নৈখিগদবা।"

"কুইদ্রে অহুদি, হৌজিক ওক্তোবর লোয়গদৌরে।"

"ঐ নোংমা স্কুলদা লাক্লম্মী, ক্লাসতা চঙলম্মী, নংদি মুমিংতু লাক্রুমালেমে।"

"ঐ মেংঙাম্লগা ওজা লাক্লবগী পাও তাই।"

"থা অহুম মমিসিদা মংগী শক য়ায়া ওল্লে, কুইনা উদবনরা হায়বদি খঙদ্রে।" ওজাগী ম ইথেঙহ্ ঐঙ দা নুংমাক্লন য়েংলকই, ঐ মাবু য়েংবা ঙমখিদ্রে নুকথরগা ঐমা হায়থ "উম্নখিদবনা ওইরম্লমি, ঐনা উবদা ওজাগী শক্তমস্তু নহান্নমথৈগা মাস্নদ্রে।"

মহাক মোকফেং তৌই, ঐদি য়েংখিদ্রে।

"ঐ চংখিবহ্ নং নুংঙাইত্রা?" মাগী রাহংহ্ হাম্না হংত্রবনি, ঐমা চপ চাবা পাওথুম পীখিদবমি তাম চাদনা ঐ ইকাইরকই, ইন্দকিতি খুমদবা মাখিদ্রে তপ্না হায়রকই "ওজা ঐগী পীহনা

অনীমক্তী, নুংঙাইবগীসু য়াওই।" হায়দোকপ্রগা মাইসি পুরা ঙমলক্তরবদগী খুংনা ঙাকলুই, থম্না য়াংলকখি।

মাবু "কুইত্রেদমা ঐ লাক্কদবদো, বা ফাদ্রবনি। অরাবা তোয়না দশ হন্দোকখ্রো, ঙসিদগী অমুক নুংঙাইব। হৌয়ো" চীনবালছু মচিং তম্না নোক-ফং তৌই, ঐসু য়েংখি, কুইনদি য়েংখিদরে।

ঙসি মহাক্না ঙাংলক্লগা মম্নাৎসিবু ঐনা থলম্বগী রাংমদা মত্রা? করিগীনো মহ্ক্না ঐনা খুম্বা রাগদবা র হংশিংদু হংসিবা? ঙসি উত্রিবসে ঐগীদি মঙগা চপ মান্নরবনি। নহামমথৈ ঐনা মাবু উমিংবগী মৈচাক্না কাহংখিবছু মাংখিদুনা ঙসিদি ইন্নৌ নৌবা ময়োল অমমুক চোংলক্লে। মাবু নীংশিংবনা ঐগী চাওরবা পোংলুম অমগা মান্নখ্রে। মগী চীনবাল উখিদবা কুইম্নংনি, মাইথোঙ অতুনা কয়াদা যজংবা, মীংয়েং অতুনা ঐবু মতম খুদিংদ কাওবা ঙমহন্ত্রিবা। ঙক্রো মহক্কী মগুনসে, জগংসিদা মহাক্কুম্বা কয়া লৈ, ঐদি মহাক নত্তনা কনাবুসু উমিংদে, ঙক্রো অপাম্বা হায়বসে! ইকাহু ইকি উহৌদনা মাবু অনীরক কৌজ খিবদো। মামা মাহং অমা এমা পাওখুম অমা মহক এবু করিনি হায়না লৌরমগনি। ইকাইবা খঙজরক্রে ঐগী মাইসে হাযনি হাযনি হাযবোই খঙদ্রে ঐগী চীনসে, হেন্না ঙক্রে মাগী রাহৈদু। মসি করিগীনো? ঐ পাউখুম চপ-চামা খুমজবা ঙল্লগদ্রা?

রাংটিং কুমদগী মীশিংদু চংখ্রমানে, ডাক্তরনা হায়বা তাখি, "মানাদি কদাই চংখ্রে, মাবু ঙসাইসথৈ য়াওত্রিবহুবু করিগীনোনে।

ঐখোয় জিত্নাসু মখোং মমম অমত্তা খঙলোয়দৌনি। মানা মরোল অমা।"

সুপামচাহুনা হায়বা তাই "দাদাহুদি দলান্দগী কুমথরকই, চাকশংদা লৈরমগনি।"

ময় মহু ত্তারুমগা ইনাক্তগী ওজানা হায়রকই, "রাম চৎলো, করিনো থরা হংলু।"

ঐনা রাইটিং রুমদা চংলগা হায়খি, "ইতৈমা, ঐ শিদা লৈয়ে।"

"নংদি ঙসাইমখৈ য়াওদ্রিবহুনা করি তৌরে। মীরক্তুদা ঐহু নংবু থীরদ্রে।"

"ইতৈমা ঐগীদি কাইদেদা, খঙনবা অমত্তসু য়াওদবহুদা সুম ইত্তোমত্তা মথক্তা ফমলুবনি।"

"ফরে ঐখোয়সু চা থক্তে, পুল্লপ চরসি।"

ঐ চাবগী পল্লক দা লোন্না চেনিংলকই, মীবুদি কনামত্তা লৈরমদ্রে। ইকাইগদৌরিবদি মীদনি, ঐসু মীনি।

লক্ষ্মীগা মবোক্তা মপান্দগী মমন্নবী থন্দোকনুমানে রাত্রি শাহুনা কাদা চঙলকই। ঐবু উবদা ঙাইমখৈ, উদে হায়রবীরকই, ঐ মোক্লগা পাংখুম পীখি। হজাগী মবোক্তুদি উখিদরে, মহাক্তি চৎথ্রমানে। ডাক্তর ময়াই কাদা ঙেখিহুনা ওজাবু কেক্রই, থোরক্লগা হায়, "ইবুংঙো ওজা মশক খঙদ্রা?"

"খঙদ্রি ইতৈমা।" মহাক অহুদি রা ঙাংলকখিদে। পুংখাই অমদি চাবা থকপদা মতম লৌখ্রে, ঐদি ইচা চাখিদে, ডাক্তরনা

ঐবু ওক্না চানবা হায়খি, পাউখুম ফজবা অমা খুমদোক-খিবগীনি অমুক হায়রক্রে। ঐজি ময়াম চানম্নিবৈ মরক্তুদা ঐগী কুইনা উন্নরুপ্রবা মহাক অহুবু লোন্না লোন্না য়েংজখি, করি-গুম্বা মতমদা মহক ঐবুস্থু য়েংবা য়াওরকই। মাগী মাইথোঙ অহুক্কী মতিক হয়াওনা উই, মকা লান্না লৈ। মহাক্না ঐদি হর ওনা উরমগদ্রা?

পুংলোয় লোয়বদা পুং অনি ওখ্রে। ঐমা কায়বগী মতুং-ইন্না চৌক্রিশিংহু গয়াম চওহুনা লোইশিনখি। মাদি ইয়াও য়াওদে, ঐমা তোয়্রিবহু মুন্না য়েংহুনা লৈ। মানবু য়েংলবদি চৎলবস্থ চৎফম খগুদে, থবক তৌফম খগুদে, পাঙল ইথোক থোক্লে, মাগী ফিভমগী মতু ইন্না ঐগী পাঙ্গল লেপ্লৌ। মান্না চৎমা চৎনা হায়রকই, "শানিয়ানাসিদি কনানা খল্লিবা।"
লক্ষ্মীনা খুমখি, "দাদাবা।"
"মথন্তুনা খল্লিবা" ওক্সানা ঐবু য়েংহুনা নে ক্লগা করেমুংকই। ডাক্তরনা থগুহায় হায়রকই, "হে মানি, অমুক উদ্রবদি থাজর-রোই, হায়বনা কাপ্পররোই।"
"কদামত্তা য়াওদব?"
"ঐগা লক্ষ্মীগা মখোঙ অমমমদং পাইখি, পাইদ্রবস্থু য়াবগী থিঙ ম্ন।"
"অগুইংরনে?" ঐবুতা য়েংলকপসিনা ঐদি মা উদনবা মাই কোংলবনি।
"উদ্রবদি থাজরোই হায়রিবসিনি।"
"অমুক চাওবাসবো"

"চাওর-চাওর্বগী হেন্না লাই হায়" লক্ষ্মীনা অহৈনবা মী অমা হায়দোকখি। ঐ মহুমক্তি হায়খিদবনি, মীওইবগী পাওদুম হায়রসে খঙ্জিক্তদগী নীঙাও থোক্লিবনি, ৱাইই অমনা মীবু থাজহল্লিবনি।

"মী ৭/৮ না থনগৎকদবসিবু মানা খনগৎলিবা?" ওজা ওকপা লোয়ড্রে।

"ওজা শীরগে অহুগা থাজবীয়ো। অমুক পানখৎপদি থবক লোয়গনি" ঐনা হায়রকনি।

"য়েংগেনে শীয়ো" মহাক্তি শামিয়ানা ময়াইহুদা মমাই লোন-খৎতুনা ভাইরম্মী।

ঐ মখোয়গী ম.তীহুদা ইকাইবা হেক্তিলকই, ইবু ইকাইয়বদি, পাবু পাখৎলবদি হৈরমহুস্থু কাওথোকখি। মখোঙ হান্না চীং-খগদবহু ঐনা খেন্নি নামা লো থোকলুগে তৌরুই। কাংবমক্তি কাওখিদ্রে, ময়াইগী অরাংবহু হান্না লোথোক্লে, মখোঙ তুখহনবদা মি: অনি চঙখি, থোরী লোথোকপদা মিঃ অহুম চঙখি, পুন্না মিনিট মঙাদা হুপ্পা খাংজিনবদা চপ চাই। ওজা খর হোনবদা খরা ৱারমানে খর শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা হায়রকখি লাওনা "ঐদি শীদোকপদস্থু মী অমথক্তমা শীবা উখিদ্র।" ঐনা হায়রম্মী, "ওজ্ঞা ওকপীরনু, থাজবীয়ো। অমুক খমগৎসিগা ওজামা থাজনবা, লক্ষ্মীগী বার্ড ডে মকোক্তগী অমুক হৌরবা।"

ঐগী ৱাহুদা মহাক চীং লেপ্পা মোক্লকই, মাবু উরগা ঐদি পেমখি।

ঐনা চংশবগী থোয়কপদু পুং অনি মথাই তাগ্রে। ডাক্তরগা ওজাগা ঐবু গেট ফাওবা থীন্দোরকই। ওজামা ঐঙোন্দা তুমিন্না হংলকই, "শামীয়ামাদুবু নংনা খনখিত্রবনে?" ঐ পাউখুম খুম্লমদ্রে, মোকখিবদুমা মদুগী পাউখুম্মু। ঐ মুম ফাওবা থম্মোয়-মুংদা মোকখি।

ঐ পাখং শম্বিরা, অঙাং ওইরিব্রা, নত্রগা হনুম্ব্রা ভাঁন তাদে। জগৎনা থন্নবা র খলদি লোয়না স্থরে, ঐনম্ব হেজিন্ন-র্বানি। ঐগী মাইথোং হান্নগুম হনজিনখি, হকচাং অসি মওং অমা তান্নবোই নিংঙি, মহ্ন মহাক অহুগী মপান্ননি, ঐ মাগী মঙাল ফংলক্লে। ক্লাসতা মহাক অমুক উবা ফংলম্নি থনবদা হান্নদোকফম খঙদমা হম্নাংখি। মহাক্লা ঐবু হম্নাওবা হৌরো হায়রকখিবদো, ঐনা রাবসে মহাক উখিবন্না?

ছুটি মুমিং ওইবনা ঐ য়ুমদা থবক থরা তৌখি। পাবমা শম্বল খাসি হায়বদগী মনিংথংবা অরাংলোমগী মেরী হোয়গা তাইনবহ্ন উখোং উখুল তৌখি। মেরী থোরক্লুনা ঐবু উথ্রবদি হায়না থন্দবা নত্তে, নহানমুক্কী ইকাইজরুবগী মমিল ঙসিস্থ থরা থরা লৈরি। উচিম নাচিননা শম্বল অহুম থারকপা ফাওবা মহাক মনিংদা থোরকখিদে। ফাদরনা ঐঙোন্দা থবক অচৌবা অমা নমশিল্লম্নগা লোয়শিল্লম্লো হায়রম্লগা চংখি। মহ্ন উখুল অমা তৌরা উখোং অমা য়ুংগদবানি অহুগা লেম্লিবা শম্বলগী চৈশিংহ্ন মহুদা শাংথনা পুনগদবনি। ঐ উখুল তৌগনি থনবদা ঈ কাখংলকই, অহুগা অমুকস্থ পুনগদৌরি। ইয়াম্বা অহন থোরক্লম্মী, শং শং লোয়শিল্লু হায়রম্লগা চংখি। য়াইমদি ঐঙোন্দা চাংবগী মতম ফংদে, চংপনা মাগী মশক্লক ওইহ্ননা লৈ। ঙসি নোংমতংগী ওইমা থবক তৌরবস্থ ঐ অহুম শাও-নিংঙি। উখুলদা রা হাপতুমা ফুমজিল্লিঙৈনী, শউম অমা তাই

হায়রুমা য়েংখংলুবদা মেরী ওইরম্মী। মাবু য়েবা ঙমখিদে, ইচন ওইরবস্তু ঐমা লাল্লুরবনিমা মাড়ুথিজরে। মাদি মখিংতু মুমনা য়েংলমানে, ঐমা মমিদগী উই। তপ্না হায়রকই "ঐ উরবদি চেনশিনখ্রোদনা দাদা।" ঐ মতু উবদা নোকপু নোক্লিংঙি, শাওস্তু শাওনিংলকই। ঐ হায়ফেং পৈনা য়েংলুই মামা হায়রকই "ঐ উদনবা লোৎলিবহৌবু নংগী নথাল কয়ামুক লৈজরবগে ?"

ঐ হন্দক্তি শাওমিংলক্লে, হায়রকই "মেরী নংগী রাহুবু করিনো ? ঐসু ইকাইনে, নংদি মীনা হায়বদি থাজদে, শাওমিংলক্লুমা হায়রম্বনি, মহ অশেংবা য়াদি নত্তে।"

"মহাদি মরিল য়াওদবা মীমা ইকাইগদবনি। মহুগীদমক ইকাইকম থোক্তে।"

"মেরী মহ অশেংবা মত্তেম্মী।"

"অহ ওইরবস্তু চপ মান্নে। দা য়াম নং ঐখোয়দা চঙলক্ল-য়োইদ্রা ?"

"ইক ইবা ফবগা চংলকে হায়রমা খল্লমি, নদি চঙলকপ্র ?"

"ঐবু উজি হায়রুমা চেল্লগা নংমা করম্মা খঙলিবা। ফনয়ামা লাকঅম্মী, দাগা লোৎপহৌদা ঐ চঙলক্লবনি। মহুগাদমক্তবু ইকাইরম্লিবহৌবু" হায়রগা মেরী নীঙাইদনা নোকশকই, ঐ মাগী শত্তোহ পুংঙক ঙকম্মী। মানা অংগুম্বা য়া হায়রকপহৌ খল্লুবগী রাংমদনি। ঐ উপাই লৈতনা নোকখোকপি, সুম খনজিল্লুবদি ইকাইকম থোক্তে, হেম্না খল্লুবগদি ইকাইবগী মরম চাই, ঐসু

খঙলমমদে হৌখিনহু। মামা হায়রম্মী, "দা মণী রনা অঙাইবা নত্রাস্থু ঐগী রাহুদি অশেংবনি" হায়রল্লগা চংখি। ঐ মাবু য়েংহৌই, খল্লকই করিনো মাগী রাহংহুখো? ঙসি চমথোক্লক্লবা ঐখোয় অনী। সন্ধী অহুদি ঐনা কোক নোল্লগা তৌখবা সন্থিগুম্বনি। ঐ থম্মদি নুংঙাইখিদে।

ছুটি মোঙানবদা ঐ স্কুল কাবদা মোক্তে হায়বদা থাকখি, মহাক লাক্লবা ওইরবস্থু, নুংঙাইবদি উন্নাদগী ঙাদে, উম্নরবদি কর থোক্কনি। মচুং শীল্লম্বা ওজা সান্ত অমুক চংগ্রনি খনদা নুঙাইতবা ফাওরম্মী। মহাকস্থ মাগী হান্নগী স্কুলদা চংনিংলমগনি, কনাগুম্বা ছাত্রি অমনা মাবু 'ঐগুম্না খল্লম্মস্থু য়াই। নংগীস্থু হয়রাংজরো ঐগীস্থু নুংঙাইজরগে, মাতবু ঙাক্লগা ঐগী অপেনবনি।

হাফতা শর্ম্মগা ঐখোয়গী কা মনুংদা পরিক্ষাগী ৱারী শাম্মী। পরিক্ষা ডিসেম্বর ২৫ দনি হায়বগী পাও ফংখি। হৌভিক নবেম্বর হায়বদা কাইদ্রে, মহাক উন্নগদবদি থা অমি ফাদয়ে খল্লুবদা অমুক রাদগা উল্লমদে। পরিক্ষাগী ৱা হুন্দোক্লমহুনা ঐনা শর্ম্মদা হায়খি, "শর্ম্মা ওজা জিত্না লাক্লনি হায়বা তাদ্রা?"

"তাদে, লাক্লনি হায়ব্রনে?"

"ঙসি, মখিনি মঙনসিদা শোইদনা লাক্লমি।"

"কনানা হায়রক্লিবা মঙেন্দদি?"

"নহান মা থেংনৈয়ে অহুদা হায়রম্বনি "

"কদাইদা থেংনরিবা?"

"থোং অহাইবী মনাক্তা।"

"মশক কমদোরম্মী ?"

"ফজখোক্লে হায়বত'ই।"

"উখিদবা কুইরেদা, অওইবগমে মান মংগীসিয়ো।"

"থাজক্রগী প্রিন্সিপালদা হংলুচো।"

"ইচমচম্না য়াম্না মগুম লৈংন্নি মাগী শক্তু, উবু উবিংলকই।"

"পেমবা য়েংলো. লাকদবা কুইদ্রে হায়রিসিনি।"

"মীওইবসিবু অপেনবা হায়বদো লৈত্রো।"

"লৈদি লৈতে অহুবু ময়াম্না থখা অরেপ্পা চাং অমদি লৈ, মহুগী পেনফমগী অয়োইবা। মহু ফাওবা হেক য়েংঙু কৈনো।"

"মহুস্তু থম্মোয়সিনা য়াজক্রবদি।"

"মহাক মঙোন্দা ঙাওরে।" শর্ম্মা খঙ্মাক নোকলকই, ঐসু নোকখি। নোকপা হন্থরক্লগা মানা হায়রকই, "ঐ ঙাওবদি ঙাংদেহে, ফাগীদগী নংনা থ জখিনিকো।"

"ফাগীদা ফাগী ঙাংবসু য়াওবনি শর্ম্মা" ঐ নোকলুই, শর্ম্মসু পোংথোবা লৈতনা য়াসি লৈনা নোক্লকই। প্রেমচান্দগা বসন্তগা চঙলকপদগীদি ঐখোয়নি য়াক্সি লেপখি।

"নুংশা মরুকসিদা কদাইফাওবা চংলুরে ?" শর্ম্মনা হংখি।

"ঐখোয়দি নুংশাগীবু খল্লুদে. খল্লুব্রবনিনা শাদরে" বসন্তনা শর্ম্মগী অনীস্থবা য়া ফাওবগী পাওথুম হায়দোকখি। শর্ম্মা য়া ঙাংখিদে, প্রেম্না হায়রকই কম্নগা "পরিক্ষাবু তাং ২৮ দগী হৌনি হায়নে।" হান্নদি ঐ চাওরাকপা মলেসনি প্রেমগী য়াহুদা খঙায় তৌরুই, "মতম লেপ্লব্রনে ?"

"নোটিস লাক্লবদনি, স্টাফ ময়াদা খং-হৌরবহুরু।" ঐ শরাই শাংপা হৌরকই শোমখি, "অস!"

"ঐদি নোটিস থোক্লিবরা হায়রবু, লোয়ন্নেদনা থৌরিসিদি" শর্ম্মিলা হায়।

"কোইনা চৎলুবগী কন্নদা হায়রবহু সিনি" প্রেম্না হায়রকলম্মী।

"ঙসি খঙদ্রবস্সু হয়েং খঙগদবনিবু। ভোন চারবদি ঙসিবু ক্লাস নোটিস লাকপা য়াই" শর্ম্মিলা হায়।

"ঐ-খোয়না মখোয়দগী খরদি হাল্লিদনা খঙ্বা, অহুগী রানি।"

"লাইব্রিক প্যাগদোবা নত্তবনিনা চপ মান্নে।"

"কোয়া খঙবদগী হান্না খঙবনা হেন্না ফৈ।"

অরাই অখুম তৌররম্বদগী খঙ-লপ লেপ্লে, ঐদি উবু উক্লদে স্কুল গেটতা নুপী অনীখক চঙঙকহু ময়াম মাইওন ভান্নে। ঐখোয় ক্লাসতা নত্তে, খুদিংমক য়েংনরমগনি, ঐ ক্লাস কাল্লকপা নত্তে। অনিথক চঙ কপহনা অসুক য়াম্না নীঙ্গাদি, তরামুক চঙলক্লবদি স্কুল কাইগদৌরি। মসি নুপী ঙ ত্তা ভস্বা স্কুলদসু নুপা চঙবদা অহুম তৌহ। নুপী অনীহু প্রিন্সিপাল কদা চঙলম্লগা থোকখি, থোক্লিফাওবা মমিং বুপ্ন, ঐসু খঙা য়াওরুই, ঐ নুপানি।

ফাইভ পেরিয়দ লোয়রগা, সিক্স পেরিয়দতা ছুটিনি, সভেন পেরিওদ ওজা অমুথোই লাক্লে। ঐখোয় মত্তা রোমিওদ য়াওনা সিক্স পেরিওদ তাদ্রিবৈঙদা মপান থে ক্লম্মী। গেট মপাম্নোমদা হল্লকই, রোমিওদনা অহ কবদা গেটকাপামদা হাদনবু উখিম নে "সাবম" হায়রগা কৌখি। ঐখোয় তোহ্না গেটকোমদা

য়েংথোক্লু, অশেংনমক বাবম গেট ময়াদা লেপতুনা লৈরম্মী। কুইনা উখিদবদগী ওসি মাগী শককম উর।সিদি হৈরগ ওজবা অমা ইশাদা ফাওরকই। শর্ম্মনা হায়রুই লাওতক "বাবন চওলকপদি কৈদরে।" বাবন চংবা ওল্লমানে মথুং খংতুনা ঐখোয়বু কৌথোরকই। বাবনগী মনাক তম্না ফনা চেংশিন্নে। মনাক য়োবদা বসন্তনা হায়খি, "হৈ নংদি কৈদৌবা লাকইবা?" "অস! নশক নশক্তো কৈনোমা ইতো তৌরে ভাই" বাবন্না হায়রকপনি।

"নংদি? নশক্কাত্রু চেথোক্লদনা।"

বাবন নোক্লকই অতুগা হায়, "ঐনা লাকইসে, টেষ্ট কয়াম ব্লাংলি হায়না হংগা লাক্লবনে। নখোয়স্তু উন্নগে হায়দনা.........।"

"তা ২৫ নাবেম্বর নত্তবা ডিসেম্বর।" অমনা হায়রম্মী।

"মতম কে প্লবা?"

"উম" খেন্না হায়খি। মখা তানা প্রেম্না হায়, "বাবন মং সিদা থাদোইরা কদাইদা থাদোরিবমো?"

"ঐ ইস্কালদা থরক্লই, মথারোমদা ওইনা তৌরগে।"

"কৈদৌরবা সিদা।"

"কাস্তবনিনা প্রিন্সিপালন য়াগদবা মাগ্রে, অন্নাবা মফমদা থাবা হায়সিজাইদনা।"

"স্তুবু স্তুরমগিদা বাবন ৭০% দি।"

"স্তুরবস্তু থাম্বরাই নখোয় মমাদা ইকাই। ঐনা উপাই তৌনি, শিনবানে, য়েপ্পানে, লাকপনে। নখোয়দি...... ...... হেন্না হায়দ্রবস্তু মশানা খঙজবা ব্লানিদা।"

"য়াখলহু অহুক পীকখরবদি ভাই তিন্না অমত্তা য়ায়রোইদা, খয়া খয়া চাওথোক্লুসি কৈদোগে" য়োমিওদনা হায়খি, বাবন নোকফেং তেংমন্থ তোকখ্রগা হায়রকই, "হায়জরোই হায়জ-ররে ই, নখোয়গী ক্লাস কৈরমগনিনে।"

"কৈরেনা কৈদোনি, অমুত্তং উন্নবু হেক্কা থান্নগত্রো?"

"চঙখ্রোদা শর্ম্মা, নোংমা ঐ লাক্কে ফজনা উন্নসি অহুগা য়ান্নি শাসি।"

"মহুবু য়ারো? নয়া লৌদে, অমুক লাকপা হায়বসিদি মফম মতম খঙবজাং নত্তে। থা মরি মঙা শাম্নখিদবা য়ারিহ ঙসি লোয়না ফুদোক্লগা শান্নগদোরিবনি" য়োমমা ইমোক নোক্লনা হায়।

"ঐনা তপ্পা হায়খি, অওইবনি বাবনসে মহানয়াইগা শাথিনা খেন্নে। ওইদবা তাবা য়াদবা য়া ঙাক্তনা হান্না মাং থাহনা ঙাংঙি। অমুত্তং উন্নবসিদা মুংঙাইহৌগদবহু, নুংঙাই-নুংঙাইনা চংনরবদি করেনে।"

"মানা অস্থুক য়ান্না চংমিংলিবসে ত্রৈ খঙদ্রি, থেংমা হল্লকহু ওস্তা হল্লকউ শোইদনা হায়রমগনি" তুমিন কৈরবহু বসন্তগী য়াহৈ অহুথক্তনা নোকহনখি খুদোংমক।

"ক্লাসতা চঙলগা য়াথিশে ফজনা শারবদি" য়োমিওদমা ইপেন পেন্দনা হায়রকই। বাবন্না হায়রকখি, "হুম, ঐ ফাওবা গেট ঙগী লানশিনবা ঙমদনা লৈরম্লিবসিনি। হাফত্তা লাক্কেদি খনবনি, মহুক্ষু ঐ শামত্রে, ফাইত্ত পেরিওদতা ওইনা চংলগে হায়না

লাক্লিবনিনি। উন্নরগা উন্নরে উরদ্রগা ইরাইবক তারে হায়দনা শোয়নকইবনি।"

"ঐখোয়না গেট লোমদা লাক্লমদ্রবদি নং অহুম চংশ্রেনে।"

"চংলেদনা, লেপশ্ল্রেবো।" ঙাইহাক তুমিন-তুমিন লৈমৈ, শরক্তী মীল খোংবদি লেপ্প নত্তে। পুক্লিংবু চঙলুদ্রবদি ফনা লাংহুনস্থ মঙুগী কান্নবা লৈত্তে।

শর্মনা ঙপ্পা হায়রুই, "লুহোংবা নুমীৎতী মূমিদাংহু করম তৌখি বাবন।"

"নখোয়বু তামিংত্রনে।"

"মংদনি ক্লাসতা ইংনা ঙপ্পা লৈখিবদি। নং খঙজিন্নদবা মাল্লি বাবম।" শর্মমা মখা তারকই, "ঐদি লুহোংবগী অহিংহু ফোরসা চংদমদ্রা হায়ম ফাওবা চীংমরিবসিদা।"

"মুংঙাই মুংঙাই, মী খুদিংমক্তা নুংঙাই হায়নমগা ঐনা নুংঙাইত্তে হায়না য়াপোৎ মত্তে।"

"নংদি মুংঙাইখিদে অসিমা?"

"নত্তেদা, ঐদি টেম্পেরেচর য়েংগে হায়মা হৌখিদ্রে শর্মা। মামা য়েংনীয় হায়মা হান্না ইনাক্তা লাকখি। মতমহুদদি অমুক য়েংবীরুদ্রবসু অর্থ খোক্রেদো, মানা তাক্তর চাওথোকপনি হায়খি দোরিবনি য়েংবীরুদ্রবদি। তৌববুদি মহু ডাক্তর অমগীদি মপৌনি। টেম্পেরেচরসু য়েংথোকত্রে, মিহুৎসু য়েংথোকত্রে। অমত্তা চীথদব-মথৈ চংথত্রে।"

"করিগীদো নংমা অচুক থরাই নুংঙাইহৌরিবচুবো বাবন, খরা কাওথ্রো কৈদৌবগে। মংমা শুম সুকথচুনা লৈরবদি মানা নুংঙাইখিগদ্রো। হৌজিক্তি হৌরবনিনা হৌথ্রে, অস ! নং য়াম পা দেদা বাবন। মখোয় অমীমক মংগদগী শরুক মাবু লৈথোক- লম্মু য়াদ্রে, করিগী মাবু অমুক নুংশিবা শাকুরি।" ঐনা বাবন্দা লাংশিল্লুই। বাবন তুমিন লৈ ইংনা হায়রকই "কাথবুদি কাওথোকপদা বাবা থোক্তে, ঐনা নখোয় উন্নরিবসিনা অমুক নীংশিংলকপগী মরম্মি। হৌজিক থোইনা খন্দ্রবনি।"

"অচু ওইরগা কৈদৌমা লাক্লি।" শর্মানা হায়, "মঙোন্দা মরাল লোয়না শীজিল্লিবচুবু নং নুংঙাইব্রা ?" বসন্তস্থু হায়।

"শীবগী রা মত্তেদ, ঐগীবুদি ইরালক্তি, অস্থুম্না হেক তৌরগে হায়বদি খঙখিদবচুদা লাইবক অসে ফত্ত হায়না শাওরুবগী রনি। ছত্র অমগী নুংঙাইবা নুপী থীবগী নুংঙাইবা ভাই লোয়না নুংঙাই, অমনা অমবু হেল্লী হায়বা য়াদে অনমক্কী ফরবা লৈ। নুংঙাই হায়না, ঐগী ইত্তৌদি তৌরুমুকো ভাই মসিস্থু য়াম্না বাই মথা শাই।"

"এডভাইস হায়বদুগনে" রোমিওদনা নোক্লপ হায়রকই, "ঐনদি হানদ্রো, খঙবা হন্দ্রো। খঙবনা অথঙবদা মরৈ তৌজনু চোপচমি হয়েং" বাবন মচু তানা নোক্লকই।

"মান্নরবস্থু ঐদি নংগীচুনা ফত্রা খল্লি" বসন্তনা ফাগীদ তৌরচুনা হায়রকখি। মথ তাই অচুগা "ঐগী নুপীনা থেরকপচুনি হায়ং ঐনা নুংঙাইগদৌরিবসে। মশা অফবচুনা ঐগী নাক্তা চংশিন্দুনা

থেংনবরবদুদদি ঐনা তুং হন্দুনা চংখিজদো। বাবন ঐদি মংগী পুক্নিংহুম কল্লকই।" ময়াম হৌজক তৌমা নোকই মরক্তুদা বাবন্না হায়রকখি, 'তুম মংগীহ ভপ্পা শাবগী য়ামি। চৌনিস্থ হওক্রে', হেন্না চারদি কৈদোই তৌলহৌদ্রা? থুমহ হৈগা চম্লবদি পক্লদ্রা? হেন্না চারবদি কৈদোই। মহুগা চপ মান্নে বসন্ত। অহুবু লোয়না ছন্দোকনুবদি য়াদে, মফম মতমগী মতুং ইল্লি।"

"হোয়নে অদুবুদি, ছাত্র ওইরিঙদা শাংনা মুংঙাইথোকহৌরবা অদুগা নুপী থীবগী থবক হোৌবা, হায়বা মত্রা?" প্রেমচান্দনা জ্ঞান তানা হায়খি।

"উম" খাবন য়ানিবা উৎলকই।

"অহ ওইরবস্থ সংগীহ অহুক য়াম্না মাং তাকপদি নত্তেদনা। হৌত্রবদি হৌরে, থোইনা অর বা রাখল খন্দবমা কৈ হায়বগী য়ামি" য়ে নিঙদমস্থ হায়রুই। "ঐদি ছাত্র ওইরিঙগী মুংঙাইবহ মতেক খরা কনখ্রেদনা অহগী রনিদা ঐনা খন্নাস্থ ঙাইতবসে। খন্না কান্নোকনুবহুদি হয়েং শীঁদ্রিফাংবা হাংহুনা অহুম লৈরদবনি, মেমশিনবা চম্নরোইদবা।"

"শেল লৈরিবসিদি?"

"শেল পাইত্রবদি?"

"মহুদি হাংদনা চংখিবস্থ শেল পাইদে। হৌজিক্তি শেলগী জুগনি।"

'শেলহুমা বাখল অসিদা চুম্না উহনবতনি। কয়াম মুইনা উমি বহুঝবু, মোংমদি শোইদনা খঙল্লকদবনি।"

"হোয়দে য়াইমে, মং চংনবা মাত্রবা মীদি মাত্ত। মসিদমি ঐমা হায়গদবা।"

"ঐমা হায়বনা সিমা হেমা খুংঙাই হায়বহ্ লাল্লি হায়বগী বানি।"

"ঐমা হায়বদি হয়েং ঐগী মুপীদা মফম চপ চাবা টেম্পোরেচর য়েংগনি হায়বগী বানি।" বসন্তনা ভাংলকপা খুদিংমক অমত্তা মোত্তবা য়াওদে, কমা থোইদোক শাওগৎলবনু, শাওগৎ শাওগৎনা অহুম মোকই, ঐহু নোকখি। শর্ম্মগা বাবনগন্থু নোকখি, প্রেমগা রোমিওদকন্থু য়াওখি। নীলবা কয়কপদা ঐমা হায়খি "বাবন মংবু করি থবক তৌরিবগে?"

"ঐসে, ভাই ওক্টোবিক্সো থৌবা হোৎরে। মহু মত্রবদি ইমা ইপামা মীং মাগদৌরিবা।"

বাপী বাইহৎমক ঐ হায়রফং মুংঙাইতে, ঐমা হায় "কৈ মহুন্থু, বাবন অদো 'পরিক্ষাসিংদি থাদোকমীন্নসিকো। ঐখোয় মুরপ লাবমীন্নসি হায়বা, য়াজিংব্রবো?"

"ঐবুদি থাদোকনিদা. মান্থু থানি হায়না কয়া হোৎনজরি।"

"মা হায়বদি?" বসন্তনা হংখি। শর্ম্মনা মখিং কৈকনা য়েংলক্লগা হায় বসন্তদা "মহুকাওবা খঙজত্রবদি নুপী থীরুবনুকো।"

"নুসিলাহো, ঐখোয় সুসিলা কোক হায়রুবা, নত্রগা ঐখোয় নুপী। হোজিকদে কোক মোল্লগা চংপা মম পোল্লি খঙনবদগী মোমথংহুনা চংনবা মতম্নি।"

ব্লাসি হ্বাঘিনিবা, বসান্তশে ৰাহোং চাদেহে। কয়ে বাখি লোয়-শিনসি। ঐনা মতম ৱাৱা মাংহনয়ে, পেখিমদ কাংসি খিংএনাথে; পেখিমৰ অমা ৱাওহল্লে ঐনা, ঐ চংলগে।" ৰাবমা হায়ৱকই। "মংনা খামজা ঐখোয়মা খামত্রা মচু হায়া মৈমখো মচুগা ৰা চাংভু।" য়োমিওমদা মুৱা মেংলগা হায়খি।

"কয়, ঐ চংলগে চংহোয়ো।"

"মং কল্লিদা লাক্কে।"

"মাঅা গাৱী পুখিমজি, অসিগী খোংনাং মপাদা ঙাইমগে হায়খিবা, লাক্লমখি। চংহোয়োকো।" হায়মম্লগা মাখম খোঙ থাংখি।

"অমুক উম্মসে মোংমা, ঐখোয় লাক্কে।" শর্ম্মনা হায়কই খুম্লম্মী "চীমদং তোৱকনু, চংলে য়ান।" হাচৱগা মতুংদা ওহোক্লুনা চংখি, অমুক য়েংলমদরে। ঐখোয় মাই ওন্দুমা অমুক চংলকই। খয়ুই ইথম্ভ ঙঙ্গিদিসি মমাংদৈ নত্রেকো মাবমসে, নুহোংবমা, দুপী মৈলবমা। ঐদি? ইচম চমা ছায়ৱ অমা। কৰি ওইৱকখিগনি ঐহাক?

মতম হায়বসি মখোঙ পাবদোনা হেক্তা থঙহৌদে, অরাংদা জনুয়ারী ওইখিবোই মীংথি অসি মাবেমর য়োশিমগ্রে, ডিসেম্বর ২৫ হায়বহু কুইত্রে। মুন্না য়েংঙ্গুরবা, খন্না খঞ্জিন্নুরগা ইচং চংত্রবোই অমুক নিংথি। পুন্সি হায়বসিদা মতম হায়বহু তেলিত্রা শাংলিত্রা হায়কম থঙদে। ঐদি মসি অনিমক অমত্তা হায়নিংদে, মী মীহুগী মতুং ইন্না, মফম মতমগী মতুং ইন্না হায়নিংথি। ঐ য়ান্নগী ফিভমদা হোংদনা লৈরক্রে। পরিক্ষাগী লাইরিক পাদবা য়ারবে। ফাস্ট টর্মিনেলদদি খোইনা খোপাদবনি, হন্দক তেস্ট অসিদি ফাইনেল চংবগী পরিক্ষানি। মসিদা ফেল ওইরবদি পরিক্ষা মপী থাদ্রে। মসিগী রাখলসি লাকপদা ঐ তুম্মিংলবা মীৎসি থঙশিং শিংলকই, হোৎগৎনিংলমদবা ইশাসি ফুক হোৎগৎলি। কয়াম কুইনা মহাক্না উরখিগদগে? রাখল অসিনা ময়ামদগী ইতোপ তোপ্পি। মাগী শক্তম মোংবনা হেক মকশিন্নি, মোংবনা হয়াওনা হেক উই, অয়েপ্পা লৈতে মাগী মাইথোং। মীগী মচানু পামজবগে মুংঙাইবা থবক নত্তে, লোংনা মানা চংখিবা মতমদা ঐগীদি লোয়রবনি। করিগীনো ঐনা মীগী মচাহুনু সুংশিজরিবা? মাগী চিমথাল অহুনা থরা ফজরগা ঐনা কয়ম্না পামলুরিবা। মীংস্নাহুনা রাসি লৈজরগা ঐগী ওইমিংলুরিসিনা কদাই কাওবা লাক্লিবা। কয়াদা ফঙ্গবা মাগী মশাদো? মহুনা নত্রা ঐনু ঙাওহল্লিবসে। কয়াদি কুইয়ে ঐনা থাইহনা লাক্লিবা অপাসে, মহাকপু উকবা মুমিংতগী পোথাবা ফংজত্রবা ঐনি। মহাক্না

মোকফেং তৌবদা ঐনা মীংঙাইদনা লৈথোকপা ঙমদবসিদি খাইদগী লুরিবা। মাবু ঐগী তম্বীম্বিবা ওজাদি থল্লোকপা ঙমদবসিনা অচৌবা পাপকী লম্বীদি। লুংশিফম চাদনা লুংশিরুবদিনা মীংবা থুংদবা মপানাক্তাদবা ৱাদি। ঐগী দি ইরালদি, অহুবু ইশামা য়ামা ইর'ল অসিবু খোজংচবদি সুকয়া ৱাদিংদে, মমহুনা থাজংলবসু ৱাদিংলরোই পুক্লিংনা।

মহাক হল্লকপা থুমিংতুদা ঐনা হল্লাওখিবদো মীংশিংলুরগা ইতোমদা হংলে ঐনা মাবু কদাই ফাওবা লুংশিবগে? ঐনা হায়রুই মাগী খোঙদোল্দগী শমদোমফাওবা লুংশি। কদাইফাওবা মাগীদমক লেপ্পা ঙমগনি? মাবু পম্লগা ইশা অসিনা পংজিফাওবা লেপ্পা ঙমগনি। ঐনা ইথক্ত কনাসু তাদনা ৱাখল মরামশিংসি খল্লুবগী কান্নবা কন্নিনো? কনামসু উবিদে, কমামসু তাবিদে। অসি খঙলকপদা ঐ চপ লেপখি, মরোল খোক্রুবা মাগী মুর্তিনা ইমাংদা লেপত্তুনা লৈখি।

থুমিংতু মহাক অ.হাংবা লৈত্তনা ক্লাস তৌবা হৌখি। মাগা ঐগা হান্নদগী মরি হেন্ন। মকশিন্নরবসু ক্লাসতদি ঐঙোন্দা ৱা অমত্তা ঙাংলক্তে, ঐসু মহুগীদমক লুংঙাইতবদি তৌখিদে। অঙ্ক হোংপা লোয়মকপগী অহুৱাইদা মামা হায়মকখি "আদগী সিৱু পুলিস লল্লনে?" ৱাহৈ অহুগীনি ছাত্র ময়াম্না গেটলোমদা পুক্লিং লুপখিবহু। তশেংনা পুলিস ৭/৮ গেটতা লৈবা উই। মহুগী মরম কমামত্তনা খঙনমদে। ইকুই কুইদনা পুলিসশিংহু তক্রুং তক্রুং চেন্নৈ, ময়ামদি পাথংপনা ৱা ফাওবা ঙাংমখিদরে। কলটেবল অমগী মমাংদা খোক্লুম্না চেমখিবহু ঙসাইদথৈ উম্নমদে।

মমিংলোমদা মহাক চেনখিরম্মী। নোংমৈফাওবদি কাপখিদে, ব্রেক ফায়ারম্মু তৌখিদে, পুলিসশিংনা বোক্নম্বু অহুম তান্নখি। খমা মশক উদবদা ইশাদে খরা শাথে। থৌদোক্তু মীংম্বুপ ৯/৯ দা থোকখিবা খাক্তনি।

"কম্বিগীনো তান্নরিবসিদি?" ওজামা ইয়াং হংথগ্রগা তপ্না হংলকই ময়ামদা। ঐদি বোক্নন উরগা নহানমুক্কী থৌদোক্তু নীংশিংলকই।

"ওজা-খঙদে মাগীসিদি" ম্নোসন্না মমিংদগী হায়ম্নকই। ইকান কানদনা বিগী কাদগী সাম্বিদা রেম্নেন্দাগী পম্বিংদা থিমোলগা লাকই। ওজামা উখিবদগী মথোয়বু কৌশিল্লি, থৌদোক অহুগী মরম হংলম্মী। শান্তিদা পাখৎপদি লাইরদনা নোক্লগা হায়রম্মী, "ওজা বোকনে, হৌজিক তান্নখিবদো। মা এম, এস, ইউ, গী সেক্রেটরী ওইবনি। হযেংগা হংচৌংকা স্ট্রাইক চৎকনি হায়বা অতুদা ফাবা লাকপনি।"

ঐ মতু তাবদা পুমঙক চকখি, সেক্রেটরী হায়বা? মে কুদোষা বানি, কমদোনা করিদগী ওইক্নরিবা। ময়াম ঙং ঙং ঙানম্নকই, নোক্লকই মরম খঙনা।

"য়াওব্রনে হৌজিক্কিতুবো "জিত্নামা হংলকই।

"ওজা চুম্নবনি হৌজিক হায়রম্বতু" শর্মমা খুমখি।

"কৈ কৈ প্রজাগী সেবাবু তোজগে হায়মবদি, নহা ওইরিদৈদা তৌখিবা পাপ ময়ামতু কোক্নবনি" বসন্তগী মাতুদা ছাত্র য়াওনা

মাপু খরা মোকখি। ঐদি খল্লুই 'মাদি পেল্লম্লনি।' পেন্দ পেনজ্রা খঙদে ভিত্না মোকফেং অমুকপু ভৌরকই।

"করিগী স্রাইক্লে হায়গে? ঐদি তাবু তাদে।"

য়োমিওদমা হায়, "ওজা ঐনা হায়ফেংতাবদদি মণিপুরী লোন নিপালশুবা সেন্থ্যালদা চমথগী ওইরমানে।"

"এম, মুসি হন্দক্তি কমখৎলকইরে, পী, এল, এ, মা মরোল অমা" ওজাগী খোজেল মীংভম্বা মাল্লি।

"জেলদসু চঙলুরবনি ওজা য়োরুন্দু" রমমা হায়রকই, হায়দোক-তনা হায়রকপা রমম্না বাম্বিচু হোদোরকপা ঐগীদি নুংঙাইজবদা লোয়রবনি।

"করিগী মাদি?"

মহামরাই লুট চংলম্মে হায়দনা, কালেন ছুটি মনুংদদি ওজা। মপুচু কাপখাইরম্মানে।"

"হৈস! কীরেদা" মাগী মভৌহুদা ঐদি কীদ কীজরবোই মীংলুই। মখা তায়কই, "মচুগী ওইরম্নোয়ত্রনে হৌজিক্কীচুবো।"

"মত্তে ওজা। মচুগী কেসতুদি মখুম্বা হোম মিনিষ্টরনা অহুম লোরশিনখীঞ্জমানে তোকপ্রে।"

হৌজিক্লা এম, সুদা যাওম্বিবা।"

"পাপ কোক্লবনি" বসন্তনা হায়কই, অনীরক হল্লবসু মতাং চাই, ময়াম নীস্তক তৌখি।

"কয়েসে অা য়ৌরে। গুণ্ডামি মা:দি, লাক্লবা ওয়ম্বাং মত্তে। কোইসন নময় অহুমসি হোংসি" হায়রগা মহাক হৌগংতুনা হুবা হৌরকই। ঐদি পুক্লিংবু চওবুন্নে, যোক্লম্ফু ফারমগদ্রা ফায়মোয়দ্রা হায়মা খমখি। কম্ব বাখলদগী মহাক্লা মাগী হান্নগী পুন্সি অহুবু লংথোক্লম্লগা এম. স্সু য়াওল্লিবা। ময়ামগী সেবা হায়বহুবু মহাক নীংথিজনা নৈমজয়ব্রা? মহাক্লা হয়েং লুয়বা ওজাহন্দা কন্নি থবক পাইথংলকপা ওমগনি। খুংকাপ্পীমা থায়কপদা লৈথোকচবা ওমব্রবদি মহুগী কান্নবা লৈতে, মাদি খুংকাপ্পী মপীগী শাগৈনি, খুংকাপ্পী শাগৈ, ঐদি লোম্নদা নোকই মহু হেক নীংশিংলকপদা।

"মারেকো সিগী অহোংপসে। মখোয় ওজা অমহুনা তৌরম-মদি কাম্রেতিক ফাওবা ওইরমামে, য়াম্না তৌদেদা" ওজা জিত্নানা লাইরিক য়েংলগা শোন্নকই। রোম্মিওদমা হায়, ওজা অমদো য়াম্না তক্লিদা, কুইমা লৈগদবা মত্তে মায়দমা তৌবদি থওদে" "ওজাস্থু মীগী স্কুলহুদা থব্না তাকপা হল্লমগদবা মাল্লি" বসন্তনা হায়খি।

"হোয়দা ঐমা মহুদা সুম লৈগদবদি মত্তবমিনা। অদো ঐগী লেসম্না হেনমামে সিদগীদি। ঐমা তৌরবহু লোয়গদোয়ে, মামা থব্না তাই।"

"ওজা মীগী স্কুলদা লৈক্লবহু মুংঙাইব্রা?" য়োসম্না ময়ামগী মহুং শীন্দুনা হংলম্মী। হয়েং য়েংদনা খুম্লকই, "ঐগী স্কুল হায়ব-সিমদি থব্না মুংঙাইফম থোকইদা। ওজাস্থু নোংমা নোয়মনা লাকপা

অমত্তা মাওদে, ক্রিপ্সিপালনে হায়রুমা কা চারিগা লৈ। জুগোং চাদেদা, চত্তবা য়াদদমা চংপগী রামি। ঐখোয়গী ফত্রে হায়রি-সিদগী য়াম্না হৈন্থে।

"হৌজিকসিদি লোয়মা মাং তম্লেদা, সরকারাসমা ডেমোক্রেসিগা শীরম কজমা চংথরে অহুমনি। ছাত্রসু মীং তম্লে, ওজাসু মীং তম্লে, মাগী মাগী অপায়হু তৌরে। প্রজানা য়াবা হায়বসিমা ডেমোক্রেসিগী পান্দম্নি অহুমা সরকার পাইরিবশিংমসু প্রজানা তৌবদা করিমত্তা হংগদরে। প্রজানসু মীং তমজবরিমা মরু তৌ অচৌবকা মরৈ তৌজদ্রে।" হৌজিক্কি সরকারগা প্রজাগা নকুথা মরী লৈনরে, প্রজা জ্ঞান য়াম্না তারে, সরকার জ্ঞান য়াম্না তারে! হায়নন্তানবা, সিনা সিনি, অহুমা অহুথি হায়দ্রবসু লোয়মা থগমরে। সরকারনা প্রজাবু য়েংশিনবগী অধিকার লৈত্রে, প্রজানা অফবা লিদর থমবনিমা অমুক রকংলুত্রে। তোং শীবান্ন ইকা রাত্রে, অফবা লিদরমা লুচীংবা সরকারসিমা প্রজানা মীং কুপ্প কাওবা য়েংশিনবীরে।" মীয়ামগী ফমবা শীমথদা রাজমবা সরকারসিনা করিগুম্বা চৌথ-মান্থবা য়াওরকপদা প্রজামা হেক পাংশিনবী। রাদ-য়াত্রগা খুংকাম্পীনা লো শিন্নি, মতু মীরৈবাক মচান। উবদা ফজরোই হায়বগী হজিম্না লৈমীবা রু অহুমনি। কীন্দা খুংকাম্পী থোকই, খুংকাম্পদা কীম খুংনম ওমখি।' ঐ মরামশিংদি মীংশিংলকপদা লোম্না থম্মোয়দা মোকচবা হায়বসে ঐমীদি শুহৌশানিন। মসিবু ফত্তে হায়রুমা চোংথোরকপা মীহুদি শীকনা কাককচাম্পা হেন্নে কৈ, মহাক অহু অফবা ওহৈরবসু শক্ক

চাম্না হেন্না কৈ' মহাক অহু অকবা ওইরবস্থু ময়ামগা মান্নদে। ফরিদগী ঐ অসিগুম্বা রাখল অসি খল্লুব্রিবমো খঙদে, ঐ শীবগী তঙ্গা লানশিল্লুরে।

ক্লাসকী তম্বঙদা অমুক লাকপদা ঐগী মহাক অদো চৌক্রি মথক্তা লৈরমত্রে, শ্লেটক্রোম মথক্তা লেপ্লমত্রে। কোইনা য়েংগে খল্লুই, মহানমুক্কীগু ভারত্রা হায়হুনা কীজরকই।

শুকথঙ খঙহৌদে মহাক তুংদগী খোঙকাপ লাওমা কান্দুনা শ্লেট-ক্রোম তম্না লাকই। ঐদি মাগী ক্রোক ক্রোক লাওরকপা অস্ত্র লৈমাইগী মখোলহু তারকপদগী খঙবনি। মানা ইমাক্তা অশুম্না চংপসে ইহৈ হৈন্নদে, খোঙবী অসে মঙুম খঙলবনিমা হান্না চেকশীঞ্জহৌই, খোঙউপ তোংবসিনা খরদি শাফৈ। তৌববুদি মাগী খোঙউপ মচীন তুম্বহু তোংজত্রবনি। থেংবু থেংঙবদি মচীন অপাকপস্থু অহুম মামি থমথি। মহাক্না ইমাক্তগী শঊম অমগা লোয়ননা থুমা চংখিবহুদি ঐ ঙকই। লৈমাংমা থাদো-রকপা নুংশিবা মনমসিদদি থোইমুমা ঙাওহুনা লৈমাংবু কোইথি থীজরীবসে, ঐস্থু ঙাওখি মাঙাম্দা। মহাক পান্নম্নিৈঙদা অতৈবু উরুদে, মাগী শাম্নিগী তুংয়াম ফিজিহুনা ঐগী দেস্ক মথক্তা থম্লিবা কলমহু চেন্দুনা পুখি, ঐ ফাবা মংহৌত্রে, মাগী শান্নি ফীজিহুবু ঐমা চৌংলুবা য়াম্নিত্রা, উমা উনা অহুম কম্নবা লৈমায়-হুদা পত্রাক শেং লাওমা তাখি। ঐ য়েংলুদ্রবস্থু খঙলে, কোলোমহু শোইদমা কাইরম্লগমি নত্রগা মচীন তেক্লমগনি হায়বদো। হায়বগা তৌবগা চপ চাই, কলমহু ময়াই থীগাংদা তঙ্খাই তানা কাইরে,

মচীন্দি ভোক্তে হায়বত্ন মচীমমা ইবদি য়ারেংইদোরি। মহাক্না মাই কং লৈথোরক্লুনা হায়রৈ "ইসে দষা অমুক ভারেদো। ঐগী শারি মচিশিনবা ?"

"ঐ ওজা।" ঐনা খুম্মী।

"হন্দক্তি ঐ চোপকদোরেহে।"

"রমনী দষাসিদি শনিগী মশক ফত্রবমা য়েংলমানে।" হায়মা মনিংদগী কমানোট্টঅমমা শোল্লকই। মহাক তাত্রা তাদত্রা হায়বদি খঙত্রে, তারমদবস্তু য়াই মাদি ঐগী কলম মচেৎ খুজিল্লি, ঐদি পাখংপনা লোয়রে, মঙোম্দা য়েংলগা ঐদি করি কান্নদোরিবা হায়না দোক হায়দোক্লবদি ঐ চংশি শিরে। তাবদি তাখিত্রমানে, মা ঙাংলক্রে, তাশিন্নত্রিত্রা হায়বদি খঙত্রে। অতাবা মী খঙ্গনদি ক্লাসতুদা ইংমা তপ্লপ নৌক্লে, শর্ম্মদি ইমাকসিদা থৌশাদবা মখৈ নোকথোরকই। খুমগংপা লোয়রগা মামা ঐগী ডেক্সতা তপ্পা খম্মী অমগা হায় "কমদৌনি সিদি।"

"ওজা মঙোম্দগী লৌরগে।" হায়রগা ঐনা শর্ম্মদা কলম অমি স্তুরকপ্রা হংলম্মী য়াওরমদে, বসন্তনা হংলুই য়াওদে, প্রেমচান্দদা হংলুই ফোস'া চংখি।

মামা তপ্পা হায়রকই "সে ঐগী কলমসে ওইমা ইয়ো, মহু মুংঙাইত্রগমা ঐ হোরেন পৈশা পীগে চংলমদায়দা কম্মন কামদা চংলকউ।"

"ওজা মারে, মহুদি শীংবগা চপ মারৈ, ওজাগী কলম ইয়ো

হায়বহ্নমু শীংবগা মাৈম্ন। শীংম্রবমু য়াবে, শোইখিবদি শোই-খিবনি ওজা।"

"ঐ হয়েং অমা লৈমক্লগে অহুগা।"

"ওজা য়াবে। লৈমক্লনু ওজাগীসে অহুম শাইবগে। ঐগীহৃদি মম্নবনি, অমনবা ওইনা লৌজরগে।" ঐ তোফম খওদমা মায় য়েংলগা নোকখি. মাদি নোকখিদয়ে।

"হোরেন কম্মম ক্লমদা চংলকউ ইবা লোইরগা। ঐ পৈশা পীগে অহনবা ওইনা লৈয়ু।"

মহাক প্লেটফোমদা কাখৎখিবদা ঐ বা ঙাংলুম্নে। অঙ্ক অনিখক হোৎলবা মতুংদা পেরিয়দ তাগ্রে, মানা চংলমদাইদা ঐনা মহাকী কমমহু পীরুবদা মহাক্লা হায়রম্মা "হোরেন পেরিয়দ লোয়রগ মাগী কাদা চঙলকউ হায়না অহুগা লোরগে।" ঐম্ন অনিরক হম্না হায়ক্লম্রে, মহ মাগী মতৌহনবি।

ছুটিদা ঐ মাগী কাদা চংলুগে খনবনি, মীঙোন্দগী শেল লোহ্নমা শীংহনবা তাহনবসি নুংঙাইরক্তবদগী অহুম চংলমগ্রে। মহাক কম্নি খল্লমগদবমো হায়বদি খওগ্রে। মমনগা ঐগা ম্লকপদা ল্লাকমিন্নখি।

তোংন্ন তীন্নক্লবা হায়বসে শাক কাওগন্দে, ঐমদি য়াম্না পাম্বা নত্তে অহুবু ভাক্তরনদি ঐবু মহাকী য়ুমদা চঙলক্লবতা নায়। ঙসিসু ভাক্তর থেংমৈ, মহাক কান্ন থোজিমগদবগী গেট য়াংলম্নতা ঙাইরম্মা। মহালমথৈ ঐনা সিগী লম্বীসিদা চংলি হায়বসি খওলম ভিঙৈদি থেংনদবনি, হন্দক্কি মথোয়গী মী তোইমা

থেংনরক্লে, মখোয়না ঙাইরম্লিব্রা- তাম চাক্লরিব্রা ? ঐ খনফম খঙদে। ইমাকখুমবা মীগা শঙ্গ তৌবসি ঐ কয়া পামদবনা ডাক্তর থেংনবদা অসি য়ৌবা ৱাখল খল্লুরিবা। ইতৈমনা মমহূনা ঐবু ঙাইহাক্তংদি মখোয়গী সোফাদা ফত্ন্রমনবা হায়রকই। ঐ অহুম ফমলুয়ে, লক্ষ্মীদি স্কুলদগী লাকপু লাক্লমদ্রি, মমাদি লৈরমদে, লক্ষ্মীগী মৌপত্রা লৈরম্মী। ইতৈম্মনা চংসি হায়রগা মাদি থবক শংদ্রে, ঐবু ইতোমদা থম্লে। মহূ অতৈ মত্তে লায়েংবা মী খম্না লাকপদগীনি। মহানমথেদি উবু উক্লদে, খনবম্মু খল্লুদে, মী ইম্মেপ লেপ্তুনা য়েংনবা লাকই। ডাক্তর মাম্না সেনিয়র ওইবা মমিং চংলবা ডাক্তরদি মত্তে, অহুৱ ময়াইওইবা মথলগী চংনবা যারবা অমদি মত্রবদি হান্না তারম-গদবনি, ঐ মাগী মমিং হান্নমা তাদে।

লক্ষ্মী স্কুলদগী হল্লকপা অতুব্রাইদদি ডাক্তর খম্না কোম্লে, মী লাকখিদরে। লক্ষ্মীনা ঐবু উবগা নোক্লকপহূদদি ঐনা খল্লি মহান্নগী ঐনা পীখিবা খুদোলতুগীদমক ওইরমগনি হায়মা। ঐনা হাপখিবা শৈমেংগা ব্রীমচাগহূ মহাক্কী কাম্নরমগদ্রা? ঐ হক্লেদি খনবন্নি, মা ৱা ঙাংলক্ত্রবহূদা তোক্লে, হৌদোকলুদবনবুদি ফে। হৌদোকলুরগা ৱা য়াম্লমি খঙনদগী হংখিদরে। তশেংনা হায়বদা ঐ মাগী মমাংদা ইকাইখৈজে। হৌগ্রবনিনা ঐ খন্দনবদি লাক্লখি। “ৱান চা থকসিকো, ঙাইহাক্তং কমথো।” ডাক্তরনা মথুং হান্না হান্না হায়রকই। ঐনা হৈহে হৈমদনা খুমখি “ইতৈমা য়ারেদা, ঐদি য়ুঁমদকা চা থকপজাং মত্তে,. ইতৈমনা অমুক ৱারৌমত্রা হায়না .. ঙসিদি ইতৈমা থক্লগুমসি।”

"চা থক্কে হায়বদি মহাক্না হায়বা য়াক্না শঙ্গোম ওইনা তৌরি-দনা, শঙ্গোম ওইনা থকসি।"
"হায়মনবদি থোক্লনি ইতৈমা, শঙ্গোমদুস্তু চানি হায়না অহুম থমজরে ঐদি।"

অতাবা মীনদি ঐগী য়াহু মাক্না থাজমদ্রোই, ঐনা অশেংবা ভাংঙি হায়বদো। শঙ্গোমসুদি থক্লবসু য়াই, মগী মমুমদা অদুম্না লৈথোকপসে ঐগীদি হৈরদবনি। থাজবদি য়াংকনি, ঐ চাবগী মহক্ত থবক মোদনা য়াই শঙিং, মুকচা চাদনা হুমবমু ঐ কয়া শাওনিংবা য়াংলি, চা-থক্কে হায়বগী মাচুংদে ইশাদা। অহুবু ঈশিং হায়বহুদি ঐগী দরকারনি, ঈশিং ফাওবা মশানা থঙনা পুথোকপা ওমদ্রবদি মহু ঐনা পুম্নমক্তগা হেন্না য়ারোই। ঈশিংদি শেল তীংদে, চাগা শঙ্গোমগদি শেল তীংঙি। মীনা থনখি-দদবা, ঐনা থমগদবা ফজনা নৈনৈ ঐদি। তৌবমুদি মশানা থকখিসি চাখিসিবুদি হায়রবসু ঐসে য়াথল থেল্লি বায়গত্রা চা-থক্কুনা লৈথোকপসে ইমুং মুংভাইতে ইশাদা। ঐগা তোংন-তিন্নবগী থাক্কু ফজনা কৈরক্লবদি ঐ মশিগী মরমদা কহিমত্তা থীক্লত্রে অহুবু ঐ চাদি থক্কে।

ইতৈমা য়া ইঙাং ভাংলক্কুবহুদা মহাক খমা মুংভাইতে হায়বসি থঙবদগী হায়রুই, "ইতৈমা, দবং ক্লটি থত্তর তৈবদো লৈরবদি মহু ওইনা চাবা য়াই।"
"অহুনি চানিংবা চাবা য়াবা অমত্তং হায়রবদি ঐ শাওরগে থরবনি" ইতৈমানা মোক্লহুমা হায়রকথি। সোমদা চাগী, শঙ্গোমগী

রা ভাংনেম্বিদুদা লক্ষ্মীনা চা অহুমথক প্রেপ প্রেপ পুখোরকই, মশানা বক্তর তৈবা দবলকুটিস্থু চে অমদা য়োমহুনা পূরকই। ঐ থকপদা ভারকদোরে। থম্মোয়ম্নুংদদি ওমচাকুবা হৌরকখি, মাইথোংদদি মোমোন মীনোক তোকখিদে। ট্রেহুগা চানবহুগা টেবল মথক্তা ক্রোক লাওনা থম্মী। ঐনা মোক্লপ হায়রুই "ইতৈমা ঐদি বক্তর তৈবা দবলকুটিসে ওইমা তারেকো।" "হোয়নে, থক্রুবুদি করি উপাই লৈ। ঐখোয় ইবুংগোদা পীবীরুরো লক্ষ্মী।"

"দাদা চা থক্লরোইবা?"

"উম।"

"করিগী?"

ইতৈমনা ঐগী মমমহু ফজনা ভাকখি, লক্ষ্মীদা হায়, "ঐখোয় ইবুংঙোদি চা অমীবু ফারমগনি পাইহৌরিবা।"

তান অহুদমি মপান্দগী মহাক্না কৌরকই, "লক্ষ্মী ইচে লাক্লব্রা?" ঐ মাগী খোঙ্গেলহু তাবদা হকচাং অসি শ্বাই লাওখি, মহাক উমি খমবদা হুমাং কাংতি। মানা ঐসে মীগী মমুমদা হেক্কা চঙলম্মী হায়মা থললবদি কম্‌দোনি। মীগী মযুমদা মাম্না হৈমজবা মীওইনা উবম্লবদি। মাগী অমকপা লৈত্রবা মাইথোং-দুবু ঐনা করম্না উগদগে, য়েংবা ঙমখিগদরা?

চঙলক্লগা ইহান হাম্না ঐবু য়েংলকই, ঐনা কৌদবা য়াদনা হায়দোকখি "ওজা।" মহাক তীওক তওক ঐবু অহুম য়েংলগা

খুল্লকই, "হাও,।" ঐদি মাগী খোঞ্জেলদু তাবদা খঙশাও শাও-নিংলকই। মাগীদু মীবু কয়েম্লবা মওংগী কেথশীন্নবা খোন্দুমি। ইচম চম্না তারবাদি মাগী মাহৈদুনা মী হীকথদুনা তাগনি। মামা মাম্না চীংদুনা কোযককপগী করি দরকার লৈ? করিসু খন্থরুদ্রবদি মহাক্কী খোঞ্জেলদু অদুক্কী মতিক কেথশীম্নে হায়বদু খঙলোয়, তৌরবুদি ঐ শাওগে খনখিবজমি, ঐ মামা সুমহুৎপনা হামগ্নে, মঙোন্দা ঙাওগ্নে। মহাক্না তপ্না হায়রকই, অকেবী খোঞ্জেলদুদি তোকগ্নে "চা খকউদনা।"

"ইবেম্মা মহুগী হৌজিক্তা ঙাংনরম্লবমি। মান্দী চা থক্লমামে, মহামমখৈ তকপহুদি ঐখোয় মায়োমি হায়দনা থকপমি হায়দনা হায়রম্লিবনি।"

"শঙ্গোমদি?"

"শঙ্গোমসু।"

"অদুদি করি চাদোম্বি ১।"

"মনি দবলক্টি বক্তর তৈবদো চায়গে হায়রে।"

"পুরক্লবো?"

"নিদা লৈরে অদুবুদি" লক্ষ্মীম হায়খি।

ঐ ওসাইমখৈ তগে হায়না তাবু মচিন-মনাও, মচে-মচম ওইদুনবা খঙদে হায়দোমকপা মাহৈ চপ মান্নে। ইতৈমনা চা থক্রুবদি শঙ্গোম থকউ হায়মকখিবমি, অমুক লাক্লগা চাগী মথংদা শঙ্গোম পক্লকই, কোফিদি পক্লক্তে। ঐনা কোফি থকউবগী বাদি নক্রবসু মাহৈ অদুবু হায়বনি, ঈ মান্নবা হায়বসি মাখসন্দু

মাঙৈ, জিন্দা য়াম্না মায়বা থবস্থু লৈরমগনি। মাথল অসি থল্লুবদা ঐ থরদি নোকল্লে, ঐনা হায়রম্মী মাবু য়েংলগা "ওজা অমা লৈরিবসে পাইবীরো।"

মহাক সোফ মচা অমদা মখোল থোক্না ফম্লকই। ঐ ওজাবু উবদা হৈমদবনা ফম্ফম, চাফম অমত্তা খঙখিদয়ে। লোয়া-লোয়া মাগী ত্তাংতক তৌবা চীমবালস্থু য়েংলুই, হৌজিকফাওবদি লেম্না লৈরল্লি। চীমবালহৃদগীনি মামা ওসি হা...... ও হায়না অচুক কেথরকপদো। ঐস্থু মগী লাং অচুদা শাওরিং শাওনিং, শাওবস্থু ওমদনা থঙনা খঙনা খুখিবনি। তৌববুদি নুপীনা কেথবসে পকচরগদি নুপা ফাবগী অচৌবা মিত্রং অমনি। কেথবদা পকচহৌন্রবদি মহু মাগী খ্বাইদগী লাইবক থীবনি। নুপামা হয়াও নুংঙাইনা নোকদগী হৌনা ফী ফী কামচুনা শাওব-ফাওসি নুপী অমগী খুৎতা লোয়না লৈ। মসি ঐমা নুপী লৈচুনা এক্সপরিয়েন্স লৈক্লন্ত্রবস্থু, ইমাং অসিদা শংশং উই, মতিক চারবা প্রমাণপা লোয়নবা। মহৌশা লাইরেম্বীনা নুপীগীদি শক্তা খোনগা খোইনা য়ান্ত্রবস্থু কেথবগা ওইনবগীদি মশামা হৈ-শীংবগী মতুং-ইন্না পীবীরম্মী। অমা অনীসিগী মমুংদা অমী অমা কজনা চংনরবদি মহাক অহু নুপী অমা ওইবগী য়ামদ্রবদা শুপ অমদি চেল্লবনি। মখোয় অসিদা থোইনা য়াদ্রবদি মহাক্কু লাইবক থীবী মুজা হায়বদু ত্তায়ে।

ওজা, ঐনা হায়বদগী অরেম্বা চাহু পাইদুনা থকপা হেখি, ঐস্থু দবলকুটি মচেৎ-মচেৎ চারম্মী। মানা মরম ইচা চাদনা হায়রকই, "মং য়ুমদা চংলুদ্রিবা নত্রা?"

"ঐ ওঅা।" মাগী খোন্দু অন্নুবী মতি জোথন্নকই, ঙসি অন্নুমাইমা মৌথবসি ঐ অমুক্তা উথিল্লি। মুপীমা খোম কেথ-নৌথবদে উরগা মতুবু খোন্নক্লিবা চিনবাল অহুবু পেন্নবা চুপ্রিংবা মহৌশাল্লি। মুপান্না কেথ-মৌথন্নবদি মতুবু খোন্নক্লিবা চিনবাল অহুমা শাং শা লাওবা খুংপাক অমা অত্রগা খুংনম অমা থাজিন-মিংবা অহুম চংলন্নক্লে। খেন্নবা অসিনন্তুমি হুপা অমগা হুমী অমগা কনমা খাইরল্লিবসে। মামা নৌথবহু উবদা ঐ বাখল জাং জাং থন্নকমৌয়ে খওলকপদগী ঐ য়েংলুখে মাগী চিনবালহু অহুম লেন্না লৈল্লেহল্লে। ঐনা অমুক মখম চাবা বা থীহুনা হায়খি "ওক্তান্নু যুমদা চওলমজিল্লা?"

"উম, চওলমল্লি।" মসিং অহু ঐখুক্তা ঙাওহন্নগা পেন্নল হায়বগী মতাগুম ওন্নোকুমু মুংশিনা য়েংলকই। ইতৈমদি কাগী মুংশিংহু ইন্নং মুংঙাইত্রবায়ে হায়ী হৌন্নকই "ইযুংতো মাম হন্দকী চাক-কোবসিদি ঐখোয়দা লাক্কদবনিকো।"

"ইতৈমদি চংলোইদবা।"

"চংলয়োইদা কৈকাংমো থল্লে। মহানমুক্কীন্নু চংত্তে, ইমাগা হন্নক্তি মার্ওম তৌন্নক্তব্রা থওপোং নত্তে।"

মদানা তপ্পপ হায়ন্নকখি "ইমা নৈমিকা ওবদি লেপ্তুনা তৌবিল্লি হায়বনি।"

"মহদি থওদয়ে।"

ঐদি মখোয়গী য়ারিশিংহ্ খোইনা তাক্লে, খোঙমাওরোমদা খজিক্কুং লৈহনা য়েংলুই, মুমিং মঙাল্ লৈরমদরে। ঐ চৎপদি চৎমিংলে হায়বা ঙমদনা লৈরিঙৈদা ওজামা ইতৈমদা হায় "ইচে ঐ চৎলগে, ঙসিদি টুাসনগা লোয়মা ছুটি থাদোকখ্রবনি অহনবু চঙলকপা শংলিবনি।" ইতৈমমা ঐবু য়েংলগা হায়রকই "য়ান মংসু থেংলম্লিনি ওজাগা হেক খোকমিন্নখ্রে। ঐখোয় থীন্দোকলরোইকো।"

"য়ারেদা ইতৈমা।" লক্ষ্মীগা ইতৈমগা কাদা অহুম লৈহোরে, বা-লাম তাংমদনা ঐগা ওজাগা খোকমিন্নরকই গেট ফাওবা। ঐনা খঙদিং মিংশিলক্লুনা হায়রুই, "ওজা কং মদো ঐগীদা..." অহুগা খাওদগী কলম লোথোক্কে তৌবদা মামা হায়রকথি চপ লেপ্লগা "কদাই, ঐ হয়েং অহমবা অমা লৈররক্লগে, মং লৈরগেম্লো?"

"ওজা অহনবদি শীজিন্নবসু মুংঙাইরোই। ঐগী কলমহুসু য়াম মল্লবনি। ওজাগী সিফাওবা ঐগীদগী হুমথা হেল্লি।" ঐ পীথ্রগে তৌরুরবসু পীবা ঙমম্লে, হেক পীখিবদা অহমবা অমা শোইদনা পীরক্লুদবনি। মহুগী শক্লকপুদি ঐ ওজাগী কলমসি ওইমা লোয়গে খনখি।

"মহুদি মংগী অপাম্বনি, ঐগীদি অমা শীংদবা সুকয়া য়াত্রে।" "ওজা সি ওইমা লৌরগে।" হায়রগা হান্নগী খাওফমহুদা অমুক হাপচিনখি; নোকসু নোক্লপ তৌখি ঐ। মহাক লুমাদগী ইস্টেন্দ হায়থরগা হায়রকই, "ঐ লাক্লবনিমা স্কুলদো লেপ্তুনা কাররক্লোকো।"

অহুগা ইস্টাট তৌই হায়রম্মী "ঐ নং লাক্রুবনি য়াম্না নুংঙাইরোই, ওজা চৎলে।" অম্মুম খৌখি মহাক, ঐ মাবু য়েংহৌই। মাগী কাঙাংহৎবু কহিরো? ঐনা মীংলবগী য়াংমদনি। ঐ য়াহং অনিমা কোকসিদা হজিন হজিন থৈখি, ফল ইত্তা তাখিদে। ওকপদগী ওক্লবা, ঐ পুমঙক ওকখি।

ম্নহাক থৱদি হেনবনি, ঐবু মহাক্না মোংবজস্থু ইংঙ্গু পোৎথাঙ্গলে। মোংমা নোংমগী মহাক্না মরী মকশিন্নবা হেনগংলক্লি অহুবু মাইইগে অমরোমদা অস্থম অস্থম লাপথোক্লবগী মতম লাক্লিল মহাক উন্নগদবা মতমদো লোয়শিল্লক্লে-মসিনি ঐনা অহৌং সুংথিল খাক্লমা কপ্লিবা। মশুং থোক্লা কাইরবা থম্মোয়সিবু মহাক্লা হন্না হন্না থুগাইবীন্নিবা কন্নিগীমো? খঙফমদি থোকই ঐ মাগী মাংদা মী তাখিবদো। খঙনা খঙনা কন্নিগী ঐবু অস্থুক ৱাহন্নিবমো। মহাক্লা চোংথোরক্লুমা ইমাংদা ঐগীদমক লেপ্লবস্থু নত্তে, ঐ কমাম ৱারমগনি মহাক খঙদত্রা? ঐগীদি থুদিংমক অফবা হায়বহ মাংখ্রে, মহাক উত্রবস্থু ৱাই, উন্নবস্থু ৱাই, মসি ঐ মাগী মরক্তা শেংদোক্লদবগীনি। কয়স্থা মতমদা ঐনা শাগৎলিবা চাওন্নবা তাবকী দলান অসে নীংথাইথিগদগে? মোংমদি স্থুকশোয় শোইদনা কাইথিনি, সুমিং অহু কয়াম ৱাংলিথগে? কাইখিবা সুমিং অহুদগীদি ঐগী সাস্তি হায়বহ ওইন্নগদবনি। শিরবস্থু হিংলবস্থু সাস্তি হায়বা শক্তমহুদি অমুক চৎখ্রয়োই।

ঐমা চাক্কোবা য়াওখিদবহ ইতৈমমা য়ান্না ৱায়োখি। য়ুমদস্থু ইচে চাক কোবন্নিনা ঐমা অমুক চৎলুগদবহুস্থু তাম অমা ইচা চাখিদে অহুগীস্থু মথক্তা মহু পীবা চাক্কোবদি নত্তে। ইতৈমনদি ঐমা হকাইগদবহ উবিবা নত্তে, মান হায়বা অমত্তা চৎহোদবদা মহু মাগী শাওবদা লোয়ন্নবনি। মীগী পুন্সি অমদা খঙন-চামবা মক্লপ-মপাং লাকপা হায়বসি ভবা ওমদে। মোংমা থেংনক্লবদা

পংচং মচংখি, মহুগী মুমিংতু ইংলে হায়মহুনা ইমাদা অমুক্তি হায়খি। মহুদি মেং-কাদোক্নি হায়না বা হেক্তা তাইশিন্নরম্মী। ঐ অমুক হন্না ৱাকংজুদরে।

ঙসিদি মুংশাবু খন্না থুনা থোকই। নৈতবা মীগীদ্রি মুংশামা লাইমিংনি, ঐসু খন্দি মুংঙাই। মীংশেলদা মেংহুনা শমজেং হাংলবসু ঐ মাইসিদি য়েংখিদরে, করম তৌরমগদবনো হায়বা খঙদনে অহুবু ফিরোলশিংদি হান্নদগী হেন্দে, তাসু তাদে। ঐনা লোয়শিনবদা পুং মাপলমথাই তারমদ্রি। ঙসিদি ঙন্তা চংলগে হায়হুনা ঙম্না অহুম লাক্লে স্কুল য়োবদা ছাত্র মরাম পুলপ পুলপ থোক্লরকই। ঐ হংবদি তৌদ্রে, চংলক্লগা খঙজরমি হায়হুনা গেন্তা থোজিনখি। ঐখোয়গী কায়োমদা ঐ ইহান হান্না য়েংই, বসন্তদং উই।

মামা ঐবু উবদা মথুং থন্নকই, মহু হনখ্রো হায়বগী ইঙ্গীংনি। ঐদি পুংঙকপু ঙকলুরে চংশিন্দুনা হংলুই "কৈদোরে।"

"ছুটি" বসন্তনা খুম্নকই।

"কৈদোবগী ?"

"ঙসিনা ওজা মবং নৈথিদবদে। মাগী ফিরোইগী ছুটি। হয়েংনা ইস্তর স্কুলগী ক্রিকেং লোয়কপগী। হংচীংনা ওজা বীরেনগী এম, এ, পাস তৌবগী।" ঐনা হায়বা লোয়ক্রিঙৈদা হায়কই,

"মশেমদি ?"

"মশেমন্না ওজা সুসিমি লুহোংবগী।"

"মরোদি ?" ঐ নোকখি, বসন্তস্থু মোক্লগা হায়রকই, "মরো ফাগদবা অহুগা মথং কারগা চেস অহুদগীদি উমব্রবা।"
"ওজা স্থুসিনিবু নুহোংদোরক্রমে ?"

"ঐস্থু খঙদে, আদগী থেৎলিবা হোলিদে চার্ট অসিদা মেংজুচো। থাজদবহুস্থু থাজরনি, নোক্লিবহুস্থু নোক্লরোই।" বসন্তগা ঐগা চংহুনা মেংমীমৈ, অহুম চুপ্পমে। ঐ মহু উবদা অতৈ খন্দে, মহাক উমররোই হায়বসিন্তা খনখি। ঐনা হায়খি, "ফরেনে ছুটি ময়ামসিদি, পরিক্ষাগী লাইরিক পামবনি। ওজাশিংস্থু রাই শংলরদি।"

"খরা য়াম্না থাগদবনি ছুটি হায়বসিদি। মেংমতং কারবস্থু য়াই; এম স্থু পী বোই কোতনি হায়বগুমস্থু তৌবনি।"
"ওইররুনি, ঐস্থু হায়কেং তাবগুম তৌই। বোক্লন কাখিক্রবনিদা মতোন্দা ষংলগদি খঙগনি।"

"মীদি লোয়রবা চৎমগ্রে, ঐখোয়রু চৎলদরা ?"

"শর্ম্মহোয় ওাইখিসি, ওসি রাম্নি শাবসিদা ঐখোয়গীদি লোয়রবনি।"
"হোয়মে, মোংমথক্কং কাবহুদি উমবা কৌত্রে" হায়না হায়বা প্রেম থৌজিলকই, বসন্তনা ঐতোন্দা পীরকপা ছুটিগী লেকচরগী চপ চামা পীথে। ইকুই কুইদনা শর্ম্মা ইহি হিগৎতুনা লাকই মহুস্থু প্রেম্না চপ চাবা লেকচরহু হায়খি। ঐখোয় মরি পুন্না নোকমিররম্মী; মোমিওদ, মোসন অমদি রমন্দি লাকখিদরে, মখোয় হান্নবা চৎলহস্থু য়াই।

ঐ ঈকাই-ঈকাই চাবদি য়াওখি অময়োমদা থুংস্থু থুংডাইখিদে। চাবা লোয়রকপদা বসন্তনা হায়, "চংপা তাইমে।"

"টেষ্ট লোয়রগা চাক অমুক্তি চায়সিকো" ঐনা হায়রকই।

"টেষ্ট মনুংদা থমম্লসি মচুনা।"

"ঙম, থাবনস্থু, য়োম্মিওনহোয়ন্থু য়াওবা।"

"য়োসনগা মথনগস্থু য়াওবা য়ারক্লি' য়োসন্দি মনিগুবা য়াম্না পামজবনি।"

হোটেলদগী ঐখোয় থোয়রক্লে। শর্ম্মনা হায়রকখি, য়াম ঐ লাক্ল-য়োইদা হয়েংহ্।"

"হতোমতা তাম্মেনে। কৈস্থু কাইদেদা" ঐ ইথত তাহৌথহুদা কারগুমনিম্না থনকই, মহাক অচদি? ঐ কাদবা য়াদে, থাগী মশক উহৌয়োই, ঐ মাবু উনিংঙি। বসন্তদি থাজদনা মপি ইমাবু চেনরক্লে, শর্ম্মদি লোকই। প্রেম্না কাইনবগী বা হায়রকই, কাইনবগী মতম লাক্লে, কনানস্থু থীংবা ঙমলুরে।

"চংলোমে য়াম" বসন্তনা হায়রকই।

"ঙম, পরিক্ষাগী লাইব্রিক পাক্লরো।" বসন্ত চংখি. মথোয়নিস্থু চংখি, ঐ লাক্লে। থন্নু থন্নুরগা ইস্না থম্মদি চেনখিদবা ঙমখিদ্রে। লোম্না থনখি মহাক অহুস্থু উম্নদরেকো। হয়েং কাবচুদি উম্নমি উম্নয়োই থঙদে, মহাক লাকবস্থু য়াই। ঐনা উনিংঙি হায়চনস্থু লাকপীগদবনা লাকপীরবদি মহন্থু য়ারোই। করে মচুদি ঐগী লাইবক্লি মহাকী পেম্বিয়দ থোক্ত্রবস্থু ঐদি চংতবা য়াদে।

ঐমা থোং অহাইবী য়োরমদাইদমি ওজা জিত্না ইমাংদা থোরকপা উথি। মহাক স্কুলদা লাকপনি। ঐবু উবদা মহাক্না হায়খোই লাওখোই কৌরকই, "মান, কৈদোরে ?"

থোনা থোনা খুমখি, "ওজা ছুটি ওইরমমে।" ঐ খণ্ডলেপ লেপ্পী। মহাক মমাই লৈত্রগা ঐগী মাইথৈদা চঙলকই অহুগা হায়রকই, "করিগী ?"

"ওজা খণ্ডদবরা ?"

"ওজা বীরেন এম, এ, পাস তৌবগীরা ?"

"উম।"

"থাম্মোই অমুক হায়খিবমি মহান্দি, অমুক থারখোয়ে।"

"ওজা হয়েংস্সু, হংচীংস্সু, ইরাই নুমিৎতা কাগদবা।"

"ইস! অতৈ মরামহুদি করিগী ?"

ঐ বসন্তগী লেকচরহু চপ চানা শীখি, মহাদ খরদি মোল্লকই।

"ইরাই নুমিৎচু কায়ক্কদবনি, ঐগী সবজেক্ট থোক্রুবস্থু ঐগী ক্লাস চঙগনি। মহানমথৈ য়েন্থোক্তবা ক্লাস বার্কনা চে অমা লৈহোরে মহু য়েন্থোকসি।"

"ঐ ওজা" ঐ মহাকপু লাক্না য়েংজখি, মহাক মেংলকখিদরে। পেনবা হায়বহু ঐনা পুন্সিসিনা হৌংলিবমথৈদি লাক্লম্মোইকো। মহাকপু য়েংবগী পেমফম ফংদনা অহুমক কাইমখিবা তাবনি। ঈকাই-ইকি কাওথোক্লুমা ঐ মাগী শক্তমদহু অমুক য়েংখি, অহুকী মতিক ফজৈ মহাক, অস্থুকী মতিক ফজৈ। খহ! মীগী ওই-রমিকো।

মহাক কমাস্থ য়েংদনা তপ্না হায়রকই, "সিদগীদি ফুলদগ্ন উন্নরয়োই, লক্ষ্মীখোয়দা ভোইনা লাকউকো। মখোয়নস্থু মংবুক্তা শোলবনি, লাক্রবদি মতু খুদিংমক্লা শাওগনি, লাক্লবস্থু য়াদবনি।" ঐ মাগী অহুগুম্বা ভৌদবা য়াদে হায়বা য়াওং অচুদা অমুক হংজুদয়ে ঐগী কৱি দরকার লৈবগে হায়বদো। মহাক্লা মখা তাম্না হায়রকই, "হয়েংদো কাম্রক্তবা য়াদবনিকো, চংলো পরিক্ষা সুইত্রবনি। ঐস্থু চংশ্রগে।" মহাক মতু হায়রম্লগা অচুম থোক্রে, ঐস্থু লাকখি। ইমিং অসিদা মাগী শক্তমতুমা কোইশিন্দুনা লৈখিরম্মী।

য়ুম য়োরকপদা ঐ ছাত্র অমগী চপ চাবা মখো ভৌখি, ইংলিস টু মী প্রোজ পুখোক্লুনা পাখি। শাকিগী ভি ওপম উইনদো হায়বা পারাতু পাবদা মমশিল্লকদোরে। ওল অবাউট দোক হায়বা এ, জি, গারদিনরগী পারাতু পাবদদি পুংমম মমশিনখি। কুমিদাংদস্থু লেপ্প লৈতনা পাখি, মসি মহাকীস্থু অনীংবনি।

ঙ্গাহ্ন খোইনা চাওদে, চীংয়া ওইনা ঙৌই। উয়োকখোং অমনা ফুরেল মচাহুবু ঙোর্বান অনী শমজিল্লম্মী। মখোল খোক্লা ঈশিং চেল্লি, মরক-মরক্তা ঙাম্নু কাওাগী মখোলম্ভু তাই। ঙোর্বানগী মাকচৌদা কিহোম পাক-শন্না হৌই, মচুগী মাকলদা মাটির পাম্প চাওনা লৈ। অতিয়াদি ইশেং শেংঙি, মোংলিক অমত ফাংবা পাইদে। চীংয়াদা হৌবা উচান পাম্পীগী মখোং-দদি মামা লেপ্লগ্নু, ঐমা চঙশিন্দুনা হায়রুই, "ওজা।"

মহাক খুমদে, ঐমা অমুক কৌই, "ওজা।"

মহাক খুমদে, ঐনা হুন্না কৌখি, "ওজা।" মসিং অহু কৈনা য়েনলকই, মাগী ফিরম মহাকগী খৈগা শাখিনা খেংগ্নে। কৌবু কৌরুরে মাগী শকফমহু। খোন অহু হৌনা হায়রকই, "মমাই অহুবু খজিক্ত ফাওবা ঈকাইদবরা?"

"ওজা মহুমু মীনা হায়নদবরমে, ঐগীদি ইমালমি অহুবু ওজা ঐ ওজাবু করম্না কাওখোক্লদগে।"

"চৎলো মীংবা থুংঙ্গগা ঐঙোন্দা বাকংলগদবা নত্তে।" মহাক্কী ফিজমহু হেন্না হেন্না পোংখংলকই। ঐদি মাইদে অফবা সডল অমমা ভোপগ্নমারে ঈকাইবা লৈতে হায়রুই, "ওজা মহুখক্তংদি ঐবু চানবীয়ু।"

"ঐ নংবু থুংশিবা ঙম্লোই, মং ঐগীদমকস্থ মতিক চাদে" মহাক বাহৈ অহু হায়রম্লগা খোতকাপ লাওনা কাম্নুনা চংখি। ঐ মাবু

তান্নবা লেপখিদে হায়রখি, "ওজা ঐগী রাগে অমুক্তদি থহবীয়ু কৈদোৗবগে। ঐ ওজাগী মাইপৈদা লেপচরে, ইরাই লাইনা ওজাবু কয়ম্না হেক্তা কাওথোকখিগদগে?"

"চৎলো চৎপীরো, ঐগীদি মসি মতম য়াম্না মাঙ্ডি।"

"করিগী ঐবু স্নুংশিবা শারগা ইথক ইয়াং হোৗহল্লি, মহুদি য়ামজবদা ওজাগীস্তু মরাল মচা অমদি লৈ।"

"মশানা মশাবু উজবা ঙমত্রিবদো মহুনি নংগী থ্বাইদগী পঙবদি। ঐগীদমক্তা মহ ক মতিক চাত্রি হায়বাস নহাক থঙফম থোকই।"

মহাক চৎপা লেপ্লে, ঐ তান্নবা লেপ্লে হায়রুই, "ওজানা উৎখিবা ঙাংখিবা ময়ামশিংদো মহুদি ইচম চম্না য়েংবদস্তু ঐ হেক্তমক চেন্নখিবনি, মসিদি ওজাদা মীনম্বনি হায়বা ঙম্লোয়।"

"মহুনি নংগী থ্বাইদগী অশোইবদি। ওজাগা ছাত্রগী মরক্তা লৈমগদবা মরীদো মহাক্তা চুম্না য়েংবা ঙমদবহুনি লাল্লিবদি। মহুনি মীমল্লিবদি, ঐনা নঙোন্দা করি মরম লৈহুনা নংবু স্নুংশিবা শাক্লগদৌরিবমো?"

"স্নুংশিবা হায়বসিবু মতিক চারবা কাংবুডা স্নুংশিন্নবরা? অঙাংস্তু স্নুংশিবা থঙডি, অহলস্তু স্নুংশিবা থঙডি। ঐ ওজাবু থাদোকপা ঙম্লোয়।"

"ঐস্তু নংবু স্নুংশিন্নমগনি অসিমিনে? রাখল অহুহম কমা থাংলি, নংমা হন্না হন্না হায়রবস্তু ঐনা হোংগদবদি নত্তে। নংবু মরেৎ অয়াকাওবা থন্থবা ঙমত্রিবা করিগীনো? ঐ মহাক্কী তাকপী তম্বীরিবা ওজানিনে, নমাইহু ইকাইমন্দে মং।"

"ওজাগী চীনমক্না হায়রবস্মু ওজাগী ফিভম অহুনা ভাক্লি ওজা খৌজিকস্মু অচুম্বা ঙাংল্লি হায়বসে। গতম অমদা অহুক য়েৌনা ঐবু চীংশিনবীরম্লগা ঙসিনা ইন্থোরক্লিবা। মহু ঐন্মু খঙদবা মত্তে, ওজাগীদমক মত্তিক চারবা মীওই অমা লৈরে অসি মন্ত্রা ?"

"মহু নংনা থীগৎলুবগী দরকার লৈতে, ঐনা অরোইবা ওইনা হায়রিবসিনি ঐ নংগীদমক লেপ্পা স্নুকঙম ঙম্মোই।"

"ওজা মহুদি য়াম্না লাল্লি। থম্মোর অসিবু থীন্দৎপীরম্লগা চৎখি-বদি কনাগী বাখলনা মুংঙাইবা ঙমগনি। মঙাল অহুত্তং পীরম্লগা চৎখিগে খল্লিবস্থু ওজা নুংঙাইজরনে।"

"ইশক অসিবু উরগা নহাক্না ঙাওজরগা ঐবু মরাল সিরিবা করিগীনো, মহুদি মংনা বাখল থেঙ্গবননি। বাখল অহুনা পংশাদা শাগৎলগা ঐখুস্মু মংগী মাইগৈদা লেপপু হায়বদি কনামা য়াগদগে। ঐ খঙদবা নত্তে মহাক্না ঐগী হকচাং অসিতবু পাম্মি, ইশা অসিতবু উনিংঙি মন্ত্রা? মহুনা মুংশিহগী চপ চাবা প্রমাণ্নি হায়রগে লেপখিবা, মহুদি কলকপমি, অর্থ য়াওদবা রামি। ঐবু মুংশিরবদি ঐনা হায়বা ইনফম থোকই, মহুনা পেঙ্গবা ঙমস্ত্রবাদ মং ঐবু মুংশিবা নত্তে, মীনম্বনি।"

"ঐনা, হায়বা ইল্লবদি ?"

"মহুনি মুংশিবদি।"

"ওজানা হায়বা ইনখিদবা ঐ য়াওখিদে। ওজামা খল্লিবা বাখলস্মু ভাপ্পা পংশা শাবনি, ঐনা ওজাগী হকচাংবুত্তা পাম্মী, ইশা

অহুভা য়েংনিংঙি হায়খিবা লৈতে, মহুগীসু মথক্তা ঐমক্না হায়রম্বসু মহুগী প্রমান মচা অমত্তা ওজামসু পীবা ঙম্লোয়।"

"অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐবু নুংশিরবদি ঐমা হায়বা ইনফম থোকই।"

"মহুদি অরাইবনি, ঐ ওজামা হায়বা শোইদনা ইজগনি, ইনখি-দবসু লৈতে।"

"নংনা থল্লিবা বাখলদো লাল্লি, ঐ নংবু নুংশিরুরা লৈতে, বাখল অহু থাদোকউ।" ঐ খঙপ্রেক খঙখি মহাক্কী বাঙাং অহু, শীঙ্করকপা পীমা মহুগী মীংবা কাইবগী মশক তাকখি।

ঐমা তপ্না হায়, "ওজা মহুত্তংদি হায়বীগনু, বাখল অহুদি থাদোকপা ঙম্লোয়।"

কংনোক নোঙ্গা মহাক্না হায়রকখি, "মহুবু নুংশিবরা কলকপা মত্রা? ঐ নংগা মরী সুক্লে লৈমখিদে।"

মখা তানা অমুক হায়রকখি, "মহু থাদোকপা ঙমত্রবদি ঐবু নুংশিবা মত্তে, নংবু নুংশিবা থক ঙম্লোয়।"

"ঐবু ইরাল পীশিন্দুনা থোঙ থাংদোকহল্লবসু; ঐদি নংমা নুংশি-রবসু নুংশিত্রবসু নংবু নুংশিদবদি ঙম্লোয় হায়মা ইশম শম্না হায়হৌবমা হেন্না ফরমগদবনি। অসুক শাংবা বা অসি হায়ন-রুবগী থোইমা দরকার লৈরম্লোই। ফরে, ঐ মাজরগে ওজামা হায়বহুমক অহুবু মসিথত্তংদি কাওবীগনু ওজা, ঐ ওজাদি হায়-দোকফম থঙদনা নুংশিজখি।" ঐ ইপেন পেনখিদে, মখা তামা হায়খি, "মতম কুইনা শাগৎচরম্বা আশাহু ঙসিদি ওজাগী ইচম

চম্বা ৱাহৈ অহুমথক্তংদা অয়েম্বা ওইহনখ্রে, ঐ অমুক ওজাদা ৱাকৎচম্নরোই। ঙাংবা হৈবী ওজাগী গুণ অহুনা ঐবু ইথক্ত মরাল পীশিনজক্ত্রে, ঐ মহুস্থু শাংজদে। ঐনা অমথক্তংদি ৱারৌজগনি মহুদি ওজাগা ছাত্রগা লৈমন্নিবা মরীচু ওজানা ঐহোম্দা ইঙম চম্না থলহনবা ঙমখিদবহুনি। ওজা হায়বসি খুদিংমক্কী লমজিংবনি, অফবা ওইনা উৎনবহুনি গুজাগী মথৌ, তাকপীবহুনি চপ চাবা গুণ।" ঐ মহু হায়খ্রগা ঙাংবা লেপ্লে, মহাক্না তপ্না ঙংলকই "ভাব তাগদবনা ভাত্রবদি মহুগী কান্নবম্বু লৈতে।" হায়রম্লগা মহাক হন্না কাওবা য়েংলমদনা খোঙকাপ লাওনা থাংহুমা চৎখি, অম্নুম অম্নুম চৎখি, মীৎয়েংগী ৱাংমদা লামখি। ঐ কপ্না নত্তনা উপায় লৈথিদে, মানা চৎখিবা মাহৈগে অহু য়েংহুনা লৈহোৌই। মুংশিংনা পোংথাবা লৈতনা হম্লকই, পাম্বীশিংহুমা অমুক্কা হেন্না মখোল থোকহল্লি, অঙকপা ফংনা শিংখা ৱৈখি। থল্লই "মহাক অমুক হল্লক্লোইদ্রা?"

লম্বীগী চীদাই অহুদা পীশক পীক্লা থুপত্তুনা তারিবা চেজেং অমা ঐগী মীৎসিদা মমি শামি উরম্মী। মহু ঐনা লৌখৎতুনা য়েংলুই, হাংদোক্তুনা পাক্লুই "ঐ হল্লকখিগমি, ঐ নহাকপু মুংশিদবা মত্তে,. মহু চাংয়েং মথল অমনি।" মহু পাক্লবদা ঐগী মকালাম্বা মাহৈথোঙ শীনবা থুংনা ঙাস্থোকখ্রে, মহাকপু কৌখি হৌনা মহাক লাকখিদ্রে।

মীকপ থোয়রকপদা নেংং ঙাল্লম্লে। মীৎপাম অসি পীমা থুমহৎলম্মী, মঙলান অহু, ঐ হায়ফম খঙদনা ঙকখি। হকচাং

অসি ইচোক চোকথৈ। হৌগংতুনা মাই মীৎ তাথোকখি, মহাকপু অমুক মীংশিংলুই। অমুক মীংশিংলকই ঙসিদি ইরাইদি।

ঐদি ঙাইঙমদনা মহাকপু উমিংবদগী ঙক্তা চংখিবনি, ছাত্র ইয়াম য়াম্নদবতুনা ঐগী নীংবা কাইনবগী মশকওই। ছাত্র মশিং থীবদা ঐখোয় তরেংথক কাযক্রম্মী। ফিভমচুদা ছাত্র মমি অমদি অতুম চংখ্রে। ঐসু চংলশিন্না থলুই, ছাত্র অনিহুগী মপালনা ঐ চংপদি ঙমখিদে। থোইনা ঙাইরনদমে, মহাক ফাস্ট পেরিয়দদা চেবুল অহু পাইতুনা চঙলকই। মীপ্পা অহু কনাসু য়েংলক্তে, চেবুল অহু লৌথোক্লবা শেম শাই। ঐ রাখল মণ্ডল মণ্ডল খমবা হৌখকই, ঙরাংগী মঙলান্দু মীংশিংগদবা নত্তে। ঐ ঙসি মামা লাকউ হায়বগী মতুংইন্না লাকখিবমি, হায়রক্রুবসু ঐদি লাক্লবা য়াই। ঐগী হেক য়েংতা ফম্লিবা অসোম ফামগী টিকেন্দ্রগা, প্রসাদগহু ঐগুম্বা মী ওইরমগদ্রা? মখোয়সু ওজাবু ঙাওরমগদ্রা? হয়েংনা পরিক্ষা হৌরগদবসিদা মখোয় অনিনা তৌরিবসে কররিগীনো? কররিগুম্বা রাখল অমদি শোইদনা লৈরমগনি। ঐ রাখল অমগী মতুংইন্না স্কুল কায়কখিবনি। ঙাওরমগনি মখোয়মক, শোইদনা ঐগুম্বা কায়দ্রবা ছাত্র অমা ওইরমগমি। মখোয় অনিনা চীথাং থাংতুনা লৈরিবসে ওজানা ঐঙোন্দা লাকপা য়াদে হায়রতুনা হায়খিবা লৈখিদবগীরা?

ইমান্নবু মমাল শীয়িঙৈদা মহাক্না হায়মকই “ঙসিদি মী অমত্তা লাক্লদ্রবনিমা নখোয় অহুমদংগী চেসি লৌবা তাইমেকো। অক্লবা লৈরমদি মখোয়গীসু পীবিখিবা য়ামি, ঐনা হয়েং তেস্ট

মনুংদা শীরবস্থ কাইদেদা অহুগীবুদি।" মখা তানা হায় "সে মংগী" হায়না ঐগী ইহান হান্না শীরকই। মখোয়নিগীস্থ য়োল হংহুনা মীগ্রে। ঐদি চেহু হেক ফাক্তোকলুবদা ঐগী অশাওবগী মচিং লাকখি। ভরাগী মনুংদা সুনা ফংলবদো। মসিনা মহাক্লা ঐবু কৌহুনা ইকাইবা পীরিবসে। মহাক্লা ঐবু মুংশিহুনা কৌখিবা মতুং, ঐবু ইকাইবা পীরিবসে। মহাক্লা ঐবু ইকাইবা পীগদবগী কৌখিবনি। ঐ শাওমিংবনা খুং অসে মরেং মরেং চংখিবনি, ইশা অসে ফমকম খঙজরক্লে। মহাক্লা চীং লেম্না হায়রকই "ক্লাস তৌরগুবনি, মীস্থ মাময়বমিনা। য়াযেকো।" ঐদি য়ামিংবা ভুংখিদরে, প্রশান্তনা য়াই হায়রকখি। পাস্থবা তৌদনা মহ'ক অমেম্বা চেশিংহু পুহুনা থোকল্লি। হেক থোকখিবগা প্রশান্তনা হায়রকই "মাম ক্লাসতা অমুক হন্না ফম্মিনদবা তাইবে।"

ঐ মোক্লপ খুমখি "করম্নদি তৌমি ভাই, চহিসে অমুম হৌখিবে।"

"উম চহিসে খাম্বা য়াদবনিদনে, মাম উন্নবদা কৌমসিকো। কাওনদবী, ঐখোয় নখোয়দি হেন্না নুমা তীন্নবা লোয়নববুদি মতুং অহু ওইরবস্থ ...... হা.......।" হয়েরগা চিকেম্না ইৎনা নোকথোরকই।

ঐস্থ মোক্লগা হায়খি "হম মহুদি কদাইদগী। তেস লোয়রগা চাক অহক্তং চামসি হায়দনা শর্ম্মরোম শিল্লি, মসিদা পুন্না চামিন্নসি। মহুদা মুমস্থ খঙদোক্লগা তান চাবা মতমদা কোই-থোক্লমকপা।"

"য়াই মহুদি য়াম ফবগী য়াম্মি, চৎলমিবে। য়াম গেট কাংবা থোকমিন্নসি লাকও।"

ঐনা হায়রুই "প্রশান্ত ঐ ইমান্নবা অমখক্তা ঙাইরুহৌখিগে, ঐখোয় লম্বী পুনবদি নত্তবমিনা ....।"

"য়াইদা, গেটতা নত্তোমতা ঙাইবমু মুংঙাইরবোই। ফরে মং সিদা ওইনা ঙাইরো, চৎলে অহুদি।" টিকেতনা হায়রকখি, অহুগা প্রসান্তগা চৎমিন্নখি। ঐ অহুম লৈহৌরে, মখোয় চৎরে। ঐ তশেংবনি মী ঙাইগদবা নত্তে· মখোয়দা মীমশা ঙাংগ্রবনি ঐ। মোংমতং গেট ফাওব, চৎমিন্নখিসি হায়না হয়াওনা য়ামজবু ঐনা য়াখিদ্রে। মসি অতৈ কনামশু নত্তে মহাক অহুমনি। ঐ মাগা থোকমিন্ননীংবদগী থৌদোক অসি থোকগ্রবনি, ঐ পেন্নি পেমখিদে। অমরোমদা ঐগী সুন্য ইবা চেহ্ ইথুং অসিদা জিংশিংলকই। মসি কান্নদবনি হন্দোকখ্রগা য়াই শংগমি থনবদগী স্কুল কম্পাউন্দ ময়াইদা শান্না লংথোকখি। মতুপ মতুপ্পা কাংক্রুম তাম্নিবা চেহ্ ঐ হন্না য়েংলুই, থম্না পেন্নবোই নিংঙি।

ঐদি ঙসাইমখৈবু উখিদবমি, ঐনা মকোক্তুগী হৌনা শুরু শুরু মৈশিল্লগা লংথোকখিবফাওবা মনীংথংবা বেম্নাদগী মহাক্না মমিং কুপ্তুবমখৈ য়েংলম্মী। ঐ মহ্ উবদা ঙৌরবা য়াইসে শাগংলক্তুনা ঙকশং ঙাংশিল্লকই, মাবু হন্না য়েংলমদনা ঐ সাইকল সেদতা লাকখি। সাইকল মরক্তুদগী ঐগী সাইকল লৌথোকপদা মতম থরদি চঙখি। ঐনা থোরকপদা মহাক গেটতা ঐবু ঙাইরিমাসে লেপ্তুনা লৈরম্মী, মখুং অহুদা ঐগী

চেহ্ পাইখি। ঐ ইকাইবনা মাইসে পুবা ৬মজখিদে, মাবু য়েংবা ৬মখিদে। ৬াংলক্নি খঙনা খঙনা গেট লাম্থোক্লবদি মাদে, ঐনা মাগী মনাক য়োয়কপদা মহাক্না হায়য়কই অপ্না "করিগীনো লংথোক্লিবসে।" ঐ খুমকম লৈরমদে, মাবু য়েংলুদনা লেপখি।

"করিগীনো ?" খোম খন্না কল্লকপদগীদি ঐ খুদবা য়াগ্রে, মাই মুকথরগা খুমলুই "ওজা করিস্থ তৌদে, স্থনা ফংবহ্দা ইভোমদা হু৬াইজরবা।"

"মংনা হোৎচবা অঙ্কহৃদি মহাক য়েংজরব্র ?"

"য়েংলুদে ওজা।"

"সে য়ুমদা য়েংলুচো।" হায়রগা ঐগী চেহ্ কন্না থুপচিল্লগা পীরকই। ঐ লৌরগা থাওদা মমশিনখ্রে, রা মচেৎ অমফাওবা ৬াংলমদনা মহাক থোকখি। ঐনা গেট কাখৎলকপদা মহক্তি অহ্নম খোৎখ্রে, কাইনববা হায়বহ্না ৬সি অসে ? থম্মোয়সিদা অকনবা চৈনা অমনা য়েহোই। ভামা য়েংলুহ্র মহাক মীৎলম রাংমা লামখি, মীয়াম মরক্তা অহ্নম মাংখ্রে।

ক্লাস অহ্দা অমুক হন্না মহাকী শক্তম উবা ফংলম্লোইকো। নংমা হালেংবা লৈভনা ৬াংবদো অাথা ফংলরোই মুকফং ফংলরোই। ৬সি ঐ হিংখিগব্র ? য়ুম য়োবা ফাওবা ঐ রাথল অসিদা কেপ্লা লৈভনা থনখি। য়ুম হেক য়োবদা মহাক্না ৬সাই য়ুমদা য়েংলুচো হায়না পীরকপা ঐগী চেহ্ ফাক্তোক্লনা য়েংলুই, স্থনা অহ্নম ইরম্মী। মনুংগী অহোংপা অঙ্কশিংহ্ অমমমতা

ওইদ্না ফ'ক্তুনা য়েংখি লোয়নমক। মতু উবদা ঐ মাবু হায়কম খঙদনা মুংশিল্লকই। মথক্তা ইখিবসু মহাক্কী মখুং মতাড়না খজিক্কং লোইখিবদগী ওইরম্লে। মাম হায়বা ময়েক্কু মাংলা ওইরম্মী। ঐসে মখোং হক্তেদকো হায়না হৌখিক্কদা খল্লকই। অমুক হন্না ফাক্তোক্তুনা য়েংখি, মনিং ইথং থংবা মাকলহুদা হংলিসনা মাখে পরেং অমা অনিথাবা উখি। থুবা পায়খোকখি "পুন্সি হায়বসি কম্রিন্সু মত্তে মুংঙাইনবগীদমক্তনি। মুংঙাইনা থীংবদা মাখল চঙডি, থম্বা চঙডি অমুবু মহাক্কি মহু করিখত্তা খঙদে। মুহুঙাইনা হাংমিংলপদি থম্বা তম্মু, লোইনা মুংঙাইগনি।" ঐ কজিন হজিন পায়ম্মী, মসি মহাক্কা করম্মা কান্দা ইয়কখিবুনো? ঐনা লংখোক্কিদ্রিঙেদ। ইখিবদি ওইরম্লোই হায়বসি মাগী মাটেহ অসিমা ফজনা তাক্লি। ইচিক চিক্লবা ঐগী কাহুদা ঐ উংহুনা মাখল তৌখি, কন তাখিত্রে কচিগুমদসু।

ঐগী মুংশিফদো ঙসিদি লেম্না মাংরে, তৌনম্রে অহাংবা অভিয়াঙ্গা। মখোং চেংতবা মুংশিবনি, মুংশিকম চাদম্মা মুংশিকবসিনা ঐগী থাইদগী লায়লবনি। অহুবু ইয়াইবক অনিমদি তম্মবদে, কনাদা ওমশিন্দুনা অমুক শাওকপনি। তাইমকম নৈত্তে, ইথত্তনা ইথত্তবু পেম্নবা চৈথৈ, অপেনবা হায়বহুদি লাকখিত্রে। মহাক্কা ঐবু তোহ্নদ্রা লাকদবনি হায়ম্নিবহু করিগীনো? ঐবু মুংশিখিখিবমক্তা? ঐগী খোঙবী য়েংখিবহু করিগীনো? লাইবক অসি পোপহনখিবনি। ঐ লাকবদো মুংঙাইতে হায়খিপনি। পুম্মক অসিবু ঐনা ইচম চম্না মাংহনখিমত্রা? মাখল মমামসিদা

ঐখু অসৌবা ময়াম চোংহন্দুনা মশা মন্থেং কন্দোক্পগুম চাও-থোকচনিংঙাইগী মশক ওইরকই, পাঙ্গল অমা লাকই ; ঐ মঙোন্দা চিঠি অমা পীগ্রগে লেপখি। খুদক অদুদা ঐ কলম অশাংবদু থীদুনা অঙৌবা চেথাং অমদা ইবা হৌখি।

ওজা,

অহানবা ওইনা ঐগী মীং উবমক্তদা শোইদনা ওকপীরমগনি, মোকন্থ মোকুংলমগনি অদুবু ওজা ঐগীদি তশেংনা ইগ্রবনি, ইথুংসিনা ইগ্রবনি। ইকাইবা থওজগ্রবা ঐগী মাই অসিনা নাম-থংলগা কয়া ওজাগী মফমদা হায়গনগে ? মাই অসিন্থ লুকথংরগে, ইথুং অসিন্থ লোজরগে, ওজা চিঠি অসি লৌয়বা ফাওবতাংদি শাবীয়ুকো। অশাওবনা মাং থাগ্রবন্থ মচু হন্থবীদুনা কংনৌজময় ওইয়নন্থ অমুক্তং নোকপীয়ু অদুগা পাথবীয়ু। ক মগ্রবনি থারবন্থ মীংকুপ্রংগীদি মীংশিংবীয়ু, মচুনা ওজাগী মাং তারবা হায়বদুদি নম্ভেদনা।

'মোজজনতা লৈরবা মাই অসি তসিন্থ অমুক মোজবগী ওজা লাক্লবনি, ঐ মসিগীদমক্তদি কঙিমতা শাচুংদো হীংলোক্লিফ পুন্সি মতেক অসিথক্তংসিদা ঐগী মীংবা কাইবগী চৈনা অমনা ইশা অসি কুপশিনখিবনি, অমুক হন্না কোকথিগনি হায়বগী থাজবা লৈতে, থক্লুবগীন্থ ঙাংমদনি।

মীংশিংবীয়ু ওজা মতম অমগী হোৎগ্রবা ঙাম্নিশিংদো। ঐদি হোৎখিবা খুদিংমক লেয়া নাংহনখিদরে, কাপ্তগ্রবা ঙাথল ময়াম তসিদি ঐগী কোকসিদা মীরাং ওইনা থুরক্লে অমিন্থ

ঐ শাওজদে, পাপ চেন্নবা রাখলসিনা লমজিংলীবা ঐনা কন্নাদুনো অমুক্ত শওক্রুগদবো ? ইথঙনা তৌজবা ফল ইথঙনু, কংজখি। অমুকম্ব মীংশিংলমখিগুনি ওজা, নোংমা ওজাগী সার অহুম্মা ওজাগা লন্নীদা ঐবু ওক্লবীখিবদো। ওজামা লুপা মঙা চৎপী মোক্ত অমা পীরকপন্থ ঙসিস্থ মহুগী কান্নফম শঙহন্দনা ঐগী ডাইরী মন্নুংদা থমজম্মী। মুম্মিং অহুদগী ঐনা শাগৎচরম্মা আশা থুদিংমক ক্যাইথবা হৌখিবনি। ফরে থন্দোক্রে, কন্নাগীদুমক্তা ঐ লেপ্প্রোইদ্র লেপথে অহুবু হংলিবা খে ঙচৎ অসিদা মহুগী চমফুম ইরৈ লৈখিদ্রে। নোংমা ওজাগী খ্বাইদগী মুংঙাইতবা ফিরম অমা উথি, মহুমসি ঐগী লাপথোক্লগে থলম্নবা রাখল অমুক হঞ্জিনখিবহু। ঙকম্ব ঙকই ঐনা অমুম্না হঞ্জিনখিবসে। ফরে মসিদা অমসি, রুমাল অহুম্ব লৈজরী ওজা, হন্দক্তা ওজাগী কলম অমা পীবীরকখিবদো মহুনা ডাইরী মনাক্তা অহুম থম্মী। দাক্ফম লৈরবা ল্যাইব্রকসে মীংশেলদা য়েংহনা নোকচবা ঙমগদি, খোঙবীগী থুজিল ওজাগী পঙলবা খোঙনাং অহুনা মরি বুকখিবনি অহুবু শাওজবা ঙমদবসিনি ঐগী খ্বাইদগী অশোইবদি, মসিনি পাপ অসিগী হৌরকফম। কয়ম্না কাওথোকখিগদগে ঐগী মমিশিংদো, মমিশিংমু হেক মীংশিংলুবদা জগৎ মুনা উরবা মীংসিনা ওজাগী শকম্ব হেক্তা উরকখি, মসিনি পাপ অহুগী খোঙজং। অহাংবা অতিয়াদা, কাচিন কোয়াদা শন্দোক্লনা লৈরী, কয়ম্না রাখলসিনু লাকশিজবা ঙমলুগদি। হায়না

ইরবীদে ঐগী থম্মোয়রসে, থনগনু য়াদে ঐগী কোকনে। অমুক্তা থন্থবীবু ওজা, তুমখিবা হায়বহুমা পুম্নমক্কী সাস্তি মত্ত্রনে ?

লমহেনবা মীৎসিনা অহানবমক্তদা ওজাবু ক্লাস অহুদা উথিবনি। ওজাদি চম্নবা ঙোক্নবা শাম্বিনা লৈতেংথি হুমিংতু, ঐদি নীংশিংজম্রি হুমিংতু লৈবাকপোকপা হুমিংনি। থম্মোয় অসিদা লোম্না হংজখি, 'মহাক অহুবু কনানো ? কনানা শীবীগনি ঐগী পাউথুমদি। অনীরক থন্নকপদদি ঐ মোকস্থু মোকখিবনি, কপন্থু কপখিবনি ওজা মীচারওলা কোকসিনা চুম্মী থগুদে, লাম্লি থগুদে গুসি কাওবা নমশিন্দুনা থম্নক্লিবসিনি য়াহং অহুগী পাউ-পুম। ঐ মহুগী মরমদা থোইমা য়াকৎলুদয়ে।

কালেজ ছুটি মমুংদন্থু ওজা ঐদি হায়বদবু ইকাইজয়বনি, ঐনা ঙাইগুমদবা মথৈ হুমিং থুদিংগী থুংথেকখিবহু। উচিম-নাচিমদি কাবগী মতম য়োৗরকখি, অহুবু পেম্না য়েংগদবা মীৎসিনা অমুক উথিদয়ে, মহাকপু লৌনম চাওবা চীনথীবী ওইহনয়ে। ঈশ্বরনা ঐগী অয়াবা উবিখি, থাজদবা মফমহুদা ওজাগা ঐগা থেংম্নখিবনি। কুইনা যুমজিল্লুরবা, শিজিন্নকম থগুদ্রবা ঐগী মীৎসিদা অমুক কাম্নকম শীখিবা হুমিংহুদনি ঐনা থীংবা গুমহৌ-দনা ওজাগী মাংদা পী শিন্থখিবহু, গুক্রো ওজা ? চাই চাকম থগুদে, চংলি চৎকম থগুদে. অহীং কয়া তুমখিদে ; ওজা ইয়া য়াদেদা নীংবা থুংদবা হায়বদে। কাওবা গুমদনা হৌখিহুনা থেংনবা অহীংগী মীংক। থোরকপদা ওজাবু মীংশিংহনা কয়ায়ক শী শীহুজখি, কনামন্থু উবীখিদ্রে। উবগীস্থু কাম্নরোই, ওজা